মঙ্গৈংনস্ত্রু মেলং য়াংঠৈ

# চন্দোল'পু নম্বো পোবা



থোকচা পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল, মণিপুর






অহানবা ফোঙবা : ২০০২ ইং

অকোঙবী : থোকচোম ওঙবী ইন্দিরা দেবী
বাশিখোং, ইম্ফাল (মণিপুর)না
থোকচা পব্লিকেসনশীদমক ফোঙবা

মখুম শেকপা : খুমনম গুণিন্দ্রো সিংহ

মমল : লুপা

*Printed at:* **Sony Press**
Khangabok Bazar, Thoubal (Manipur)

## ইমাদা

(খোকচোম ঙবী ভানবী)

ইমা!

কুইরেদকো কৌবা থংলক্কবা

নচানা **ইমা** হায়না।

পনেম ইমা নুংশিবী

মীনুংশিতনা লৈতেংখিবী

কংচরিবসে নচাগী অহানবা খুদোল

**চন্দোল'পু নখো পোবা**

ইমারোল মণিপুরী সাহিত্যদা

লাইরিবাক্কেগী য়েংথবীরক্লগা পেনবীমুকো ইমানা।।

**শামুঙৌ খোকচোম**

# ৱাহৈ খরা

**চন্দোল'পু নম্বো পোবা** হায়বা লাইরিকসি মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারীমচাগী লমদা শামুঙৌ থোকচোমনা খুদোল তমজবা মাগী অহানবা লাইরিক্নি। খুৎই ওইনা লৈরিঙৈ মতমদা পাবা ফংবসু য়াম্না নুংঙাই। ঐনা খঙবা শামুঙৌ অদুগী মশক্তি খুৎই অসিগী মনুংদা তাবা উদে। ইচম চম্না খল্লুবা শামুঙৌনা বারীমচা ইরকপা মতমদদি য়াম্না শাথীনা মনুং হুনজিন্না পুন্সিবু উবা ঙম্বা শামুঙৌ অমা ওইনা ফন চোংথোরকই। মসিগীদমক্তসু য়াম্না নুংঙাই।

**চন্দোল'পু নম্বো পোবা** হায়রিবা বারীমচাগী লাইরিক অসিদা পুন্না ৱারীমচা ১৮ য়াওরি। য়াওরিবা বারীমচাশিং অসিদা বারী লীবা হৈবা, অশেংবা, অওইবা তাইবঙগী অশেংবা মশক পীনবা হোৎনবা, অতেনবা মতমদা থোকহল্লগা মায়োক্নরিবা (বারীমচানা) সমস্যা অদুগা মরী লৈনবা হৌখ্রবা থৌদোক ৱাথোকশিং অদু ফিল্মগী রীলগী মতৌগুম্না জ্-জ্ চিংথোরকপা মণিপুরীগী ফজবা মশক পুথোক্লবা হোৎনবা, মপুং ওইনা ঙাওনরিবা লোলগা অইবা লোলগা, অনী অসিগী লৈরিবা মগুণ লৈবা (চেনবা) মণিপুরীগী মশক অমা পীনবা হোৎনরিবা কয়া অসিবু য়েংলুরগা মতুংদা মখলকয়াগী মরীক চুম্বা বারীমচা মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল কয়া তৌরকখিনি হায়বগী ইঙ্গিৎ অমা ময়েক শেংনা পীবি। বারীমচাগী লাইরিকসিগী মনুংদা সিঙ্গল ইফেক পীবা ঙম্বা মরীক চুম্বা অমসুং মপুং মরৈ ফাবা বারীমচাশিং মরাং কায়না য়াওবি।

**ৱারৌখ্রমালে, পুন্সি' নুমিৎ তারমদাই, শম্বলগী ৱারী, হোম স্বিত হোম, লৌদনা কাবা, মন্থরক্রবদা পুন্সিনা** হায়বনাচিংবা বারীমচাশিং অসি মীওইবগী পুন্সিদা কনাগুম্বা অমদা হেক্তা ওইথোকপা য়ারিবা বারীমচা ঙাক্তা ওইনা তৌরি। মসিদসু নত্তনা য়াওরিবা বারীমচাশিং অসিগী মনুংদা অইবনা থিরিবা খোঙচৎ অসি মীওইবগী মপানথোঙদা উরিবা তাইবঙ অসিগা নুংদা লৈরিবা তাইবঙ অসিগা মখোয়নীগী মরক্তা লৈবিবা খেন্নবা মশকশিং অদু য়াম্না দার্শনিক ওইবা মীৎয়েংদা য়েংলগা পুথোক্লবা হোৎনবনি। পানগী তাইবঙদা খঙহনবা, উইনবা হায়দোকপা য়াদবা মতাঙ কয়া অমা লৈবগুম্না নুংগী তাইবঙদসু মরাং কায়না লৈরি হায়বসি অইবনা থাঙ্গৈশেংনা হায়দ্রবসু অনীগুবা অর্থনা পীরকপা ইঙ্গিৎনি। মতাং অসিদনি সাহিত্যগী ফজবা হেনগৎলিবা মশকসু। অইবনা পুন্সিদা য়াম্না ৱারিবা মশক্না মীওইবনা পানগী তাইবঙগী হৌজিক্কী অরং-অরাক ময়াম অসিনা মীওইবগী নুংগী তাইবঙগী থম্মোয় অমগা থম্মোয় অমগা লৈনরিবা চেৎলবা

মরীবু অসুম অসুম লাপথোকহল্লকপা, মদুনা মরম ওইরগা মীওইবসি মী মাল্লক্তবা শা-ঙাগী সমাজগী মশক অমা ওইনা উরকপা, হেমিংবেনা মসিগীদমক তেংথাজখিবা মশকশিং অইবনা নুংহিক্লবা মওংদা অপাবা ঐখোয়দা পাউদল্লি। পন্দবা ঙমদবা মতাং অমদি পুন্সি সন্ধ্যা য়ৌরক্লবা মতমদা মীওইবগী আত্মানা করম্না খাঙলিবগে হায়বদুনি। -"কৈদৌঙৈদগী চাদ্রবা?"/-"ঙরাঙদগী চাদ্রে।"/-"অদুদি শিরগে হায়রব্রো?"/ মমিৎতু ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংলকই। মপি ঈরা চেল্লকই। অদুগা, /-"নঙদি নচাসু ফবা, নমৌসু ফবা। নশুসু ফবা। ঐগীদি উ...উ... হায়দুনা কপখৎলকএ। ঐনা ফমুঙ মচিদা ফল্লগা থেমলুই। ঃ মন্থরক্লবদা পুন্সিনা। মতাং অসিদা প্রকৃতিনা জীব পানবা অচৎ-চৎতা খুদিংমক মশানা শু-নোল্লগা মশাগী লৈফম, মচীঞ্জাক, মশাগী শেৎন-ইন্ননবা হিংবদা চঙলিবা মচাক ময়াম অদু তাঞ্জগদৌবনি হায়বা দারবিনগী ৱাঙঙুলোন অদুবু ময়েক শেংনা খঙহল্লক্লবা হোৎনরকই।

**চন্দোল'পু নম্মো পোবা** হায়না মীংথোন পীরগা ইরক্লিবা লাইরিকসিগী ৱারীমচাশিং অসি পাবা হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদদি ফাগীগী বারীমচাশিং ওইরমগনি হায়না পূক্লিংদা কন্না ফাওই। পাথরকপা মতমদদি য়াম্না হর্কচিনবা খল্লুরিবা বাখল অদুগী ওন্ন তৈনবা ৱারীমচাশিং ওইরম্মী। ৱারীমচাশিং অসিদা ঐখোয়গী পুন্সি, সমাজ অমদি পুন্সি মহিঙনা মায়োক্নরিবা সমস্যাশিং মচাদগীনা অচৌবা ফাওবা লৌখৎলগা নৈনদুনা চৎলি। বারী লীবা মতমদা **ঐ** হায়বা লমচৎ অমনা থেংনবা য়াওশিল্লুবা অমসুং লমচৎ অসিগী অকোয়বদা থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোকশিংবু পাউদম্বগী কলাগী মশকশিং অদু পীনবা হোৎনরিবা খুৎইনি। **ঐ** হায়বা লমচৎ অসিনা লীবা বারীদা য়াম্না খুদোং থীনিঙাই ওইরিবা মশক অমদি **ঐ** হায়রিবা লমচৎ অসিগা মরী লৈনবা বারীগী মচাকশিং নৎত্রবদি মরম চাবা চাদবা হায়বা ৱাফম অমা মতম লৈবা খিবিক্ত। মায়োক্নদুনা লৈরিবনি। শামুঙৌগীদি **ঐ** হাযরিবা লমচৎ অসিনা ৱারী লীরকপা মতমদা য়াম্না হৈশিংনা লীবগী হৈনবী অমা য়াওরি। মসিগী মনুংদা ফ্লাশবেক তেক্নীক্লা পাবদা ভকোম ভকোম্না পাবা য়াহনদবগী মচাক অমসু য়াওরি। মতুংদা ৱারীমচাগী লাইরিকশিং মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তমলকখিনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা অসি অইবগী মফমদা থম্বগা লোয়ননা মায় পাকপা ৱারীমচা ইবা অইবা অমা মণিপুরী সাহিত্যদা ওইবা ওইসনু হায়দুনা ঈশ্বরগী মফমদগী মঙ্গলাশির্ব্বাদ নিজরি।

তাং ৫/১/২০০২ ইং ইবোসনা য়ামবেম

# থম্মোয়গী ৱারেল খরা

৮' ক্লাস আহত তম্লবপা মতম অদুৱাইদগী ৱারীমচা উপন্যাস হন্নিংবগী অপাম্বা লৈরম্লিখি মতমদুদা ৱারীমচাগী উপন্যাসশিং লাইরিক ওইনা শেমগৎলগা চংবা ক্য পাক্লে ওহবগা মহৈরৈদা লেংলিখি। ইবা হৌখি ঐনা ক্লাস আহত তম্বা মতমদা ইবা ৱারীমচা অমা হয়চেগী মমিংদা মেগাজিনদা (ইচৌ তম্বা স্কুলগী মেগাজিন ফোঙবী) তাপখি মতমদুগী মেগাজিনগী ইন চার্জ ওজাদুনা খনা শেমদোক শেমাডান তৌবগা হল্লকখি ঐহাক নং ডাইখিদে হায়না ঐগী মশোযবা ২ ওভাদুবস্ম ঐনা ইজবা ৱারীমচা ২শা শেমদোকলকপগীদমক মতমদা যাম্না শাগ্রিগাখি ঐনা খনবনা চম্লবনি হায়বা ৱাফমসি নাতে চাদে হায়বাসি হৌজক্তা থাঙলক্লে হায়গী অমদি মগী স্কুল কোলেজ য়ুনিভর্সিতিগী মেগাজিন্দা ৱারীমচা কয়া হাপ্লবা ইবদগী ঐগী ওইবা ৱারীমচাগী লাইরিক ফোঙনিঙলকখি অদুবু ফোঙবা ঙমখিদে কুহন্দ ফোঙবা ঙমখিদে চত্তি কয়া হৌখি ঙসি অস্তুক কুইবকা মতুঙসিদা মকপ মপাঙশিংগী লাইরিক ফোঙবা ঊক্ত থৎপগা নৈসু লাইরিক ফোঙনিঙবগী আশা অমা ফাওবখি ঐগী লোযনবীনস্ম ঐগী অপাম্মা মনীঙবসিবু পাঙথোক্লবা তোংনবদা ঐগী পক্লিঙ থেৎলখি ফোঙদবা যাদে হায়বগা ফোঙনিঙলগা লৈবগা পাখাদনা হন্দাক্ত লাইরিক ঙাসি মীযাম মমাঙদা পথোকচবনি।

হজাবিব ৱারীমচাসিং অসি কনাগুম্বা মীওই অমা নত্রগা অমনী মিং লমচৎ শনাদম লৈবাম নত্রগানা লম অমবু অপাল্লনা শিঙনদুনা উশিং থৌরোইদনা হবা অমতা নৎচদে অইবগী পাক্লিঙদা বাখলদা ফাওরকপা কল্পনা ডাকুনি

ৱারীমচাগী লাইরিকসি খুৎহ ওইবিদা মনিপুরী সাহিত্যবু নুংশিজবা ঐগী মকপ মপাঙসিং হবোসনা যাম্মেম ডাঃ এসঃ নদচেনবা মীতৈ এলঃ যমুনা দেবী এনঃ সোবেজির্নি দেবী অমদি ইযাম্বা কেঃ সেথজিৎ নচংবা কযাদা পাহনজখি নমল যাম্লবা সজেসন কযা তৌবীবকই। ঐনা ডবা ফংদবা অশোযবা কয থিন্দুনা তাকপীবকহ। মখোযগী তৌবীমল পুন্সিনা লৈবিমখে কাউজবেয়

লাইরিকসি ফোঙদ্রিঙে ফোঙনবা হোৎনবদা ঐগী পুক্লিঙ থৌগৎপীখিবা সোনি প্রেসকী প্রোপাইতব ওজা এলঃ দোরেন সিংহ অমদি হনাও ধীরেনগী লমন তোনশিঙ্গবনি মখোযনা লাইরিকসিগীদমক্তা ৱারীখিবা মযামদুগীদমক্তা চিনবান থোঙদা ফোঙদোকপ্রবস্ম ঐগী পেক্লবা অমদি মখোযবু ইকায থুম্লজবদুদি ঐগী থম্মোযদা থমজরি

অরোযবদা হাবজনিঙলিবদি হৈজরিবা ৱারীমচাগী লাইরিকসি ইমারোলবু নুশিবীবা ইমারোলগী সাহিত্যবু য়োকখৎপীরিবা ইচিল ইনাওশিং মকপ-মপীজাশিং, অহল লমনশিং খ্বায় তরাগী মফমদা শিন্নজবি।

তাং ২/২/২০০২ ইং

শামুডৌ থোকচোম।

# য়াওফম তাকপা

## ৱারৌখ্রমালে

মহাক্কী মতৈদু য়াম্না থীনা ফুবা য়াবনি। ইমানা খামলমদ্রবদি মকোক অদো পূমতোয় তোইরমগদবনি। ইমানা খূৎ পায়দুনা চিংলমদ্রবদি মহাক মপুন্সি ঙন্তানা লোইরমলগদবনি। ঐহাক্না মিনিৎ মঙাখক্তং থেঙলমলবদি থৌদোকসি থোক্রমদবস্তু য়াই। ঐনা থোঙালদা গাড়ী থৌজল্লকপদুদা শুমাঙ মচিদুদা কপ্তুনা লাউরক্লখিবা খোঞ্জেলদো। -"তাতোন ঐবু কনবিয়ু। ঐবু কনবীয়ু।" ঐহাক গাড়ীদগী করম্না কুমথখিবনো খঙহৌদে। করম্না বেবীগী খূদাঙ পায়রিবা মাগী মতৈগী মখৌজেঙ পায়খিবনো ঐহাক ইশা খঙহৌদবগুম তৌখি। মমায় অচৌবদো কিম্না যম্না য়াম্না থিনখ্রে। -"ঐ লাল্লে" কয়ারক হায়খি। য়েনখাদা পৈরিবা চেকশিংদুদগী অমা ত্রাপ পায়খৎলগা মকোক্তু থুগাইগে তৌবদুদা ইমানা ঐবু ফাখি। ঐনা ঙমদুনা ইমাদগী নাম্থোকখি। থৌখ্রিবা জীপতুদা ঐনা চেকতু লংখি। ঐহাক হকচাং থক থক নিকখি। কয়াগী মতীক শাউনিঙখিবা। হন্দক্কা অনীরক স্থুরে। নহাল নোংমস্তু লৈকায়গী মীশিং চেনশিল্লকক্তুনা মখোয় চেনখিবনি হায়। মহাক ফন্নবস্তু ফৎত্রবস্তু মতৈনি। করিগী মীনুংশিগী মীৎয়েঙনা য়েংবিদ্রিবনো? মশানা য়াজদবী মনাও নুপীবু নমদুনা মাগী নুপী ওইনি হায়দুনা হঞ্জল হঞ্জল ফাননবা হোৎনরিবা মতৈ, কয়াদা মীনুংশি খঙখিদ্রবা অদুগা মশানা য়াজদবী মচাবু মমা মপা অমা ওইরগা করিগী নুংশিবা মীৎযেঙগী মখাদা থম্বীদ্রিবনো? বেবী অসিবু মখোয়গী মচা নৎত্রবরা? বেবীগী মবুঙ লৈরম্লবদি থৌদোকশিং অসি থোকলমগদ্রা? নস্তে। ঐনা খল্লিবসি লাল্লে, ঐহাক বেবীগী মবুঙনি মবুঙ ঐ লৈনা লৈনা ইচলবু করিগী অৱাবদা তাহনগনি। ঐহাক খুদিঙমক চেলেঞ্জ তৌগনি। বেবীগীদমক্তা।

ইমানস্তু ঐবু ভাঙবা য়াওরবা। মীগী মচা থাজবদা, ঐগী দরকার ওইদে হায়দুনা। ইমানা হায়রিবসিবু চুম্লিবরনে? চুমদে, য়াম্না চুমদে।

নোংমা চাকশঙদা ইমানা চাক থিনা থিনা হায়খি,

-"ইমাগী ইবুঙঙো মীগী মমা মচানি, ইচাননে করিস্তু হায়রুনু।"

ঐনা খুমখি,

–"নত্তে ইমা  ৱাফমদু ঐহাক য়াবা ঙমলোই। বেবী ঐগা করিশু থোক্লদে  ঐ খঙভী ইমা। অদুবু মহাক ইচলনি। ইমাগী মফমদা নাউথি সা, ঐগী ইচল অমা ওইনা মহাক চাংই রুকখিবা নৎত্রা ইমা? নুংশিদবরা ইমা ইচল বেবীবু? মহাক নিংঙোলনিনে ইমা। ইচেগা ঐখোয়'নিখক্তনি ইমানা পোকচবা। নিংঙোলগী হৌনবা ইচে ৎংখ্রে মীগী ময়ূমদা, ঐবু, ইমাবু থাদোক্লমদুনা খঙনদবা ইমঙ অমদা হিংল্লগনি মফম অদুদা অনৌবা সংসার অমা, শুপ্পগী মহাক্না খঙ্গরুবা নুংশিবা অমখক্কী মরুম থুপ্পা। অস্তুম্না চৎনখি নিঙোলশিংনা মমা মপা, মবুঙ মৌপ্পা, হৌমিন কামিন্নরকপা মরূপ মপিজা কয়া, ওন-থোইনা হরাও তয়াম্না চাউজরকপা মরৈকায় মরমদম হুন্দোক্লমদুনা, অদুগা কদায় বেবীগীদি য়ানীংদবা, পামজদবা খোয়দৌ শাউগৎপা অমগী মরুম থুপ্পা। ইমাস্তু নুপীনি। খম্নদুনা য়েংবীগ্লনে ইমা। ইমাবু ঙম্নীগদ্রা? নচানা হায়রিবসি কয়া য়াম্না লাল্লবগে?"

–"অদুবু ঐখোয়গী হক লৈতেনে ইমাগী ইবুঙঙো।"

–"হক করিনো? ঐখোয়গী হক লৈ ইমা। পীক্লিঙৈদগী মহাক ঐগী ইখাদা হিংজরক্লিবীনি। লৈকায় অসিদা এমঃএঃ পাস তৌবী নুপীমচা কনা লৈ? মথন্তনি। মহাক্না মহৈ মশিং তম্লকপা, এমঃএঃ পাস তৌরকপা, মহাক্কী মপা গঞ্জা থকপা, মমা হিংচাবীসি করিমতা য়াওখিদে, শুনিঙদবা শুনিঙদবী মখোয়না নত্তে। ইমাগী মপালনা নত্রনে ইমা?"

–"তানিনে ইমাগী ইবুঙঙো নঙবো।"

–"তাগে তাজসনু। অমুকস্তু হায়রিবসিনি। ইমানা বেবীবু মী ওইনবা শেম্নীরকপনি। চাউখোক্লা হায়গে। মাগী মমা অসিগা মপা অসিগনা বেবী  শেম্নীরকখিবা নত্তে। ইচিল ইকপ্পাতা শেম্নীরকপদা নত্তনা বেবীকুস্তু মহৈ-মশিং মপুঙ ফানা তমহন্দুনা মী ওইনবা শেম্নীরকখিবা নৎত্রা? নুংশিদ্রা ইমা? ইমানা মাগী মিংজলশেল কয়া, পরীক্ষাগী পৈশা কয়া পুথোক্লুনা মাবু শেম্নীরকপগী লমন, ইচল বেবীনা, ইমানা হকচাঙ ঙমদবা কয়াদা মহাক্না ইমাগী মহুৎ শিনদুনা ইমা শাখিবদো ইমঙসিগী। ইমাগী মফমদা মমা অপোকপীদগী হেন্না নাউথি শাজবা নৎএা ইমা? ঐবু মানা মাগী পোকমীন্নবা মবুঙনি হায়খিবা নৎত্রা?" করিগী কাউথোক্লি ইমানা। নোংমা হায়খিবদাই, -'ঐবু করিগী নচা ওইনা পোকপীরমদ্রিবনো ইমাবোক? গঞ্জা থকপা মতৈ মনাও অসিগী মচা ওইনা পোকহনবীরিবনো? ঈশ্বর  অসি ওম্নোক্লা ফত্তেদকো।' ইমানা হায়খিবদাই -'ইচাবু কনানা ইচা নত্তে হায়রগেনে।' বেবীনা হরাওজখিবদো -'ইমাবোক  ঐসে নঙগী নচানিকো।' -'মানি, ইচাবু ইচা নত্তুদি' ইচলনা কয়াদা হরাওজখিবা।

ইমানা হকচাঙ ঙমদদুনা লৈরিঙৈদা থবক্কী ইন্টরভিয়ু চৎলমদাইদা হায়খি

- ঙর্সিদ ঐখোয তাতোন থবক শোযদনা খল্লঅনি। চাক খুৎকাসে ময়াযদা ব্রাংখৎলম্লীবসে উরেদনা।

১৫লমদাইদা শুমাঙদা সনাবুন হুশিং অথনবা ধূপ থাউমৈ ঐবু মনা কযাদা হয়াওহনখিবা খনবদা নত্তে ইন্টরভিয্যুগা মকোক ফাওবা তারক্কনি হাযখি - কাডবব। ইমা? ঐনা কবিগুম্বা অমা চাবা থকপা খুদিঙগী নচলগীস্থ থম্বীযু কৌবীয়ুতা হাযবম্বা ইমানা ঙসিদি অতোপ্পা লম্লানবী অমগুম্ন উর্বকুবা কবিগীনো? ইমনা নঙগী নচল হায়দুনা তৎতনা হাযরম্লুগা কবিগী ঙর্সিদি ঐখোযগী হক লৈতে হাযবীবিবনো? কবিগীনো ইমা যাওনা অঙাও অসিদা থেম্বা যাওবীক্লাবব''

চাক চনবা ফমলববা ঐহাক অদুমক ঈগৎলক্লে হমনস্থ ঐবু খামলাক্লে ইমা চাকখুম্মাঙদা অদুমক নোম্বদুনা লৈহৌবে ঐহাক শমাঙদা থোবকখি। মাঙ্গলদা লংচাক চাক্লি বেবী। থুং থুৎস্থ কপ্পি। মমা মচা খৎনবগী খোঙ্গোল হাযববু ঐন তৎতনা তাবা ইমা ঐসে শিখুবদি হমা লোক্কদু মাস বেবীগী মমাদা তৎতনা হংবা ব্রহঙনি ঐহাক কযাবক তারে মহাক্লু হ লৈপাস নলেনমক অশেঙবা ব্রহঙনি অদুবু বেবীদি শিগদবী নুপীমচাদি নত্তে স্লান যাম্ন লৈপানি। অদনব এমং এঃ পাস তৌবী নুপীমচাদা মথন্থনি লৈকাযসিদা

নখোয নচিন মনাও অহুম লোকপানি নুপী চাম্বু অনী মযুম পাংশু নুপী অহল ইচেন্ মশক মতৌ ফজ্জে হাযদং হৌচেক যাওবা ঙাঙনবি মহাক্কী নুপাদ পিংড্রিউংডিঃ পী এঃস. নি পৈশা পাহ হংক হুত্রি লৈনা মযুম পানখিবন মচানুপা মঙা নুপী অহুম মচা নিপাল শুবে হন্দক লৈখত্রে অঙাঙ অতোনবীদ তনবদা লৈখিদবনি চহী কুমওন ফিবেয যোদ্রি পীক্লুবা হচেনা হন্দোকলম্লবা অপীকপা অঙাঙদুবু নাউচেম্নবা অমদি মবী তৎনক্নবা বেবীবু মমা মপানা পীখেক্লি।

নোংমা ইমাগা বেবীগা চাকশঙদা অস্থম্ন ৩ ঙনবম্মী

- "ইমাবোক ঐদি লুকঙম ঙম্লোই ইমাবোকস্থ ঐন যানিঙম্নবসে ঐখোয ইমাদ থবা হাযবীযু। মানা লোযনা শিল্লিবনি মখোযনা নমদুনা পিরবা ঐদি মুমসিদ লৈরোই।"

ইমানা,

- 'মীনা তৌনদবা থবকস্থ নত্তে। চাবা থকপা ব্রাৎতনবা, শেংপা চাবা ননিঙ থুংননবা ঙাই শেনস্থ তৎনদনবা নমাখোযনা শিল্লিবদো ফৎত্রনে ইবেম্মা?

বেবীনা শাউরঙননা খুম্বা তাখি

'মা ওইনা লৈরগে ঐদে, চাবা থকপস্থ ব্রাৎতনবা ঙাই শেনস্থ তৎনক্নবা।

ইমানা

হাহাযো অঙাওবীসিদি

হায়দুনা হৈনা নেকহি ঐনা চঙসনখিবদদা মখোয়না ৰাহী শানবমদ চপ লেপ্লী ঐনা হায়

'চাক চারব্রা নঙদি'

"চাদ্রি।"

"কৈদৌরে পিশুম শুকতোক্লিবদুনা"

মানা থক থুমলকই

" ঐ শিরবদি তাতোন নুঙাইগদ্রা?"

" হৈত, করি ৱাঙাঙনো? করি তৌরগেবা?'

মহাক হোয় মাই হায়রমদনা ফুক হৌগৎলগা চৎখ্রে। ইমাদা ঐনা হঙঙী

' ইমা করিনো? বেবীনা হায়রম্লিবসে?

ইমানা ইরোনবদুগী আলুদো মেৎনা মেৎনা হায়রকই

"ঙসিদো নচে স্নন্দরাগী মকুবোঙেনা লাকঅম্মোঐয়ে

- "অদু কৈদৌরবা?'

- "নচে স্নন্দরীগী ফিরোয় য়ৌদ্রিঙৈদা মরী তৎনদনবা নচল পীবো হায়রম্মোয়ে নন্দোমচাগা নঙ খাতোনগা হোয় হায়খ্রেযে অদুগী হমাদা ৱাকৎলবিবা শাউররিবা।'

- "অদুদি চুমদেদনা। আস মখোয় মাম্মদুস্থ ঙম্মিহে হমদি কবি হায়খ্রে'

"কনাদনোনে?"

-' বেবীদা। বেবীদি করি হায়?

- 'অঙাঙনিনা মানা হায়বা য়াদ্রগা শিনি সিনিদনা।'

নুমিদাং তুম্লমদাইদা থল্লি, ইমাগা বেবীগা ৱারী শান্নরমবা ৱাফমদুগী অদুবু ফল তাবা ঙমখিদে

নুমিৎ মঙা- তরুকনি লৈরবা মতুঙদা নোংমা বেবীনা ঐগী মাঙদা চপ লেপলৈ ঐহাক থবক চৎক্লদবগী খেঙুপ তৈথোকপা লাক্লবি নোংমা নীনি মহাক্কী মশক উবা ফংখিদে। মহাক্কা ঐহাক্কা শাগে লেঙান তোঙানজববস্থ স্নমাঙ স্নমাঙ লোন্ননা ইপা হাক্তকতগী লৈমিন্নরক্লবনি। পাজিগা খাতোনগস্থ হেক পোকমিন্নবা মচিন মনাওগুম লৈমিন্নরম্মী। পাজিদা ইন্দোমচানা মকোক খুম্মি। ঐখোয় শাগে তোঙান্নবনি হায়বসি থক থল্লুদে। বেবীনা য়াম্না পিক্লিঙৈ পাজি লৈখিদ্রে। ঐদি মতমদু ক্লাস ফাইভতমক তম্লি। পাজিনা খাতোন অমদি ইন্দোমচাবু 'শুনিঙদে নখোয় ফনী তগুনা ঙাঙঙী। খাতোনস্থ ইন্দোমচাস্থ পাজিবুদি য়াম্না কি। ঐখোয় অস্থম্না লৈমিন্নরকপনি। বেবীখোয়সে অথাপ্লা লম অমদগী লাকপনি হায়। ঐখোয়গী শাগেদি চাউনা লৈ। মখোয়গীদি কনা লৈতে। পাজি লৈখিদ্রবস্থ ইমাদা খাতোন অমদি ইন্দোমচাগী

তান্নফম ওইরি হৌজিকস্থু। ঐনা বেবীদা হায়

"করি তৌরে?"

মহা'ক খুমদে। ঐন' অমুক্কা হায়

-"করি তৌরবগে হায়বা?"

মহাক্না পেরি পে'রি হায়রকই,

'তাতোন, ঐ য়াম্না কিরে ইমুঙদা লৈবা।"

- "করিনো অঙাওবীশিনা ঙাঙলির্বসিবো?"

-' তাতোন নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা থবক হল্লকও'

- "কনানা করি হায়রগে নঙবো?"

ঐনা মঙোন্দা য়েংলগা হায়। ইমাঙদা চপ লেপ্লগা মমায়দো থোঙ্গালদা করিগুম্বা অমদা চপ য়ুংনা অযেঙবা অমতদা য়েংলিবদু ঐহাক খঙঙি। খঙশিন্নদনা ঐনা হঙঙী,

- "নঙোন্দা কনানা করি হায়রগেবা?'

মহাক খুমদে। মমিত্তগী মশিদু মখুৎনা তৈথোক্লগা অদুমক তুমিন্না লৈ। ঐহাক অফিং কারক্লে। ঐহাক মখোযদা প্রপ প্রপ চৎলি। খাতোন গঙ্গা মখোঙ শোমলম্মী, হন্দোমচাস্থু মরোয় নাকুপ্পী মখোঙ পেংলম্মী। ঐনা চঙশিল্লগা হায়,

"ইন্দোমচা বের্বানা কপ্লিবসি করিগীনো?"

হন্দোমচানা ইঙক ঙকনা ঐঙোন্দা য়েংলগা খুমল্লকই,

' কবিগী কপ্লিবনোনে? ইন্দোমচাস্থু খঙদেনে।"

"ঐগী নাওন লাক্লগা কপলৈ মরোল হায়য়ু য়াদে ইন্দোমচা খঙলমগনি।'

মহাক ফক হৌগৎলক্লে। ঐগী মাঙ থাদুনা ঐখোযরেমদ প্রপ প্রপ চৎখি। বেবী উখোঙদা ঙারগা কপতুনা লৈবম্মী। মমানা হায়,

নঙগী তাতোনগী মনাক্ত চৎলগা করিগী কপ্লিবনো? চক-নুং থোংদোক্লরোনে ইবেম্মা।'

ঐনা

' চৎলো চৎলো হবুঙ লৈরি। কনা'মতনা ইচলবু উশিৎতবা লাকচবা, ইবুঙ লৈরিঙেদা য়ারোই। ঐ লৈনা লৈনা ইচলবু কিহনব, খংহনবা কনাশিস্থু মতীক নত্তে। চৎলো কপকনু।"

ঐনা শাউনা কনতক ঙাঙখিবা ব্রাঙাঙদু ইন্দোমচা, ইমা লেপ্পনা তাখি ইঙক ঙক্লখি। মরমদি ঐগী ব্রারেপ ঐগী ব্রাশক ইমানা ইন্দোমচানা, বেবীনা লোযনা খঙঙী। ঐহাক পীক্লিঙৈদগী ঐহাক্কী অনিঙবা পাঙথোকত্রিফাওবা হন্দবা নুপানি ঐন' পামজবসি নুপা অমা ওইনা ঙাঙথোকখিবা ব্রা ঙাকপনি। ঐগী ইপাস্থু ঙাঙথোকখিবা ব্রা ডাক্লা চৎখি। ইমানা তৎতনা হায় -"নপা মরিঙজেল্ল থাবগী মচানিনা খারিবনি" হায়দুনা। ইমাগী ব্রাফমসিনা ঐবু অমুক্কা হেন্না থৌনা

হাপকৎখিবনি।চাক চাদনা লৌ শঙম অমা য়োৎপাক্লা য়াল্লি হায়দুনা ইমানা ব্রান্নী লি ইপানা' চৎলম্বদুনি ঐনা পামজবস্থু।

ইন্দোমচানা ঐবু কয়াদা ল'ম্না লৌখ্রব'। মাগী মম্নিৎসিদ' ঐবু মচা অম' ওইনা উব' ঙম্লব'। বেবীবু শাহিঙ চাবা মীনুংশি খঙদ্রবা মাগী ময়ানুপাদুদগী, কনবগীদমক ঐবু, ম'না হায়খি, মম্নিৎ মনা শংদোক্তুনা মঙক মরু হাইদুনা - "নয়ুম পান্দনা লৈরিবদো ইচাসে লৌরগে হ'য়রিব্রো?" ব্রাহৈশিং অসিনা বজ্রগী মশক ওইদুন' ঐগী লব্রাইথক্তা তারকখি। ঐনা খাঙব' ঙম্রা থৌনাগী ব্রাংমদা লৈখি। মব্রা' থংবগী ইনা'ওশিংনা ঐবু ফাখি। ঐবু কোনখি। ব্রাহৈশিংদো, শম্মন লেংম'ন্নব' নৎত্রগনা কনাগুম্বা নুপা অমনা হায়রকপা ওইরম্লবদি মহাক ঐগী খুত্তা শিবা নৎত্রগা চৎবা অনীগী মরক্তা অমদি ওইরমগদবনি। ঐ অশাওবনা লব্রাই লৃতোন থুমহৎখি হকচাঙ থক থক নিকখি। ব্রাহৈ অমতা ভাঙথোকপা ঙমখিদে। ঐহাক জ্ঞান মাঙলুরে, মরম'দি ঐহাক ফম্মুঙদা হিপতুনা' লৈরম্মী। অব্রাং থংবগী ইনাও 'মমনা ঐগী লব্রাইদা ন'শিঙ যাদুনা' লৈরম্মী। ইমনা ঐগী ফম্মাঙদা লেপলগা তপনা হায়রকই

'ইম'গী ইবুঙঙো 'অদুক য়াম্না শ'উরিবদুবু করিগীনে'? নবায়দুস্থ মমায় কায়খ্রে। 'মম্ক হন্ন' লাক্লরোই। নঙনা নন্দোমচাগা 'অদ্‌ক কন্না খৎনরুরিবদ্‌বু নন্দোমচা মচিন থীবনি মব্রা সৌব' যাস' নপী নওে ইচাদি লৌশিং লৈবনি। ইচা শাউবা যাদে "

ঐহাক্কী থম্মোয় ম'চেৎ মচেৎ কায়রম্মী। মীৎ অসে পীন থুমহৎখিবনা ইমব্‌ ময়েক শেংনা উরমদে, শোর হেনবসে ব্রাবগুম তৌরম্মী। ঐহাক্কী হকচাঙসে পৃমচোক চোকথরম্মী

" ঐ লাল্লম'ল্লে ইমা "

- "নত্তে নত্তে ইচা লানদে। মবুঙ অমনা' মচল অমগী তৌফম থোকপনি।"

'তম', ঐ লাল্লে ইমা।"

- "করিগী ইচা লাল্লুগদগে। অঙাওবী চিম্বিবী, ব্রাখল য়াওদবী, ঐনা ভাঙলিবসি করিনোনা খঙদবী, ইচা শাউবু শাউমন্দে। ইমাস্থু ঙসিদি য়াম্ন ব্রারৌব্রি। নপাবুঙ লৈরম্লবদি মস্থুম্না থোক্কদ্রদো।"

- "ইম' পোথাবীরো। নচা করিস্থু তৌদ্রে।"

ঐনা ইমাবু থেমলুরি।

- "ইচা শাউগনুকো।"

ইমানা নুংহিক্লবা ব্রাহৈনা ঐবু থেমজিল্লকলি। ইনাউবুস্থু চৎলো হায়দুনা ইমানা চৎহনখ্রে। ইমানা মমাঙথোং লোনশিল্লগা ঐগী কাঙখল য়েপশিনবীরম্মী। মুরুম মুরুম শোনখি- "চিনথীবী, ব্রাথীবী, মী মশক খঙদবী। তুম্বা থেম্মু ইচা। নত্তব'

রাখল খল্লগনু।" মীৎকি পিসে অরেম্বা লৈতনা জরা জরা পঙতাদা তারক্লম্মী। মীওইবা, হে মীওইবা ! অচুম্বা, হে অচুম্বা ! সংসার নঙসে ওম্নোক্লা লুখ্রেদা। মীওই মপোক তোল্লিদা। অচুম্বা, অরানবা, হা ! ঐসিনা কনা অদুগা বেবীনা কনা? মাগী মপানা কনা অদুগা ঐগী ইপানা কনা? মবুঙনা কনা? মচলনা কনা? করিগীনো মীৎকী পি নঙনা অরেম্বা লৈতনা শিম্বরক্লিবা। শিঘৌ পি শিঘৌ।
****

-"ইবুঙঙো হৌগৎলো। তারব্রা?"

ঐহাক ফুক হৌগৎলি। ইমানা অম্বম্বা হকচাঙ নোম্লগা অমুক্তা হৌদোরকখিদ্রি।

-"ইমাগী ইবেম্মা পঙখ্রেদকো, পঙখ্রেদকো। হো ইবেম্মা.....।"

কল্লগী খোজেলনি বেবীগী মমা মপা অনীগী। ঐহাক কজনা তুমলুরমাল্লে। ঐনা,

-"ইমা.....?"

ঐগী ইতৌদুদা ইমানা ঐগী লেংজুম পায়রগা,

-"নঙ মপাল খোক্কনু।"

"করিগীনো ইমা?'

ইমানা হায়,

-"তারব্রা? নচল ইবেম্মাদো ঐখোয়বু বারৌখ্রমাল্লে।"

ঐনা,

"ঐখোয়' বেবী কৈদোরবা?"

"নচল শিরে ইবুঙঙো, ইমাগী ইবেম্মা ! ইমাগী থম্মোয়সে মচেৎ মচেৎ কায়দুনা লৈহৌরগনিদো।"

ইম' খোজেল থোক্লা কপখৎলক্লে। ঐগী থম্মোয়গী মিহুলসে থুনা থুনা হল্লিল্লকপগুম তৌরক্লম্মী। ঐহাক শ্বর হোনবা ব্বারকপগু তৌরকল্লনু'।

মচাদি মখোয়না হাৎলগা কপশিন্নরিনে ছিংচাবী অসে মপানেলা গঙ্গা থকপা কুলী মানবসিস্থ কপশিন্নরিনো 'ইপা মাঙলে'গাইনা মমা মহা ছিংচাবীসে মহ' ছিংচাবী, "ইমাগী লাংলেন থোইবী পঙখ্রেদকো" কাহুনা, ওম্নোক্লা খোগদৌ শাওগৎখ্রেদা। ইন্নুঙশিদা স্নুম লৈদুনা শকশিংসন কপ্পসি তোগদৈবগী শরুক কদাযদনে মমা চৎখ্রনো ঐহাক।

'কদাযদা চৎকদৌরিবনো?'

ঐ হাম্বা তানিঙদ্রে, তৌশিন্নরিবা ময়াম থাস উবদা।"

ই তা'লেদনা' ইমাগী ইবুঙঙো, নঙস্থ যজসে কৰু য়াওনলব তৌজ্জ মীনা

.. হ'যনা'খবেই ইবুঙঙো '

ইম' ! ইমাস্থ য়াওবিবনি। ফজাব' ফজ্জব্বা কান্নানো' ইমাস্থ বেবীবু হাৎল

য়াওরিবনি।"

-"তুমীন লৈয়ু, তুমীন লৈয়ু, মীনা তারগা"।

ইমান্না করি করিনো হায়হৌরি। ঐহাক গাড়ী ইম্মোক্রুগা থোরক্লে। থোঙ্গালদা ষ্টার্ত তৌবা লাক্লুরিঙেদা অমাং থংবগী খূড়াতোম্না হংলকই,

-"কদায় য়ৌগদৌরিবনো?"

- "অসিফাওবদনি।"

ঐনা হেক্তা খুমজিল্লি।

-"অসিফাওবদনেবু কদায়দনোনে? ঈশৈগা হায়বা চৎননবা।"

করি করিনো মথা য়াম্না তাহৌরি। ঐহাক তারমদ্রে অমাং পাংনা থৌগৎলকলে □



## চন্দোল'প নম্মো পোবা

-ক্রিং ক্রিং, ক্রিং ক্রিং, ক্রিং. . .

-"হল্লো, করি হায়বা? বাজি লৈএ হায়বা? ওহ ! উম উম। ওরাঙ নুমিদাং লৈতবনি হায়বা। অদু পেসেন্টপু ফনা য়াম্না শৈনে। কৈদৌরেগেনে? ঐ য়াওদ্রবস্থ তয়ায়গা তাচৌগা অদুম চৎলুরগা লোইরবদুবু। অদু পেসেন্ট ময়ামসি কমাইনা তৌদোইনো? হোয় হোয়

-"রোমেশ, ঐ য়ম চৎতবা য়াদ্রে পেসেন্টশিংসে নঙনা থরা শাউদনবা হায়য়ো। য়াম্না সেরিয়েস ওইবস্থ য়াওদবনিনা।"

-"ডোক্টর য়মদা করি তৌবা য়াওরবগে?'

-"ফাদর লৈত্রে হায়য়ে।"

-"ও! ফনি ডোক্টর। ঐ... ঐ হায়জগে।"

-"নঙ 'সিদা লৈরিবসে থরা লোইশিল্লু। সিসতর ঐ হয়েং লাকপা ভারে।"

অতোপ্পা কাদা ফন্নিবী সিসতর রনিতাদা হায়রম্লগা থোরকই। ঐনা থোরকপদুদা পেসেন্ট থরদি শাউনা ভাঙবস্থ য়াওহৌরি। অদুবু ঐহাক থবোইনা তারমদ্রে। ঐনা গাড়ী ইম্ফোরকপদুদা পেসেন্টশিংদো তুমিন তুমিন য়েংদুনা লৈহৌরি। ঐহাক মফমসিদা থবক তারবা চহী ৭/৮ ফাজিল্লক্লবনি। নিত্তিগী বসতা চৎপা য়াইদি হায়ববু ঐঙোন্দা অৱাবা অমা ওই হায়দুনা থা মথায় অমা নৎত্রগা থা অমদি হেক হেক লৈ। সুমিৎ তরানি কুন্দনিনা য়ুমদগী চৎলি।

ঐহাক ওসিদি পাজি লৈত্রে হায়বসিদা ঐগী থম্মোয়দা ফোঙওমদ্রবা, পুক্নিঙদা থোয়রাঙবা ইনোৎ অমনা হন্না হন্না যুরক্লিবসি করিগীনো? ঐবু ইপা নুংশিবা মীরা? ঐঙোন্দা নোংমতা ইপাবু নুংশিবগী ঈরিক অমত্তা ফঙলকখিদবদাই। অদুগা করিগীনো ওসিনা ঐগী থম্মোয় অসিনা ইরাঙ লাঙলিবা। ঐহাক লানখ্রে। ইপা ইবুঙঙো, ঐবু ভাকপীয়ুকো। ঐহাক অশেঙনা নঙোন্দা লানখ্রে। ঙসি ঐনা ডাক্টর ওইবা ফংলিবা, ইচা নুংশিবা, ইতু নুংশিবা ফংলিবা পুম্নমকসে নহাক লৈরমদ্রবদি ফংগদ্রা? করিগী ঐনা নহাকপু অদুক শাউনিঙখিব্রা? অদুক য়েংনিঙখিদ্রিবা? ঐবু মী অমা হায়বদো ওইরব্রা? ঐহাক মী ওইদ্রি। অঙাঙ ওইরি। ঐগী রাখল য়াম্না অঙাঙ ওইরি। ইমা অমদি ইয়াম্বশিংনা থৌদোক থুদিঙগী ঐগা তান্নরিবনা করিগী? মথোয়নদি ঐবু অঙাঙ ওইনা উদ্রবরা? ঐবু মী অমা ওইরব্রনে? ঐহাক গাড়ী থৌনা থৌনা অসুম থল্লী।

মহাক শিরমদবস্থ য়াবনি। ঐহাক্না মহাকপু হন্না ফাউবা য়েংখিদে। যেংনাঙখিদে। মহাক থবাক্কী অনাবনা ফংগৎলক্তুনা অদুগীস্থ মথক্তা নিঙঙমদবগী নুংঙাইখিদবা মথায়দগা পুঙপুন পুনখ্রবনি চাবা থকপা, নিশা, য়ু, রাথল নুংঙাইতবা অহল ওইশিল্লকপা পুম্নমক্তুনা মহাকপু পনসিদগী কোংশিনখিবনি।

নুমিত্তো নিঙশংলি। ঐগী নংনা নাক্কোং ময়াদা চঙশিল্লক্লগা চিরোল তৌরে,

"কৈকোনা য়েংজরম্বাং"

ঐহাক চাকশাঙদা পেপর ংনা পাদুনা লৈরম্বনি। মহাক্না চাকথুমদগী মাঙ্গোলদা থোকলুরগা প্রপ পপ চঙলক্লগা তৌরব চিরোলনি। ঐনা,

হে হে ! চিবোলঙ খারোলও।'

মা, ২ঁদোশীও কাংরঙ মমনাদো হাইরগা ঐঙোন্দা কমা ভাঙংনো হায়বগী ইন্দিং থেংমকই। এনা,

'কাদনো?

মানা তপনা হায়রকই,

–"মাজোলদা কয়িনোমা য়েংজরকচো।"

নোঙ্গুগা মনিঙলোমদা থোকখি। ঐহাক মমেজলদা প্রপ-প্রপ থোকলম্মী। মোংগ্রবা কৈজেজম অমা লেংলগা, লেক্না চাইংলবা, ঙাঙ্শিল্লবা মুন্নিং পুময়াং অমা লিংলনা মিপী মমোম অমদা য়ু ঙাওবনা ওমোই ঙমনবোই দায়ি মচিন্দা লেপলিরমুনি। মহক্কা ঐঙোন্দা কনানোমা য়েংজরকচো হায়রিবনো। ঐ হেক উবদা মহক্কা হায়রকই মমোল মথি ইকায় কাইনা,

–"ইবুঙঙো নমানি?"

–"কমাই নমানো?"

ঐনা শাউনিঙনা থুমখিবনি। মহাকপু হেক উরমদা খঙলাউ শাউনিঙখি।

–"ইপাবু মনক খঙ্গ্রবরনে? ঐসে লপানিনে। ওহ! ইচা চাউরমুনা ঐবু মনক খঙ্গ্রবকো।"

কমগী থোজেলদা থোল হিক্না হায়রকই। হঙল হঙল হায়রকই,

–"ঐবু, ঐবু শক খঙ্গ্রবকো.... মপাবু মনক খঙ্গ্রবা। ইপাবু শক খঙ্গ্রে হায়বা কো। ইপানদি ইচাবু খঙঙীদা।"

মমিত্তো পাঙবা ঙমোম ঙমনবোই ঐঙোন্দা য়েংলকই।

–"নমক খঙদে।"

হায়ল্লগা ঐহাক ইমঙদা প্রপ প্রপ চঙলক্রে। থোঙজিলদা ঐগী নুপীনা অঙম্না হায়রকই,

–"ঙাউরম্রা কৈনো? য়ু কনা ঙাওরবনু ইপানি।"

ঐনা তনথুম থুম্মী,

–"চো চো ঐঙোন্দা মাগী মরমদা বা অমতা হায়রকনু।"

–"বাবাসিদি পুম্না ঙাওরেদনা"

হায়রল্লগা আলমিরাদগী থুদৈ পুথোক্লগা মপাল থোকখি। মমাবোকথোক্লদা মবুঙশিংগা লাইরিক পামিমখিবা ইচা ইবেম্মানা প্রপ-প্রপ ঐগী নাক্তা চঙসিল্লক্লগা তম্মৈ,

–"বাবা বাবা মপান্দনে ঐথোয় পুপু হন্নুবদো য়ু ঙাওরিবা।"

–"কনানা নঙোন্দা ঐথোয় পুপুনি হায়?"

–"ঐথোয় মমান'। ঐথোয় বোবোক্লনে 'য়েঙনিঙদেদা' হায়রিবা।"

ইচানা মথঙ মথঙ ঙ'ঙলকই। মতৌ তমলকই য়ু ঙাওবগী কৈয়েং তুয়েং চংপদু। মহাক নুংশিনিঙাই লৈত্রবনি। ঐগী লুহোঙবা ১৯৯৩ মার্চ ৩ ঙসিদি চহী তরেং পুম্না কায়রে। ইচা ইবেম্মা ক্লাস কে'য় তম্লে। ঐগী হয়েং চাকৌলনি হায়বগী ঙসি নুমিদাংবাইরমদা মী: 'অমত্তা উন'রুপে হায়দুনা থোকপ্লগা' ইমা অতোম্বীগী নাক্ত (খিনরুমকদা) লৈরম্মী। ঐগী অমর্দ মথৌ নুপীগী চাকৌবা কাঙবা মাওথিদে। কয়াম নিঙজম্রবা মানা ইমা অতোম্বীবু। অদুগা কনায় ঐগী ইমানা? ইথোক লৈমিঙৈদনি থরা

করম্মী। ইবোক্লা খুপখ্রবা মতুংদা ঐখোয় করাবা বাপা লেপ্লকপা। ঐনা পুংকক চাউরকপদা ইমাবু অদুমক তন্দোক্লম্লে। ইবোক্তু ঙা লৈলোম্রী। ইমাসু ইবোক্লা ভম্রীরমদুনা ঙা ললোনবা যক্তনা হৈহৌরে। কুম্রী কালেন অঙাং-অশা কয়া খঙদবমখৈ ঐখোয়বু মী ওইনবা হোৎনবীরম্লিবনি। ইবোকী লৌশিং খুদিঙ ইমানা লৌহৌবনি হায়। ইমানা ঙসি কাওবা লাইদা কৎলিবসি ইমাবু পোকপা ইবোক অমদি ইপুদুগী নত্তে। ইপাবু পোকপা ইবোকীদমক্তনি। ইমানা ইবোকপু য়াম্না নুংশি। ঙসিদি তৎতনা ইবোকী অরমদা ইমানা বারী লৗরি। ঐখোয় পুন্নমক্লা ঙসি য়ুম লেপ্লা ওম্লক্লিবা অসি ইবোক্তুগী মপান্নি, ইমানা তৎতনা হায়।

মতমদু কালেনগী নুংশানা মক লাউনা শাবা মতমনি। ওক্তানা ঐ অমদি তয়ায় ঐখোয়নি কুলদগী তাম্বোরকখিবদো, মিং চন্দ্রবগী। ঐখোয় ইমা লোক লায়হৌ তৌদুনা নারকপা নিনি হুমনি শুরে। ইবোক্তি মপাক্লল শোক্লে। ঐহাক ক্লাস VIII কারে। তয়ায়না ক্লাস IX কারে। তাচৌদি মেট্রিক কেল ওইরগী খুয়া তৌমেখোয়গা চেক শুবা চৎলি।

–"নপাগী মনাক্তগী লৌরমচো, মহা পাম্নিদো, মচা পোকখোক্লগা, হন্দোক্তুনা খম্না ঙম্না, ইচানা কদায়দা, ইমানা কমদৌরি, ইতুনা কমদৌরি খঙদবা, মহা পাম্নি, হয়েংমুকী মপোক্ত তিল কাঙ ওইনা পোক্লদবা। মপোক মপোক খুদিঙদা থেংনজরোইকো হে ঈশ্বর।"

মরী মরী ঙাঙলি ইবোক্লা। তয়ায়না মিং চন্দবগী কুলদগী তাম্বোরক্লিনি হায়না তমলুবদগীনি। তয়ায়না বাজিগী নাক্তা চৎপা ঙম্রোই হায়বদুনা ইবোক্লা খঙলাও লাওরকই,

–"নপা মহা পাপীদো অদু ওইরগে হায়ব্রো নঙসু? ইবোক্লা হায়রিবসি কয়িনো খঙদবা লবায় মচা।"

তয়ায়, ইবোকনা যন্না য়াম্না চৈরবসু ঐ চৎলোই চৎনিঙদে হায়রক্লগা খোলাল খোকখ্রে। ইবোক্লা ঐঙোন্দা হায়রকই,

–"সনাতোম্না নঙ চৎলু, মিংজলশেল পৈশা পীয়ু, ইমা মশা ঙমদে লায়রেংলুরাও, চেঙ বায়বা পৈশাসু পীয়ু হায়রম্চো। লাউঐয়ু মহাক্লিদো। মপোক ভরেংলকতসু মমা, মতু, মচা অমম্তা উম্নরোইদবনি। মহা পাম্নি লৌরাক ফুবা। মপা লৌরিবনে। মপাদুসু জগৎকী দুসীমক্তা ঙাক্তনরম্লুনা শিক্লিবা।"

ইবোক্লা লেপতনা ঙাঙহৌরি। ঐহাক কুলগী থিজোল হোংবোক্তনা অদুম চৎলে। মহাক্লা য়াওঙ ইন্দুনা লৈরিবা লমদু ঐখোয়গী কিলোমিটর ৭/৮ মুক লাগলমগনি। অদুবু লম্রী শোরোক্তা চৎতনা লমুক্তা থাওয়ানা চৎলবনি কিলোমিটর খরনি শমজিলগনি। তয়ায় কুরেল মপালগী খোঙ্গনাং মখোক্তবা কমদুনা লৈরম্মী। ঐনা হায়

-"তন্নায় চৎলি লাকও।"
খঙলাউ লাউরকই,
-"হৈত চৎলোই, অতোম্বীদু উরগা ফুনিংলকনি।"
মহাক য়ারয়োই খঙলবদুদা ঐহাক অদুম চৎলে হায়রম্মী,
-"ঐগী মিংজললেলদগী হেন্না শৌরক্রোই।"
শান্নবা নুংশাদুনা খোঙউপ তোংদনা চেনবোই কন্নিবোই শোয়রোক মতাইগী নাপীদু থন খন্দুনা মথক্তুন্দা চৎলি। ঐহাক তন্নায়দা শাউনীংলকই। অথান্নদা মী লাকপা উবদুদা পূক্লিংদা অকিবা ফাওরকই। ঐহাক নুংশাদুদা চেন্না চেন্না চৎলম্মী। চীংখোঙগী তুরেল মপান্দু য়ৌরকখিবা খঙহৌদে। অপাসি য়ৌরবদি ইমাতোম্বীগী য়ুম য়ৌরবগুম্বনি। মাঙদা উরিবা কৌবিলা পাম্বী অবাঙবা পরেংসে ইমাতোনখোয়গী শোয়রোক মপাদা হৌবনি। ইমাতোম্বীগী য়ুম নকশিন্নক্রুবদা পূক্লিংসে নুংশিন্নক্রুম্মী। ঙসাইবাইদি চেনচৎ চৎলকপনা কন্নিন্থ থন্নুদে, য়ৌশিন্নক্রুবদুদা থম্মোয়গী মিৎলসে চোংবা হৌরক্রুম্মী। ইমানা নাহৌবা স্কুলদগী তাম্বোয়কপা কয়াদো থন্নুরগা পূক নৌরকই। শোয়রোক্তগী উরে, মচানুপা অনীদু নুংশাদা কন্নিনোমা তৌন্নি হায়বা। কোম্বোঙ কানশিন্নগা চঙলে। শন্নল শন্না, কয়াদা চেকশিন্না থান্নিবা, কোম্বোঙনা কন্না চেকশিন্না পান্নিবা। মকোকতু হমাংনা পুন্নলুপ লুন্না মখৈ নাউন্নি মরু অন্নিবদু, শাগ্রবা নুংশাদুনা। ঐগী ইপানা লৌন্নিবা ইমাতোনগী মচানি। মমায়শিংদুম্থ ঙাংশং ঙাঙলি। ঐনা মনাক্তন চঙশিনবদুদা য়েংলকই। ঐনা হায়,
-"নখোয়' বাবা লৈব্রা?"
নাউন্নি মরু তানা তানা ঐঙোন্দা কন্নিন্থ য়েংলকতনা হায়রকই,
-"লৈতে।"
ঐনা,
-"কদায় চৎখি?"
অপীকপা শমঙাঙবদুনা হায়রকই,
-"থবক্তা চৎখি।"
ঐনা,
-"রাজেস নখোয়মাদি লৈব্রা?"
-"কৈথেলদা চৎখি"
রাজেসনা থুম্নকই। ময়াম্বনি রাজেস হান্নিবসি। ঐহাক মাংোলদা কাথংলগা ফম্মী। ইথক্তা সুম থান্নি -ঐখোয়গী য়ুমনা চরুন্না কুন্না, লোং য়ুমনা মরুবা কিন্থমক্রুবা, অদুগা মানা, মাগী মমুমনা জিংথনা ফুন্নগা ফজনা শাদুনা লৈবা। কয়াদা ফংখিন্নবনো। মপা অমা ওইরগা মচা ঐখোয়বুনা নুংশিখীদবা। ইমা অতোম্বীসি হাংলসিন্না? মসি মাগী চাক্তা হ হৈন্নিনগা পীজন্নদি। মখোয়' য়ুমসি মৈ থান্নক্রুনা চৎত্রসিরা। জিংথনিনা

চাক্লোই। ইথন্না মওল মওল খঙ্গি। ফমুতো কেরোসিন হৈছিক্লগা হৈ থাক্লগা পাংলোমদা হেক চেনখিম। লোইন্না হাৎতোকপা। তুমবগী ঐঙোন্দা,

–"সনাতোম্না নপা খেননব্রা?"

খণ্ডপ্রেক খণ্ডতী ঐহাক। ফম্লমদগী ঐহাক চপ লেপখৎলি। ইমাতোম্না ঐঙোন্দা হায়্নকপলি। ঐনা খুম্মী,

–"খেনস্ত্রি।"

থুমোক অমগা কৈথেল কুম্নকই শাপ্রবা নুংশাদুনা। শেংলি চারিবা ফিরোলশিংদু কয়া নানদে। তিলহৌ মনমওই বেরি মনমওই করিওই ইনাত্তা শাইরুক্তু থারগা মচাদুনা লাউরকই,

–"ইমাগী তুকপী, ইমাগী মোকপী নুংশাদুনা শাইরোং মরু তাদুনা লৈরব্রা? কবোক চাররো, ইমানা কবোক লৈরকএ। ইমাগী তুকপীনা, ইমাগী মোকপীনা।"

থুমোত্তুন্দা বোরোই খরগা থম্মৌ মতেক মতা খরগা য়াওরি। ঐঙোন্দা চাও হায়দুনা থম্মৌ মতেক অমা পীরকই। হঙ্গল হঙ্গল কৌরকই,

–"ইমাগী মোকপী, ইমাগী তুকপী।"

ইথন্না খঙ্গি –করি মীঙ্গৌনোনে অসিবো। অতোম্বী ঐসিবু সুমাইনা তৌজাংলা। মচাসী ওকপী হায়রিব্রা? মো মপী হায়রিব্রা? মচা কৌবা ফাওবা নুংশিদেদা। তুপী হায়রিব্রা? তেকপী হায়রিব্রা? ঐহাক তাবদা য়াম্না হৈনরমদে। মমানা মচা কৌবা ফনা য়াম্না তারে। ঐ জ্ঞান তাদে। নহালমথৈ মীংগী অর্থগী মরমদা খল্লুব্রবস্থ ইমা অতোম্বীনা মাগী মচা অনীদা কৌবা খুৎকৌ অসি তারগা মোকপী, তুকপী হায়রিবসি করি হায়রিবনো খঙনিঙলকপতা নত্তনা মীং থুদিঙমক অর্থ লৈব্রা খঙনিঙলকই। হঙনিঙলকই। ঐহাক্লা বেরি মনম নম্মিবদো চুম্মী। শাইরুক্তগী বেরি মতেক অমা লৌথোক্লগা ইমুংগী বামৈদা চমলুরগা অমুক থোরত্তুন্না মাঙোল মচিদুনা মখোঙ মখুৎ তিংথোত্তুন্না থকই। মাগী মশক মওঙ মতৌ উরগা ঐগী ইপানা লৌরিবা ইমাতোম্বীকো নঙসে খল্লুই। ঐগী অপোকপী ইমাগা চাংদমনৈ পুক্লিংদা। ইমাতোনবী মুই, নেম্মী, ফুম্নাক্লে, নোয়। ঐগী ইমা ভৌরি, বাংঙি। ইমাতোনবী মমিৎ তোঙঙি, করা হেন্না তোঙঙি। ইমাতোনবীগী অতোঙবা মীৎ, মীৎপান য়েংলুরগা নোংমা তয়াইনা, নাউরিনা কাপ্লগা হাংখিবা নুমিৎয়ুংবী (চোরফোন পাম্বীদগী) নিঙশিঙলকই। মমিৎ অতোঙবদু ক্রোক ক্রোক ওৎলগা য়েংবদো। ইমাগী মিৎতি তোঙস্থ [illegible], থীম্থ থীদে, ফজৈ। ইমাবু থাগৎপগী বা নত্তে। ইপানা লুপলিন্না থবায় অরি করি য়েংলগনো ইমা অতোম্বীগী। ইমা অতোম্বীনা ইমাদগী হেনবা অমথক্তি লৈ। ইমাদগী মানা থবক কনবা। পাঙ্গল কনবা। ইমাদি মপাঙ্গল শোক্লি।

ঐগী পাজি উ শুবনি য়ুম শাবনি। য়ুম শাবগী খোঙ খোঙনাউ চনবগী নুমিৎ

তয়ানিরোম ইমুঙসিদা লেক চানুনা লৈবদগী ইমাতোনসি লৌখিবনি হায়-ইবোক্না। লৈরিবা য়ুমসি পাজিনা শাবনি হায়। ইমাতোন পোকপা ইবোক্তুগা মখোয়মনিত্র লৈজবনি হায়। ইবোক্তু পোংশেম জাদু য়াম হৈ হায়। মহাক মথক্তা পোকচয়বস্থ চহী নিফু য়েৌসিনয়কখলবদুনা লৈশাদুনা লৈবদগী ইপানা লৌবিবনি হায় ইবোক্না। ইবোক্না ভংতনা ঙাঙঙী লৈশাবী গুরুমদো মীগী মতু-মচা লৈবা নুপাবু ফাদ্রবদি মবা নাইবা খঙদবী মহা চন্দালনুবীদো মা উং ওইনা তুমগদবনি।

কনেক খোংদাই অমা শেংলদনা তুরেলদগী ইচোং চোংলদনা ইমাতোন কায়কই। তুরেলদা ইরু লুজরুরিবনি। ইংখোলদু পুথ্রী লৈতে। তুরেলনা পুন্নমক ওই। মাঙোলদা চাক্কু থাংদোয়কই। ঙারি অয়্রৌবা অমা অনীগা মোরোক খুয়ামুক্তুগা তেংকোংতু তংখায় য়োনিংচিং মেৎলগা ঐঙোন্দা হায়রকই,

-"নঙদি চাক চায়কঅব্রা?"

ঐনা,

-"চায়কএ।"

-"শেংনা চায়কলব্রনে নুপা নঙবো?"

কন্না লাওরকই। ঐনা চায়কএ হায়দুনা তপ্না খুম্মী। মানা হক্লিবা চখোমদু কয়াদা চাউত্ত্রবা। মসিমক্লা মপাঙ্গল কনবা জাংনি। ইমানা চাক হুকপদি মক্ল অমনি অমনিদা হক্লিবা চখোমসিদি ঐখোয় ইমাগী চাকলুকতো মাগী চখোম মরিদগী হেন্না থোক্লোই। চাক চানা চানা হায়রকই,

-"নংবু নপাগী মনাক্তা চংলুগে হায়বরো? লিতান অসি লানথোক্লগা অবাং পাংনা হাইগৎলগা, চিংগোল লানথোক্লগা পাঙ্গল নিজামগী য়ুম শান্নিবনি ঙাইবা বায়গা চংলুগেরা? "

ঐনা খুম্মী,

-" য়ুম ঙাইগে"

ইমাতোন্না হায়রকই,

-" ঙাইয়ু ঙাইয়ু।"

অপীকপা অঙাঙদু চাক চানা চানা ইমাতোনগী শেগ্রাক্তা চপলি। চাক হেক তোকপগা চুন্নি ময়াদা উং বাই খয়গা কোল লিকসিংদো ফেংদোকখ্রে। অদুক য়াম্না ঙসাইগী মোরোক্তু চাখিবদা শি হায়বীদে। ঐনা খল্লি -ইমাতোনসি খৌনাফাওদি কন্তাংনি। ঐখোয় ইমাদি ইয়োনবদা মোরোক মঙাদগী হেন্না থাকতে। পুক শাওগংকনি হায়দুনা।

ভনাঙ মতোনদা লৈরিবা শন পাবোংতুদা শজিক অমুক থান্ত্রে। অমুনা কা ভনখেং খেৎলগা মাঙোল লৈবাক্তুদা মখোঙ মখুং তিংথোক্লগা কা মনাদো গুনু

চকুপুদগী খুদোমীনা কোংলগা থুংনা তৈরগা মরমদু লাওনা কাখেল্লগা মথমাংতু পীক থনবমখৈ হকচিলখি। অদুগা মচিন মেনশিন্নগা বা ঙাওবদৌনা ঐঙোন্দা

-" নুপা নঙবু কা চল্লনে?"

ঐনা মঙোন্দা য়েংঙি। অদুগা খুম্মী,

-" চদে।"

ঐগী ইমিং সনাতোম্বা কৌই। ইমানদি ঐবু সনাতম্বক কৌই। অদুগা ইমাতোম্বীনা নুপাগাইনা হায়রকপসিদা ঐহাক শাউনিংবা কাওরম্মী। ইমাতোম কৌবগী মহত্তা হিংচাবী হান্নীংলক্লম্মী।

-" নুমিৎ তারকনি, নঙ ঙাইবা ঙম্মোয়, লিতল লাক্লগা চৎলুচোনে।"

ইমাতোম্বীনা ঐঙোন্দা হায়রকই। মফি মরোল হোংদোক্লদুনা থুম্মোক পায়রগা থোকখ্রে।

-" ইমাগী 'মোকপী থোক্সাল থোকনু, ননাও তুকপীগা ইমুংদা অদুম লৈয়ু"

হায়র হায়রদুনা থুম্মোক্তু শেগ্রাক্তা য়েপ্লদুনা বেরী মচৈ অমা খপ-খপ চিংলগা কোম্মোঙ বাঙমা লানখ্রে। ঐনা মচানুপা অহল রাজেসতা হায়,

-"নখোয় ইমানা চংখ্রিবসি কদায়দনো?"

- "আ পামদা য়োংচাক হেকপা।"

-" পাম হায়বদি?"

-" আ স্তুম চৎলগা চীং অমা লৈঅবা। চীঙদু কারগা মরিংদগী য়োংচাক হেকউদ্রেইবা।"

-"নখোয় ববানা থবক শুফম খঙব্রা?"

-" খঙদে অদুদি।"

-" করিগী থঙদ্রিবা?"

ঐনা হায়। ঐঙোন্দা যুম্না য়েংলকই, মনাও শমশাংবদু। মচিল মনাওনা ঙসাই তাখিবা নাউরি মরুদু অকং অকংবা থল্লগা চেখাউদা হাপচল্লি। মচিন মনাও বাদি অমত্তা ঙাঙনদে।

কোরৌহনবনা লেম্মা লৈতনা চৎলি হায়বগী প্রমান, শাময়া নুংশাগী অয়াকপা মঙাল পুম্বা মাঙখ্রে। ইঙথরক্রে। ঘড়ীগী সেকেন কতানা তেক-তেক চৎপগুম নুমিৎশু থাক-থাক নাইনা মঙাল শিথরক্লি।

অনকপদা থাকল চোংবগী খোল মখোল তারকই। লৈশাবী থোয়কও হায়বগী মাইক্তা লাউরকপা মখোল তাই, ঐ অমদি ইনাও অনী। ইনাও অনীবু হায়নিঙমে, শমঙাঙবা মবুক তহি-তহি কংবা অঙাঙ্গ অনীদুনা দারিদ্য খোঙ য়াম্নরগ্না ফমলি। নুমিৎ তাশিন্নকপদুদা ইমাতোম্না পুখিবা থুমোকতু য়োংচাক্লা পীক থম্না হাপ্লগা পুরকই। অদুগা দাড়ি মচিদুদা দম থাদরকই। লৈবাক্তো নিকপোই লিঙথী। ইমাতোন ফনা কনবা জাৎনি। ঐঙোন্দা হায়রকই,

–"সনাতোম্বা নঙ লৈরিজাং ওইরে।"

ঐনা 'উম' খুম্মি। মচা থম্না পীকপদু নিঙাই তৌরি। ঙসাই মখৈ তুমীন্না লৈরম্বদু তুকে–তুকে হায়রকই।

–"তুকহন্দনাকো ইচা তুকপিবুনি"

হায়রগা ইমুঙগী মৈ চুখংলি। কোয়চং চংপা হুইবীদা হুইনাওনা ইমবগুম মচা শমঙাঙবদুনা কপনা কপনা কোয়িন ইমরি। তুকে তুকে অমুক অমুকন্থু হায়রি। ঐহাক তুমীন অদুম লৈ। মাঙোল মচি অমদা বিরি চিংলগা ইমাতোন, মখোঙ মথুং তিংখোত্নুনা ফমলি। শমঙাঙবদুনা মমাগী ফুন্নিং তাথংপা লাক্লরি। য়াজেস তুমীন্না মমাগী মনাক্তা বা অমতা ঙাঙদনা ফম্লি। ঐহাক হৌজিক্তা অর্থ খঙলকপগুম তৌরি। থকপা হায়বসি তুকপা হায়বনে হায়বা। ইমাতোম্না তুকপী হায়রিবশে ওকপী ওইরমদ্রে। ঐদি মচা মবুক কংবদুদা ওকুম্না নোম হায়দুনা ওকপী কৌরিব্রা খনলুবনি। অদুবু থকপি হায়বগুম্বা ওইমল্লে। জাং জাংকী মিঙৌ হায়বদুনি।

ইমাতোন ইমুঙ চঙখ্রে চাক মৈ থাগৎখ্রে। ঐঙোন্দা হায়রকই,

–"সনাতোম্বা ইমুঙদা চঙলকওদনা কৈদৌবা য়াওরবগে নপা উন্নদবা য়াদবরো?"

ঐহাক তুমীন লৈ। পাউখুম অমত্তা পীদে। মমশিলনক্লবদুদা য়ুম নুংশিরকই। নুমিৎ পূমত্তা তারে। মমলে। পাজি লাকত্রিফাওবা মপান্দা লৈগে খল্লি। ঐহাক লৈখিসিরা হনত্রসিরা খন্না খন্না নুমিৎ তাশিন্নকখি।

খোঙ্গাদা কোম্বোঙ ক্রোক ক্রোক তৌরকই। কোম্বোঙ ময়াদগী লাউরকই

–" ইপাগী মোকপী নমা হল্লকব্রা?"

পাজিনা লাউরকপা খোজেলদুদা ইমাতোম্বীনা ইমুঙদগী,

–"লাকলে–লাকলে"

খুমলকই। খোঙ হাংদোক্লগা ইমুঙদা চঙখি। মাঙোল মচিদা ফমলিবা ঐহাকপু মহাক্না হন্না ফাওবা য়েংলমদে। মমলবন্থু ঐদি মাবু উই। ঐহাক পূক্রিঙ য়াম্না নুংশিরক্লম্মী।

–"ইপাগী তুকপীদি তুমখ্রবরা? ইপানা থাবক অমা লৈরকএ, খোংঙগা চাখিনবা। নমদুনা পুরক্লবনি ঐনা ; জাদাননা বোম কাম্নে হায়দুনা কয়া চাউখ্রবা ঙাক্লিন অমা ফারে। নঙ চাদবদুদা ঐনা পুরকত্রবনি, হাউখ্রদৌজাংনি, ইবেম্মখোয়না অহাওবা চাবীদবসিনা।"

মরী মরী লেপতনা ঙাঙখরকই পাজিনা। ইমাতোম্বীনা মরক থংনা ঙাঙলকপা তায়,

–"সনাতোম্বা লাকপনি, ইমুঙদা চঙলকউ য়াদে।"

বাজিনা হংঙি,

–"সনাতোম্বা হায়বদি?"

পাজিনা হায়বা খোজেলদু তারগা ঐহাক শ্বর ফুনগৎলক্লম্মী। ইমাতোম্না,

–" অা আগী"
হায়। পাজিলা মৈ অমা পায়রগা থোয়রক্লগা,
–" হায়, নঙদি চঙলকপা য়াত্রা ইমুঙদা, অমত্রদুদা কৈদৌরিবা? চঙলকউ চঙলকউ।"
ঐহাক য়া অমত্তা ঙাঙদলা তুমীন লৈ। মৈদু মপান্দা থনম্লগা ইমুঙদা বাজি অদুম চঙখ্রে। ঐহাক ঙশাই মখৈদি করিস্থ তৌরমদে। মহাক লাকপগী থোঙ্গেল তাবদগী পূক্লিঙসে পঙনুঙদা নুংশিরক্লম্মী। মিত্তগী পিসে মথন্তা পঙতাদা তারক্লম্মী। ঐগী কুরিত্তা হঙ্গল হঙ্গল তৈথোকই। ইমাতোম্মা ইমুঙদা হায়,
–"অঙাঙ লাক্লিসি থম্না হং থোক্তুনা তৌদনা কৈনো হোয় মায় হায়দনা তুমীন্না লৈরিসিবো।"
পাজিদগী ইমাতোম্মা হেন্না করত্রা থল্লকই থম্মোয়নুংদা।

ধোম থিনবা মখোলদুনা অমুক 'মুক হৌনা তারকই। ইমাতোন চাক থোংবা লোইরক্রে। নুপী থম্না লাকই। থাবল চোংবা চৎসি হায়দুনা হৌবা লাক্লিবনি। পাজিনা,
–"মেমতোন ঐথোয় সনাতোম্বস্থ থম্না পুবিখো, থাবল চোংবা য়াওহল্লু, ঙহাক চোংলগা লাকউ, য়াম্না কুইনা চোংলকনু।"
–"কনাই সনাতোম্বনো খূড়া?"
নুপীদুনা খুম্লকই। মহাক ঐনা হল্লমগদবা মাল্লি। শকতাসিগা কেন্নিবা খুৎকেসিগা। মচিননেনা তৈরিবা লিপস্টিকসিগা, বিন্দি শকতাসিগা। পাজিনা,
–"ঐথোয়' সনাতোম্বগা।"
হায়বদুদা ঐঙোন্দা মুম্না য়েংলম্লগা তুমীন লৈখ্রে। ঐহাক পাজিনা ঙাঙলক্লিবসিংদো তারগা য়াম্না শাউনিঙলক্লম্মী। ইপানেনা হাৎপা কাওবা ঙমগদৌবা মাল্লম্মী। ইমাতোম্মা চাক চাসি হায়। ঐহাক খুমদনা তুমীন্না লৈ। থাবল চোংবা লাক্লিবা কয়াদুস্থ চায়, থাবক থোংবা হাউবি হাউবি হায়।
–" ঈরিল ভুরেলগী থাবকসিগী মহাওসিদি"
ইমাতোম্মা হায়। থোকখ্রে ইমাতোন, মচা অনী পুরদুনা। মনঙলদা অমা পোয়গা অমনা মখোঙনা চৎহল্লগা লালতেন অমা পায়রদুনা মখোয় থোকখ্রে, কোম্মোঙ লাল্লদুনা।
–"চাক চারসি লাক্লোদনা, করিমো অপঙদৌনা তুমীন, য়াঙ লনঙ অমত্তা ঙাঙদনা লৈরিদুবো?"
পাজিনা হায়রকপনি। য়োংচাক শিংজু পুখম অমগা, ঙা থোংবদুগা, পোলোন অচৌবদুনা মৈরী য়া য়া কানা থাল্লগা পাজি চাক চারি। কয়াদা নুঙাইরিবা। ইমানা নাদুনা লৈ। ইবোক মপাঙ্গল শোল্লবনি। খা য়াংদগী চেঙ পুকলা ইবোক উবদা থোঙ লোম্নরবনি। ঙা থোংবদি লায়রদুনা চাক পূক থম্না কাওবা চাবা ফংদবা ঐথোয়না। ঐহাক মাগী

ফমুংদা চঙলগা ফক্লাঙলোমদা মায় ওনশিল্লগা তুমীম্না হিপলে। চাক লাম্বনা ইশাগে ইপায় পায়বগুম তৌরক্লম্মী। ঐহাক কপনিঙলক্লম্মী। থোঙ কোমশিন্দুনা থাঙলম্মী।

–"হায় চাকসী চাথোকওনে, চম্না হেল্লগে হায়রিব্রো?"

পাজিনা হায়রকপনি। মহাক চাক তোক্লগা ইমুংগী থোঙ ওাশিল্লম্লগা মপান্দা থোকল্লে। ঐহাক্লা মায় ওম্মোক্তুনা য়েংবদা কাদু কনাগু লৈত্রে। দোশি অচৌবা পোদেন অদুগী মঙালনা কাদুগী অমোং অকাই পুম্নমক উম্নি। সগাই মথক্তা ফকলেন অনী অমম্ভু লৈকাঙ ময়ম্ভল লৈ। লৈরঙ মপাগী সগাই মথকতুদা চুজাক অকঙবা ময়াম অমম্ভু য়াম্লি। থুমোক, শাইরুক কয়া অমম্ভু সগাই মথক্তুদা লৈ। য়ুমগী সনামহিরোমগী নাকললোমদা ফৌগী কোং অমম্ভু লৈ। লৈকাঙনা য়ুমগী য়াঙলেন্দা চরোং চরোং য়াম্লী। ঐনা কা অদু করি করি লৈবা কোয়য়েং কোয়য়েং য়েংলম্মী।

থোঙ ত্রোক ইল্লকই। ঐহাক মায় শং লৈথোকই। তুমশিন্নবা শাই। লোয়নমক হল্লক্লে। য়াজেসতু ঐনা তুম্লিবা ফমুংদুদা থাঙ্গৎলকই। তুম্লমালে হোয় মাই হায়দে। অপিকপদুনা মথাগী ফমুংদা স্নুমখ্রে ঐ থঙঙী।

–"ইমাগী তুকপী শে, তুম্মো"

হায়দুনা পোরম্বদগী থাবা, শ্বয় চাউনা হোন্দোকপা ঐ লোইনা থঙঙী। ঐঙোন্দা কমপোয় অম্বুবা অমা শুপচিল্লকই, পাজিনা। পাজিগী ফমুংগা ইমাতোনগী ফমুংগা থংননা থই। ইমাতোনগী ফমুংনা থয়া বাংবা হেল্লি। য়াহিপ ফজ্জদ্রবদি পাজিগী ফমুংদা তাবা য়ানা লৈ।

ইমাতোম্না থাবল চোংবা য়েংলুবগী বারী শীথরকই। পাজিসু ইমাতোনগী ফমুংদা হিপ্লগা বেরিদু পেদ্রেক পেদ্রেক লাউবা ফাওবা চিংলি। ইমাতোম্না 'কদায় অমুক্তা চিংগে' হায়। শে শে হায়দুনা পাজিনা পী।

–" নঙসু লোইনা হেক থকইদা"

ইমাতোম্না হায়। ইমাতোনগী বেরি খুৎচিংদু ফনা কল্লি থঙঙী। উনা ময়ম্ভল নুংশিং শিংপদু ঙায় – হুং প্রেক প্রেক। ইমাতোনগী বারীদো অম্মম্না হৌরকই,

–"হৌজিক কালগী পাখঙ মচাশিং অসিনা থাবল চোংলীবনেঐনা য়েংবদা তুকথচল্লেদা। মত্রাঙদু ফং অমুক ফাকতোকই, চপ অমুক চপশিল্লি, মনিঙদু থপ থপ অমুক থপলৈ, চপ চপ অমুক তিংথোক্লে। ওম্মোক্লা য়েংনিঙথিদ্রে।"

পাজিনা হায়,

–"লৈশাবী মচা মথৈনা পামজবী শোম্নু উৎলিবনিনে। মতমগী অহোংবনিনে ইবেম্মা।"

ইমাতোম্না মখা শীথরকই,

–"লৈশাবীনেঐনা তৌরিবশিংদুসু অমহালি, মহৌশা ঐথোয়না চোংজয়কপগা মান্নদে। মত্রেংগাদু থপ থপ থম্নিনে। নুপীনবু নুপাগী মত্রৌ অমলুনা জোয়ম্বিনে।

মীং ওম্বোক্না নাপ্ত্রেদা হৌজিক কালগী অঙাঙশিংসে।"

পাজিলা খুম্মী,

-"অদুগা তৌজগে হায়দুনা পৈশা খায়নদুনা চোংশিবনিনে।"

কাদুনা খাম্লিবা মৈদু মুৎখ্রে। ঐহাক শ্বর পীক্লা পীক্লা হোন্দুনা মখোয় করি অয়েনবা বারী শান্নি হায়বা তাবা লাক্লম্মী। মখোয় অনী অমমবদুদা ছুরুঙ ছুরুঙ ঙংনেরম্মী। ঐহাক মায় লৈখোকে তৌবদুদা শ্বর খজিঙং চাউনা হোনগ্রমাক্লে। ইমাতোম্না লোম্না হায়খিবা তায়,

-"অঙাঙ তুমত্রিমাক্লে।"

ঐহাক শ্বর পীক্লা পীক্লা হোনবদা অবাবা অমা ওইরম্মী। তপচিল্লগা খাঙবগা চাক লাম্নগা, ঐহাক বানা খাঙলম্মী।

ঐহাক তুমলুরমাক্লে, নোং ঙাল্লয়ে। উচেক-বায়া খোংবা অমদি নুমিৎ থোরকপগী মঙালনা ইঙাল ঙাল্লয়ে। ঐবু মখোয় কনামতনা হৌদোরক্তে। ইমাতোন কৈথেল কাননবা শেম শারয়ে। পাজিদি লৈরমদ্রে। ঐহাক ইথক্তা খল্লকই -ঐহাকসি কয়াদা পাঙখিদ্রবা, ঙরাংদগী লেঙ্ভনা লৈরক্লগা করিমতম্ হায়হৌদবা, হায়বস্ ঙমদবা।

ঐনা পায়জিদা পাজি কৌবা ঙমদ্রিবা করিগীনো? তয়ায় 'খোয়নী ফুলদগী তাম্বোরকপা, ইমা নাদুনা লৈহৌবা, ইবোক শোনবা, চেঙ বান্নবা পৈশা, ইবোক্লা শিন্নরকপা ময়াম, ঐসি কয়াদা পাঙখিদ্রবা। পাজি উরগা ঐগী শিয়াং হৌরক্রিবা, ঐগী থৌনা পাঙ্গল পুম্নমক শোম্বরিবনা করিগীনো?

ইমাতোন, ঐঙোন্দা করিমতা হায়রমদে। মচা অনীদুদা যূমদা লৈয়ু ইমা হাউবী লৈরকে, লমজাও থোকনুকো হায়রম্লগা কৈথেল কাপ্রে, ঙরাংগী য়োংচাক ময়ামদু পুরগা। ইমাতোন চংখিবা ঙাইহাক লৈরগা পাজি থোঙালদা চঙলকই। অদুগা ঐঙোন্দা,

-"চৎলো, ঙসি মঙালি লৈরগা লাকউ, ঐহাক পৈশা হৎলুবনি।"

ইবোক্লা শিন্নরকপা ময়ামদো হায়বগী মহৎতা অস্থল্লা হায়খি,

-"ইমা নাই লাউ।"

ঐহাক শ্বর যুনগৎলগুলা বা ঙাঙথোকপা ঙমলমদে। পাজিলা হায়রকই,

-"পৈশা য়াওব্রবদি কৈদৌরুনি চৎলো। ঙসি মঙালি লৈরগা লাকে।"

ঐনা হায়খি,

-"লাকত্রবস্ য়ায়নি।"

ঐহাক বাহৈশিংসি মপুঙ ফানা কাওবা ঙাঙথোকপা ঙমলমদে। খোজেল খোক্লা কপখোকখিরম্মী। কপনা কপনা খোজাল খোরক্রে। কপনা কপনা,

-"নঙ কঙবা মীনি"

ঐনা হায়রম্মী। অদুবু মদু খোল্লেল খোকপ্রা খোকতস্ত্রা খঙদ্রে। মরমদি ঐহাক শ্বর মুন্নগৎলকপঙম তৌরম্মী। ঐনা কপনা কপনা মুমলোমদা হল্লকপদুনা অচং অওকপিংলা ঐঙোন্দা য়েংলক্লম্মী। -কনাই অঙাঙনো ইবুঙঙো নঙবো? হায়বন্থু য়াওহৌবি। ঐখোয়গী শোয়েক মৌবদুদা ইমান্নবশিং লাইরিক তম্না কানমল্লে। মুখ মৌবগা ইবোক্লা তাটৌদা ঙাঙলমবদু তায়। হংলুচো, খিরুচো হায়দুনা। ইবোক্লা ঐ উবগা, ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা ঙাঙলকই,

-"নপা য়াম্নি মচা, কোক হল্লকপা য়াদ্রো? মহা পাপিদুগী মনাঙল করিগী অহিঙ লেকপি।"

ঐহাক মা অমত্তা ঙাঙদনা ইমুঙদা চঙলে। ইবোক্লা,

-"শিয়বন্থু মঙায়রে মতুং অমুক হন্না মহা পাম্নিদুগী মনাঙগা চৎপা য়ারোইকো" ঙাঙভী। ইমাদা অমুক ওনশিনখি-'চন্দালনুবী, নঙনা নচা শেম্না ঙম্বগী বা লৈতে। নখৌনা লৈতে। ঐদি ঙমদ্রেদো। নঙনা হিপতুনা লৈবনা ওইবা য়ারোই। খ্বাঙচেৎ শেৎচিন্নু। নমান্নবা ময়াম অমা মচা মত্ত থাক্লিবনি। ঐখোয়দি খৌবাল তান্না চৎলগা ললোনক্লিবনিনে। হৌজিক্তি পাঙ্গল ময়েং তারেদো। মখোয়বু চাউনবা হোৎনবদা অকনবা নুপা অমনা ঐগী লবাইদা পুরিবা পোৎ খোঙ্গৎপা ফাওবা ঙম্না নত্তেনে। অদুগা হৌজিক্লা মতু অতোম্বীনা হেন্নে, মবা-মবাদুনা হেন্নে, হায়দুনা হন্না ফাওবা য়েংলঙবা। নিঙোল লমশাশিংদুস্থু মখোয়বু খৌ শঙবায় অমনা, ঙা তুঙ্গোল অমনা চাউন্নকপ্রা? নয়াশিঙ অসি চন্না হেন্নে পৈশা খজিত্তা পীয়ু হায়রম্ববু মপা চাউদ্রোক চাউনা লৈরিদুবু ইমানা করিগী বাকম খোকপগেনে? দিহে ময়েং তাখিদুনা তৌবনিসে, হেন্না লাকচৈদা। লাকচৈদা হেক শোম্বখিদা। কল্লমগুবনিদকো ঐহাকসে। ঐ উবদা খোঙ লোম্নবনিনে, নিবা লাক্লে হায়দনা। মীনা হায়বন্থু চুম্মীবা, নচা নুপা চাউদ্রোক চাউনা লৈরগা হায়রিবা।" ইবোক্লা ইমাদা ওনশিল্লকই,

-"অতো ইবেম্মা, নঙনা তৌহৌগদবসি লুই। নচা ময়াম অসিগা, ঐখোয়দি লাববু শংদেনে। নকু ইবুংঙোলা নুপী কোয়বা চৎপা, খুলু তুনবা চৎপা, ঐনা লালোনবা চৎপা, ঐঙোন্দা এজাঙ হাওতে হায়দুনা ঙাঙবা ঙম্লিবনিনে। নঙনা দুকান্দগী চেঙ শোৎপা ফাওবা ইকায় হায়দুনা লৈরবদি নচাশিংসি মী ওইবদি লায়রদনা অমত্তা হিংলরোই। নচা চাউহৌরগা লোইরে। ইকায় ইকি থাদোকপবনিনে, ইমাগী ইবেম্মা পঙগনুনে। নহাক লৈশাবী মচা নত্তেনে। কনাবু ইকায়গদৌরিবনো?"

ইবোক চহী অমরোম শোন্নগা নায়ম্মী। লায়য়েংদনা শিথি। অদুক শাংনা নাবদু হিদাক অমত্তা লৈরগা পীজখিদে, ইবুবোক লালানা পূক শুবদুনদি ইবোক কনখৎলকপা ঙমখিদে। লোংমা লোংমগী শোনজিল্লকখি। ইবোক্লা নাদুনা লৈবদুনা ঐগী ডাক্টর তমনবগী মরু হনখিবনি। ঐহাক ঙসিদি ডাক্টর ওইরে। ঐনা লায়েংঙলিঙবা

ইবোকুদি লৈখিদ্রেদে।

-"মখিবোঙ য়ুশি থকত্রবদি চঙলকপা কদায়দগী ঙমলদগে। মতুশিংনা ফাওবা হনুবা অঙাওবা অমা লাকএ হায়বীরে।"

ইমানা মনীংলোমদগী ঙাঙলা ঙাঙলদুনা থোরকই।

-"ঐবু ইচানা মশক খঙদে হায়রে হায়দুনা কপহৌরিনে।"

ইমানা ঐঙোন্দা তল্লে। ঐনা ইমাদা হায়,

-"খঙদে খঙদে, ঐ মাবু মশক খঙদে।"

-"তৌহেদে তৌহেদে অদুম্না হায়হেদে, মানা তৌবনা মানা কংজরিবনি। নুমিদাং লোক থুবনা তুমত্রে, থবাক য়াম্না নারে, ইচাদা লায়েঙহনগনি হায়দুনা লাক্লিবনেঐয়ে,"

ইমানা হায়। ঐনা,

-"লুপা লাক্ক অমা পীগে হায়রবস্তু য়েংলোই শিগে শিজখিসনু। মাবু ইপানেনা কৈদৌদোইনো। মথিবোঙ য়ুগাস্তু থক্লিনে, মমং লাম্বা ফঙলবা মানা ইকায় খঙদবা, মীগী মমাঙদা ইকায়, লাক্কনু হায়য়ু। শিরবস্তু আদা শিন্নু হায়য়ু।"

-"হোরেল য়ু ঙাওবা ফরক্লগা ইকাইজগদবনি, মমৌশিং মতুশিংগী মমাঙদা। থরা হেক য়েংবীয়ু ইচানা। চঙলকপা ঙমদ্রবনিনে য়ু থকত্রবদি। ইচানা য়েংলগা ফনি হায়দুনা লাক্চরিবনি"

ইমানা হায়। ঐনা ইমাদা হঙী,

-"ঐবু মী ওইনবা, চাওননবা হোৎনরকপদা মাগী শিকি য়াওখিবরাঅবা? মহাক্তি অতোম্বীগী মচাদো অদুনা লায়েঙগদবা। মানা মী ওইনবা য়োকপী থাকপীখিবা অদুনা মাবু অমুক লায়েঙগদবা। ঐদি মাবুদি লায়েঙবা ঙম্লোই। চাক ফাওবা পীজরোই। ঐনা শিরবস্তু হোৎনগদবদি ইবোক্না ডিক্কা নিবদা হায়রকখিবা, ঐখোয়বু নুংশিবীরকখিবা কনা কনানো মখোয়দু হায়য়ু। ঐ মখোয়গীদমক্তা লৈরিবনি। ঐ মচাবু-মতবু নুংশিবা কনাগীদমক্তা লেপ্পা ঙমগনি। মখোয়শিং অদুগীদি তৌফম থোক্তবরনে ইমা। মচাবু পোকথোক্লগা নুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংবীদবা মপা অমবু কয়ম্না নুংশিফম থোকপগেনে ইমা। ইবোক য়াম্না কম্না নারে, মাইথনা মতম থারে হায়রফাওবদা লাকউ য়াদবা, শিরবা মতমদতা কপশিন্নরবা অসিবু ঐগী ইপানেনা নুংশিফম থোকপ্রনে ইমা? মানা হায়খিবা নৎত্রা ইমা ইচাদা মখোয়গী শুমাঙদা,অতোম্বীগী মমাঙদা -'লোইনা শিত্রো, ঐ বাই শংলগে।' ইমা ইচা ঐখোয় মরিনা মখোয়গী নুংঙাই য়াইফবদুদা অকায়বা পী হায়দুনা। কাউরম্রা ইমা নঙবো? ইমা ইচা, ইবোক ঐখোয় কয়াদা বানা লেপ্পকখিবা। লমহাঙশিদা ঐখোয়বু কনানা নুংশিবীখি? ঐখোয়বু কনানা হয়া য়েংবীখি। মা অমা লৈনা লৈনা ঐখোয় কয়াদা তুশোন্না হিংলকখিবা। অমম্না অহিঙদা শিংলকপা লোং

নুংশিৎ মমন্তা, ক্র-ক্র হাইরিবা উশাদা, কায়নোংফম খঙনদা লেনবা উচেক য়ায়াঙম। কান্নদে ইমা ঐ মামু নুংশিবা ঙমদে। মান্না মকখাসিদা লৈরবদি ঐ কাতরদা লৈখিনি।"

-"ইচানা হায়বা লোইনা চুম্মী। অদুনা মানা তৌজবনা মনা ফজেনরিবনি। ইচাদি মী ওইরবনি, লৈবাকী সেবা তৌরিবনি। ইচাদি মীনা সনমান তৌনরিবনি। য়েক্রবা নুংশিনদবা অশাওবা লোইনা থাদোকদবনি। নঙগুম্না লৈবাকী সেবা তৌরবা অমনা অদুম্না শাউবা হৌনব্রা? ইমা ঙসি বা অমা হায়গে। লাইওইগ্রবা নবোক্রা হায়রম্মী 'মীওইবদি মীনুংশি লৈগদবনি, পুন্নমক ঈশ্বরগী লীলানি। ঐখোয়না খঙবা নত্তে। ঐ মঙায়রে হায়বা তৌহেদে। তোল্ল তারবগীস্থ ঈশ্বর লৈরি হায়বদু কাউগনু।"

-"ঐনা হায়রিবসে ঐ মঙায়রে হায়বা নত্তে ইমা। মহাকপু নুংশিফম থোকপ্রা হংবগী য়াল্লি।"

-"ইচানা হায়রিবদো ঐ লোইনা খঙঙী। জগৎ সংসার অসে ইমাগী ইবুঙঙো, কনানা কনানো ঈশ্বর মাগী লীলানিনে। নপানা তৌরিবসে মানা তৌগে তৌবা নত্তে, নহালমুকী মপোক্তা ইমাগী পাপনা নপাগা কায়নৌ হায়না তম্ম্রননি। ইচানা নপা নত্তে কাতরদা লৈখ্রগে হায়রগনা নপাগা ঐগা নঙগী তয়ায়গীদরা নত্রগা নঙগী তাচৌগীদরা লৈবা তারেদনা। ইচা কাতরদা লৈখিবা য়াদে। ইমা হৌজিক কনাগী মফমদস্থ লানবা য়াদ্রে। নহালমুকী মপোক্তা ঐনা তৌজখিবা কর্ম্মনা পুন্নমকসে ঙসি নমা ঐনা ফঙলিবনি।"

-"ইমানা ঐবু লান্না লৌদ্রে।"

ইমানা ঐবু শাউখ্রে, ঐহাক পাথৎলম্মী। তপ্না হায়রকই,

-"লৌদে লৌদে। ইচা লান্দে, নঙগী তয়ায়স্থ তাচৌস্থ অমহানি, নখোয় ইচা ঙাক্তনি। নঙ তয়ায়গীদা মতম থরা, নঙ তাচৌগীদা মতম থরা, ইচাগী নাক্তস্থ মতম থরা লৈরেদনা।"

*****

ময়াম পুন্নমক লোইনা শুমাঙদা তিল্লগ্লে। ইমা মাঙোল মচিন্দা শুৎ-শুৎ কপ্লি। খোজেলদি কয়া হৌদে। অতৈ কনা অমত্তা কপনদে। ইনেশিংস্থ লাক্তুনা লৈরম্মী।

-"নকি হোংদোকেও। পাজিদু লৈত্রে হায়রে, সিদা পোৎলোইননবা।"

মাম্মনা হায়রকপনি। ঐহাক ইমুঙদা চঙলে। ইনেনা ঐবু ফৈজোম হোংদোকউ হায়। খোয়ালদা লৈরিবা জীপতুদা চংকনবা মথৈ কাথৎলে। মথা থংবগী হনুবীনা হায়রকই,

-"ঙমদ্রেদা ঙমদ্রেদা, অনী লোনবা। ময়ুম ইংখোল অম্মক চাউনা লৈরিবু, মীগী

মদুমদুলম্বু য়াওগু ইম্নিবনি হায়দুনা, শিবা মাওবা ঙম্লবা। ইকায়বা থগদবা চন্দোলপু নম্বো পোবা।"

তিপতু থোরে। ইথন্তা খন্নি –চহী কুম্রাগী মতুঙসিদা ঙসি নহাক্কী মনাক্তা চংলি, নহাকপু উনবা। ঐনা ক্লাস আইত তম্লিঙৈ নোংমো হায়খি ইবোক্না –"নথোয় কনা অমত্তা চংপা য়ারোই, মহা পান্নী মীনুংশি থগদবা, মমাবু মতু মচাবু হন্দোকপা ঙম্না মহা চন্দালদুগী মনাক্তা।" লম্নী কত্তবদুনা তোংলিবা ঐথোয় থক থক লিক্লম্মী। মমাঙদা ফন্নিবী ইনে থুং থুং কপ্পি। ঐথোয় বা অমত্তা ঙাঙনদে। খন্নি –"ঐগীস্থু ইন্নাল অমমি লৈরবনিকো।" ফত্রবা লম্নীদুদগী হৌরক্লিবা উযুন মযামদুনা থোরিবা তিপতু তাম্নরকপগুম তৌরক্লম্মী। ঐগী মীৎসিনা উকুলশিংদু মুন্না য়েংবনা কম্নিস্থু থুপতবগুম তৌরম্মী □

চগ্রীঙ

বসতা ফমথবতা ঙায়ম্নি। ঐগী মুপীনা মীথয়েঙ অমা তৌরগা ঐঙোম্বা ইঙ্গিং তৌরকই। ঐনা য়েংথোকখিবদা উরে ইমোম ... লবা মৌ নহা অমথক বসকী ওয়রোম থংবা থোঙনাওগী ময়াদা ফম্নিবদু। মহাক উরম্বদা ঐহাক খঙনীঙ নীংশিংলকই।

নুমিৎতো..., ঐহাক চাক তোক্লগা ওমাঙদা হকচিক লাওলি। কান্নেন থা চঙলকপগী হৌনবা ইমুঙদা মিকুপ অমত্তা লৈবা ঙমদে। ওমচাক্লবনা। অঙাঙ মথৈ মাগী মাগী মথৌ তৌনরি ইমুঙদা। ঐহাক কন্না কন্না নুংঙাইবা সংনায় অমদা তাউরম্মী। নুংঙাইবা হায়ববু অসিনিদনা। কমাদা য়ায়কপ্রবা মতমদো। ইপালা কন্না বালা ঐথোয়

ইচিল ইনাউ অম্বিবু থাকপিরকপা ইপানা য়ানা শেম্বীরম্বনা গুসিদি ঐখোয় লোয়নমক মী-ওইরেরো, ওহ ! ঐগী ইপা ইবুংঙো নহাকপু নুংশিরকইদনি। ইমা য়াওনবা নহাক্না ইমাম্ব শা ইপাম্ব শা ঐখোয়বু মীমাম্বনবা হোৎনবিরকখিবা, ইচিল-ইনাও ঐখোয়বু ইমা লৈত্তে হায়রা কাওখোক্নদুনা, নুংশিবা মীওয়েংগী মথাদা ঐখোয়বু কয়াদা লুনা য়োকপিরকখ্রবা। গুনি ঐখোয় লেপ্লইমা মী ওইরবা মতম অসিদদি ইপা ইবুংঙো নহাক্কী লৈত্রেদ্রো। ওহ ! নুংশিরকইদা-মীওইবগী পুন্সি। অমুক হন্দ্রয়োইবো য়োঁগ্রবা মতম। ইপা ইচা ঐখোয়না লেঙ্কখিবা পুন্সিদো।

— "য়ুমসিবু ওজা চাওমখোয়গী নথ্রা?"

ঐহাক্ক থংদ্রেক্ক শঙঙি। ঐহাক অয়াম চৌত্রিদুনা ঙাখরগা থাবল য়েংলগা য়াসা অমদা লৈরকখনি। নুপীগী খোজেলদুনা ঐহাক ফুক হৌগৎলি। ঐনা হায়,

— "মানি মানি। কনা?"

হোয় মাই হায়দনা নুপী অনীথক চঙলকই, ইমাগুদা লেপলৈ। অদুগা,

— "মশা লৈবীদ্রে?"

ইচঙ থৌন মাঙ থাবীদুনা হায়রকপনি। ঐহাক ইঙক ঙকলম্মী। মখোয় ইফিং ফিংবগুম তৌরি। মশক মওংদুদা মখোয় অহল অমত্তা নত্তে হায়বা খঙলে। মকোক লোয়না খুমজরবম্ব ফজরবা থাবলগী মঙালদুদা মখোয় নহা ঙাক্তনি হায়বশি ফিজোলদুনা ইরায় লায়না খঙঙী। ঐনা ঙকচানরিঙৈদুদা অতোপ্পা নুপীদুনা খোজেল হৌরপ্পা

— "কদায়দা চৎপিখিগে?"

হংলকই। ঐহাক মখোয়গী বাঙাওদুদা বেত্তায়দুদা নোক্লিংবা অমা ফাওরকলম্মী। মরমদি ঐহাক হায় স্কুলদা ক্লাস নাইন তেনগী মনিপুরী তম্বীরিবা ওখ্রানি। ঐনা তপ্না হায়,

— " ইবেম্মা করি তৌবা য়াওনরবগে?"

— "মশা উনরগা খঙগনি"

তনখুম খুমলকই। ঐহাক্ক চৌত্রিন্দগী হৌগৎলগা হায়,

— "অমুক্তা হংখিগেকো"

অতোপ্পা নুপী অমগুম্বনাং মতাইদা মকোক থুম্লগা কয়া উই। কম্বিনো অমদি শোয়দনা তৌরম্বলনি হায়বা ঐ খঙঙী। নহায়োল ওইমা জাৎনা। ঐনা খোঙজিল থয়াদগী লেপলগা হায়রি, ..

— " চাউবা লৈব্রা?"

— "ঙসিগী হল্লকত্রি"

ইনাও নুপী য়ায়মগা চাকপঙদগী থুম্লকপনি। মখোয়ম্ব লোয়নগা এরক্তে। ইনাও নুপীম্ব খোঙজিল থয়াদা থোরক্তে। ঐগী হৃদয়ক তৌবা মতমদু মখোয় চাই অমুক্ত লৈরম্বলনি;

তাবা ফংলমখিরোই অদুননি। ঐনা মখোয়দা,

-" ইবেম্মা, হন্নকত্রি হায়রনে, ঐঙোন্দা হায়রম্বা য়ারোয়দ্রা?"

মখোয়মি ঐঙোন্দগী লৈখোক্লগা থন্না নেমত্নক তৌবীদুনা,

-"সিদা লাক্লিবী নূপীসে থনমগে তৌবনি, ওজা চাউবগী বাবায়া?"

ঐনা,

-"নত্তে-নত্তে, ময়াম্বনি।"

ঐহাক জ্ঞান থংতা তাই। অদুবু পুক্লিংসিদা থংশাউ শুক্লৈনিংলেকলম্মী। লম্বাই লুত্তোনগী শম চপ-চপ য়ুংলক্লম্মী। ঐনা খোজেল নিকক্লা হায়খি,

-" করিগী থনমগদৌরিবনো ইবেম্মা?

-"ওজা চাউবদা ওইনা হংবীয়ো?"

ঐনা শাউনা থুমখি,

-"অদু মশাদি লৈত্তেনে ইবেম্মা।"

-"অদু লৈত্রবস্থ থনম্বা তারে লৌশিনবীহৌয়ো ঐখোয় চৎলে।"

নূপী অনীদু খোজাললোমদা গম গম থোকখি। মখোয়না থনমগে হায়রিবদু শুমাঙ মচিদা ফম্লিবীদুনি। ঐনা অস্তুয়া থামখি,

-"ঙাইখো ঙাইখো বা ঙাঙনখিসি।"

ঐনা ফম্লিবীদুদা ওন্সিল্লগা হায়,

-"ইবেম্মা নঙ চাউবনা লৌরে অসিরা?"

-"উম"

থুম্লকই। ঐনা মখা তাই,

-"য়ুমদি কদায়দগীনো?"

-"ইম্ফালদগীনি।"

ঐহাক হকচাঙসি শাউনিংবনা নিক্লম্মী। শুন্ন ফুলগংপুওম তৌরক্লম্মী। ঐনা,

-"ইবেম্মা শ্বাইসিস্থ ইম্ফালনি। মনিপুরগী ইম্ফালসে বিশু অমথক নত্তেনে।"

-"ঐখোয় চাউবদা লৈনেনা লাক্লিবা নূপীয়ো সিয়ো ববাচৌ? করম্না লবাই নূপীনোনে অসিবো।"

ইনাও নূপী য়ায়মনা হায়রকপনি মহাক কৈশামপাত্তগীনি। হেজ্জুরেতনি। পীয়রিয়ুংদিঃ ওফিসতা ক্লাক ওইরিবনি। ইনাও নুপী য়ায়মগী শাগৈ নাত্তে পুয়দি মোইরাংদা লৈ। ইমূংগী মী পুম্না লোইনা ঐগী তুংদা লেপ্রয়ে।

-"ঙসি নূপী থিল্লক্লিবা মী কনা অমত্তা চৎখিবা য়ারোই।"

-"য়ুমনেনা য়ায়া কনবীবগী বারো? হৌজিকসি অচুম অরান বিচার তৌবীনবা য়ায়া লৈরবনি, ভাব তাবীয়ো।"

ইনাও নূপী য়ায়মগা নূপী অমম্বা খোন কম্না কম্না লাউনরকই। মখোয় থবোক্তা য়ারক্লইদনা

খোঙ্গাল খোকখিগে তৌরি। ইনাও নুপী অনীমক শোলায় লাইত্থু নুপীদুগী মনাক্তা পুশিল্লগা 'ঙাইখো ঙাইখো বা ঙাঙনখিনি' হায়দুনা মমাঙদা থংদি। ঐহাক ঙসায়রাই হকচাং নিক্লা শাউনিংলম্লদো খন্না হম্বয়ক্লম্মী। ঐঙোন্দা চংলম্বা শাউনিঙবগী লাইদো ইনাউশিংদা চঙস্ত্রমাল্লে। ঐনা হায়,

–"নখোয় বা চগৎ চগৎ ঙাঙগনু, তুমীন লৈয়ু।"

অঙাঙ মখে তুমীন লৈ। ইনাউনুপাগী মচা লৈশাবী, পাখঙমচা ফারবা, কনাগী অঙাঙ পিশক লোইনমক্লা শুমাঙদু পীক থল্লে। থম্লমগে হায়রিবা নুপীমচাদু মমায় মথা ওল্লগা মকোক খুল্লগা লেপ্লি। ঐনা তপনা হঙল্লী,

–"ইবেম্মা নঙোন্দা বা অমা অনী হংগে। নখোয় অনী খঙনরকপা কয়াম কুইরে।"

–"য়াম কুইরে।"

মমায় ওন্থিল্লকত্রবস্থু পাউখুমদি শং পীরকই। ঐনা,

–"নঙনা লৈগে হায়দুনা লাক্লিবা নুপাসে মীরৈবাক্তা চংখিবা নত্তে। নখোয় অনী মরী লৈনৈ হায়রবনিনা ফজনা হায়নরগা লাকমিল্লৌ। নঙনা ইমুংসিদা লৈগে হায়দুনা খল্লবদি, নুপীনা নুপা য়াওদনা নুপা মমুমদা লাক্লগা লৈবগী চংনবীসি লমদমসিদদি চংনদবনি। হয়েং নহাক ইমুংসিদা লৈবদা কয়া নুংঙাইগনি থাজদে। নঙগী ইম্ফালদুদদি চংনরমগনিদো। ঐগী ইম্ফালসিদি মওঙ অমনিদো। ইমুঙসিদা লাকদৌরিবা মৌসি মরিনিদো নঙ থারগা। ঐনা হায়রিবসি মূন্না খল্লু। মসিনা ফগনিদো।"

–"খঙনি হাংতোকহনগে।"

শাউনা হায়রল্লগা গম গম খোকল্লে। খোঙ্গাললোমদা। নুপী অনী অদুস্থু মতুং ইমল্লে। –'মখোঙ মরম খঙদবী নুপী অসিবু, ফুসিন্না ইচে' হায়দুনা ইনাউ নুপী য়াইমদো ফ্রুং ফ্রুং চোংলক্লে। খোঙ্গালদা প্রপ প্রপ চেনখোকল্লে। ইনাও নুপা, ইনাও নুপী , অঙাঙ লোইনমক খোঙ্গালদা চেনখোকল্লে। লমজাওদা বা বা লাউনা ঙাঙনরকপা তায়, হাথলো, হাথলো হায়দুনা। ঐহাক ইমুংদা লৈবা ঙমদ্রদুনা লমজাওদা চেম্লোক্লে। কার ড্রাইভরদু ইনাও নুপা য়াইমনা খিনবগা কাউবগা তৌদুনা লৈরম্মী। ঐনা লাউদুনা থামহোকপদগী তুমীন তুমীন লৈনল্লে।

–"করিনো নখোয়না অস্থুক য়াম্না লাঙবা পাম্লিবসিবো?"

ইনাওনুপা অনীত্তবা বা কয়া ঙাঙগদবদুস্থু বা ঙাঙলকই।

–"হেক্তা হাথতোক্লগা লোইরে। লেম্না থাঙমসি।"

ঐনা খঙলোউ লাউরি। ঐগী ইনাও অনীত্তবসে খিকানি। মহাক বা কয়াদি ঙাঙগদে। মরৈ লোমতক ত্তৈই। ঙাঙখোরকপদদি খঙহায় খংজিল ওইনা হাংপা তুম্মনা মাঙ থারগা ঙাঙগল্লি।

ঐনা,

-"ঐখোয় ড্রাইভরদি ইবেম্মাসিগা ইমুং মনুংদা?"

-"ঐহাক নৎচদে।"

-"ইবেম্মাশিংগা করম্না লাকমিন্নরিবনো।"

-"লৈকায়নি।"

মরু লুক্না খুম্নকই। ওয়োক্লা কিরে মহাক। ইনাউ য়াইমগী খৃৎফু খঙপ্রমাম্রে। কার মনুংদা ফম্লিবীশিং অদুস্তু কারগী মৈঙাল দুদা মশম মনা ইকা কায়ে। কম্নস্তু য়াওরি। মপান্দগী ইনাওনুপীশিংনা মশম মনা কোইথ্রকনরা? পুম্নমক লানফাওম্না ইশোন শোম্বুনা উরি।

ড্রাইবরগী মতৌদুদা ঐহাক নুংশিবা ফাওরক্লম্মী।

-"নহাক চৈ চারোয়দবনি, খৌথিনু হায়রগা খৌরিবা করিগীনো?"

ইনাও য়াইমনা ড্রাইভরদুদা শাউনা ওাঙলকই। হোয় মাই অমত্তা পাউখুম পীরক্তে। গাড়ী মন্নাদুদা নোম্বরগা লেপলী।

-"মমায়সি থুগাইরগা ফগদবনি, নঙগী গাড়ীকাসি য়াম্বুৎলুরা।"

ইনাও নুপানা ওাঙলকই। ঐনা লাউহৎলি। ইনাও নুপা য়ায়মসে য়াম্না ফিঙঙী। মপাঙ্গল কৈ। লমসিগী মীপুম খুদিংনা কিনৈ। মাগী লিংজেল মতা অমনি। থৎন-চৈনবা মথোল তাবা য়ারোই জাগাদু য়ৌনা চেনখিনি, লমহেন তুহেনবা মীদুগী খৌজেও হেক্ত পায়খিনি। মওোন্দা শিনি নানি থঙদবা মিহুল অমা লৈ। ঐনা ড্রাইভরদুদা

-"য়ৌরো য়ৌরো শাউনবা য়াদে"

হায়। গাড়ীদা কাথৎখ্রে। ষ্টার্দ তৌরকপগীদুদা মনুংদগী নুপীদুনা হায়রকই,

-"মা কৈদৌগে য়েঙঙু। ওসি মঙানিগী মনুংদা মাবু হেক শল্লগা তান্নমদ্রবা।"

-"ও ইবেম্মা নুপা ফাগে তৌবী,"

ইনাও নুপীনা তনওক ওক্লগা খুমখি। ঐহাক্রা,

-"তুমীন লৈরো, তুমীন লৈরো"

হায়রগা থোঙ্গালদা চঙলল্লক্রে।

থা-ৱাংগী মীওই ফনা য়াম্না পাউ তানরে। কৈদৌনবা য়াওরে হায়দুনা মী ফনা য়াম্না লাক্লরে। পুম্নমক থঙলবা মতুঙদা মহৈ-মহৈ হম্নখ্রে। ঐনা ইনাও য়ায়মদা হায়,

-"বসন্তা চাউবা কদায়দা লৈবগে থরা থিরুচো। মাগী মম্মান্নবা য়তনখোয় লৈরবস্তু থরা কৌরকউ। মানা ফত্তদনা অসিগুম্বা খৌদোক অসি থোক্লিবনি।"

-"মদু হান্না নেৎলগা ফগদবনি, তুম্মিন অঙাওবা, মহা গধা।"

ইনাও নুপানা শোর হোন্দবমখৈ ওাঙথরকই।

শুমাঙদা গাড়ী মচা অনী থৌজল্লকই। বসন্তগা চাউবগী মমাল্লবা অনীগনি। ঐগী মাঙদা মরু লুক্লা লেপলে। মখোয়বু উবদা খঙলে, ঐগী ইনাউনুপাগু মরাল লৈরে হায়বা। ঐনা হায়,

–"নখোয় অনী লাকপা করে, ইমুঙদা ফমসি। তাচৌনা নখোয়গা ৱারী অমা অনী শান্নিংদুনা ফৌবনি।"

মখোয়না শুম্লকই,

–"ঐখোয়স্থ লোয়না তারে তাচৌ।"

–"ঙসিগী থৌদোকসে ইয়াম্বদি পুরা মঙগুম্না থোকখ্রে। ফম্মু–ফম্মু।"

ঐন তপনা হায়,

–"ঙসি লাক্লিবা নুপীসি নখোয় মশক খঙব্রা?"

–"খঙডী।"

–"কমদৌবনো ইয়াম্বদা অমুক্তা শেংনা ৱারী ফীয়ু।"

–"তাচৌ নুপীদো ত্রেক খরা লৈবা নুপীনি। শিংজামৈদগীনি। চাউবখোয়গী কলেজদা টুয়েলব পরীক্ষা থাবনি। অদুনা মখোয় পরীক্ষা খরা ৱাংলিঙৈদগী ভরাদা কলেজ ময়াদা লৈমাল্লে। মখোয় মমাদুনা চাউবদা য়াম্না লুনা তৌবদুদা চাউবনা পরীক্ষাদা খরা তাকপী থোৎপী তৌরুবা ওইরামাল্লে। মখোয়গী য়ুম থংনবদুগী নুপী অমথক লৈ চাউবখোয়গী কলেজদা লাইব্রেরিয়ান ওইবা। ময়ুম পাল্লুরগা হল্লক্লগা লৈবা ওইরা মাল্লে। অদুনা চাউবদা লক্লরকএ হায়দুনা চাউবনদি শাওদুনা লৈবা কুইরবনি।

ঐনা হায়,

–"হায়বদি নখোয়গী মরূপ্না মাবু লৌরে হায়বা নৎত্রো?"

–"নত্তে–নত্তে তাচৌ ত্রেক চুবী নুপীনি। চাউবনা ঐঙোন্দা কৈদৌঙৈদা লোৎলোয় চাউবগী মরাল লৈতে।"

ঐনা হায়,

–"নখোয় ঐঙোন্দা করিগু হঙোয়গনু, পাথৎকনু অশেঙবদুদা হায়ু। ইয়াম্বনা হায়রিবসে লাল্লি চুম্মী হায়ুকো। নুপীনা লৈম্মিনগদৌরিবা নুপাগী ময়ূমদা ঐ লৈরনি হায়দুনা হেক্তা লাকপা ঙমমোয়নে নুপা অদুগী অয়াবা য়াওদনা।"

–"তাচৌ ঐখোয়দি চাউবগী মরাল লৈ হায়বসি থাজদে। মহাকস্থ পাউসি তারে ঐখোয় খোংনাং মখোঙদা ফম্লিবনি। ময়াম লাঙনরকপদুদা মহাক ইমুঙদা চঙবা ইকায়রে হায়দুনা লৈহৌরে।"

–"তো, মদু মাগী মরাল লৈরবনি"

ঐনা হায়। মখোয় অনী মরু লুক্লা ঐগী মাঙদা ফম্মী। ঐনা মখা তাই,

–"তাচৌদা হঙোয়বা থমগনু, অশেঙবদু হায়য়ু। নুপী অদো মহাক কয়ারক উনরবগে?"

–"উনদেদা অমুকথক মখোয়গী কলেজগী ফিজিক্সকী ওজা অমগা মখোয়দা

চাক চারুরে হায়বনি। মখোয় কলেজগী লাইব্রেরিয়ান নুপীদুনা শিন্নকপনি। অদুগু কুইরবা বানি। তুইয়েলব পরীক্ষা মতুংগদনি। অদুগী মতুংগদদি থোইদোকপা খগুন্রে।মালম্ব ঐখোয়না নোংগমন্তা নুপীদুগী মরমদা য়ারী শারক্তে। অমুকখক রেজিসতার তৌরবা চিথি অমখক কলেজদা থাজিল্লকই হায়দুনা মালা তমখি। নুপী অমগী মিংদা থারক্লগা হৌজিকী হায়নরিবা নুপী অসে ওইরম্লে হায়। মোয় লাইব্রেরিয়ান নুপীদুগা চাউবগগু নোংমা কলেজদা কন্না ভাগুনখ্রে হায়।"

ঐনা,

-"ফরে-ফরে মগোন্দা হায়বা দরকার ওই। হৌজিক থোকপ্রীবা যতনা অদুনা মথা করি তৌরকনি হায়বসে ঐহাক অকিবা পোকই। নুপীদুনা চংলমদাইদা হাংতোকহনগনি, অদু তৌগনি অদা তৌগনি, হায়রম্লগা চংখি। ঐদি নখোয়গী মরূপসে মরাল লৈরমগনি হায়না চিংলৈনে।"

মখোয় পুন্নমক মপান্দা তারম্লিবা জাংনি। ইনাও নুপা য়ায়মা মপান্দগী থোঙ হাংদোরক্লগা

-"তুমীন অভাওবদো, অমুক্তা চংমিন্নরকউ, মদু হান্না কাওথেক্তবা য়ায়োইদৌরি।"

ঐনা,

-"শাউথিনু শাউথিনু,। তপ্না ভাগুনরগা লোইরে। রতন নখোয়নী নঙ মরূপতুগা খরা চংমিন্নরকউ।"

ঐনা ইনাও নুপাদা হায়,

-"কন্না কন্না ভাগুনগনু। য়াম্না লুবা বানিনে। বা ভাগুদবা মীগী বিচারসে লুইনে ইবুংঙো, ইকাইবদগী শিবা হায়বা অমম্ব লৈদো। তপ্না জ্ঞান তানা ভাগুনরগা লোইরে।"

ঐনা থেমজিল্লী।

শোরোক্তা হব্বা গাডী অমা লাক্লগা খামখিবগী মখোল তায়। ঐহাক চিংনরকই। ঐগী নুপীনা ইপা পাখৎনা হায়রৈ,

-"হব্বা গাডী মপোৎ অমা লাকএ, কন্নাইনা তৌদোইনো?"

ঐহাক নিংদোল চোংলকই। ইমুঙ অসিদা থৌদোক ফনা য়াম্না থোকখ্রে। নিংদোল চোংখিবা লৈতে। ইমাগী কর্ম্ম নুংমা, ইনাও নুপা অনীগী লুহোঙ থোঙদোংবা ঐনা শিনবা ভাক্তনি। ভসিদি ঐহাক হকচাংসে ইপা পাখৎপা, ইথুক থুক্কৎপা অমদি ফাওবি। ঐহাক অহল অমা ওইবদা মতীক চাদ্রবা, অহল্লা শারিবা নুপা অমরা? ইথন্তা খল্লি। ভশাইমক্কী নুপীশিংদুগা লোয়নননা নুপা নহা খরগা শুমাঙ মতোন্দা লেপ্লরে। অদুগা

- 'ইমুংসিগী নুপা মখে থোকপীরকউ।"

নূপী অমগী কন্তক তৌবা থোঞ্জেলনি। ঐনা,

-"নখোয় কন্না কনানো ফাল নুংগা থল্লা পুখোরকউ?"

-"ফাল নুংগা দরকার ওইদে। নুপাদু লৈত্রা?"

পীকপ্রবা, লাংহিককুম্না নুপা অমনা কল্লগা হায়রকই। মহাক্তি ইনাও নুপা চাউবখোয়না ফাওবা পোকপা য়াবা অঙাঙনি। ঐনা,

-"শাউখিনু ইবুঙঙো ঙাইখো। নুপাদু কৌহনখ্রি। মমান্নবশিংগা লৈহৌব্রি হায় লাক্রনি।"

ইনাও নুপাম্বু চঙলক্লে, মখোয় মঙা তরুক স্থরক্লে। ঐনা হায়,

-"নুপীমচা অম্না লাক্লিবসি কমদৌবনো?"

-"ঐ মহাক কনানো খঙদে।"

চাউবনা শুল্লকই,

-"করি নঙনা নুপী অসি মাংহল্লগেসিরা? নঙ নুপীসি লৌরোই হায়।"

যন্নদুনা হায়রকই পীকপ্রবা অঙাঙ অদুনা। ইনাও নুপা য়ায়মনা,

-"এ অদুম্না ফোর্স তৌগনু, কনানো নঙ?"

-"ঐঙোন্দা অদু হংবগী দরকার ওইদে। ঐ মশক য়াম্না খঙনিংব্রা?"

পীকপ্রবদুনা মথৌ পোঙনা ঙাঙলকই। লিংলিবা ফুরিং থোম্নাও অদুগা য়েংবদা অকিবা পোকই।

-"কন্দায় নুপীদো ব্রাকংনহনসি থোরকউ।"

ইনাও য়াইমনা হায়। অতোপ্পা নুপা অমনা,

-"নুপী মচিন হঙবগী দরকার ওইদে। নুপী অসি লৌনি লৌরোইথক্তং হায়।"

ইনাও নুপা চাউবদু ব্রা-লান অমত্তা ঙাঙখিদ্রে।

-"গধা,নঙ নরোল থোকত্রা? নঙ নুপী অসিদা নরাল লৈত্রা লৈত্রব্রা হায়।"

চাউবা মরোল থোকখীদ্রে, মখোল থোক্লা কপখৎলকলে। শেংদ্রবা মরোলনা হায়রকই,

-"তম্নায় ঐ লান্দে।"

-"নুপীসি লৌশিল্লু, কপশিল্লদুনা নরাল কুপশিল্লনবা হোৎনগনু। নুপীসিদা ফু-চৈদুনা তৌরবদি ইমুঙশি উৎ ওনগনি খঙভু।"

পীকপ্রবদুগী থোঙ্গেলদুদা ইনাও য়ায়মদু কয়ম্না চোঙশিনখিবনো খঙহৌদে। চুরিতাফমদুদা নমশিল্লগা ফুখ্রে। ইনাও নুপা য়ায়মদো ময়াম চঙদুনা চিংথোরকই। নুপামচাদু লমজাও শোরোক্লোমদা চেনথোকখ্রে। মখোয় অনী অহম চঙলক্লে।

-"অকনবদু কন্দায়নো?"

মখোয়' মরক্তুদা ফি অচৌবা ইনবা অম্না য়াওরি, মাননি হায়রিবসি। ঐনা হায়,

-"শাউগনু শাউগনু ইবুঙঙো।"

ইনাও নুপীনা, ঐগী নুপীনা ইনাও য়ায়মদু ইমুঙদা পুশিলগা থোঙ থিংজিনখ্রে। থোঙ

হাংদোকউ কন্না য়াম্না লাউরে। ঐনা কন্না য়াম্না হায়জরে। নুপাদো, কী ইনখদো য়া য়াম্না ঙাওদে অসিথক হায়রম্মগা তোকপ্রে।

–"মী অমা শিখসে ঙাহাক্তনি।"

নুপীদো থনম্মগা মখোয় চৎপ্রে।

–"ঐখোয়স্থ সঙ্গা য়াম্না তৌবা মীনি, গথা অসিগী মতৌসিদা থমকা তৌরগা কিহল্লগা, নুপীবু নমদুনা পীবা, করিমন্ত্রা য়াওরোই ঐ, ঐ য়ানিংদে। ঐঙোন্দগা করিমন্ত্রা হায়বিরক্লনু।"

ইনাও নুপা য়ায়মা মাগী কাদা শাউনা ঙাঙলি। ঐহাক ফমুংদা হিপ্পা হিপ্পা য়াখলসে জাৎ জাৎ থল্লকই। সংসায় অসি অশোল অনা লৈহৈদ্রবজাৎ ওইরবোইরে। মথাদা লৈবনা মথক্তা লৈববু কীব্রা হংলবা। হে সংসায়। নহাক নোংমদি প্রলোয়গী মৈরীনা চাক্লুরনিদকো। ইনাও নুপা য়ায়মা মাগী কাদা ঐবু য়ায়ৌবগী, পাঙদে হায়বগী ভুরুঙ ভুরুঙ ঙংলম্বদু লোইখিবতা ঙায়রি। ইনাও নুপা অতোম্বগী কাদা দুপ ধাপ দুপ হায়বগী মখোল তারকলে। ঐহাক ফুক হৌগৎলি। "ঐ সিরে, ও ইমা ঐ সিরে। ঐ সিরেমী।" হায়বগী খোঞ্জেলনা কাদু পুমনিল নিললি। "হাৎলু মদু" হায়দুনা ইনাউ য়ায়মনা মাগী কাদগী লাউরকপা তায়, কা মনুংদা "শিবদি কীব্রা?" ইনাও নুপানা কপ্পা কপ্পা হায়বা তায়। ঐহাক্লা মাগী খোঙজিলদা লেপ্পগা খোঙ হাংদোকউ হায়দুনা লাউরি। "ঐ শিরে" হায়বগী, দুপ দুপ ফুবগী মখোলনা হৌনা তারি। লাউখিদ্রে নাহেবগী মখোল ওইনা তারে। ইনাওনুপা কপ্পা কপ্পা মরোল মরি খঙদনা ঙাঙলি। ঐনা –" বসন্তা খোঙসি নমথাইয়ু।" ইনাওনুপা অনী শুবনা খোঙপাক্লা কাওখায়খ্রে। খোঙ নাম্যা পাইখোজুন্না তাই। মফি মরোল মফম খঙদনা নুপীদু লময়ায়দুদা তাদুনা লৈরম্মী। ইনাও নুপা চাউবস্থ কপ্পগা লৈরম্মী। নুপীদু মচিনবান্দ কায়রে। মমায়দো ঈনা পুমঙাঙ ঙাঙলে। ঐহাক লবাই লুতোন শাৎখ্রে। অশেংনম্বক নুপীদু শীরব্রা খঙদ্রে। ঐনা নখোয় কনা কনা লৈ হায়দুনা হেক লাউবগা ইনাও নুপী অমদি ঐগী নুপীনা 'কৈনো তৌরিসিদি, কৈনো তৌরিসিদি' হায়দুনা মশা পায়দুনা য়েংখ্রে।

নোং ঙান্ত্রে। নুপীদু নুপী মান্দ্রে। মকোক থুম্নগা লৈজরবস্থ মায়খোঙদো খজিক্তং য়েংবদা অকিবা পোক্লে। মমিৎ নাকল নাম্যা মুশিল মুখ্রে। মচিনবান্দু য়াম্না চাউনা পোম্লে। ঐনা নুপীমচাদুদা হঙঙী,

–"ইবেম্মা নঙগী ইম্ফালগী য়ুমদুবু কদায়রবাইদনো?"

–"ঐহাকপু খিনবীয়ো।"

কপ্পা কপ্পা হায়রকই। ঐহাক্লা শাউনিঙনা কল্লপ হায়দোকখি,

–"ইবেম্মা নঙ হাম্না খলহৌবা য়াদ্রো? হৌজিক্তি নঙগী অপাম্না পঙতৌ তৌবা য়াদ্রে। নঙগী য়ুম কদায়দনো হায়য়ু। হায়দোকপা চৎকদৌরিবনি।"

কনা কুইনা খুমদে। নোম্ব্দুনা লৈ। ঐহাক মহাক্কী পাউখুম ঙাইরি। ঐবু হন্দোমরব্রা খন্দুনা খোন্নক্রে। মাম্মনা চঙলগা হংলুই অদুগা ঐঙোন্দা তগ্রে। শিংজমে পার্কিংদগীনি। খোকচোমনি হায়। মপাগী মমিংনা মাধব। ঐহাক খঙলে মখোয় লোম্নারম অমদগী হোংলকপনি হায়বা। মরমদি ঐগী মরূপ ওজা ওইমিন্নবা তোলেনখোমগী থংনবা ইথোলদনি। খোকচোমস্থু মখোয় ইমুংদুতনি।

হায়দোক্পা চংলে। মপাদু গজাস্থু মুস্থু থকই হায়। নহানি। অশেংবমক ঐনা খল্লমদু চুম্নয়ে। মখোয় চকপী কায়োংদগী হোংগংলকপা ওইরম্লে। চেন্নক্রিবা নুপীমচাসিগী মমাগী মপামগী লম ওইরম্লে। নুপাদো অদুক্কী মতীক পঙজে। বাহৈ অমত্তা চুম্না ঙাঙবা ঙমদে। মমাদো বা ঙাঙবদা খুদোম্নী শীজিম্রে। মীৎয়েং নায়েং অমা ইচুম চুমদে। খোঙজিল ময়াদা নুপী অমনীগা ফম্লিবদু মমায় অৱাং ওন্নগা লৈরবস্থু ঐঙোন্দা অমুক অমুক য়েংলকপগুম তৌরি। মচানা চেন্নক্রিবা কৈদানে। মমায় মায়খোঙদু লৈখোম্ভনা মমিংতনা য়েংবা মীৎয়েংনি। খোঙজিল মপালদুদা ফম্লগা মচা নুপীবু খৌওইবীদে হায়দুনা জৌ জৌ ঙাঙলি। লোইশিন্নদুনা হল্লকই। মঙানি শুবদা (ঙসিদগী) লুহোংবা হায়দুনা লেপনরগা। নুপীস্থু লুহোংবা নুমিত্তা থিল্লকউ হায়নরে। ঐস্থু মদুনা ফরে, ঈশ্বরনা চানবীরবনি খল্লকই। মচানুপীদু ফুবদা চীঙলায় মাম্রে হায়বদু মখোয়না খঙলবদি হায়না কিরম্নদু ফরে।

লুহোংবগী শিল লাঙবা হৌরে। ইনাও য়ায়মদি বা লান ঙাঙখিদ্রে। মহাক্রা শাউরিবা চুম্মী। ঐ খঙঙী। ইনাও অনীশুবদি থরা থরা য়াওবি। নুমিৎ মঙানি হৌখিবা খঙহৌদে।

লুহোংবা নুমিত্তু, ইনাওনুপা চাউবা চাকস্থু চাদে, বা লানস্থু ঙাঙখিদ্রে। মমাম্নবশিংস্থু ইরাক লাক্তে। মখোয় ময়াম লোইনমক ঐঙোন্দা বারৌরমাম্রে। মৌ ওইগদৌরিবদু মনিঙদা কোল ফেঙলি। মৌশিংস্থু বা ইঙাঙ ঙাঙনদে। মানা মানা তৌগদবা তুমীন তুমীন তৌনরি। পুম্নমক ঐবু বারৌরব্রা? ঐগী বিচার লাল্লব্রা? খন্দবা ঙমদ্রে।

ইনাও নুপাদু মাঙদা লেপলে। বা অমতা ঙাঙদে। ঐনা য়েংলুবদা মপি মতুম মতুম তারকই। পীক্লিবা অঙাঙগুম ঐগী ইফমদা ওইনরি। মাবু উবদা পুক্লিং নৌরকই। ঐহাক নিঙশিঙলক্রে।মহৌশা ঐখোয়না পীক্লিঙৈদা থবক বারগা মপি ইরা চেনখিবদো। ঐনা থেমজিল্লুরি,

–"হৌগ্রবদি হৌখ্রে, করিস্থু নুংঙাইতবা তৌরম্দু ইনাওশিদি।"

মহাক ঐঙোন্দা করিঙম্না থরদি হায়নিঙলে খঙঙী। পেন্দকনা ঐগী ইফমদা শৌ শারব্রা? ঐনা হায়,

-"নঙ করি হায়নিঙবগে?"
বা অমত্তা হায়লনা হিক হিক কপ্লকই। ঐনা হায়খি,

-"ইয়াম্না লৈরি করি অমতা ৱাগম্নু। চৎলো চৎলো চাক চাখোক্লো। ইয়াম্বনা লোইনমক ফনবা তৌগনি।"

ইকাই নুংশি য়াম্নখিবনা মহাক মশাদো কাহৎলি। মতৈঅশিংদা ওইনদুনা অঙাঙ শাদুনা লৈজরম্মনি। ইমুং অসিদা বানা হৌরকপা, ইচিল ইনাওশিংগী লৈনরিবা মরী ময়ামদুনা। মহাক বা ঙাঙবা ফাওবা ঙম্মরবকো।

নুপী খিল্লনবা শেম শাগ্রে। ইনাও নুপাদু মনিঙগী নোবাব মখোঙদা ফল্লি। ইচা লুশি (ইনাও য়াইমগী মচা নুপী) ঐগী নুপী অমদি অবাং থংবগী ইন্দোল মালতিগা নুপী খিল্লবা শেম শাগ্রে। মৌ অনৌবীদু মমিং মুশ্লিদ মুনা খাল্লি, মচিনবান চীঙমুক বাংনা পোম্মদুদি হম্মরমলে। করিস্থু পোম্না উদ্রে। ওম্মোকপা শবান মুত্তিনি। মসিমক্লা ইনাওনা কিদুনা চেনবা জাং ওইরে। ইথল্লা খল্লি। চংলমদাইদা ঐবু খুরুম্মা চঙলকই। কনানা ইনশিল্লুবদগী তৌরক্লিবনো। নীংগা থাগা তোঙাল তাবা শাবান, লেং ফনবদুনা নুপাগী শাবানবু মাল্লি।তুংদগী য়েংবদনি নুপাদা নুপানি।

অয়ুক্তো কলেজগী ওজা য়াওনা ময়াম অমা লাকই। ওজাশিং লাক্লিবদু বা বা নোকপদি কনামতা য়াওদে। ঈ পাউ হংলবদু মঙায়। মখোয়গী প্রিন্সিপালনা হায়রকই,

-"পাউস্থ নুংঙাইতে, লুহোংবনি হায়রগা কলেজগী ষ্টাফকী মী অমত্তা বার্তোনস্থ তৌরক্তে।"

ঐনা হায়,

-"ওজা অঙকপা লুহোংবা হায়বদু তাগ্রে হন্দকীসিদি।"

ঐনা,

-"চাউবা লাকউ হায়য়ু, ওজাশিং লাকইসে"

হায়বগা ইনাও নুপীনা শব্দ অমদা মনিংলোমদগী লাউরকই,

-"ঐখোয় চাউবসে কৈনোমা তৌরে।"

ঐখোয় ময়াম চেনশিল্লম্মী মনিঙলোমদা।

-"ফেনাইল থক্লেলনা সিদি ! মনিঙদা য়ানবা লিক্লিসুনিদনা,লোয়না থকপ্লমালে কমদৌদোইনো শিবো !"

ইনাও নুপীনা কপঙাঙ ঙাঙলকই।

থবায়গা হক্চাঙগা থাইনরমদাইগী অবাবদো ইনাওনা পুল্লুনা লৈরম্লে। নোবাব মখোঙদো মহাক্লা নৈবগী লৈবাক ফাওবা খোগায়রম্লে। নাপী-শিঙনাং, তিন্দোই লোইনমক সর্ববনাস শারে। কনশ্রবা দিহেদুদগী মাগী থবায়বু ফুকতংনবা হোংনবদা মফমদো পুমনৈ নৈথায়রম্লে। ডাক্তরদা পুখৎনবা হোংনরিঙৈদা ইল্লম কাওরম্না ময়ামদো

চন্দোল'পু নম্বো পোবা/৩৪।

তোঙ্কন্না তুমীন পোথাখ্রে।

–"থাবা য়ৌরে।"

ঐহাক খংগ্রেক খংডী। ঐগী খজাইদা পায়রগা ঐগী নুপীনা হায়রকপদুনা। ফম্ফম সিত্তুদা খুৎসিনা ভাক্লগা কনা কুইনা লৈরম্লমাক্লে। খুদাঙসি শিথরম্লে। ঐগী নুপীনা,

–"থাউশিদি বাবানা পায়খীরো।"

ঐঙোন্দা পীশিল্লকই মথং মথং মী ময়াম অমা কুম্লি। নুপীদো মমায়দি লৈথোক্তনা মীৎচিনা হাইরপ য়েংলকই। করিবু থল্লিগবা? □



# কংশিল্লক্লবা য়েন্নীঙ

মীওইবগী অপাম্বা অনিঙবা পনখে লৈতে। নহালবাই চৌদারবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু থল্লম্বদু হৌজিক্তি য়ুনিভর্সিতিগী ওজা অমুক ওইনিঙলক্লে। অদুবু ঐহাক্কী হোৎনবা বাংপা, তনবা হৌরক্লগা তুম্বা ফাওবা হৌগৎনিঙদবসিনা ঙসি ফাওবা লাইরিক মথা অমত্তা তৌথদনা লৈরে। ইমাক্নবা তম্মিন্নরকপা কয়াদি এম:ফিল:, পী: ঐইচ: দি: লোইশিন্নখ্রবনি। ইমাম্নবা অহম অমম্থু য়ুনিভর্সিতিদা চঙখ্রে। তম্মিন্নরিঙৈদা অদুক হাক্লা লাইরিক কখিত্রবস্থু মখোয়না ওজা তিন্নবা হৈবা, হোৎনবা লেপতবা কয়াদুনা ঙসিদি অবাঙবা মহৈ তমফম্নশঙ অমগী মশক নাইবা ওজা কয়া ওইবা ফংখ্রিবনি। কলেজদা চহী ১৭ হেন্না পুন্নক্লবা ঐহাকসে পাস্লিকেসন বাক অমত্তা লৈখিদ্রি। রিফ্রেসর কোর্স অমত্তা চাওখিদ্রি। অদুগা ঙসিদি ঐগা চঙমিন্নবা, ঐখোয়গী তুংদা চঙবা ওজা মহারোলশিংনফাও ঐঙোন্দগী তনখ দমা দমদা হেনখ্রে।

হন্দক্তি রিফ্রেসর কোর্স চাওরগে খন্দুনা ওজা রাজেন্দা ঙাঙনরে। ঐখোয়বু

তম্বীরকপা ওজানা হায়খিবদু নিঙশিঙলকই -"মহে নমিং তম্না পুমলোয় লোইরগা থবক ইনথাংদা চঙ্গে।।" লমলমশিংগী চহনবী অমদি লৈ। থবক ইনথাং তৌখিবদগী লাইব্রেরী আশা লোইনা মাঙনৈ। ঐস্তুনি। লাইব্রেরিতি লায়রিদুনা থবক কাওবা পানিংদ্রে। মীঙোন্দা করি পাউ য়াওরি হায়না হংনিঙলকএ। ওজা অমা ওইবদা চঙশদবা গুন পুম্নমক ঐঙোন্দা অমত্তা য়াওদ্রবরা ইথল্লা তংত্তনা হংজে। পাউথুমস্তু ইথল্লা পীজৈ। মতমসিগী ওজা, মতমসিগী ইজুকেসনীস, ঐঙোন্দগী হেন্না হৈবা কনা লৈরি। ঐহাক মেট্রিক্তা পোজিসন লৌরকপা ছাত্রনি। বিঃএঃ দা ফিষ্টীংসন ফঙজী। এমঃএঃ দা ফার্ষ্ট ক্লাস ফঙজী। ইমান্নবা গোল্ড মেদল ফংবদু ঐনা উশিংপা নস্তে। মানা ঐঙোন্দগী নম্বর অনীথক হেনবনি। মদুস্তু করম্না হেল্লিবনো ঐ চিংনৈ। অদুবু মেদলদি মানা লৌখ্রে। ওজা হেড অমদি ওজা মনি মখোয় মাচঙ মীথায় য়াম্না নাইবা ওজানি। মখোয়না হায়বা ইল্লি, মখোয়গা য়ানৈ হায়না গোল্ড মেদল মঙোন্দা পীখিবসি ওজা অমগী ফজবা গুন নস্তে। মতিক চাদবা ওজানি। ঐহাক্তা শোয়দনা ফংলগনি খল্লম্বা গোল্ড মেদল অশানা কায়খিবদগী য়ুনিভর্সিটিদা অমুক হন্না চঙনীংখিদবনি। ওজানা ছাত্রনা পুম্নমক্তা ঐবু খঙনৈ, ভাঙনৈ, তম্নশিবা সবজেক্ট অসিগী খ্বাইদগী মকোক থোংবদুদা পীবা সনাগী তকমাল ঐনা শোয়দনা ফংলগনি হায়দুনা। ঐহাক কয়াদা নুংঙাইখি। কয়াদা পেনজখি। অদুবু পরীক্ষা হায়দোক্লকপদা ঐগী নিঙবা কায়খি।

সনাগী তকমান লৌখিবা সোমো এসংডিঃওঃ ওইখ্রে। থরা লৈরগদি ডিঃসিঃগী ফম কাররক্লনি। মনাই মশল ফংখ্রে। মীয়াম্না সাহেপ মীংগৌনখ্রে। মহাক্কী মখাদা ঐহাক ইলেক্সন চংলে। অদুবু এসঃডিঃওঃ সাহেপ পরীক্ষাদদি ঐঙোন্দগী য়াম্না শিনখিবনি। মসিনা, ঐগী লনাইগী ব্বারীনি, পেলহৌদবগী।

ওজা ওইমিন্নবা নহারোল অহল্লোল শুরে। ঐহাক মখোয়বু য়াম্না থাজদে। অঙাওশিংনা হৈত্রিবা দোস লৈতে। মমিং ইবদা বনান লানবা ওজা য়াম্না য়াওরি। নোংমস্তু হেড ক্লাক্তা ইংলিসকী ওজা অমগা ইংলিসকী সেন্তেন্স অমথক্কী মরৈ য়েংনরকখি। য়াম্না নোকনীংলিবদি ইংলিস তম্বীরিবা ওজা অনি অমগা পোল সাইন্সকী ওজা অমগা মিচং ওইরগা হেড ক্লাকনা ইবা ইংলিসতু লান্নে হায়রক্লবগী কন্না কন্না লাউনরকপদুনি। ইংলিসকী ওজা নহাদুনা হেড ক্লাক অহলদু নঙবু চামরক তম্বীবা ঙম্মী হায়রক্লবদুনি। ওজাশিং কনাগী পিওন নুংয়োন, মতিং লৈবা (মশক নাইবা) উকিল অনী য়েংনরকপদা ইঙক ঙক্লা য়েংনবগুম ইঙক ঙক্লা তৌকম খঙদনা লৈরম্মী। ছাত্রী থরস্তু বেরুন্দাদগী কা মনুঙলোমদা য়েংলকখি। ভাইস প্রিন্সিপাল অঙাওবদুনা বিচার তৌখিবা খুৎতৌদুনি ঐনা নোকনীংলিবসি। লন্দনগী টেলিফোন নম্বর অমা মঙোন্দা লৈ, মদুদা হংলুগে হায়রগা কলেজদগী থোকত্নগা হজল্লন্তবদুনি। ময়াম পুম্নমক লন্দন পাল্লকপদগী তুমীন তুমীন লৈনখিবনি। হেড ক্লাকতুস্তু ইংলিস ওনর্স

এম:এঃ ইংলিসনি হায়দুনা মরৈ য়েংশ্রুপোংনি। ঐখোয় প্রিন্সিপালনা খরা হৈজবগা নোটিস মচা অমা থোকপা যাওবা হেড ক্লাকনা ইরগা থোকই। পুম্নমক হেড ক্লাকনা তৌরী। হেড ক্লাকনা য়াদবা ব্যাবস্থা প্রিন্সিপালনা তৌবা ঙমদে। ওজা পুম্নমক্তা অপঙবা প্রিন্সিপালবুদি শাউদে, হেড ক্লাকতুবুদি য়াম্না শাউদৈ। মতম পুম্নমক্তা মাগী বা ঙাঙদৈ। কলেজ অসিদা মাওরিবা ওজা পুম্নমক খঙদবা য়াওদে, হৈতবা লৈতে। পুম্নমক খঙঙী। পুম্নমক হৈ। অমনা অমবু উশিংনদে, শিঙথানদে। উশিংনদবা ওজা ময়াম্না তাকপা অঙাংশিংদুনা ঐখোয়বু থম্নমগদবা য়াথলসি করি ওইননো? মদুদি ঐ খঙদ্রে। মপোকচৈদগী ইংলিস সেন্টেন্স অমত্তা ঙাঙদবা ওজানন্থু লন্দনদগী ঙরাঙতা থুংলবা মী অমগুম্না য়ারী শাই। ঐহাক ওজানি। অঙাঙশিংদবুদি ওইদবা খরা ঙাঙপ্রবন্থু ইরেং ইমাম্নবদদি ঐহাক ওইদবা হায়বসি খঙদনা খঙবা শানা ঙাঙবদি ঙমদে। তৌন্থু তৌদে।

ঙসিসে রিক্রেসর কোর্সকী অহানবা হৌগদবা নুমিৎনি। ঐখোয়না তম্লিঙেদা মাগী ক্লাস অমত্তা য়াওথিদবা ওজাদুনা ঙসি ক্লাস লৌগদৌরিবনি। পুঙ ১১ দগী হৌগদবা ক্লাসনি। ঙসিনা অহানবা ক্লাসনি। নোংমত্তা য়ুমদগী শেম শারক্তবদা নত্তনা মশামক জান তাজদবা লাইব্রিক ফাক্লা ফাক্লগা অর্থ হন হনদুনা তাকপা ওজা ইবুংঙো মশক্তু উবদা নিঙশিঙলকই। ঐখোয়গী মতমদুগী ছাত্রা ছাত্রী ময়াম্না মাবু লৌথোকপ্রো হায়দুনা স্ট্রাইক তৌথিবদো।

য়ুনিভর্সিটি অসিদা খোঙ্গুল তারক্তবা চহী ২০ হেল্লক্রম্লনি। মহৌশা ওইরম্বা ঐখোয়গী দিপার্টমেন্টকী শকফম ইহোং হোংলমদে। হোংলিবা হায়ববু মশক খঙদবা ওজা থরনা শকনাইরবা ওজা থরগী মহৎ শিল্লম্বা, মল্লবা মচু শিথরবা ফক্লাং অমদি শিরিশিংদু মঙাইরে। ওজা কলাগী থোঙ মপাদা হৌবা থোংনাং বোত পাম্বীদো ওথাক চাউরম্লে। মথক্তা কারগা ফম্বা য়ারনি। মশা মরেং কয়াদা কলম্লবা। পুথাওগী য়াজেম্বা মখোয়গী লমপাক্তা থানি হায়দুনা ফুকপা হোনবদা য়াদদুনা হৌহল্লম্বা থোংনাং বোতনি। অকায়বা দারিগী শিরিদুদা কম্না য়াল্লগা থাঙহৌবদো মফমসিদা মকা ফম্না মনিং তম্না মরাঙ কায়না হৌজগে তৌবজাৎ ওইরেকো। ঙসিদি শারেপ ফারবা। শংত্রিক শংলবা থা থা লাউবা পাক্লবা মনা, পুপ পুপ লাউনা ইনথংলক্লিবা মউ কলাগী পুন্সি মৈশা লাংত্রিথী ইনাক থুনবী ইমুঙগী মকে শেমগৎলকপদা ঙাইরিবী নিঙোলদু মঙায়রে। মাবু উবদা পুক্লিং ইরাঙ লাঙঙকই, নুংশিরকই। জাগাসিদা ঐখোয়না এম:এঃ তম্লকথিবদো। নিঙশিঙলুবদা থম্মোয়সে ইনৌ নৌথোরকই।

ঐহাক লেকচরর হোলদা চঙশিল্লি। ফনা য়াম্না ফম্নম্লে। মী কুন কুম্নামুক ফম্নদু খঙনবা ইমাম্নবা অমত্তা য়াওদে, উদে। চহী কয়াগী মতুঙসিদা ঐহাক ইনৌ নৌবা মীনৌ অমগুম তুংশোল মন্দশোনবগুম তৌরম্মী। ঐগা তম্মিম্নবা তোম্বা অঁমদি

কেসোদি য়াওবনি। অদুবু লাকত্রি। অহাঙবা ফমফম য়েংবদা মনিঙদা চঙশিল্লে। য়ুনিভর্সিতিগী স্যুটি ওইবনরা ফংসন তৌরবা হেল ওইবনরা ওথাক মোংলে কালশিংসে।

মনিঙ ইথঙ থম্বদা নুপী অমম্তু নোঙ্গুদুনা মাগী ফমফমদু তৈথোক্লি। মাঙনা নোঙ্গুরগা তুংদা থরা থরা অম্তুম থাংথংলগা শেন্না ফমফম কানি। ঐনা,

-"ওস্পোক্লা মোংখ্রেদা কদায়দগী চঙলকলিবা উকুলনো সিবো?"

হায়দুনা মনাক অদুবাইদা চে-নুং তম্না য়েংডী। নুপীদুনা,

-"য়ানি ওজা ঐ তৈথোকচগে য়ায়া মোংলে।"

ঐহাকা ইক-আ তৌদুনা লৈরিংডদুদা তৈথোকপা লোইখ্রে। ঐনা,

-"থেঙ্ক য়ু ওজা"

হায়ফেং নোকফেং তৌরগা য়েংলকই। ঐহাক ফমলে। মাগী কোয়রাওনবা মমিং অনীদো অদুগা মিংচানরুবদা ঐহাক মৈ চংলিবা ইলেকত্রিক বারারগা শম্নরুবগুম করিগুম্বা অমা হকচাঙদা ফাওরম্মী। মাগী লেং, য়াই-য়াই লাওনা তারিবা শম, য়েংবদা ঐহাক শ্বর থিংলুরগা তপ্না হোনবগুম হকচাংদা করিগুম্বা অমা তৌরকলম্মী। হেদ দিপার্তমেন্ট চঙলক্রে। ঐখোয় পুম্নমক লেপখংলি। মহাক্না বা মচেং অমা ঙাঙলবা মতুঙদা, দিপার্তমেন্ট অসিদগী চংথিবা ছাত্র ছাত্রীশিং অতোপ্পা য়ুনিভর্সিতিদগী লাকপা কলেজগী ওজাশিং লোয়নমক থঙনননবা লোয়নমক ইশা ইশানা শক মায় তাক্লসি হায়না হৌদোরকথি। ঙাইহাক্কী মনুঙদা মথঙ মথঙ শক তাক্রবা হৌরকই। ঐহাক ইশাসে ঙাইঙমলকত্রে। মরমদি ইমাঙদা ফম্লিবীসি কুমারীরা মৌরা অসিনি ঐনা থুনা থঙনীঙলক্রিবা। ঐনা থল্লম্বদুগা পুমওন ওম্বদা হায়রকই,

-"এমঃ বেমবেম চনু। লেকচরর তি ঙানবী কলেজ, এমঃএঃ মনিপুর য়ুনির্ভসিতিদগী"

হায়রগা লোইশিনখ্রে। ওজা হেডনা হোম এদ্রেস? হায়রকই। মহাক্না ইকায়না হৌগংলক্রগা,

-"বামোন লৈকায়"

হায়রগা ফমথখ্রে। লৈফম ফাওবদি থঙহৌরে। মহাক ইপা পাখংপা ইকাই থিগনবী অমগুম ইঙাও ঙাওনা উই। ঐনা থল্লি -মহাকসিবু কুমারী ওইরিদ্রা? নংত্রগা কনাগী য়ুমনাক শাগৈদা তিনখ্রবী ওইরিগবা? মথঙদু ঐগীনি হায়বা পুমকাউ কাউরুরে। ঐহাক পুমঙাও ঙাওখ্রে। ময়াম বা লাউনা নোকই। ওজা হেডনা করি হায়থিবনো হায়বা ঐহাক তাহৌদ্রে । ঐনা তাবা হায়ববু,

-"ওজা স্মরেস ইত্স য়োর তর্ন।"

ইথন্তা ফম্বা ফাললি। মাঙদা মথোয় অনি অমা ফম্মী। মাম্হ নোক্লগা ঐঙোন্দা য়েংলকই। ঐহাক ইকায়রপ লেপখংলি। ঐস্ু ঐগী মীং লৈফম তাকই। কলেজ মমিং, করি য়ুনির্ভসিতিদগী লাকপনো হায়কনচিংবা তাকপা লোইরে। পুম্নমক লোইরবা মতুঙদা

ওজা হেড ডিপার্টমেন্ট অমদি ওজা ইবুঙঙো মখোয় মখোয়গী পরিচোয় পীবা লোইদুনা অহানবা ক্লাস হৌননবা ওজানা হাহৌদোক শাঙবা হৌগ্রে।

-"ওজা খুদিংমক লোইনা হৈবা নত্তে। অদুনা ঐখোয় মীওইবা খুদিংমকস্থু লোইনা মপুঙ ফাবা কনাস্থু য়াওদে। মাস্টর খুদিং মাগী মাগী স্পেসেলাইজেসন পেপরদু লোইনা খঙবা ঙম্মা নত্তে।ঐখোয় মীওইবনা খঙদবা কোকথোঙ অমা লৈরিবনি জগৎ সংসার অসিদা। ওজা হায়বা শিনফমসিদি পুম্নমক্কী মকোকনি। অদুনা ওজাগী শিনফম দা চঙলুরবা ঐখোয় খুদিংনা লেপতনা হোৎনবা তাই। খিজিনবা তাই। খঙজিনবা তাই। নৈনবা তাই। মতম অমদা ওজা হায়বসি লাইমক্কা মান্ননা লৌরম্মী। গুরু হায়না কৌনরম্মী। অমম্বা পুক্নিংবু ঙাল্হনবা ঙম্মা ওজা মশিং খুৎ থেক্তুনা থাবা য়াররে।"

ঐদি ওজানা ঙাঙলি শক্লিবা কয়াদু অর্থ ইথঙ খঙজবগুম তৌরম্মী। ঐগী মাঙদা ফম্লিবী শকখঙদ্রিবী মহাক্কী মঙলান্দা পুমঙাও ঙাওরম্মী। খল্লি অস্তুমনা লফ এত ফার্ষ্ট সাইত, লাইক এত ফার্স সাইত হায়বদুরা ঐগীসিবো। মহাকসে ঐগী ওইনীংবনা পুমঙাও ঙাওরম্মী। মহাক্কী মিৎস্পা অনীদো য়াম্মা য়েঙলিংলক্লম্মী। মাগী মমায় ওন্সিল্লকপদা ঐহাক ইথক থক্কৎলম্মী। মীপুম খুদিংমক ওজাদা লোইনা ওনশিল্লগা ফম্লিবনি। অদুনু ইমাঙদা ফমলিবী মাগী ফজবা তুংয়ান, ফজবা শাবান, লেংজুম থক্তা লেক লেক লাউম্না তাল্লিবা কিশিল্লবা শম, শাগোলগী জুম জুম লাউরবা মমৈগুম কয়াদা নীংখিগ্লবা। ঙৌনা ফজবা কুচু মিকুপ অমতা ফানা য়েংবা ঙমলুদে। ঐহাক তশেংনা কিবা অমা ফাওরক্লম্মী। য়েংস্থু য়েংনীংবা, য়েংবস্থু ঙমদবা, ফজবা নঙগী ময়ায়সে কনখ্রেদা। ঐনা খল্লিবসি ওজানা, মীনা উখ্রবরা হায়দুনা মরক মরক্তা খল্লুরি। ক্লাস লোইদুনা থোরকপগীদুদা,

-"ওজাসে কদায়দগীনো?"

হায়না হংলকপা খোল্লেলদো কয়াদা ফজগ্রবা। ঐনা খল্লি -মহাক ঐনা খল্লিবসি উরমাল্লে। হে ঈশ্বর ইবুঙঙো! মহাকপু ঐগী ওইহনবীয়ুকো। পুক্লিংদা অস্তুম্না খল্লি। ঐনা,

-"খোংমন্দগীনি"

খুম্মী। ঐহাক মঙোন্দা কয়ম্মা মৌয়া নৎত্রগা লৈশাবীয়া খঙননবা করি হাহং হংসিগে খল্লি। মসিদি চম্মা হেক্তা হংলগে "ওজা য়ুম পানবীরব্রা" অস্তুম্না খন্দুনা হংলগে হেক খনবগা,

-"ওজা কেমবেম ঙাইখোমী"

হায়রকপগীদুদা ঐহাক্লা হংলগে খল্লম্মা হাহংদু অয়েম্বদা অখি। মহাক মমায় লৈখোক্তুনা চৎখ্রে। ঐহাক খজিক্তং নুংঙাইত্তে। ওজা ৩৪/৩৫ দুদা খঙমবা শুজা অমতা হেক

লাক্তম্বসিদা। অনম্বনা প্রাইভেত কলেজগী ওজা নহা ঙাক্তনি। গোভর্নমেন্ট কলেজগী ওজা ৫/৬ তনি।

ঐনা ঐগী বেগ গাণ্ডীদা হাপলগা গাড়ী ইম্বোক্লবা হোৎনরিঙৈদা শক ফজবী ওজাদো থোরকই। কাইনৈতিক অঙৌবা অমা লৈরিবদো ষ্টার্ত তৌরগা হাইরপ য়েংলক্লগা হায়রকই,

–"ওজা ঐখোয় হাল্লস্লগে।"

–"ফনি ওজা।"

ঐনা খুম্মী। ঐসি ওম্বোক্লা পাঙখিদ্রেদা। ষ্টার্ত খঙতৌ তৌবী। মখোয়না থরা থৌখিবগা ঐস্থু তপ্না থৌরে। ওজা অহল তোম্বনা,

–"অহল ওইগদবা পাম্মুইদা দিহেসে।"

ঐঙোন্দা লক্লরকই। ঐনা খুম্মী,

–"ওইদবদি য়াদে ওজা, নোংমা নোংমা হৌজিক্লিমখৈ, নোংমা মশিং য়াম্লক্লিমখৈ অহল ওইশিল্লক্কদৌরিবনি।"

ঐনা লম্বীদা থক্লি, মানা হায়রক্লিবসি মশক ফজবীদুগা ঐগগী মওংদুদা হায়রক্লিব্রা? নত্রগা মশক ফজবী নুপীশিংদু উবদা ফাগী তৌরিব্রা? ইথন্তা অমুকস্থ পাথৎলুরি। মীনা খঙখ্রবরা হায়দুনা।

মহাক মোইরাংথোমগী থোং অদোমদা চৎখ্রে। বামোল লৈকায় কদায়ব্লাইদগী ওইরিগবা অমুক খঙনীঙলকই। ইথন্তা অমুক পাথৎলুরি। ঐনা ঙসি ইম্নরক্লিবসি ইম্নবা মাল্লমগদ্রা হায়দুনা।

ঐগী মরী–মতা, খঙন চান্নবা, ঐগী ছাত্রশিংনা উরগা, খঙখ্রগা ঐবু করিনি থল্লমগনি। থম্নীংবা মখৈ থনসনু। মহাক ঐগী ওইদবা য়াদে। সেক্সপিয়ারনা হায়রম্মী –"নুপীগী নুংশিবদি ইঙ্গিৎনা তাকপনি।" মহাক্লা ঐবু থক্লি হায়বসি মাগী ইঙ্গিৎতুনা প্রমান্নি। মাগী মীৎয়েং, তথক তথকপা মওঙ, ৱাঙাঙ শঙাঙ, মহাক তশেঙনা হেক হায়রুবগা য়ারক্কনি। করিগীদি য়ারক্লোই, মহাক মশক ফজরবস্থ প্রাইভেত কলেজগী ওজানি। অদুগীস্থ মথক্তা মহাক এমঃএঃ নি। ওজা ওইরবনি। অচম্বা মীদদি ময়ুম কৈদৌনুংদা পান্নীংলম্লোই। মশক ফজবীশিংসে নহা ওইরিঙৈদা ময়ুম পানখ্রগা পানখ্রে, পালহৌদ্রবদি কনামতনা হেক হাইজিল্লকপা ঙমদদুনা নত্রগনা মহাক্লা অপাম্বা থিরিঙৈ, শক চুস্থ ফজবা নহাস্থ ওইবা, থবকস্থ তৌবা য়েংলিঙৈ মতম হৌথিদুনা, নুপী অমদি মচা লৈরবা শেল পায়বা নহা শাবা কনাগী অতোম্বী ওইগল্লি। মসিদি ঐনা খঙঙী ফজবী মহৈ হৈবী কয়া অতোম্বী ওইনখিবা অনৌবা ৱাফম নত্তে হায়বা।

ঐস্থু ইশানা ফজৈ খঞ্জরিবা মীনি। মিংশেল' মাঙদা লেপ্লগা খুৎলোক জাং

জাং নোকপা তন্নিবা নুপানি। ঐবু উবদা ঙাওখিবা কয়া লৈ। ঐগী শাবাস, ঐগী ফজবা শক, কন্নানা ফজদে হায়বা ঙমগনি। ফজৈতা খল্লম্মা ঐনি। ঙসিদি ওজা বেমবেমগী মমাঙদা লেপ্লদা ইকাইখিবসি করিগীনো? মিহুল চোংলিবা, পুক্লিং হকচাং নিঙ্গ্রিবা করিগীনো? ঐনা মঙোন্দগী কয়াম্না তাথরক্লনা ঐনা মাগী মাঙদা লেপ্লা ঙমদ্রিবনো? ঐহাক সরকারগী কলেজ অমগী ওজানি। মহাক্তি থাদা লুপা ৫০০/১০০০ দগী করিন্থু হেন্নেম্লোই। ঐহাক্তি থা অমদা লুপা লিশিং ২০,০০০ গী মথক্তা ফংলিবনি। সরকারগী ওজা অমগা প্রাইভেৎ কলেজকী ওজা অমগগী থেংনবা মহাক্না হেন্না খঙলিবনি। মসিননি মহাক্না ঐঙোন্দা ইঙ্গিংনা উৎলম্লিবদো। ঐসে হৌজিক্কী মতমদা মমল য়াম্লবনি। হৌজিক্তি সরকারগী থবক অমা তৌবা অরায়বা নত্তে। অদুগা অমুকন্থু প্রাইভেৎ কলেজশিং অসি হেক লৌশিনবগী ৱাফমন্থু অরায়বা নত্তে। ঐহাক ঐনা ছাত্র ওইরিঙৈ মতমগী মশক নাইবা অমনি। য়ুনিভর্সিতিদা ঐহাক মীয়াম্না খঙনখিবা ছাত্র অমা ওইরকখিবনি। ঐগী ইনাক্তা ছাত্র-ছাত্রী কয়া নোট হংবা লাকপ্রিবনি। মহাক্না ঐবুন্থু খঙলম্না য়াই। ঐনা ইরম্না দিজারতেসন ময়াম্না পানরিবনি। ঐহাক ঙসিদি চহী ৪৬ শুরে। অদুবু ইশানা পাখঙ অমা ওইনা লীরে হায়না খঙবা ঙমদে। ঐহাক শম হাংপা, ফিরোল শেংপা কয়াদা, মিংশেল মমাঙদা লেপলিবনি। অদুমক লৌরি খল্লি ইশাসি। ঐখোয় লৈকায়দগী মৌশিংনা লক্লে ঐবু উরগা হেক হেক – "লিরগা ফজবনা ঙা, মাইরেল, মীনা লিরগনা য়োং" ঐবু লক্লরিবশিংদো, ঐ খল্লুরগা নোক্লিংঙী মরমদি চহী ১৩/১৪ দা ময়ুম পাল্লকপী মৌনহাশিং, নুপী পুশিল্লকপা লৈকায়শিগী পাখঙ মচাশিং য়েংহৈদ্রে। মীগী খোংবান ফুনবা, পুখ্রী তৌবা, ফংলকপশিংদুনা হিংননবা হোৎনবা, শাপোন লুপা ১৬ পীবা শিম্বোল অমা নোইবা ঙমদ্রে। মোরেগী ওসো শুধা অহোংবা লৈবগা মচাশিংবু পুখ্রীদা পুথরগা শুদোকপা নত্তনা। ফনেক অফোৎপা শেৎলিবা, অনানবা ফুরিৎ অমত্তা লিৎচবা ফংজদ্রিবা হরাও কুম্মৈ মতম ফাওবদা, মখোয়দা ইবেম্মা হায়না কৌবদা মীনা ঐবু মচোমপাক নাইদবা অমা ওইনা উনি। তশেংনা হনুরে। মচা লৈশাবী পাখঙ ফারে। মমা মচা মপা মচা, খৌমু নাউমু ওইরে। য়েংবদা নহা ওইবা হায়বসে চহীগী মখা পোন্দে। ঐখোয় লৈকায়গী অঙাঙ মখৈ লোইনা হনুরে। থুনিঙনা কায়রিবা, মখুৎ মশানগা কায়রিবা। চহী ৬০/৭০গী লৌমীদু ঙাযরে য়েংবদা। চহী কুনগী অঙাঙ মখোযনা। অদুগন্থু লিরগা ফজবদি ঙাদনি, মাইরেন্দনিগাইনা। ঐহাক খল্লুরগা নোক্লিঙঙী। ঙজা বেমবেম মহাক ঐখোয় লেঙ্গা মক্তি য়ৌরমগদবা মান্দে। মরমদি ঐখোয়গী মথঙদা এমঃএঃ তম্লদু মমিং খঙদ্রবন্থু মশক ফাওবদি অদুম্মক খঙনৈ। অমবু ওইরে অমবু ওইরে মহাক ঐনা থরা ফাওবদি হল্লমগনি। মাগী মায়থোঙদু তনৌ তনৌরি। মহাক ইনাক খুনবা ইমুঙগী মচানি হায়বদি শোযদ্রে। মরমদি মহাক্কী শক চুদো লায়রবগী শক্তা চুদা নত্তে। শেংলি চারিবা, তোংলিবা গাড়ী পুম্নমক্না প্রমাল্লি।

ঐহাক ৱাখলনা নুমিদাং তুম্না য়াৱমদে। নুংশিবা হায়বদুনা, অপাম্বা হায়বদুনা, কল্লকপা হায়বদুরা, নুমিদাংদু চাক এল্লাং মহাও খণ্ডদে। পুক্লিঙসে ইরাঙ লাঙডী। ঐহাক নুপা নুপী পুন্না তম্না স্কুলদগী হৌৱকপদুনা লোইশিনবস্তু ওইখি। এমঃএঃ তম্লদুনি ঐখোয় নুপাদগী নুপীনবু মশিং হেল্লিবনি। মকে শেল্লবী, ইনথংলক্লিবী নৈশাং তাল্লিবী কয়া কয়াগী মরক্তা ইহৈ তম্না লোইশিল্লকখিবনি। ঐহাক ঙসিগী ৱাখলসি লাকপা ঙমখিদে। স্বনিতা, রোমা, রিতা মখোয়না ঐবু "আই লব ইয়ু" হায়খ্রিবনি। নুপীনা নুপা কোয়বা হৌনদে হায়দুনা ফাগি তানদুনা তোকখ্রিবনি। রোমাদি ঐঙোন্দা ফোংনা ফাওবা হায়খি, মমাল্লবী ময়াম মমাঙদা -"নঙ কোয়দোইনি ইঙো" স্বনিতানস্তু ঐবু ফাদোইনি হায়দুনা য়াম্না তোয়না ইমাল্লবা ইমাল্লবীশিংগী 'মাঙদা হায়খি। ময়াম ৱা ৱা লোকখিল্লখি। কয়াদা ৱাংনা তৌমিন্নখিবা ফাগীনো। রোমাদি য়ুমদগা য়াম্না লাকখি। নোট লৌরিবনি, অদু শিল্লিবনি, অদা শিল্লিবনি হায়দুনা। নোংমা রোমানা ৱায়রুবা নোতবুক্তা অস্তুম্না হায়রকখি -"ঐ নঙসে য়াম নুংশি শকহেনবা ইবুঙঙো।" অদুবু ঐনা মাবু নুংশিবা ঙমখিদে। কল্লকপা ঙমখিদে, অপাম্বা য়াওখিদে। অদুদস্তু নত্তনা গোম্বা চংপদা ঐগী জরসি অমস্তু লৈখি। মহাকস্তু ইনাক কৈরাক খুনবীনি। তৌবতবু ঐনা মাবু নুংশিবা ঙমখিদে। মখোয়গী শাপনা ঙদি ফাওবা নুংশিবা মশক খঙদনা লৈরক্লিব্রা ঐ?

অদুবু কল্লিগীনো ঙসিনা ওজা বেমবেমসে হেক উৱুবদা অস্তুক য়াম্না কল্লক্লিবসে। মহাক্তা ঐবু নুংশিবগী ইঙ্গিৎ উৱুবনরা? মাগী মীৎনা নোকপা মানবা মায়খোঙদুনরা? অদুগা মাগী নুংশিবা লৈরম্লগনা ঐহাক কমদৌবা তাবা। ফন্না য়াম্না লৈসনু বেমবেম ঐগী ওইদবা য়াদে। অচেঙবা তানজা ঙাইরগা ঐনা মাবু নুংশি হায়বসি খঙহল্লগে।

নোংমা অমগী মথংদা নোংমা অমা লাক. নোংমা নোংমা অস্তুম্যাক হৌজিনখ্রি। রিফ্রেসর কোর্স ঙসিগা থারগা তরুকনি হৌজিনখ্রে। নুমিৎ ২১নি খক্তনি ক্লাস তৌগদবা। হয়েং শুটিনে হায়বগী ৱাখল নুংঙাইতবা, হয়েংদি য়ুনিভর্সিতি চৎকনি হায়বগী খোয়রাঙনবা পুক্লিং। ঐহাক পুঙহোঙ হোঙলে, পুমওন ওল্লে। মতম অমগী স্মরেস নঙ্গে ঙসিদি। নুংশি ইপাক্তা ইরাক্লবা কনাগী, হৌনবী অস্তুম্না তৌব্রা?

ঐখোয় অনীনা খ্বায়দগী অহানবা নুমিত্তা ফমখিবা মফমদুদা অদুম্যাক ফম্ভিন্নরে। মী খুদিঙমক অহানবা মফমদুদা ফমুদবা য়াওই অদুবু ঐখোয় অনীদি হৌনরুবা তৌদনা অদুম মফম্নে। ওজা বেমবেম ঐঙোন্দা ৱারী হৌরকই,

-"ওজাসে ঐখোয়' ইবুঙ অতোম্বদু য়াম্না মাল্লে, ৱাঙাঙ ফাওবা চপ মান্নে।"
প্লাসটিক থাউ মচা অমা পীরকই। অদুগা,

-"হৈক্রু অকঙবনি ওজা।"

ঐহাক অশিনবা চাবা য়াদবনি। ভাক্টরনা অসিনবা চাগনু হায়। খৌনাউ মাবগী, কুইরবা অনাবা অমা নৈ। অদুবু বেমবেমনা করি থনখিগনি থনবদগী পেক্কেন্তু থমহল্লে। মরক অহম মরি লৌখোক্লগা হকচিন্নি। উমনা উমনা থল্লি "ওখোকথ্রসিন্না, খৌনাও নাবা অমুক হৌরক্লগনা কমদৌবা। সুম মণ্ডল মণ্ডল থল্লুরি। মহৌশা নোংবান্না লৈতুম চাবদি পাম্নগী মহাও কণ্ডঙী হায়। ঐগী খাইদগী নুংশিরবী বেমবেমনা পীরকপা হৈক্রু অসিনা অমুক য়াম্না কিরিবসি করিগীনো? ক্লাস লোইবগীদুদা ওজা নুপা অমা মাগী মনাক্তা চঙলক্লগা,

–"বেমবেম নুংঙাইরিব্রো? চা অমা লৈয়ুদনা।"

হায়রকই। মহাক্সু ঐগুম্বরা নত্রগা নোংবানগুম্বরা? নত্রগা ঐবু উশিংতনুনা তৌরম্বিব্রা? মণ্ডল মণ্ডল থল্লম্মী। মহাক প্রাইভেৎ কলেজ অমগী ওজানি। মশানা হায়খিবনি। ঐহাক নুপাদুবু শাউনিংলম্মী।

–"লৈরা লোইরেদনা"

বেমবেমনা খুমখিবনি। পাউখুমসিমক্লা অমুক হেন্না ঐগী থম্মোয় কায়হল্লম্মী। নুপাদুনা বেমবেমগী ফাদ মচিদুদা পায়রগা,

–"নঙসে নোয়খৎলমাক্লে।"

বেমবেমনা খুম্মী,

–"ঐদি য়াঙ কণ্ডলব্রা হায়রবো নোয়না উরব্রো?"

–"উম"

নুপাদুনা খুম্মী।

–"ওজা সনাতোম্বা মহৌশাগী থৌদোক ময়ামদু নীংশিংলকইকো, নঙসে মীদি মখল অমনিকো।"

–"কৈদৌরুনি হৌখ্রবা থৌদোকশিং নীংশিংলুদনা, নিংদোল পোমননবা, ঐখোয়দি নীংশিংবীদ্রে।"

নুপাদুনা খুমখিবনি। ময়াম্না ঐখোয়রোমদা য়েংলগা,

–"নিংদোল পোম্বকা য়াম্না হায়নৈকো"

হায়দুনা লক্লরকই। ওজা বেমবেমনা খুম্মী,

–"পুন্সি ঋারী পোপথোক্লরিবা।"

মহাক ঋা ঙাঙবদা লৌথুপ লৌকোই করিমত্তা লৈতে। হায়বদি ফ্রি ফ্রেন্ক ওই। মহাক্তি হান্নমা রিফ্রেসর কোর্স অনীরক য়াওখ্রে হায়। মখোয় হান্নমা য়াওমিন্নবা ঙাক্তনি। ঐগী তুংদা এমঃএঃ তম্লকপা ঙাক্তনিনা মখোয়গা ঐগা অমত্তা থগুনদ্রে। গভর্নমেন্ট কলেজদা ওইরবসু থগুনগদবনি। মখোয়দি প্রাইভেৎ কলেজগী ওজা ঙাক্তনি।

নোংমা নোংমা হৌখিবনা অতেনবা কোর্স অসিগী অরোয়বা মতম

য়ৌরকদৌরে। ঐহাক্কী মীৎয়েং ঋাভাঙ্ক কয়াসিদগী মহাক ঐগী পুক্নিংগী ঋা খঙলবাক্লে।ঋা ইভাঙ ভাঙখিদ্রে। নহাল লোংমস্থু মখোয় নুপী অহম লেপমিন্নরগা ঐগী মরমদা ঋারী শান্নবা মানখি। ঙসিদি ঐহাক মঙোন্দা হেক্তল হায়নগে খল্লে। য়ুমদা হঞ্জিল হঞ্জিল চিথি ই। লোইবগা হেক্তল পাম্নদে অন্থুম্না অমুক পুং ৬তগী ইবদুনা চংলমদাই য়ৌরবদুফাওবা ঐনা পাম্না চিথি অমত্তা ওইদ্রে। ক্লাস মনুঙদা ওজানা ব্রেক বোর্দতা য়াম্না কন্না ইরিঙৈ ঐনা মাগী নাম্না নক্লা,

–"ওজা সি চুমব্রা অমুক্তা য়েংঙুনে।"

মমায় লৈথোরক্লগা ঐনা ইরিবা চেদু লৌখ্রে। মাগা থংনরিবা ওজা নুপীদুনা মঙোন্দা পীরিবা চেদু হাইরপ য়েংখি। ঐহাক পাখংলি। ঐনা মঙোন্দা হায়বদো খোঙ্জেল খজিক নিকখিব্রা হাইরপ চিংনরুই। ঐনা ইদুনা পীখ্রিবা ঋাহৈদুদি "আই লভ ইয়ু" অসিখক্তনি। ভেরি হাপতুনা অমুক য়েঙঙী। অতোপ্পা কয়া অমা অমুক ই। শুঙপেন পেন্দে। তশেংবমক ঐগী অপাম্বা, কল্লকপা নুংশিবা কয়াদো ঋাহৈ অহমখকসিনা লোয়নমক শুপচিন্দুনা পুরবনি। অদুনা অমুকস্থু থল্লি মহাক ঐগী "আই লভ ইয়ু" গী অর্থ খঙলমগদ্রা? ঐগী আই লভ ইয়ু নঙনা ঐগী থম্মোয়গী অব্বাবসে কোকহল্লুকো। অর্থ চাম্ম্যা চাম্মনা মাগী থমোয় অমুক্তদি হুদুনা পুরকউকো। মহাকস্থু মাগী কলমদুনা কন্নি করিনো থন্না থোংখি। অদুবু হোয় মাইদি হায়রকখিদ্রে। ঐনা অমুক,

–"লানব্রা ওজা?"

মাগী ফজবী মায়থোঙদু হাইরপ লৈথোরক্লগা মিৎচিনা খজিক্তং য়েংলকখি ঐঙোন্দা। মাগী কোয়রাওনবা মিস্না অনীগী হাইথরকপা নাতোন নাকচিদো হুমাং মরীক মরীক কাল্লে। অশাবা, মোরোক নত্রগা এন্সাং চারুবগী মায়থোঙ থাজগুমল্লে। মহাক ঐগী নুংশি তেন্না পাল্লে। ঐগী অনিঙবা ঙসিদি ফোঙদোক্লে। ঐহাক মায় পাক্লে। বেমবেম মহাক ঐগী ওইবা শোইদ্রবকো।

ক্লাস লোইরে। মথঙ মথঙ থোক্লল্লে। ঐনা ইকোন কোল্লে। নহাল মথৈগুম ঙসিদি মহাক হোয় মাই করিমতা হায়রমদনা গাড়ী থৌখ্রে। ইথন্তা থল্লি মহাকসিবু মাগী নুংশিনবা লৈবা জাংলা? নত্রগা ঐনা নহালথৈ মঙোন্দা ঋা অমতা ভাঙবা ঙমদবদু মহাক্লা ঙসি তৌরিব্রা? নুংশি তেন্না পাল্লবী ওইরিব্রা? কল্লক পেল্লি নহাল মথৈ নঙবু নুংশিবগী ভাওবদো নঙস্থু ঙসিদি ভাওরেদনা। নুংশিনরবদি নঙস্থু ঋাগদবনি। ঋাও। নঙবু হেক উরুবা মীৎকুপতগী ঐহাক ইভাও ভাওখিবনি। য়েংনিঙ য়েংনিঙনা য়েংবা ঙমখিদবনি। নঙগী য়েংবগী পেনবা নাইদবী মায়থোঙ, ঙসিদি নঙস্থু পাল্লা মাল্লেদো। অঙকপনিকো নঙসে হে নুংশিবা।

ঙসি অসি অরোয়বা নুমিৎনি। ঙসি ক্লাস তৌরগা লোইরগনি। হয়েংনা ঐখোয় ওজা ৩৪/৩৫ চাক্লেন অমা চানগনি। মহাক করিগী লাকত্রিবনো হায়বসিগী

ঝাথলদা ইশাসে লৈতাফম খণ্ডলমদে। ওজানা ঙাঙলি শক্লিবা মরামদো ঐহাক ইতা তানিঙবা লোক্কে। খোয়জঙব্রবা থরায় য়াওব্রবা অঙাঙশিংবু কমলৌনা তানিঙবা পোকহনগদগে অমদি ওজাগী অয়ানবশিং হায়বা তোপীকসিদনি ঙাঙলিবদো। ঐহাক ঙাঙলিবা তোপিক্তেল থম্মুরগা লোক্লিঙলকই। ওজা ওমপুরিনা ঐবু শুম্না ঙমদে। মালা ঙাঙলিবদো শুঙতা তানিঙদে। ঐনা খঙনিঙলিবা, তানিঙলিবদি "ওজা বেমবেম, করিগী মহাক ঙসি লাকত্রিবনো?" অসিনি। ঙসিদগীদি ঐখোয় ক্লাস ঝাক পুম্নোয় লোইরনি।ঐহাক পুমঙাও ঙাওরম্মী। ঝাথলগী ঈপাক্তা ইরাক্লবগুম মফম খঙলমদে। পুক্লীঙসি ইরাঙ লাঙলম্মী।

চঙলককে হায়দনা ফৎ চঙশিল্লকপদুদা ঐহাক ভিঙ লাউবি হকচাঙসে। লোম্বরগা চঙলক্তুনা মাগী ফমফমদা করিমতা হায়রমদনা কম্বোকপা থোম্ভোকপা করিস্তু তৌদনা ঙেক ফমথম্রে। চয়োল অহম নিতিগী ক্লাস য়াওমিন্নরকপসে লোংমতা ফিজোন মান্নখিদে। নিতিগী ফিজোল হোংলকখিবনি। ঙসিদি ঙরাঙ শেৎলকপা ফিজোলদো অদুম্মক শেৎলকখি। কয়াদা কল্লকখ্রবা কয়াদা ফজখ্রবা, কয়াদা পকচখ্রবা। কয়াদা নিঙথিখ্রবা মহাক্কী নাদা চিল্লিবা লৈ, কয়াদা পকচখ্রবা। করম্বা সনা শাবা মীওইনা কয়াদা পকচনা শারকখ্রবা। অউবা নিঙোল ওইবী কনাগী তমজনিঙাই ওইহল্লিবা। মোনালিশাগী ঈ থাংলবা না নিঙশিঙলকই। অম্সুম্না ফজরমগদ্রা? মহাকপু অহানবা  উখিবদা ইনাক খুনবগী ইমুঙদা মকা ফন্না শাৎপী গমলাগী লৈরাং ওইনা উখি। ইরাঙ য়াওবী ওইনা উখি। মতমগী ইরাঙ য়াওবী নাদা সনা য়ানফম ২/৩ হৎপী ওইনা, ঙসিদি খঙলে। নঙগী তোঙাল তোঙালবা সনা কয়া লৈ হায়বা। মতমসিগী নুপীমচাশিংনা মনা ২/৩ থোক্লা হৎনরক্লিবসি নঙগী নত্তৌ তমদুনা হৎখিবা ওইরমগনি। কয়াগী মতীক ফজব্রবা। কলিদাসনা নঙবু উরম্বা থোক্লবদি নুপী ওইবী কয়াদা ঝাংলমগদবা ফজবগী মবেম্মা মিংথোল ফংদুনা। নুপীগী ফজবা হায়বদু নহাক ওইরেকো। নঙোন্দগী হেন্না ফজবী কনা লৈরমখিগদগে মালেম অসিদা। নঙসে অচিকপা জগা অমদা কনা খঙদা-উদা মফমদা, ইনাক্তা ফমহল্লগা পেন্না য়েংজবা ফংজরবদি ইমিংসি পেন্না, কয়াদা পেনখ্রগদবা, পুকিঙ হকচাঙ, থম্মোয়। মীয়াম ফল্লিবা কা অসিদা ইমাঙদা ফল্লিবা নহাকপু লমদম তামনা লৈখ্রবী অমগুম্লবকো। হে ফজবী, হে নুংশিবী, কল্লকপনা থম্মোয় চাকহনবী ঙমগ্রেদকো নহাকসে।

ক্লাস লোইরকপগীদুদা মহৈ মহৈ পুনসিন্নদুনা হয়েংগী চাক্কী মরমদা ঙাঙনরকই। থরা ঙম্না  লাকনসি হায়বনচিংবা   ওজা, অশিন অয়াঙগী নহায়োলশিংদুনা ওজা খুদিংদা হায়রকই। ঐখোয়স্তু ডিপার্মেন্টতগী থোরক্লে। ওজা বেমবেম মমাম্নবী অনীগা পুম্না থোকখিন্নরকই। ঐহাক্তা খল্লি -হয়েংনা অয়োম্নবা নুম্বিংলি, ঐগী পাউথুমদি ফংদ্রি, মঙোন্দা কল্লি হায়সিগে। মাগীসিবু ঐঙোন্দা করিঙম্না থম্না হায়নিঙব্রা? নহাক

মখোদি কনাম্মত্তা হোয়-মাই হায়দনা মখলত্তা হেক্তা চৎখিবনি। ঙসিদী মমানবা অনীগা মরী শা-শাদুনা পুম্না চৎলি। থেঙনস্থ লাকই। ঐনা মঙোন্দা অমুকস্থ হায়রকপা য়াই খনদুনা মমাম্নবী ফারিব্রা? নৎত্রেগা ঐগী পাউথুম ঙসি পীরগে খন্দুনা পাঙ্গল শোনবীগী হৌনবা মমাম্নবীগী মতেঙ পৌনবা হোৎনস্নিব্রা? ঐখোয় অনীখক্তা নৎলকত্রবা মতমশিদদি ঐস্থ ইমাম্নবা দরকার ওইরক্তে। ইমাম্নবা অমত্তা য়াওদবা কয়াদা লাইবক থিখ্রবা। গাড়ী থমফম ময়া য়ৌবগীদুদা মমাম্নবীদুনা,

-"ওজা স্যরেস কনতিন চৎলুসে অথুবা থবক লৈব্রো?"

ঐহাক কয়াদা নুংঙাইখিবা। হকচাঙ পুম্নমক জিঙ জিঙ লাউখি। খুমখি ঐনা,

-"হোয় য়াই।"

মখোয় অহুম হাইরপ লেংজুমগা লেংজুমগা ইম্নখি। ঐগী আশা মকা লামখি। ঐগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা নুমিৎ অমা ঙসিসি ওইরে। ঐগী ডাইরিদা ইশিন্দুনা থম্নগনি ঙসিগী নুমিৎসে। মখোয় অহুমগা ঐগা কান্তিন তাবা লম্বীদো পীক থম্না চৎলি। কান্তিন পঙথাপ থাপতে। য়োৎলি মখোঙ অমগী লমনি। য়ুনিভর্সিতি ছুটি ওইবনিনা ইচিক চিকই। হোটেল মেনেজরদুনা ওজাশিং করি তৌসিগে হায়রকপগীদুদা ঐনা,

-"করি চাদোইনো?"

ঐহাক নুংঙাইবনা হকচাঙ পুমথুম থুমহৎলম্মী। নুংঙাইবগী ইরোম্নুংদা অমুক লুপ অমুক তাউখৎ শান্নরি ঐগী পুক্রিঙ। ঐনা হংলিবদো ঐগী থম্মোয়গী রানী বেমবেমদনি। খুমস্থ মানা খুম্নকই,

-"খুম মোরোক থাকপা অমা চাসি।"

-"চোপ অশাবা লৈ ওজা"

মেনেজরনা হায়রকই। মমাম্নবীদুনা,

-"ওজা এমঃইউঃ গী অহানবা বেদজ ওইরমগনি?"

ঐনা খুম্মী,

-"ঔ মানি।"

-"ঐখোয়, ওজাসি হান্না খঙে। ওজাসে অদুম ময়াম্না ঙাঙনখি।"

ঐনা,

-"অযবদরো ফন্তবদরো?"

-"গোল মেদল ফংবদুদগী ওজানা হৈবা হেন্নি হায়, ওজানা ইবা দিজায়তেসনগা ঐখোয় পারকএ।"

ঐহাক হরাওরম্মী ঐবু থাগৎলকপদুদা। পামজবা নুপীগী মমাঙদা ম্বাংনা থাগৎলকপা, থাগৎলকপা, মসিদগী হেন্না পেনবা নুংঙাইবা লৈরয়োই করিগুম্না মফমদস্থ।

-"ওজাশিংদি কয়াস্থবা বেদজনো?"

মমাম্নবী অমদুনা খুম্নকই,

–"বেমবেম 'খোয়াসি কয়ারক শুবনো? অহত্নক শুবা হাযগদ্রা?"
ওজা বেমবেমনা অমুক,
–"আইতিফোরগী হায়বনা কদ্রো।"
মখোয় অহম হৌনা পুন্না লোকই। নহাল মখৈ খঙদে খরা মুনরং তৌবীদো, খোজেল খরা হৌবীদো। ওখাক হৌই মখোলদো, অহাঙবা কান্তিনগী কাদো পুমথন থল্লি। মাগী খোজেলনা। মহাকী মমিং করি কৌবনো ঐ খঙদে। মখোয অনীথকনি। মখোয়নদি ঐগী মীং কৌবকথি। ঐনা খঙবা হায়রবু বেমবেমখক্তুনি। ঐদি ঐখোয় কলেজগী চহী ৩ তম্লক্রবা টিঃডিঃসিঃ গী অঙাঙ ফাওবা মমিং থোইনা খঙদে। অদুগা ওজা ওকেনদি ওম্বোক্লা খঙখ্রে। লমপাক্তা লৈবা অঙাঙ খুদিঙগী মমিং কৌবা ঙম্মী। ঐদি হৌজিক হৌজিক জেনেরেল সেক্রেতরী ওইরিবদুফাওবা মমিং খঙদে।ঐনা হায়,
–"অদুদি ওজাখোয়দি ঐখোয়না হল্লিনে।"
অমুবীদুনা হায়,
–"বেদজ ফনা য়াম্না হল্লি ওজাখোযনা।'
ঐনা হায়,
–"ঐদি রিফ্রেসর কোর্স অসি ইমান্নবা খঙন চান্নবা অমত্তা য়াওদবনিনা পুন্না মীনৌ ওইরেনে। অহানবগা ওইরে। লুহোংবা নোংঙানবগী মৌ অনৌবীগা চপ মান্নখ্রে।"
মখোয় নোকখোরকই। বেমবেম, মাগী খুৎনোক্তুনি, চিন খুমজিল্লগা থিক থিক নোকপদো কয়াগী মতীক ফজখ্রবা।
–"ওজাসি নোকনিঙ নোকনিঙবা রা য়াম্না ঙাঙভীকো।"
খোজেল চাউবীদুনা হায়বনি। অমদুনা,
–"ওজাস্থ খঙব্রা? মৌ অনৌবী নুংঙাইতে হায়বসে।"
–"ঐস্থ মীনিনা কৈনো?"
ঐনা খুম্মী।
–"নুপাস্থ নুপীগী নুংঙাইতবসে অদুম খঙবজাৎ ওইরে। খঙজান্নদবগী রাতনিকো ওজা।"
মমান্নবীদুনা হায়রকই। মখোয় অহম, ইথক্তা, ঐহাক খুমফম খঙদবা হায়বদু হেক য়ৌই।
–"ওজা ইচা অচৌবা লৈত্রিবো?"
ঐহাক খঙপ্রেক খঙঙী। শকথিবীদুনা হংলকপনি। অথিবা মীনা ঙাঙলকপাসি য়াসি য়াওদে। অসিগুম্না রাকমসি হায়হন্নিংদবনি। তাবদা তুকৎচরম্মী। ওজা বেমবেম ঐগী মীত্তা হায়রপ য়েংলকই। ঐনা,
–"অদুদি হায়রক্লনু। ঐ পাখৎলি।"
–"ওজা মুম পাম্প্রিবো?"

মখোয় অহম হৌনা নোকই। ঐহাক অশেংনো করি খুমগদবনো খঙজিল্লকয়ে। মখোয়না ঐবু শান্নরে। ঐহাক্না ইথল খনহৌদনা খুমদোকখি,

–"পাখঙ কোল্লেঙনে।"

অমুক হেন্না খোঙ্মাং হাপতুনা হৌনা নোকখ্রে মখোয়। ইথল্না ইকাইরকই। শকখঙদবীশিংসিদা হায়খ্রিবা ব্রাসে শোয়খ্রে হায়না, হায়দোকখ্রকাদা খল্লকই।

–"ওজাসি চহী কয়ামুক শুবীরবগে?"

ঐনা খুম্মী,

–"চহীগী রাশি য়াম্না নৌরিদা।"

–"ওজাসি চহী ৫০ তানখৎলকপা ওইরিনি।"

ঐহাক অশেঙনা শাউনিঙলম্মী। ঐনা খুম্মী,

–"হোয় অদুমাইনা তৌরে।"

শকথীবীদুনা হায়রকই,

–"ওজাসে ঐখোয় পানুঙখোয়গী লেংগা হায়রপ ওইরেকো।"

মখোয় অহম্মক হৌনা নোকই। মমান্নবী অমদুনা ফাগি তৌরকই,

–"ওজা নুংঙাইসে হায়দুনা ফাগি তৌনবগী রাশি। শাউনশুমসিকো, য়ুম থেংলফাও পান্দ্রিবা করিগীনো?"

ঐনা খুম্মি,

–"ঐস্থু মদু খঙদে।"

–"হৌজিকফাওবা খঙদ্রিবো ওজা। ওজাখোয়গী কলেজদুবু ওজা লৈশাবী অমত্তা যাওদ্রে?"

ঐনা খুম্মী,

–"ভারিদা য়াওরিদা।"

বেমবেম হাইরপ মোমোন নোক্লকই। কনানো অমা থোঙলোমদা কোক কোক হায়না চঙলকপগী মখোল তায়। চাউরবা নুপা অমগা অপিকপা নুপীমচা অমগনি। ঐখোয় লোইনমক মখোয়রোমদা য়েংথোক্লম্মী। ওজা বেমবেমস্থু ফুক হৌগৎলি। অঙাঙ অদুনা নুপাদুগী মখুৎতগী নাম্বোক্লগা ওজা বেমবেমলোমদা চেনশিল্লক্লম্মী অদুগা ওজা বেমবেমদা কোনশিল্লম্মী। অঙাঙদুগী ফজবা শক চুদুগা শেৎলিবা ফিজেৎতুগা ওম্বোক্লা পকচরম্মী। নুপীমচাদুনা হায়রকই,

–"মামা চৎলসে।"

মুনরং তৌবীদুনা হায়,

–'তামো কয়াম কুইরে লাকপা?"

নুপাদুনা চৌক্রি অমা চিংশিল্লকই অদুগা খুম্লকই,

-"ফনা কুইরে, পুঙখায়মুক হেল্লম্মনি। য়ুনিভর্সিটি চঙলুরে। ওজা অমনা থোকখ্রে হায়রকএ। অদুদা কান্তিন্দা লৈরম্না য়াই হায়দুনা চঙলক্লিবনি।"

-"অদুদি ঐখোয়না কান্তিন্দা হেক   লাকপগী অদুরাইদা   লাকঅজাংনি। পুঙখায় অমুক ফারম্মনি ঐখোয়স্মু। তামো চা   পায়খিসিরা?"

-"য়াই।"

নুপাদুনা খুম্মী। মমাল্লবীদুনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লক্লগা,

-"ওজা স্নুরেস, ঐখোয় বেমবেমখোয়গী হসবেন্দ। ওল ইন্দিয়া রেডিওগী প্রোগ্রাম ওফিসার।"

'ওহ' হায়রগা ঐগা হেনসেক তৌনৈ। মাগী ফজবা শাবান, ইঙনা চিঙ লেম্না শক্তম ঐহাক মখোয়গী মনাক্তা মিংকুপ অমা ফাওবা লৈবা ওয়্মগী শক্তি মাঙখ্রে। মমাল্লবীদুনা ঐবু তাক্লকই,

-"তামো ঐখোয় ওজাসিনা ওজা স্নুরেস, এনঃকেঃ গালর্স কলেজগী।"

মাস্মু ঐস্মু নোকমিম্নৈ। মপাম্বোঙদা নোকচরবস্মু ঐগী থম্মোয়দি অমুক হম্না তাইশিন্নবা য়াররোইদবা মওংদা মচেৎ মচেৎ কয়া থোক্লা কায়বগা পাংথক ওইরম্মী। কনা খঙল্লবস্মু বেমবেমদি ঐবু খঙলম্বা য়াই।

-"মামা চৎলসে" অঙাঙদুনা অমুকস্মু হায়রকই।

-"বাবা চা থকল্লরোইদ্রো?"

বেমবেমনা মাগী নুপান্দা হায়বনি। ঐহাক বেমবেমগী বাঙাঙসি তারগা থম্মোয় অসিদা অনাবগী চৈনা ফাওরক্লম্মী। ঐগী থম্মোয় পুবা ঙমলক্তে।

-"থকঅরোই য়ারে।"

খুম্মী অস্মুম্না। বেমবেমনা পৈশা পিগে হায়দুনা হোতেল মেনেজরগী মনাক্তা চঙখি। ঐনা,

-"ঐ পিজগে ওজা।"

হায়রগা হৌগৎল্লি।

-"ঐ তৌজরগে ওজা"

বেমবেমনা হায়রকই। মেনেজরদা মানা মাগী পৈশাদু ওইনা লৌবিয়ু হায়বদগী মাগীদু ওইনা লৌখ্রে। ঐনা ঐগীদু লৌ হায়না অমুক হায়দ্রে। অশেংবদি ঐহাক মহাক্কী মরল শিকি অমতা ফাওবা চানিঙদবা ফাওরক্রে। মফম অদুদগী প্রপ-প্রপ চৎনিঙলবনি। ঐখোয় হোতেলদুদগী থোকমিন্নরকলে। অঙাঙবা মারুতি কার অমা মপান্দা থাদুনা লৈরম্মী। পিক্লিবা অঙাঙদো গাড়ীগী থোঙদো হাংদোক্লগা মনুঙদা চঙখ্রে।

-"ওজাশিংগী গাড়ী?"

নুপাদুনা হায়রকপনি।

-"অসোমদা লৈহৌরে, য়ারনি।"

ঐনা খুম্মী। বেমবেমনা গাড়ীদা কাখৎলমদাইদা হায়রকই,

-"ঐখোয় হাল্লমলগে ওজা। থোই বাই-বাই তৌরম্মো ওজাশিংদা"

ঐঙোন্দা মহাক অমুক্তংদি য়েংলমখি মিৎয়েংদু ঐহাক মায়োক্লবা ভমখিদে। ঐনা হংখিবদুগী পাউখুম ওইরমালে। ঐহাক নোম্বদুনা থাঙখি। ঐখোয় অহম লৈহৌরে। অঙাঙবা মারুত্তিদো তপ্না-তপ্না থৌগ্রে। বেমবেমগী মমান্নবী অনিদুনা চৎলমদাইদা ঐঙোন্দা হায়রকই,

-"ওজা হয়েংগী চাকসি ভলহনশিকো"

ঐনা খুমখি,

-"ঔ।"

মখোয়স্তু চৎখ্রে, মখোয়গী পাউখুম ইথন্না খলহৌবী থম্মোয়নুংশিদা

-"ঐবু চাক চাবা য়াওখিগদ্রনে?" □

# সিফায় অনীতা লৈবা নিংথৌ

ব্রারীসি তারগা খঙগনি। ইরমদমসে কল্লিগুম্বা অমদি থোক্লরগনি, শোয়দনা নোংমা। ঐগী ব্রারীসি লিদ্রিঙেগী মমাঙদা ঐগী ইশক অমুক্ত তাকচরকথিগে। ঐসে নুমিৎ নিনিগী সরকারনা হাপ্পা ফুল পবার মেজিস্ট্রেট অমনি। মিটর চনীগী মনুঙদা ঐগী পাঙ্গল অমুক হেন্না কল্লি। ঐবু অমদি ঐগুম্বা কয়াবু মেজিস্ট্রেটকী শক্তি হাপ্লমদাইদা লৈবাক্কী অঙম্বদুনা ঐখোয়দা তাকপিথি। -"কনাগুম্বা অমত্তা নঙগী অয়াবা য়াওদনা থবক তৌবা য়ারোই। নোংমৈ কাপ্পগী শক্তি ফাওবা পীরবনি। নখোয়গী লুরবা তাঞ্জাদা নখোয়গী নতেঙ পাংগদৌবদি নখোয়না শীজিন্নরিবা আইনগী কাঙলোন ইবা লাইরিক্তুনি।" অস্মুম্না ঐখোয়দা তাকপীরকই নিংথৌগী মনাই অচৌবা ওফিসারদুনা। আইন ইবা লাইরিক্তু হঞ্জল হঞ্জল পারে। করম্বা লমায়দা করি ইবা, করি য়াওবা লোইনা খঙলে। অশেংনা ঐহাক মিটর চনীগী লৈবাক, অমগী নিংথৌনি। নিংথৌ ঐগী ইথৌদি ঐগী প্রজাবু শেমগৎ শাগৎপা, য়াইফনবা হোৎনবা নত্তে। ঐগী প্রজানা মখোয় মশেন হাৎন-শুনবা থাম্বস্থু নত্তে। কনাগুম্বশিংনা মরৈ শংদানরকপা নত্রগনা থৎন-চৈনরকপা থোক্লগা তাঞ্জা য়েংলগা ঐনা শাফগদবা মফমদা লৈথোকপা নিংথৌ ঐগী ইথৌনি। মথৌনা মরিঙজেল খাবা কনাগুম্বনা নিংথৌ ইফম শিনগে য়াদ্রগনা সনা কোনুং থুগাইগে হায়রক্লবস্থু ঐগী সেনাপতি পুম্বনা য়ারবদি অদুম পীথোকপা, য়ানদবা য়াওরগনা ঐগী লানমী ব্রাকোক পায়বা অনীদুগা লাম্থেংনবা। ঐনা মায়থিগদবা লৈরগনা ইনাই ইশন পুরগা সনা কোনুং নুমীৎ তাবা নাইদ্রবা বৃটিসকী মহারানীগী মনাক্তা চৎতুনা পাউ পুন্নমক তমলুবা তায়। সিফায় পীয়ু ব্রাকৎলুবা তাই। করিস্থু নাচুংবা লৈতে ঐহাক। সরকারগী থবক তৌবদগী অসিগুম্বা নিংথৌগী খুভম পায়বসে ১০ রক্কী মথক্তা ওইরক্লে। চহী ৫/৫গী মনুঙদা অমুক্তমক ওইগদবা নিংথৌগী খুভম অসিবু চহী ৯ তা ঙাইরিবা সরকারগী থবক তৌবা ঐনা কয়াদি য়াম্না পায়রবা। ঐগী লাইবকসে কয়াদা ফগ্রবা।

ঐনা তোংবা বস অদু পার্টি মন্নিগী মী তোংঙী। লৈবাক ইরাং ফত্রে হায়দুনা মফমদুকাওবা সিঃআরঃপীঃএফঃ না থিল্লি। মখোয়না থিনবদুনা অমুক হেন্না কিজে। বস মনুঙদা থল্লি -'লালহৌবশিংনা সিফাইশিংদা নোংমৈ কাপলক্লবদি কম্নম্না নাম্থোকপা '

ভোং অদুক য়াম্না চৎথ্রবদো অস্তুম্না অমুক্তা খনখিদবনি। হন্দক্তি য়াম্না খল্লি। মরমদি ভোং তৌবা য়ারোই হায়দুনা লালহৌবশিংনো থিংলকপনি। চৎলিবা মফমদুনা চীঙগোল। হকচাঙগী মিহুলসে ক্রুং ক্রুং চোঙঙী। ইথত্তা খল্লকই, ৱাখল পীকশিল্লকই -হন্দক্তি খরদি শিন্ননি। ঐদদি য়াওহনবীগনুকো হে ঈশ্বর। ঐনা শিবগী লুপা লাক অনী ফংহৌরবস্তু ইচা মরাইবক থিহৌগনি। ইচা পীশক পীক্লি। লুপা লাক অনী নিংখৌনা শিরগা। মন্ত্রিনা শিরগা লাক অমা মথায়। প্রজানা শিরগনা লুপা লাক অমা। অস্তুম্না মীগী মমল লেপ্পগা লাউথোকখিবসিনা অমুক্তা হেন্না কিহল্লি। খল্লমদবা ৱাখল জাং জাং খনগৎলকই।

উচিন নাচিননা ঐগী মফমদু মৌদুনা কুমহৌরে। ঐখোয় পার্টি অনীগী মী ১৪ কুমহৌরে। সিঃআরঃপীঃএফঃ শিংনা হিন্দীদা হায়,

–"সার ঐখোয় য়াম্না তোয়না তোয়না লাকচগনি,নুংঙাইতবা তৌবীগনু।"
ঐনা,

–"ফনি।"
মখোয় চৎথ্রবা মতুঙদা ঐখোয় ময়ামদো স্কুলদুদা চঙলে। স্কুলদো কয়াদি মোংলমখ্রে। গভর্নমেন্টকী জেঃবিঃ স্কুলনি। চেক্লা শারগা জিঙঘনা কুপ্পা শঙনি। থোঙশিংদুস্তু অমত্তা কপ্পচা য়াওদে। থোংনাওশিং অদুস্তু নাম্ম্যা থোঙনা য়াওদবা, থোঙনা অনীমক য়াওরিবদুস্তু খিংজিনবদা মরক্কী অহোবদা পীক্তক তৌবা অঙাঙদি অদুম্যাক লিংপা চনবা য়ানা হোবা অঙকপা স্কুলগী বিলদিংনি। থোঙদু খজিত্তা মুক্তক তৌরগা পোনাদু থাজনগে তৌববু চেক্কী ফক্লাঙদু ভূমিকম্প তৌরকই। ঐদি জ্বার হায়ব্রা হায়দুনা হকচাঙসে চিঙ লাউরি। হোম গার্দ অঙাঙদুনা,

–"সার কম্না মুকপীরম্নু থোক থোক নোম্মে। অমুক তুখিদনা।"
হায়রকপদুদা জ্ঞান খঙতা তায়। ঐনা খল্লি –'ওহ! মসিবু চেক্কী ফক্লাংনিক্কো। কেঃজিঃ ৪৮ লুম্না ঐনা ইনবদা নীক্লিবসিনদি ওজা অবুং কেঃজিঃ ৮৭ লুম্নদুনা ইল্লবদি বোম লাউনা হায়খিনিসে। মসিগী মনুঙ অসিদা তুংগী য়ুম্নী ওইগদৌরিবা পুন্সি কয়া অমা নিতিগী লাক্লগা লৈরম্নিবা। হে থিকাদার ইবুঙঙো নুংশি হৈতেদা। ঈশ্বর নঙদি খঙলমগনিদো। থাক্লিবা লাং অসিদা নোংমদি জিব কয়া থুরখিনি হায়বা। ঐদদি নঙগী লাংসিদা থুহনবিগনুকো। ইচা লাংলেন অহল, পাম্নি অতোম্না পীশক পীকহৌরি। কনা য়াওদা চেক্লাগুম নাইতোম পাইদুনা লৈহৌগদবা নচানুপী, লুম্না ওইদুনা।' হঙ ৱাখলসি ওম্লরে। মসি খনবা য়াবা ৱা নত্তে। ঐনা,

–"ময়াম কমদৌসি হায়বনো? অঙাঙ অমা অনী থিরগা শিংতোকহনসি হায়ব্রা?"

–"মদুনা হেন্না ফৈনে সার।"
মখোয় ময়ামদো মায়না থুমলকপগুম তৌরি। অঙকপা কাঙবু হায়বদুনি। অতৈদা

মাহ্নদ্রবস্থু তনবা ফাওবদি মাহ্নরে ঙনতানা খঙলে। ঐনা পুন্নমক হান্না তিন্না তোংনরকপা, খঙন-চান্নরকপা অমত্তা নত্তে। অমনা অমগী মগুন অমত্তা খঙনদ্রিবনি। অদুবু ঐনা মখোয়বুদি ঙন্না খঙলে। মখোয় মাঙজিন থাবা থৌনা লৈবা য়াওদে হায়বা। ঐনা হায়,

–"হেড মাষ্টরদু ময়ুম কদায়দনো অমুক্তা কৌহনসি। শো-নুং হাংদোকহনসি।"

স্কুলদু চৌদায় লৈতে হায়। হেড মাষ্টরদু খুন্দুগী মীনি হায়। অঙাঙ থাদুনা কৌহল্লুরে। অসিগুম্না কাসিদা মহৈ তম্লিবা অঙাঙগী মমা মপা অমদি স্কুলসিগী ওজাশিং, মখোয়গী থনবদা মম্মী। মখোয় মীনুংশি খঙলম্লোই। হেড মাষ্টরদু লাক্লে। হেড মাষ্টরদুগা ইমুঙ অমদগী বালটিন অমদি শুমচিংনচিংবা ব্রায়দুনা ঈশিঙ চাইদুনা ব্রাই শিংতোক্লে। ঐনা উযুল মরক্তা ব্রাই শিংপদু উবদা হোম গার্দ অঙাঙ অনীদো নুংঙাইত্রমাল্লে ঐঙোন্দগী শুমজিং মুল্লগা মখোয়না শিংখ্রে। নম্বর তু ওফিসারদু য়াম্না হৈনদনা মাগী বেদিংদু থাপ্না থাংদোক্লগা মথক্তা ফম্লগা ময়াম্না তৌরিবদু য়েঙঙী। অতৈদি শিংতোক শেংদোকপা য়াওশিল্লক্লে। কাদু পুমনাল নাল্লে। শ্বর হোনবদা হেক নুংঙাইবোই নিঙঙী। স্কুলগী অকোয়বা ঐখোয়রোমগী নাকলগাদু শিং নাল্না শিংতোক শেংদোক্লে। ফত্ত-হৌদি মৈ থাদোক্লে। পুম্নঙ লংলে। ফুং ৫০/৬০ মুক শাংবা স্কুল শঙদুদা নাকল-নাকল, সাইদ-এঃ, সাইদ-বিঃ হায়দুনা ঐখোয় কাঙবু অনী তামিন্নবনি। মমাঙ থংবগী কাঙবুদুদি ঐখোয়না তৌরিবদু লেপতুনা য়েংদুনা ইরৈ লৈনৈ। মখোয়গী কাঙবুদু থরা অমস্থ ঙসায়বাই চীঙয়ারোমদা হাইদোকখিবনি। ঐখোয়না হোংজিন্দুনা ফম্বা য়াও, হিম্না য়াও পোথাদুনা লৈরিঙৈদা মখোল বোরো-বোরো লাউবদুগা মশা য়াম্না মোংপা মানবদুগা ঐখোয়গী কাদুদা চঙলকই। অদুগা,

–"ওজাখোয়গীদি লোইরম্লেনে। কনানা শিংতোকহল্লি, মপান্দা য়ুংলিবা বা নুঙগাসিদি কদায়দগী লৌবগে?"

ঐনা খুম্মী,

–"থংনেবা য়ুমসিন্দগী লৌবনি।"

মশাদো নিশা পাল্লে। থোঙহাম খুৎহাম চৎপোই নিংলুবদু য়োংপা চংলুবা ওইরম্লে। মহাক হেক থোকখিবগা লাউরকপা তায়।

–"পোলিং পিওম্না তৌহলগদবনি।"

–"করিগী মাদঙ তৌহনবা য়াব্রা?"

–"য়াই।"

–"য়াদে।"

–"প্রিসাইদিং ওফিসার অমা ওইরগা অদুফাওবা খঙবীদবরা সায়বো? ঐনা ভোৎ চংলকপা খুদিংগী লোইনমক তৌহল্লি।"

–"করি নঙনা অদু ঐঙোন্দা হায়বা য়াব্রা? নঙ তাম্লোকউরা? নহৎ অমা হাম্লুরা?

নঙ পনিস তৌহল্লুরা? থবক তৎকেরা নঙ?"

-"অদুদি সারদি অচৌবনি। ঐখোয়গীদি বোসনি। ঐনা হায়জরিবসি অমুক্তা তবীখো।"

- তারোই।"

ঐহাক মপান থোক্তুনা কা মনুঙদা অদুমক লৈ। ঐগী হোম গার্ডতুনা ইনাক্তা চঙলক্লগা তম্রে।

-"বাইরম শিংপা খুদিঙগী পোলিং পিওন্না তৌহল্লু হায়না ওজা অমনা হায়বা, মখোয় প্রিসাইদিংনা পুন্না তৌমিন্নগদবনি হায়বা অদুগা মখোয মশেল পঙলাউদা লাউনরিবনি সার।"

ঐনা হায়,

-"লাউনসনু থওইনা তারুনু। য়ু ভাওরবদি মী লৈরা লৈরগা হেন্না কন্না ঙাঙনবনি। মখোয়না য়েংনরিবশিংসে আ লোকনুঙদা মখোয় খরসিদং য়েংনহল্লবদি মখোল ফাওবা থোক্তুনা সাইন্না য়েংনগদবনি। নখোয়না য়েংলুবদুনা কন্না কন্না লাউনরিবনি।"

"য়ুসিবু সার করি হাউদুনা থক্লরিবনো?"

মুসলিম হোম গার্দ অঙাঙদুনা ঐঙোন্দা হঙঙী। ঐনা,

-'মসিদি থক্লগদা থঙগদবনি। অদুবু ঐগী মত ওইনদি হায়ফম থঙদে। য়োৎশিনবদা শ্বব থিংলগা যোৎলিবনি। শুগৎপদা নাতোন ফাওবা শুপচিল্লিবনি। অদু নঙস্থু তেষ্ট তৌরগা য়েংঙুদনা।"

-"ঐখোয মুসলিমদি য়ু থকপা য়াদে সার।"

ঐনা,

-"কনানা হায়রিবা?"

মানা,

-"ইস্লাম ধর্ম্মনা।"

ঐনা ফাগি তৌই,

-"ঐখোয়গীদি ধর্ম্মগী বাদি থঙদ্রে, নুপীনা ফাওবদি য়াদ্রে।"

-"নুপীনা য়াদবা য়ুসিদা মৈতৈ নুপাশিং অসিনা অম্তুক য়াম্না থক্লিবা?"

-"ঐখোয় মৈতৈদি নুপী মবা লৌদবা।"

হোম গার্দ অঙাংদুনা নোক্লগা হায়রকই,

-"সার নুপী মবা লৌদবা নুপা লৈতবনিদা।"

ঐনা হায়,

-"ঐখোয়দি লৌদেনে, নখোয় মুসলিমদি নুপী মবা য়াম্না লৌব্রিনে। চুমদবরনে ঐনা হায়রিসিবো?"

-"সায় অদুদা মৈতৈ মিনিষ্টরশিং অসি থবকী বানোম্বদা মিনিষ্টরগী নুপীদা বানোম্বনা

হেন্না শোয়দে হান্নৈদা। মুসলিম মিনিষ্টরশিংদি নুপীদা বানোম্না চৎনদে। মশা মশাদা বানোমনৈ। মৈতৈগীদি সার মপাম্বোঙদা নুপী মবা লৌদে হায়রগা মনুঙদদি লৌবিদা সার।"

ঐ নোকই। ঐনা হায়,

–"নঙ মৈতৈগী মরমদি য়াম্না খঙঙীনে।"

–"সার ঐনা লৈজরিবসি মৈতৈগা থঙনরবনে। অদুনা ইখঙ খঙনরবা।"

–"নঙবু য়ু অমুক্তা থকত্রিবরনে?"

ওজা অমনা হোম গার্দতুদা হংলকই।

–"ঈশ্বরনা শাক্ষী, থকত্রি সার।"

ঐখোয়ময়াম নোকমিন্নৈ। ঐনা হায়,

–"অল্লামক থকত্রি হায়য়ুনে।"

মানা হায়,

–"অল্লাই কসম থকত্রি।"

ঐনা,

–"ফিল্মমদা মুসলিম য়ু থকপা য়াম্না থেংনরে।"

মানা য়াম্না ঙকনা হংলকই,

–"করি ফিল্মমদনো সার?"

ঐহাক জ্ঞান খঙতা হেক তাই। ঐস্থু খঙদনা হেক হায়জিল্লুবনি। হায়দোকল্লুরগা ঐহাক লাপ্লে খঙলে। অঙাঙসিগী মমাঙদা ঙন্তানা চোপ্লে। ঐনা অস্থুম্না ওম্বোকই,

–"মীনগা স্থুম হায়নৈনা হায়বগী বানি।"

ওজা অমনা খুমলকই,

–"মুসলিমদি মৈতৈনা হেক তৌবা মখৈ তৌদবনি। অদুনা থক্লুমলোই।"

হোম গার্দ পাখঙ মচাদু হায়রপ নোকই। অদুগা,

–"কদায়দগীনোদা সার।"

–"তৌবু তৌদ্রনে? তুম্মে মান্নদে, চায়ে মান্নদে, শেৎলে মান্নদে, ঙাঙলে মান্নদে, লোইনমক হেক মান্নদে।"

–"অমথক মাম্নৈ নখোয়গা ঐখোয়গা, অদু নঙ খঙব্রা?"

অঙাঙদু নোক্লুগা লৈ। অদুগা,

–"করিনো?"

ওজা অমদুনা খুম্মী।

–"নখোয়স্থু মী ঐখোয়স্থু মী"

হায়রপ নোক্লুগা অমুকস্থু হায়রকই

–"কদায়দৈনোদা সার।"

–"য়ানিংদব্রো?"

নোক্লুগা তোক্লুয়ে।

থাবা খোংপা শেম শাবা পুম্নোয় লোইরে। ঐস্মু থাউ-নুং হাংদোক্লুনা থাজন থোংচনবা, শেমজন শাজনবা পুম্নোয় লোইরে। ঐগী পোলিং পিওনদুনা চাক-নুং হায়রুরে। চরা অমমমদা লুপা কুম্থা-কুম্থা পীয়ু হায় হায়দুনা হায়রে। ঐগী পারতিদো অমনা অমদা তাক্লুদে, মশা মশানা ঐগী ইথৌনি হায়দুনা হান্না তৌবা তাৰে। শকথঙনদবা ঙাক্তুনা নুমিৎ নিনিথক পুন্না শুমিন্নবদা পুকচেল থাইদগী তিন্নবা মরক মরকতা য়াওদবা নত্তে। অহানবা মত্তুদা ঐগী পার্তি অসি নুঙাইরোয়দ্রা খল্লুরবনি। তৌবতবু ইশা ইশাগী ফংফম থোকপা পৈশা য়েল্লবা মতুঙদা পোলিং বুদ শাবনচিংবদা শীজিন্নবা পৈশাদুফাওবা লুপা চাম্মখক থাকহৌরগা লোইনা য়েনথোকল্লবনি। অদুনরা খঙদে। শুনিঙদবা অমত্তা য়াওদে। থংনবা পার্তিদুগা য়েংনরুরবদি ঐগী পার্তি অসি অম্নুকী মতীক ফখ্রে। যাচঙলকপগীদুদা চাক চাবা চংলি, মুম অমদা। মখোয়গী মমাঙগী পার্তিদুনা হান্না চারগা লৈরম্মী। পুথম মুদ্রে হায়রকই।

–"ঙা চাক লৈনবা, এরডাসস পিদুনা ঐনা ঙাঙনরগা মখোয়না হান্না কংলমলেনে।"

নম্বর বান ওফিসারদুনা হায়,

–"চাক চাও মাঙ থাউ, লান চংলু তুং থংঙুঐদুনি।"

হোম গার্দ অঙাঙদুনা চাক লামদুনা শাউরপ তৌরকই,

–"হৌজিক্তি ওজা লান চংপসি তুং থংবদুনদ হান্না শিরবনি।"

অমনা অমুক খুমলকই,

–"চুম্মীনে খবরদা হেক হাপলকপা খুদিঙগী মনিঙ থংবা ঙাক্তনিনে শিরিবসে।"

মখোয়গী কাঙবুদু শংকংনরগা থোরকই। অমনা অমগী মবা তান্নদে। মখোয়না চাবগী লুথাক চগুমদু পোল্লিং পিওনদুনা শেংগদবনি হায়বগী বাহৌদগীনি। মখোয়গী পার্তিগী থংনবগী বাহৌশি লোইনা পোলিং পিওনদগী হৌরি। প্রিসাইদিং ওফিসারদুনা পোলিং পিওনগী মীচঙ থরা-থরা চঙনা ঙাঙঙি। অদুননি কন্না কন্না থংনরিবসে।

ঐখোয়গী তর্ন থোকতুনা অমুক চাবা চঙলে। চাক থাংদোরকলিবী নুপী মচাদু মথন্তা পঙনোক্তা নোকই। ঐনা করি তৌরবগে হংলুবদা মপা অহলদুনা হায়,

–"করি নুংগী চাক লাঙলুরবনো হায়বদু হেক য়ৌরি।"

ঐনা,

–"করি তৌরবগে তাদা?"

হঙঙী। মানা,

–"ইবুঙঙো মখোয়গী য়ু থকপা হায়বসি নাতে চাদেদা, চাক চানা-চানা মুলয়রকইবনিদে। চাক চারিবা মখুৎনগা হেক্তা মীগী মমায়দা পাক-পাক হেক্তা থাই। ওফিসার

মকোকনেত্রা কৈনো, শাজাওবদো কন্না-কন্না ভাগুভীনে। অমদুনা মরোল অমা সারনা থবক কজনা শীন্দোকতে । চাবা থকপগী কাওবা নুপা অমা মশম খোয়বদুনা শেংগদবনি হায়বা ব্রাহৌদগী হেক্তা চাক চারিবা মখুৎতুনা মীগী মখজাইদা পাক-পাক হেক্তা থাজিল্লিবনিনে।"

ঐনা হায়,

–"খঙদেদা মীসে মথল য়ামখ্রে, লৈবাকসিদা লৈরিবসে।"

মানা মখা তারকই,

–"অদুদা নচা নুপী অসিনা ইবুঙগোখোয়গী ভসায়গী অদুমহায়না তৌরকত্রা হায়দুনা নোক্লিবা ওইরিনি।"

নুপীমচাদু নোকপা হন্দে। ক্লাস আইত তল্লে হায়। মশক ইঙনা নুংশি। করিমতা হংদনা নোকপা মাজিনবা লাক্লরগা এলাং হেক-হেক থাবৈনা তেকসিদগী কোৎল-কোৎলগা হাপ্লকই। হায়বা নংহৌদে। য়ারে হায়গে হায়দুনা খুৎ খনগে তৌবদা খুৎনমদা হবাই মহীদু হৈথরকই। নোক্লগা ইমুঙদা চেনশিনখ্রে। মতুঙ থোরকখিদ্রে। মমানা অদুম্মক শিনখ্রে। ফনা ফজনা পীজা পীথক তৌবী। ভা থোংবা, ঙা অতাওবা, ইরোনবা হবাই থোংবা। লুপা ৩০ পীবদা মখোয় শেন্দোং ফংলম্লোই। মশানম্ভু হায়জে,

–"শেল মাঙবা তোংবা করিস্থু খঙদে, ময়ামগী সেবা তৌবা পামজদুনা তৌবনি।"

মসিমক চুম্মী খল্লি ঐহাক। মরমদি চাক্লেন অনীথক চাবদু অদুকী মতীক নিঙথিনা নাল্লা হোৎনবী। চাবা থকপা লোইদুনা ঐখোয় থোরক্লে। ঐখোয়গী মফমদা হল্লক্লে। তুমননবা শেম শারে। চক্ল মপুল মঙাথক লৈরুই। পৈশা লৌহৌ য়াদে। হৌখিবা ইলেক্সন অমা নিঙশিঙলকই, চক্ল মপুল অমা অনীদং লৈগে হায়রম্বদা সম্না চারোয় হায়দুনা য়াখিদবা লমদো, ভোৎ লোইরগা পীশল্লমগে হায়বস্থু নস্তবা। ব্রাফমসিগী আর্থ ঐ ভসি কাওবা খঙদ্রি। লমদো অহল অঙাঙ লোইনা য়ু থকই। ঐনা অঙাঙ হায়রিবসি নৌম্নিবা পাথং মচাশিংবুনি। য়ুনা মমায় হাগৎলবা নহাস্থু অহলস্থু কনা য়াল্লা লৈ। নিংথমগী অহিঙ অদু কয়াদা বানা লেনখিবা। নুমিদাংদু লায়হৌ হৌবগুম থক থক নিক্লা থাঙখিবনি। অদুগা ভসিনা কয়াদা নুংঙাইরবা, চাবা থকপদগী মীওক মীচান্দগী। ভোৎ থাদগদবা মীশিঙস্থু শুপ্লগী ৩০০ খক্ত লৈবা। হন্দক্তি দাও য়াবা মফমদা হেক তাইদা। ঐনা হংবদা ইয়াঙস্থু লৈতে হায়। দাউ য়াবা হায়বদুনি। ঐগী নুপীনা ধুপ-থাউমৈ থাদুনা ঈশ্বরদা থুরুমজবগী অসিগুম্না মফমদা তারিবনি।

হয়েংগী থিদনা ঐনা তৌগদবা থবক ময়াম অমা লোইশিল্লি। মী ৩০০ কাসিদি অহানবগী পুঙ ২ দা হৌবদগীনা থাধবা মফম য়াল্লা য়াওখ্রে। হয়েং ভন্না হেক লোইশিল্লপা পুঙ ৪ হেক তাবদা ডিঃসিঃ ওফিসতা সবমিট তৌবা হেক চৎলগা লোইরে খল্লি।

নোং ঙাক্লে। মাগী মাগী হুক্চাঙ শেংদোক্পা লোইনরে। ভোংকীনমক্ত শেম শারে। পুঙ ৭ তগী ভোং থাদনবা হৌগদবনি। পুঙ ৭ হেল্লবা কাওবা এজেন অমত্তা লাক্তে। ভোং থাদগদবদি মী ৭/৮ লেপত্তুনা লৈরয়ে। ঐনা এজেন অমতদি লাকপা ঙুইখিসি হায়দুনা ময়ামদা হায়। মিনিট ১১ অমুক হৌপ্রবা মতুংদা এজেন অমথক লাকই থাঙ্গোল মার্কাগী। কেনদিদেত নিপাললনি। ভোং থাদনবা হৌরে। ঙাইহাক লৈরগা নুপা অমা লাক্লগা মপান্দগী লেপলাউ লাউর–লাউরগা মনুঙ চঙলকই,

–"ভোং থাদবা থিংজিল্লনি। মসিগী ভোং থাদবসি লেপ্লিরো।"

কা মনুঙদা মখাঙ মেৎলদুনা লেপলৈ। ঐনা,

–"করিগী ওইবীরবনো?"

মহাক্না মখোল্লেলদু হৌনা,

–"মসি থিংজিনবিয়ু নত্রবদি প্রিসাইদিং শোকনি।"

ঐনা হায়,

–"তপনা হায়বীয়ু, শাউবীগনু। সোমনা হায়বীরিবসি ঐহাক জ্ঞান তাবা ঙমজদ্রে।"

মহাক্না ঐঙোন্দা থুদোনবীগা খিল্লগা কন্না হায়রকই,

– নঙ থঙজদ্রা? কেন্দিদেত অমগী এজেন অমথকনা ভোং হেল্লল হৌবা য়াব্রো? নখোয়না হুরাল্লগা থাদরগে হায়ব্রিব্রো?"

ঐহাক হকচাঙসে ব্রঙ শাগৎলকই। ঐনা,

–"অদোম কনানো?"

মানা হায়,

–"ঐ কেন্দিদেতনি।"

ঐনা শাউরপ্না হায়,

–"কেন্দিদেত ওইরগা কেন্দিদেত অমনা খঙকম থোকপা খঙদবা কররম্না কেন্দিদেতনো অদোমবু? অদোমগী এজেন য়াওহন্নিঙলবদি পুঙ ৭ তাদ্রিঙৈদা মফমসিদা লাকহনবীবা যাদ্রো? অদোমগী চে অমুক্তো য়েংজগে।"

ফুবিৎথাউদগী চে লৌথোরকই।

– 'অদোম কাসিদগী মপান থোকপীখ্রো। অদোম কেন্দিদেত অমস্থ নত্তে। অদোমনা কাসিদা চঙলক্লগা অহৈ অপা শাবগী হক লৈতে। অদোম্না হায়রগা ঐনা হেল্লল লৌগদবা নত্তে। অদোম খঙদ্রমাল্লে। অদোম্না ভোংসি থিংজিনবা পামলবদি আরঃওঃদা ব্রাকৎকদবনি। আরঃওঃনা হায়হনবীরকউ।"

–"ফৈ ফৈ নঙ থবক থদৎকে, 'খোয়স্থ ভোং য়াম্না চৎলক্রিবা মীনি।নঙ কয়াম্না আইন খঙবা নুপানো য়েংবা তারেদনা।"

নুপাদো গম গম চৎখ্রে। মহাক ইচম চম্না এজেন অমনি চফু মার্কাগী। অদুগা কেন্দিদেতনি হেক্তা·হায়জিল্লিবনি। কা মনুঙদা ফম্লিবা এজেনদুনা হায়রকই,

-"সার শাউবীগনু, মখোয় কাওবুসে ইলেক্সন খুদিগী অদুম তৌরবদি। মপুন্সিদা ইম্ফাল অমুত্তা কাপ্রিবা কাওবুনি সার। লাইরিক হৈবস্থ অমত্তা লৈত্তবদি মখোয় শাগেসে সার।"

ঐহাক শাউনিওবনা হক্চাওসি নিকই। ইওনা মুংওাইগ্রবা, ওম্না লোইগদি খঞ্জবা ভাগা অসিগী অহৌবা শরুক্তি পুঙ ৭-১৫ দা থেংনরিবসি।

ঐহাক খওদুনা লৈগ্রবা হঞ্জল হঞ্জল ভোট চংলকতুনা চিনফা পুবগা মান্নরবা বাফম অদুবু চিংনরত্তুনা আইন ইবা লাইরিক্তু ফাতুনা অমুক য়েঙওী। ঐহাক্না চুম্নমী। এজেন অমবু য়াওরবদি ভোট হৌবা য়াই। সেক্টর ম্যাজিস্ট্রেত, সেক্টর কামান্দর ফাওবা প্রিসাইদিং ওফিসারদা এদভাইস তৌবা য়াদে, অস্তুম্না ইরি। ওসায় মরৈ য়েংলম্না নুপা অদুগী কাওবুগী এজেন অমা চঙলকই। অদুগা বা ইওাও ওাওদনা ফোম অমা পিশিন্নকই। ঐনা মাবু ফমহল্লে। মহাক ভোট থাদবা চঙলক্লিবা মীওইশিংদু মুন্না মুন্না য়েঙওী। অদুগা "নো" অমুক হায় "করেক" অমুক হায় তৌব্রি। করিগুম্বা কাব্দস্থ ঐখোয়গী ওফিসার নম্বর বান্দুনা সেরীএল নম্বরথত্তুনও হায়বদা "য়েস-য়েস করেক" গাইনা হেক্তা হায়জিল্লি। করিগুম্বা কান্দা ভোৎতরদস্থ নও ফনাই ইমুওনো গাইনা হংজিনবস্থ য়াওরকই। মাগী বেব্যাহার ইয়াও য়াওদবা মানবা মওওদুদা ঐখোয়গী নম্বর বান ওফিসারদুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলগা কন্তুক অস্তুম্না হায়রকই,

-"ইবুঙঙো নঙবু অতোপ্পা লৈকায়দগীরো? নঙ খঙপ্রবদি ফনানো অখঙবা অমা ওইহল্লোনে।"

মানা হেক্তা খুম্নকই,

-"পাবুঙ মসক মতৌ ফজবী লৈশাবীনেনা থরা হংজিনবগী বানিদা।"

ময়াম পুম্নমক ইহৌ হৌদনা নোকনৈ। ঐখোয় নম্বর বান ওফিসারদু নোক্তে। লমচৎ বেবাহার কয়া ফজবা অঙাঙ মান্দে। পাখঙ মচা অমা চঙলকই, ভোট থাদবনি। এজেনদুনা চঙলকলিবা পাখঙ মচাদুদা মমিং নাম্ম্যা উইসিল্লগা মমিং নাম্মনা য়েঙওী। পাখঙদুনগু মিংচি থক থক থংচিল্লকই। বেব্যাহার কন্না য়াওদবা এজেন অদুনা,

-"য়েস য়েস করেক"

হায়না হেক্তা লাউরকই। এজেন অমদুনা,

-"নো করেক"

হায়রকই। মখোয় অনী য়েংখংনরক্রে।

-"মা থাদবা য়ারোই, মশা থাদহনসি মহাক মশা নত্তে"

ঐনা তপ্না হায়,

-"এজেন অনীনা চুম্না তৌবীয়ু। খংন-চৈনবা হায়বসি ফত্তে। সোম মোবী নম্রবদি থোকপিয়ো।"

মরৈ য়েংলিবা এজেনদুনা মুন্না য়েংলত্রগা থোকত্রে। অমা অমুক চঙলকই। মদুগু নত্তে

হায়রে। পাখঙ মচানি। মসা মানি হায়দুনা য়েংলি। থাসোল মর্কাগী এজেনদুনা নত্তে থাদবা য়ায়রোয় হায়দুনা কনা য়েংলে। অকোনবা চঙলকপা পাখঙমচাদুত্ত মহাক মোবীনি হায়দুনা সিখাঙ থাঙদুনা লৈরে। ঐহাক খঙডী ঐ তৌরুগে হায়দুনা চঙলকপা মীনি মহৎ থাদবা প্রোকসিনি হায়রবা। মহাক ২/৩ লক থাদত্রবা পাখঙ মচানি। ঙসাই মথৌদি য়েংলিবা এজেন অসিনা য়েংখিদ্রবনি। ঐখোয়নদি খঙডী মহাক ২/৩ লক থাদবা চঙলকত্রে হায়রবা। ঙসাইদি ঙসাইনি। হৌজিকতি য়েংনয়রক্লে। ঐহাক বিচারপতিনি অদুবু করি ঊপাই লৈ। কবো দুনা চঙলবা লিক্লবোকনা নাম্বোক্রবা উপাই থিবগুম হক্লল হক্লল শৌ ময়াদা উরু উরু লৈদুনা লৈবগুম, ঐঙু খুৎ অনী লোজদুনা জুর তৌদুনা হায়জে,

–"য়ায়রবদি প্রোকসি তৌবিগনু, খৎন–চৈনবনা কৈ।"

ঐগী ইত্তৌদুনা হোম গার্দ অনীঙু ভিক্তক ভিক্তক লেপ্লগা য়েংদুনা লৈ। এজেন অনীদু কনা ঙাক্লবা হৌয়রক্লে। আইনগী মতুঙ ইনা চেলেঞ্জ তোংকী নিয়মদা মরাল লৈবা মীদু দক্সি পীবা য়াই। অদুবু ঐনা খঙলবা অকনবনা অশোনববু ভুহৎপা হৌয়ক্রবা তাজাদুনা করিদি উপায় লৈ ঐগী। ঐনা অমুকক্ত হায়জে,

–"য়ায়রবদি মশা মশা থাখহনসি। খৎন–চৈনবা তৌবিগনু। ঐখোয়দি মফমসি থাজোকতুনা চংখিজদবনি। সরকারগী থবকনি হায়দুনা তৌরবনি। মরুপ মপিজা ইচিল ইনাওশিংদি লৈকায়সিদা, খুনসিদা লৈহৌগদৌরিবনি। য়ায়রবদি খৎনবীগনু।"

তাজাদুনা য়ু ঙাওবা ঐগী লেসা ওইগদবা চহী ৪০ গী মথকী মীওই অমনা,

–"কনানা য়েংলিবনো? ওফিসায় ওইরো এজেন ওইরো হেক্তন শেৎতংলু।"

অঙুয়া লাওশিল্লকই থোঙনাওদগী। ঐনা থোঙজিলদা লেপ্লগা হায়,

–"অদুয়া হায়বীগনু, অদোয়া তোং চৎপা মতমদা অদোমগুয়া য়ু ঙাওরগা লাওশিল্লরবদি অদোমগু নুঙাইবিরোয়দা।"

থাঙোলগী এজেনদু ফুক হৌগৎলগা হায়রকই,

–"মহাক থাখবা শুকয়া য়ারোই। সার মোবী ঐগী হেক ইয়াম্রলি নুপাসিনা থাখগে হায়রিব্রসে। মখোয় খৎনবা হৌরিবনি সার। মহাক প্রোকসিনি।"

–"করি?"

হায়দুনা য়ু ঙাওবদু থোঙলোমদা কৈরেং তুরেং চোংশিল্লকই। হোম গার্দ অঙাঙ অনীদুনা কনা চিংথোকপা লাক্লইজে। পোক–পা, ভুপ–তা পঙথোমদা থোয়নরকই। মপান্দা লৈবা ময়াম অমন্থু হাংলু হাংলু হায়দুনা চেনসিনরকই। অয়েংবা অঙাঙদো ময়াম চঙদুনা কাওবা খিনবা তৌবিরে। কা মনুঙ মপাল মীগি মী ঙাক্তা হাংলু হাংলু হায়বগী থোক্লাউনা পুম্লিন নিরে। অহল অমদি লাক্লকতুদা নথোয়গী সিফায়গাদুবু কদায় চৎথ্রগেনে? করিগিনোনে সিফায় য়াউদনা তোং তৌরিবোং ঐহাক খুমফম খঙখিদে। চেপ লেশ্নী, মপান্দা থারিবা শম্বল পোত্রেক্কী পংগ্রা থুদৈকখ্রে "ঐহাক গ্রান

মাঙলে। অহনবদি অঙাঙদগী হাৎপু হায়বা ঙাক্তা ঙাইত্রে। শগোল য়েংলপা মফমগী মীওইশিং অদুনা থাজোল য়েকপগী এজেন্দো কাওবগা থোম্নগা তৌবদ ঙাইহাকী মনুংদা মমাঙদো মীগি মমায় মানদ্রে। লাই শাবা হৈত্রিবা অঙাঙনা শবা লৈবাকী মুর্তিদো ঙায়রে। ঙাইহাকী মনুঙদা নুপী মমাম অমা কদোমদগী পাইসিল্লকাখবনো খঙহৌদে। লাউরে,

– "নখোয়না মীগী ডোৎ থাদকমদা খংনবা যাত্রা?"

নুপী শগু অমা পাইশিল্লকলে। ঙশাই মখৈ হায়কম খঙদনুনা ঐরমবগে ইমা ইন্দোলশিং অদুদা থুরক্লে। অনুভন থাখবোকপীয়ু হায়দুনা। ঙাইহাকী মনুঙদা কানো পুনহাঙ হাঙলে। লোয়নমক কাদুপী তানখোকখ্রে। মপাঙল কক-কক্লবা হু ঙাওবা ২/৩ গাদি ঙকথি চপ্পগা লংবা ঙমশদবী মৌ নহন্ত য়াঙ্গরকই। খোজেল যম ফদবা অমনিসু য়াওরকই। "থাগৎতবা ঙমদে মৈতৈ লৈমা। পৃথিবীগী মফম কনাযনা লৈরমগদগে মৈরাপায়বী হে মৈতৈ লৈমা নখোয়সিবো?" হাৎন-ঙনবা লানগী থেঙ্গাঙ ঙাইহাকী মনুঙদা পুমইঙ ইঙত্রে। মচুম তারবা শামু লমশা মমামনা য়াথিলনবগা মফমদু ঙাইত্রে। থাক্কিবা শম্বল, ধুংলিবা ঠে, তুতরি-নুংর্তার, কনাগী নুপাগী নুপীগী ৭৬ফম লীলা তৌথিবগী লমপাককুম পুকচায় চাইত্থি। ইতাক ইতাক তাক্লি। মীন' লাদম্বরকপগী কায় তোইশ্রবা কেলুং, মাঙ তাক্কুবা লৈবাক উরগা করম্মা নিংথৌনা হবাঙগদগে। ইথন্তা পোঙকতে। লানকমদা খুংলায য়াওদবা সিফাগ্ন ওম্বোক্কা চাকলমগানল

অহল অমা ডোৎ থাখবা লাকই। অদুগা,

– "ইবুঙঙো ডোৎ থাখবা য়ায়রোয়ড্রা?"

হঙলৈ।

– "চঙবীয়কউ চঙবীয়কউ পাকুঙ।"

মাগী মগী হায় হায়গী মকমদা লোয়না ফমনরে। হায়গী এজেনদু অমুক ফমহল্লে। মখোয়দি লেঙ্গা অমতুগী পাখঙমচা ঙাক্তনি। অহলদু থাদগ্রবা মতুঙদু মী ফনা ফজনা লৎলে। ঙশাই শোকথ্রবা এজেনদুগী মহৎ শিঙ্গকপদুনা হায়,

– "চুম্মা-চুম্মা ঙাঙনরবদি কম্বিসু তৌনরোয়দবনি। খুন অমত্তদা লৈমিগ্নরিবনি। সাব হুল খংনরিবনি খংনরিবদো। এজেন ওইবগী লুপা ৩০০ থক পিয়রম্মে অদুগী ঐখোয় ৪/৫ ফাওকদবদি থাদগে খনবা। এজেন ইশাগী ফাওবা প্রোকসি তৌরকপদুদি শাউনিঙ্গলকএবা।"

এজেন অদুনা হায়,

– "হুনা তৌত্রিবনিনে য়ু থকত্রবদি কম্বিসু তৌরোয়দবা।"

ঐনা মরক খঙদুনা হায়,

– "মীংজেলহ বিজা থিজুবদুস, মানা থিনবা নত্তে য়ুনা থিনবা তায়েনে।"

– "হায়নি শায়।"

মখোয় অনীমক চপ মান্নদা হায়রকই। ঐনা হায়,

-"নখোয় অনীদি য়েংনরকঅনুকো।"

নুপী অমখক ভেং থম্লা লাকই। মৌনহা চহী ৩০ রোমগী লেঙ্গানি। মনঙ্গন্দা অঙাঙ মচা অমন্থ পেরি। মমিঙ পাখোকপদা থাদখ্রে হায়রে। মৌ নহাদুনা কমা লাউরকই,

-"কনান থাদখিবা ঐগী ভোংদো? য়ারোই য়ারোই। মীগী ভোংপু হেক্তা থাদবা য়াদ্রে।"

কয়া কয়া ঙাউবা হেংগাংলকলে। মতু শোনবা এজেনদুনা হায়রকই,

'শী কদি লাদ্রে মশা লাপ্লবনিনা নখোয়না ঙাঙনরো।"

এজেনদুদা ঙনশিন্নরকই

-"কেশো ভোং কনান থাদখি? নখোয় অনীমক ঐগী ভোং থাদখিবদু হেক হায়দ্রবদি কৈদৌগে যেংউ"

এজেন কেশোন হায়

"ইতৈমা নখোয়গী মীওন থাদখ্রে লাউরনু লাকলেদি ইতৈমনা থাদগদৌরিবা মীদুদা লাক্ক য়াম্খুরনি।

-"অদোমগী মীগী ভোংমা হেক্তা থাদবা য়াদ্রোগ"

মদু লাকলে ঐগী মালদা কলথংলকলে দিফাই মাওনা চংলমবা ওইরবদিকো থনলকই। হবানবা নখামদু দাক্ত পিরমশদবান। তাঙ্গাদুদা সিঃআরঃপিঃ গী গাড়ী ১২/১৩ রোম থুংলবে। ঐহাক পাঙ্গল থঙকন কলথংলকলে। নুংথিলগী পুঙ অনী তাশিল্লকলে। ঐনা হায়,

-'হল্লো, সেকুরিটি ওফিসার, ঐগী পোল্লিং ইশতেসনসি ইরাঙ থোক্রে। সেক্যুরিতী লৈত্রবদি ঐ ভোং তৌবা ঙম্লরোয়। ভোং লেইবা ফাওবা লৈথিরো।"

ঐনা,

-"পুঙথাম থুদিঙগী লাক্কনি হায়রগা লাকত্রবা করিগীনো?'

হায়দুনা শাউরি।

-"অসোমদস্থ ইরাঙ থোকই, অদুগী থাদোকপা য়াদদুনা তৌবনি শাউগনু"

হায়দুনা ঐঙোন্দা থেম্মী। ঐগী জগাসি ইরাঙ থোকখ্রে হায়বা চাইবিবা ময়ামদুদগী মখোয় থঙলে। মখোয় ঐগী পোল্লিং স্টেসনদু ঙাক শেন্দুনা লৈখ্রে মপান থোক্তুনা য়েংবদা মাইকৈ থুদিঙ সিঃআরঃপিঃএফঃ না পীক থনখ্রে। অনকপদগী অরাপ্পদগী। পিকশিল্লুরবা পুক্রিঙ হক্চাঙ থঙচাউ চাউথংখকই। ঙসিদি থঙসে লৈবাক অমগী নিংথৌ অমা ওইরবদি লানমী দরকার ওই হায়বসে মতমসিদা

মিহুৎ থাদখ্রবা মৌনহাদো ঐনা তেন্দর থেলোং অমা [illegible] অপাম্বদা থাদহল্লে। লোইরগা ঐঙোন্দা পিন্নকলো হায়বদু মহাক্না য়াদ্রে। ঐনা মঙোন্দা ভোং তৌবিবনি থন্দুনা থেল্লোং বোক্স মনুঙদা থাদজগে হায়দুনা লৈখ্রে। ঐনা হংগায়না

তাঙ্খুন্না মাবু থঙতল্লি। নুঙাইতবা তৌগনু, ভোৎ থিবা য়াওগনি হায়দুনা মহাকপু থেল্লগা চৎখিনবা হেৎথনৈ। মহাক্না য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে। তাঙ্খাদুদা নুপা চহী ২০ লোমগী লেঙ্গা অমা চঙশনকই। মহাক য়ুগী নিশানা লোয়গা চঙলকপা মাল্লি। থাঙ্গোলগী এজেলদুনা হা‌‌ন্দকই,

–"মশা লাক্লগা থাদহনসি মহাক মশা লাকনি।"

ঐনা হায়,

–"ইবুঙঙোসি মশা মহত্রা?"

এজেন্দুনা,

–"মশা লান্দ্রা লৈবনি সার। ভোৎ থাদবা শোয়দনা লাকনি সার। ইম্ফালদা লাইরিক তম্লগা লৈবনি। সার হৌরেল অমুক থৎনরকনি।"

ঐনা শাউনা হায়,

–"ইশাগীরা মীশীরা? শেংনা হায়বীয়ু। ঐনা করিগম্বা অশেঙবদু থঙলক্লবদি অদোম জেল য়ৌশন্দি, থাদোকপিনবা কনাস্থু লৈরোই। ইশারা?"

হঙঙী নুপাদুনা। তপ্রা হায়রকই,

–"সার মীগীনি। ঐগীদি থাদত্রি, মপান্দগী সিমন্তা থাবীয়ু হায়দুনা থাথজাগে তৌবনি য়াজরে তোকচরগে।"

ঐনা হায় হিন্দীদা,

–"সেক্যুরিতি অমত্তা চঙলকউ।"

ঐনা শাউনা কন্তক ঙাঙবদুদা সিঃআরঃপিঃদু নোংমৈও করিও ক্রোক ক্রাক হুকুম ঙাইরি। হিন্দীদা হায়রকই,

–"করিনো তাকপীয়ু সার?"

ঐনা হিন্দীদা অমুক হায়,

–"মসি কাজিল্লু"

জেলদা থাজলগে। সিঃআর'পিঃদুনা নুপামচাদু লুশমদা পায়রগা পুথোকখ্রে। থুনু থরঙনা উচেক মচা লাকখিবদু ঙায়। করিমত্তা নিঙাই তৌদনা জোরো জোরো অদুম চিংথোকখ্রে। ঙশাইগী মরৈ তৌরম্বী মৌনহৌদো খেল্লোৎ চেদু পীরম্লগা তুমিন্না থোকখ্রে। করিস্থু হায়রমদ্রে। ঙাইহাক পুমচিক চীক্লবা মতুঙদা ভোৎ থাদবা মী ৪/৫ লাকই, মদুনা অয়েইবা থাদবা ওইশিল্লকলে। পুঙথায় অমুক্তং ঙাইশিল্লকলে, পুঙ ৪ তাগদবা। নম্বর য়ান ওকিসারদুনা হায়,

–"পুঙথায়সি কোক হেক তায়বদি কদৌনি। মীস্থু পুমহাঙ হাঙলে।"

মী ৩০০থক লৈবা পোল্লিং স্টেসন অসিদা মী ২০০স্থুনা থাদবা লাক্তে। এমঃপিঃ ইলেকশন্দদি দিল্লিগীনি হাথদুনা কয়া ইনতরেস লৌনদে।

–"ঐখোয়, লেপল্লিবা কেন্দিদেতশিংসি মশক থঙদে, মশক 'অমুত্তা উঁথাদ্র।

ঐথোয় এজেন ওইরিবগাসে খুৎথাঙদা পৈশা পিয়কপা ঙাক্তনি।"

এজেন যৌ চরোংগীদুনা ৱারী লী। ঐনা হায়,

-"নথোয়না থংনরিবা থোম্নরিবসিদি কেন্দিদেত্ত কাওবা মশক খঙদবা?"

-"খঙদে সার।"

এজেনদুনা,

-"সার এজেন ওইবগী, ষ্টেসন সাবগী লুপা ৫০০ পিয়কই। লুপা ৫০০ 'দুগিনি তৌনরিবসে।"

ঐনা

-"ওহ ! পৈশানা ওইরে?'

-"মানি সার।"

ঐথোয় ময়াম হৌদুনা কাদুগা নোকমিন্নৈ। কেন্দিদেত্তস্থ মশক অমত্তা খঙদনা ভোং থাদনরিবা লম, প্রজাশিংবু মশক খঙদবা কেন্দিদেত, খল্লুরগা নোকনিঙঙী। মথোয়দুনা লৈবাকী কযাম খল্লকদৌরিবা? প্রজাশিংনা মশক খঙদবা ময়াম অদুদগী করম্বুনা অফবনি হায়না খল্লিবা। খনবদা মমদবা ঙমদে। ঐথোয়গী ষ্টেসনগী পোল্লিং পীওন্দুনা ঐঙোন্দা করিঙম্মা অমা হায়নিঙবা মাল্লি, ঐঙোন্দা অমুক-মুক মুম্না য়েংলক্লগা হেক হেক নোম্বখি। পুঙ ৪ তাগদবা মিনিত মঙারোমদা ঙাইশিল্লকলে।

- 'সার কৈনোমত্তা হায়জগেবা।"

য়াম্না কিনা হায়রকই। ইথন্তা খল্লুই, -সিফাই য়াম্না লৈবা লৈবাক অমগী নিংথৌসি অস্থম্না তৌবজাংনিকো। ঐনা,

-"করিনো তাদা?"

-"ঙসাই সাবনা ফাবদো থাদোকপীররোইদ্রা?"

ঐনা

-' থাদোক্লরোই। জেলদা থা তরুক নমশিনখ্রগদবনি। মথোয় এমঃএলঃএঃ,মন্ত্রি মন্দোজনা' লৌথোকপা ঙমত্রা য়েংগে অবা।"

ঐনা হেক্তা হাযজিল্লি মথোয় এজেনশিংদো কিননবা। তশেংবদি মহাকপু ফারগা পুগে খন্দে। ঐথোযনা চংলমদাইদা থাদোকপীরমগে থাল্লি।

-"সার মপান্দা ফারগা থম্লিবা খুংথমস্দি য়েংহৈদ্রে লমপান্ফসিদা মখোঙ মথুং ফাকতোকহল্লগা হঙোই অশিবা তাবদৌনা থমস্বিবসি সিঃআরঃপীঃএফঃশিং অসিনা।'

ঐনা,

-"থমসনু'

হায়না থুম্মী। ঐদি উত্ত্রি । মথোয়না ঐবু হিংচাবদৌনা উরে, ঐ খঙঙী। ঐ হিংচাবা শারিবনি। ঐনা হাযরমপ মপানগী মী য়েংবা শারগা য়েংঙী, কুনা লাকপা, কনা লৈরিবা। মদুমক তৌরম্লে। থাপ্না থাপ্না মাগী মাগী কোম্বোংদগী সিঃআরঃপীঃএফঃনা

তৌরিবা মওঙদুবু মীয়াম্না য়েংলরি। ঐহাক তশেংনা শকফমদুবু উরুবদা নুংঙাইরকখ্রে। ভোং লোইদুনা চে চাং শুবা লোইশিল্লে। ঐখোয় খুদিংমক মাগী মাগী ময়োম, বেদিংসিং পায়নদুনা গাড়ী কাখৎনরে।

–"সার অমুত্তা খুরুমজগে।"

ঐহাক মহাকপু খঙঙী। ঐখোয়না চাক চাব ইমুংদুগী তাদদুনি। ঐনা হায়,

–"তাদা করি?"

মখা তারকই,

–"সারনা ফাবীরিবসে ঐগী ইনাও নুপানি।হিদাক ঙাওদুনা তৌখিবনি। সারনা অমুত্তা থাদোকপীরম্মু। অমুত্তা বৃপা তৌবীরম্মু। ঐ সারদা খুরুমজরি।"

মহাক নোম্নগে তৌরি। ঐনা,

–"তৌহৈদে তৌহৈদে তান্দনা।"

মাবু মখুৎ পায়দুনা থাম্মী। মাগী নুপীদুসু তৌকম খঙদনা ঐগী নাকন্দদুদা লেপ্লি। মহাক অঙাঙনি। ঐখোয়গী ইথানি। অহলদা মমুম পাঞ্জরবসু। মহাক ঐঙোন্দা হঙোইবা মাল্লি। পোক্লিং পিওনদুনা,

–"সার য়ারবদি থাদোকপীরম্মু। ঐখোয়গী তুমফম চাফমগী চরুগা পুরকপা অঙাঙদুনি। ঈশিঙ বালটিলগা পুরকপা ঐখোয়গী ইতেঙ পাংবা অঙাঙদুন সার"

হায়দুনা ঐঙোন্দা তপলপ হায়রকই। ঐহাক্না সিঃআরঃপীঃএফঃকী গাড়ীদা চঙলগা য়েংবদা গাড়ী মনুঙদা মরু লুক্না ফমদুনা লৈরম্মী। ঐনা মনাক্তা চঙলুবদা মহাক্না য়েংলক্লিবা মীৎয়েঙদো বাদি অমত্তা ঙাঙদনা। খঙনিঙ নিঙশিঙলকই। ঐগী ইচলনা লুহোংবা নুমিৎকী থিল্লমদাই মতমদা শুমাঙ মচিন্দা ইমাঙদা লেপ্লগা য়েংলকখিবা মীৎয়েংদো। ঐনা হায়,

–"ইবুঙঙো কুমথরকউ। থরা বাগ্রবরা। নঙ শাউগনু। ঐ নঙবু খঙলুদ্রে। নঙ ঐবু য়াম্না বারৌরম্মনি। নঙ শাউগনুকো। সে সিনা য়ু থকউ"

হায়দুনা লুপা ২০ লৌথোক্লগা পী। মহাক লৌ হায়বা য়াদে। ঐগী থোঙ পায়দুনা খুরুম্মী। মদু ময়াম্বনা হায়বদগীনি। ঐনা তৌহৈদে, তৌহৈদে হায়দুনা চিংখৎপীরে। ঐগী ইতৌদুদা সিঃআরঃপীঃএফঃ ওফিসারদু নোকই। অফাবা মীদুদা পৈশা পীবদুদা ওইরমগনি। ঐ করিগী নোক্লিবনো হায়নদি হংদে। ঐনা হিন্দীদা হায়,

–"ঐনা ফারুরিবসি ঐখোয়গী সেবা তৌবা মীদু ওইরম্লে।"

সিঃআরঃপীঃএফঃ ওফিসারদু

–"ওহো"

হায়রগা শিথ শিথ নোকই। মহাক থাদোকপীরম্লে। মাদা ঐবু মীৎকুপ থরগী মমাঙদা শাউনিংবা চাম্না লৈরম্লবসু মাবু থাদোকপীখিবদুদা মহাক্না হরাওজখিবদো নিংথা তম্নগী নুংঙাইবা, ফাজিল্লুমবা উচেকপু থাদোকপীখিবদা হরাওনা পাইজখিবদো।

'এখাদা কাঙবুলিংসিনা খঙলক্লবদি সংসারসে শান্তি পুরককনৌবোই খল্লকই। ঙসিদি পুৎরক ইম্মিংসিনা উবা ফঙলে। ইমুঙদুগী অহলদুনা হয়াওকনা থুমহংদুনা ঐগী থুং শরীর পাম্বয়গা মনা কুইনা থাদোক্তে। ঐনা হায়,

'তাদা য়াম্বৌবা য়াদে। ইনাওনি খঙলুদবনি। খহন-চৈনবু থরা কনবা হায়দুনা ঔৎথিবনি। তাদনা ঙঙা হায়বীরম্লবনি হেক ফংদবা।"

'সারনর্দি হায়বীরিবা। সিঃআরঃপীঃএকঃশিংসিনা তোং খানবা নত্রবদি চঙবা য়াদে হায়দুনা সারগী নাক্তা চঙলকুবগী উপাই মনা অমত্তা লৈখিদবা। অদুবু সারনা থাদোকপীরম্মসে য়াম্না নুংঙাইজরে সার"

হায়রগা লৈহৌরে। ঐহাক গাড়ীদা কাখৎলে। পার্তি অমদুম গাড়ীদা লোইনা কাখৎলক্লে। গাড়ী কন্দঙম্মদুনা মী শুরক্না হংলকই। পার্টি খুদিং অরে অরে য়াম্লনরে। সিঃআরঃপিঃএকঃ ওফিসারদুনা য়ারক্রা চৎলসি হায়রক্লে। গাড়ী চৎপা হৌরক্লে। সিঃআরঃপীঃএকঃ কি গাড়ী ময়ামদুগী মরক্তা ঐখোয়গী কনডু চৎলি। ঐগী পোক্লিং পিওম্না হায়রকই,

- "ভোৎনা অমনা থুগাইরম্না অদুগা দন্দিনা অমনা ফংখ্রা।"

পোক্লিং ওফিসার মম্বয় য়াম্দুনা,

- "মদুনি হৌজিক্কী সরকার"

ঐহাক থজিন্তং ইকাই। হোম গার্দ ঐগী সেক্যুরিটি অমনা হায়রকই,

- "ঐনা প্রিসাইদিং ওফিসার অমা ওইরম্লবদি চহি ৫ জেলদা।"

ঐনা গাড়ীগী মখোল মরক্তুদা তপ্না হায়,

- "লৈবাকসিগী চিফ মিনিষ্টরসি ওম্বোক্লা মথা শাক্লমগনিদা।" □



# খোঙথাঙ অমা পুন্সি ময়াম

নেসনেল গেমসকী লৈবাক অসি মথুম ময়াঙ হৌরি। কলাগী লম্বী সোয়েক খোঙবান্ নুংলাঙ পুমঙাল ওরে। পুমহোঙ হোংলে। মী পুম্নমক লম্বী শোয়েক লৈবাক খুমক খোইরেন কপা পাইরে। ঐখোয়, বস ওাইনা ওাইনা লৈবাক অসিগী লোয়াঙ+শাঙাং ময়াম অসিগী মিরেত চংথরি। ওজা অমকানি পোলিটিকেল সাইন্সকী ওজানি। ওজা সমেন্দ্র মনিপুরীগী ওজানি। ওজা ইবোসনা সোসিওলোজিগী ওজানি। মরে লোইবা নাইদে। অমগী মোত অমনা য়াদে। ওজা ইবোসনানা হায়,

–"লৈবাক অসি জান অমা য়াওদে"।

–"জান লোইনা তাই ওজা ইবুঙঙো ভারত সরকারনা য়েংবীজবগীনি"

ওজা সমেন্দ্রনা খুম্মী।

–"নোংমা নোংমগী মিজঅ শোকচিল্লকখিনি। ওসিদগী চহী ৫/১০ লৈরবদি ঐখোয়গী তোলোপ পীনিঙাই সরকারগী লৈপা লৈরয়োই। ওজাখোয়না তোলোপ হেসংলে হয়াওরিবসে, প্রোফেসার কারনি, রিদর ওইরে পোঙলিবদো, পেট্রোল ফংদ্রবা, দিজল ফংদ্রবা কারদু ভাররনি?"

ওজা তমকামনিনা লেপতনা ওাওথরকপনি। ঐখোয় পুম্না নোকমিরে। মারীসি শোয়েক ময়ায়দা চহী ১০০গী মমাংদগী তৈরক্রবা রং তৈবা, কোইলাস ফোংপা উরম্বদগী হৌনরকখিবনি। নুপী ময়াম অমনা লাউ-লাউদুনা লাকলিবদু ঐখোয়না লেপলিবা অদোমদা নকশিলকই। ঐখোয় ময়ামগী মিৎয়েংতু চপ লেপ্পী।

–"এহ! করি অন্দলোয়ো অমা লাকলিহে"।

ওজা সমেন্দ্রনা লাক্লিবা অদোমদা মুন্না য়েংলগা হায়রকপনি। ঐখোয় খুদিঙমক চপ মান্নবা লাক্লিবা মায়কৈ অদোমদা ইঙক ওক্না য়েঙঙি। ঐখোয়গা মখোয়গা ফুত ২০/৩০ মুওন্ড ওাররকলবা কান্দা থঙলকলে ময়েক শেংনা। নুপা অমগা নুপী অমগা মখুৎতো খুঁদে মত্তেক অমনা শন পাবোং থৌরী অমনা পুল্লগা চিংবগুম চিংলগা লাকলি হায়রবা। ঐখোয়গী ইনাক য়ৌশিল্লকলবদুদা মশানোইবী মৌনহাদুনা অসুম্না ঐখোয় তারসনু মতাগুম কক-কক্না লাউশিল্লকই,

–"ওস্তম্বা-ওস্তম্বী যা রে"

নুপী ময়ামদুনা খুম্মি,

-"ফা রে, ফা রে"

নুপীদু অঙাঙবা ফুরিৎ অমা লিৎলি অশঙবা ফনেক অমা শেৎলি। থবাক খরা য়াম্না কোথোকপী ফুরিৎতুগী মথঙা অঙৌবা লৈগী পরেং অমসু শিরি। ফি অমতা ইন্দবদুনা হেক য়েংবদা মফম মতম চাদবগী অয়েঙবদা হঙোইহল্লি। নুপাদুসু অমুবা খোম্রাও শেৎলি। লিংলিবা ফুরিৎ অদুসু কুদাম অমতা পান্দবনা অঙৌবা মোজা ফুরিৎতু উরি। লৈ পরেং অমগা মশম মনা ইফা ফারদুনা নুপাদুসু মমায় লুক্না চৎলি। নুপাদু ঐখোয়গী লেঙা ওইরপ উরে। চহী ৫০গী মথক মখা শ্বাইদা লৈগনি। নুপাসু নুপীসু মশমশিংদু চোমলপ-চোমলপ ককথৎখিবা মাল্লি। অকিবা অমদি অঙকপা পোকলে। ঐখোয় ময়াম লাক্লিবা মখোয় ময়ামদুদা পুল্লপ ওন্সিন্দুনা য়েঙভী।। ঐগী হেক মপা য়ৌরকপগীদুদা ঐহাক লবাই লুতোনসি ফুণ্ড লাওবি। খোঙদগী তোন ফাওবা তু-চুংখিবা খঙহৌদে। ইমাঙমওন্দা মরু লুক্রগা চৎলীবি নুপীদো ময়েক শেংনা খঙলে। মীওই ওরুপ থিরবীদো কনা নত্তে হায়বা। মহাক্কী মায়খোঙ, শওম্ম উরুবদগী ইশাসি খাঙফম খঙলক্তে। ঐহাক মায়সে খঙলৈ লৈথোক্রুম্মী। "অস" হায়বা ৱাথলসিনা কোক মনুঙসিদা ওংদুনা লৈবগুম তৌরকলম্মী। ঐহাক করি তৌবা তাবগে হায়বা ৱাহঙসিগী পাউথুম ইথস্ত খিজরম্মী।

-"অস্থম্না তৌবসি ফস্তবনিনে"

ভাইহাওং তুমীম্না লৈরুরবা মতুঙদা ওজা সমেন্দ্রনা হায়রকই। মখা তারকই,

-"মীগী মশম ককথৎপিবসে, নুপীনি ফরবসু ফত্রবস্ মখোয়না তৌফম থোকপা তৌখ্রেদনা. কৈনা কংকে কংলো, খনাদা শিম্নগে শিমখ্রো, মাগী মী কৌরগা শিমগে শিমখ্রো. অসি ফাওবদি থজিওং য়ানিংদে।"

সমেন্দ্রনা ভাঙলিবসে ঐহাক তানা তানা খঙদবগুম তৌরক্রুম্মী। মায় মীৎসে য়ঙ-য়ঙ শাগৎলকপগুম তৌরকলম্মী'

-"ওস্তবা-ওস্তবী ফা রে"

থাম্ভক্না লাউর-লাউরগা চৎখিবগী মখোল তায়। মখোয় কৈথেললোমদা 'অস্থম অস্থম থাপতোকখ্রি। কৈথেল ময়াদা পুলিস ষ্টেসন লৈ। মদুদা পুরিত্রা নত্রগা কৈথেলদা খোঙোইনগদৌরিব্রা অস্থম চৎখ্রি। ওজা সমেন্দ্রনা

-"ওজা তমফামনি অসিগুম্বা লুস করেক্টর অসি কনাগী মরালনি হায়না ওজানা লৌবগে?"

ওজা তমফামনিনা নোকলগা খুম্মি,

-"ঐগী মোত্তদি ওজা, চাউনা অশোয়বা লাকলিবসি ঐখোয় মৈতৈ সমাজ অসিদদি নুপাদনি হায়বা তাই। মরমদি নুপানা ভয়', নুপানা পনবা জাতিনিনা নুপাগী

মশাল তাংনা নুপীনা হিঙই। নুপাগী ফিভম অফ কণ্ড নুপাগী খুত্তা লৈ। হৌতিকমক চংশ্রিবা নুপী অসি মশী নুপা হায়বদি, হও বেন্দ অদু নাত্তে চায়ন্নোন। অদুগা অমুকন্থ নাত্তে চঙ্গবা হজবেন্দ অমগী বাইফ তু সনাজানা মী ওইনা লৌবিদে। সমাজগী মথণ্ডন মরী মতা, মপা-মপু হায়বদি নুপাদুগী মচিন- মনাওশিং অমদি ভিকর্তীম ওইরিবী নুপী অসিগী মবুঙ মৌপ্পাশিংনা উাশং শিরমন্নোই। লেংনা হায়রমবদ মহাক হিংবদা মনিঙ মথা ভগ্না ফংদ্রবী অমা শোয়দনা ওইরমগনি "

-"ঐগী মোত্তদি মদু হায়নিঙদে

ওজা ইবোম্নানা মথা অদুক শম্থরকই,

-"মপুরোইবনা নাত্তে চন্দবা, ওর হজবেন্দ লৈথিদবী লুপ্রাবী মশা নহা ওইরিবী কয়া মচাশিং মত্তশিং ইন শুদ খ্রে নত্রগা করেক্টরদা মচা মত্ত শেম্বা কোকথোঙ অমা লৈ হাযবদি, লমচং লুদবা হায়বসে নুপী মশা মশাদা লৈ। মশানা লমচং লুথ্রবী অমদা অমকপা লমচং কনাগুম্বা অমনা চংপা ওইথোক্তে। মসিদি নুপী নুপীদুগী ঈদা পকশ্রবা শেম্বদা য়াররোইদবা পোৎশক অমনি। আই মাইসেলফ আ সন ওফ আ য়াং ঝিদো।

-"ওজাগী মোত্তু ঐ য়াজনিঙদে। নুপী ঐথোয়বু কনথংপগী বাফম নত্তে। নুপী হায়বসে এস্তুএ নেচরেল বিইং ইকাই ঝিগাল্লি। নুপাদা ইকাই থিব হায়বসি লৈত্তে। নুপীনা য়ুমদগী মপাল থোক্লগা শেল তানবা য়াদে। মহাকপু তুহংপীগদবগী হেক্তা হোৎনবী সমাজসিনা। অদুনা নুপাগী মথা পোল্লা হিংব লমদমসিদদি নুপা ওইবশিংনা নুপীগী অৱাং অপা য়েংশিনবীবা তারে। লুপ্র ওইরগা মতৌশিং মনাওনুপাশিংনা, হন্নকপী ওইরগনা মকু মৌপ্পশিংনা, মপুরোইবা লৈরগনা মপুরোইবনা, ইমুঙগী, নুপীগী . হোৎনবিবা তারে। শুংলে হেক লৈতবা ওইরগনা লৈকায়গী মথুঙ মৌপ্পা ওইবশিংনা য়েংবীবা তারে। নুপী হায়বসি মত্তু শোনবীনি হায়রিবসি কাউবিরব্রা? করি হায়বগে ওজা সমেন্দ্রা ?"

-"ওজাগীস্থ মোত পীবিয়ুদনা ওজা শ্যাম?"

ঐঙোন্দা ওন্সিল্লকই। ওজা সমেন্দ্রন মথ তারকই,

-"অঙ্কগী মীসে মতম পুম্নমক্তা অঙ্কদা হোংত্নুনা লৈকো। ওজা করি ফেরমুলা পাল্লগা হেংহজিনো? নুপা, নুপী কনগী মরম্গনো? অমুত্তং ওজাগী মোতস্থ পীরকউদনা।"

ওজা তমফামনিনা,

- "পুম্নমক নুপানসি হায়রিবসিদা ওজাগী মোত করি লৈবিবগে?"

ঐহাক নোকতমক নোকুগা তোকই।

-"অঙ্ক হায়বসি লুই। মীস্থ লুই, ওজা শ্যাম করি খল্লি- ঐথোয় কনাস্থ থঙদে।"

ওজা সমেন্দ্রনা ঐভোন্দা ফাগিনি হায়দুনা তৌরকলিবনি ইখণ্ড খঙদনা জগৎকী য়া ঙাঙবা ওজা সমেন্দ্রনি। মখোয়না ঐবু লক্লরিবা ঙাঙলিব, শকলিবা ঐহাক কন্নিমতা তানিঙলমদে।

-"ওজা তমফামনি নুপানা ঙম্মে হায়দুনস্থ মনুং ফজবী নুপী হায়বা ইন্দবী নুপী শমবু চুমথোকপা হায়বসি মউন থোকতুনস্থ ওইথোকলোই। মরু কোকতুনস্থ ওইবা য়ারোই।"

ঙহাক ত্মীন লৈরুরবা মতুঙদা ওজা ইবোয়ানা হায়রকপনি। ওজ তমফার্মনিনা,

-"ওজাথোয়গী হৱোবিশুবু চুমথোকপা ইয়ামক য়ত্রবরো?"

-"য়াদে ওজা য়াদে। মউন থোকদৌদা ঙাইরে। থরা ঙাওবা নুমিৎনা খরা ফনি। হুই মমৈ উভোং থাদ্নগা চুম্নগা পাংথক ওইরবনিনে ওজা ইবেম্মা।"

-"ওজা ইবুঙঙোনা ফজদুনা তৌরিবনে। ওজা ফাবও মাইনা ফজাখিনি। নুপীস্থ মীনি কৈদৌরগে ওজা।"

-"বস থাম্লগে চিনগে চিল্লসনু। অহাঙবা ঙাইবদা লুমিং তারনি।"

ওজা সমেন্দ্রনা বস থামখ্রে। মীনা কৃক-কৃক ইরে। ঙম্নবা কাথৎলি। চিনথুবা মরম্ভুন্দা মথঙ মথঙ চঙশিল্লি। মরক চঙবীয়ু ঐথোয় কুমহৌরদবনি হায়দুনা চঙশিল্লকপনুনা মনিঙথোঙদগী মমাঙথোঙ ময়া য়ৌরে।বসকী ঙংদগী মথোল মরম্ভুন্দা ঙসাইগী শানোইবী মৌ নহা অমনা পেন্নবা লাউবা 'ওক্তবী ফরে' হায়বগী থোঞ্জেলদু তারকপঙম তৌরকলম্মি, গাড়ীগী ঙংলিবা থোঞ্জেলদু নমহৎনা, ময়েক শেংনা অস্থম অস্থম ঐগী নাকোঙসিদা।

বীনো ঙরাঙ অয়ুক থোকখিবনি। কোনচাক লপোক্লী হায়, মহাক অহৈবম নিংঙোলনি। মাগী মাম্মশিংগী মমৌশিংগা চৎপনি হায় য়াম্না কেনা কেনা চৎলি। চহী ৪০গী মথাগী অঙাঙনি। ময়ুম পাল্লকপা চহী ১৫ হেল্লে। মচা নিপালনি। মাগী নুপানা ক্লাস তেন কাবা চহীদা চেল্লকপনি। ইতৈমা য়াম্না শাউখি। মানা থনজবদুগা মচানা তৌথোরক্লীবদুগা চানদবদগীনি। তাদা লৈথিদ্রে। তাদা লৈথিদ্রবা মতুঙদা নুপাদা ইমুঙসিগী ঐনা অহলনি। অদুগা নুপীদনা ইতৈমনা অভমনি। তাদনা থনম্বা নীপা মঙানি। চাউভজল নঙনা অতৈদি ময়ুম পাম্দ্রি। বীনোগী মমাদু চিলহায় থর়া কল্লি। মাগী মপা ঐগীনা ইবায় তোম্বদ্ বীনোগী মমানা ঙম্মী। বীনো মচা নুপা নিপাল ওরবস্থ মচা নুপী অমা য়াওদ্রিফাওবা মচা পোকখিনি হায়-হায়দুনা ঐগী নুপীনা নোংমা তম্মী। চাউভজল ঐনা তোঙাল পীজবনি। মনি-মম্মৌ তৎতনা থৎনৈ। মচা হিকু থুদৌনা পোকশিল্লগা মচাবু শেন্নদে। লুনা তৌদে, থবক ওনিঙদে হায়দুনা হতৈমনা তৎতনা মমৌনুপীবু ঙাওঙী। মমৌনুপীনস্থ জৌ-জৌ থুন্মী। মনি-মমৌ চোংশিন্নদুনা হেক্তা ফোয়নৈ। মচানুপা চাউভজল রিঙ্গো থৌরুবা হল্লকলগা মাগী নুপীবু

ফুম। মরমদি চাউভলগী মমানা,

–"নত্তু হায়রকউ চাউভল ইমা হায়রৌবী"

হায়দুনা মচা নুপা চাউভলনা হল্লকপগা হেক্তা তম্মী। চাউভলনসু মাগী নুপীবু মমাদা লাল্লি হায়বু হায়দুনা হেক্তা খুরুমহল্লি। বীনোসু মনেমগী মখোঙ পাল্লদুনা লাক্লে হায়দুনা হেক্তা খুরুম্মী। মানা মনেমগা থংনবা মতমদা ঙাঙখিবা শকখিবশিংদু ভাহৌবা উহৌবা মীনদি অসুম্না খুরুম্মু য়াগনি হায়বা থাজদে। বীনো ফত্তে হায়বা খুন্না লৈকায়না খঙঙী। মরম হায়ববু মহাক থবক য়াম্না শুনিঙদে। মাগী নুপা চাউভলনা অয়ুক ভস্তা হৌগৎতুনা মীগী রিক্সো থৌরুগনি। ফললকপা পৈশাদু বানেনা ঙা অতেকপা লৈরুগনি , থোংদুনা চাথোক্কনি। শুমাঙ ফাওদুনা ঙায়েনবী লাকপা য়ারোই। শোৎহৌগনি। হাওনবা হোৎনগনি। ইংখোল অদুক চাউথ্রবদু য়োৎলৈ অমতা কাঙলোই। চহী খুদিঙগী মনাও নুপানা শমপোৎ খোইদোভুনা পোৎ থায়ো হায়দুনা ফৈদোম অমা অনী হায়গৎলগা থম্বীরবসু করিমতা থাদনা নাপী হৌহনগনি। নাপীগী ফৈদোম ফৈদোম শেমগনি। থংনবা য়ুমশিংনা শজিক লেপতনা ফানবা ফংবগী মাবুদি য়াগনি। মানা চানিঙবা মীগী ইংখোলদগী থংকনি। ফোইরুগনি। মীনা খিনা চৈরক্কনি।

–"ও ইবেম্মা হেকলুখিনু, সনামহীদকাওবা কৎচদ্রিয়ে লাই খুৎশাঙবী।"

মানা নোকশিন্নদুনা অদুম্মক তাগনি, হায়রমগনি,

–"হেকলুরবনিনা শিদি পুরগে।"

নোকশিন্নদুনা অদুম্মক পুরক্কনি। লৈকায়দা মীনৌ অমা লাকপা য়ারোই। শনিলতা ফংবদা তৌরিবা মথৌদু থাদোকলগা মফমদু তাম্না চৎখিনি। লৈকাযসিদা ললোনবী অমথক লৈ। মঙোন্দগী ঙা য়োংচাক মতম মতমগী মনা মশিঙ চৎলগা লৈরুনি, শোৎলুনি। অদুগা ললোনবী অমুরৈনসু হুমনি মরিনি কৈথেলদা শিংত্রবদু বীনোদা পিশল্লগনি। নীনি শুবদা শেল থৌরনি, নোং ঙাদ্রিউেল লাউরক্কনি শুমাঙ মভোন্দগী,

–"ও লমশা শিগৈজন, পৈশা হাংপী, ঐগী ললোল শেনপোৎ কয়া য়াম্মো নঙনা হাংলিসে।"

তুম্না য়াদবমথৈ খোনচোপতা লাউরক্কনি। মানা নোক্রেম হাইগ্রেমননা খুমগনি,

–"ঙহাক লৈরগা পীরক্লগে"

শাউনা চৈরমলগা ঙাঙ ঙাঙদুনা চৎখিনি অমুরৈ।

-"হে'রেল হয়েং নোই নপাদগী পীরকতৌরিব্রা?"

থীনা চৈরমগনি অমুরৈ। নোংঙাল্লগা উকাবী অয়ায়বা য়াওরকই পাউ পীরনি। পুম্নমক্ক উরক্ক তারুরগা ইতৈমগী মথোয়দৌ খিংকনি। অসিদসু নত্তে। থৌরানি হুন্নাইজার য়োলবী লাক্লগা শুমাঙদা পঙথায় অমা ফমগনি। মহাক্না নুপা অনী পুথোক্লগা, থৌরানী ময়োম অমা থম্বীরম্মু হায়গনি। বাম্মোল থৌরানীনা শাওগনি চৈগনি। হান্নগী

লুপা ১৮ দি পীখোত্তনা ওমেদকো ইবেম্মা হায়দুনা। হায়না হায়না খৌরাম্লীনা লুপা অনীদু লৌশিনখিগনি হবাইজার ময়োম অমা লৌখরমগনি। থাউ তেল্লি লাক্কনি। ইতৈমা পৈশা য়াম্মনে খরা পীয়ু হায়রগনি। মানা ঙাঙশিনবও নোকশিনবও তৌদুনা থাউদুম শোংচিনহৌগনি। ইতৈমনা (মাগী মনেম) তংত্তনা হায়গনি চৈগনি, খংনগনি।

- "নখিবোঙদু অহাওবা চাও-ও, য়াম্না শু-ও। ইচানুপাসে য়েংবা ঙমদ্রে। নুংশা ময়কশিদা মশক মচু থোকত্রে। হিংচাবী নঙ থাক্লবা হোংনবদা।"

খুমগনি মনেমনা হায়রিব্দু,

- "ঙমনেনা লৌরবনিনা থাকপা তারে। চাগদৌরি, নৈগদৌরি কে-শে।"

মুক্কম মুক্কম শোক্ল-শোক্লদুনা মচা ময়ামগী থবক চংপগী মহৈ মশিং তম্বগী চাক ঈশিং থোংবগী কোয়নোম নোমগনি ইতৈমা। শুঙলেপ লেপলোয়। ঙহাত্তা পোথারোই।করিগুম্বা কান্দা মমৌ ইবেম্মখোয়গী লময়ায়দা চাইরিবা লুথাক চগুম শেংজিন্দুনা চামলুগনি। রাই শিংলুগনি, অদুবু মচিন্দা মুক্কম-মুক্কম শোনবদি লেপলোই। কম্না-কম্না ঙাঙগনি,

- "মখিবোঙ চাথোকলগা লুথাক চগুম পুমচায় চাইথোক্লুনা থমলগা ফমুংদা লোংদুনা লৈবা ঙম্মী। অয়ুক্তগী ফমুঙদা লোংলকপদুনা নুমিদাংবাইরম হৌগংলগা লৈকায় কোয়বা, রারেম ঙাঙবা, ওম্বোক্লা পঙখ্রেদা ইমাগী ইবুঙঙো, অসিবু য়ুমগী মৌনেনা পুশিল্লক্লিবা, মী অমত্তা ওইররোই। ওম্বোকপনিদা ইমাগী ইবুঙঙো নঙগী নরায়বকসে।"

- "কেন অসাদা লং অসি তিংলগা থমলক্লিবসিনা কয়াগী মতীক কুইরবা। ওম্বোক্লা শুনিঙখিদ্রেদকো নঙবো।"

মমৌবু চৈগনি। য়ুমগী থবক ইনথাঙ শুনিঙদ্রবস্থ লৈকায়গী, ঈপানগী, লুহোংবগী, শোরাংবী বার্তৌন অমতা চিংথন্না চংকনি। ফজবা ফি-রোল শেংলগা চংপা-খোংপা মহাক্লা য়াম্না পামগনি। মনেমনা চংকদবা কয়া মহাক্লা চংকনি। মসিথক্তি মনেম্না বীনোবু য়াই। কন্নাগী লুহোঙবা চংপদা লৈকায় তরা লাম্না পোং-চৈ রায়রুগনি, পুরুগনি। কেনা চংকনি। শেংতোক চাথোকলবদি, শবান মুর্ত্তি ফজবগা রাং চাউবগা চাউভল রিক্সো থৌবনা লৌবা নুপীনি হায়বা মীনা থাজরোয়। কন্নাগী এসো ইঙ্গি মীয়ারগী কেনা লৈজবী, মকে শেম্বতদা মথৌ চিঙ্গরবী নুপী মানগনি। মীঙোন্দগী রায়রুবা সনা লুপা লীক বে'ন চংলুবা হল্লকলবস্থ পাক থিন্দোকলোই। চাউভলনা রিক্সো থৌরুবা হল্লকপা ফাওবদা শেং চাদুনা লৈগনি। চাউভলদা ফজদ্রা য়েংঙু উংশিনগনি। হৌনা হৌনা নোকচগনি। ইতৈমা খোয়দৌ শাওগংকনি।

পাখঙ মচাশিংগা রারী শানবা মহাক য়াম্না পামজে। মচাশিংদু ফন্না চাউবা য়াওরে। ক্লাস IX তমলে অহন্দু। অহমশুবা মচা নুপাদু চাক ঈশিঙ থোংথো . . নি।

ইতৈমনা তৎতনা ঙাঙঙী অঙাঙ চাক থোংহল্লি হায়দুনা। ময়ম হায়ববু মখোঙ মখুৎ মৈনা পোক্লনি সিনি। চেঙ ব্লানবা থাও থুম লৈবা চৎপা, মচা নুপা য়াম্মগী থবক্তি। মচা নুপা অহল্দি লাইরিকতা পাদুনা লৈবনা পাখোল কয়া শিদে। মচা নুপা অতোনবদু মীগা ঙহাক লৈতনা খৎনে ফোয়নে। মচাগী মীচঙ চঙলগা ঙহাক লৈতনা মীগা খৎনে লাউনে বীনো। থংনবা মীকুপ্তা খোঞ্জেল হৌনা হৌনা নোক্তুনা খৎনখিবা ইমুঙদুদা সৈরগনি।

চহী অনী ফারক্লে চাউতন্না হৌগৎ কাঙখৎ ঙমদবা। বীনো কোঙ্কাক ললোনবা চৎখৎলক্লে। নেংম্মো কম অমনা মানা থৌরিবা বিক্লোদু চেল্লগা পুই হায়দুনা মখ্বাঙ শোকখিবদগী। মনাও নুপানা গীহাতিন পুদুনসু লায়েঙলুরবনি। হৈরোকতসু মৈতৈ মাইবা অমদা শমলুরবনি। অদুবু হৌগৎ কাঙখৎপদি অদুম্মক ঙমদ্রে। বীনো পুমহোঙ হোংখ্রে। মরক অমা লিলোং কৈথেলদা মনা মশিঙ য়েনবা চৎলিবানি হায়দুনা হৈরেম্মী লেন তোংদে, কোঙ্কাক লালোনবনি হায়মা লেম্মী হায়দুনা চৎপা হৌরকপা থা ৩/০ মুক্তা ওয়রম। অমুক কেরগা থোকখিনি নিনি মখোল তারেম। হমনি মরিনি লৈবগা কোল–লীক অহনবা খরা পুরকলগা শুমঙদা খল্লোক খঙ্গ্লন তৌরগনি। ঐনা নুপীদা তৎতনা হায়,

- "বীনোনা ললোনবা চৎলিবসে বদনাম লক্কনি। কবি সমদা লেক চান্না লৈরিবনে তৌগনু হায়।"

ঐগী নুপীনা শাউরঙননা থুমগনি,

- "ঙম্লনবা হোৎনরিবনি ঙম্লনবা, মচা ময়াম, নুপা, থাক্লনবা, চৎহনিংদ্রগা মখোয় বাবানা থাকপা তাবা।"

ঐনা শাউনা থুমখি,

- "নঙ জ্ঞান য়াওরে ইবেম্মা। লাইরিক হৈতবগী হৌনবা,"

হায়না ঐনা বল্লুক ঙাঙখিবদুদা শাউবকই। ঐঙোন্দা য়ারৌনা হায়রকই.

- "হৈত্রে হৈত্রে ঐখোয়দি অপঙবী মপান থোকতবীনি।"

ঐন তপ্না হায়,

- "ঐনা হায়বদি ঙম্রবা হোংনৌ, নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা য়ুমদা হঞ্জিল্লকউ নোং ঙানবদগী চৎলকসু। মশা নহানি ললোনবা চৎলিবদু মবুঙগী য়ুমদা মপাগী মনাক্তা নত্তেদনা।"

জ্ঞান খৈতং লাকসমাল্লে তনতক থুমলকই,

- "মখোয় বাবানা ইয়েঙ অম লৈবীরো, শেনপোৎ খরা পীরগা য়ুমদা শুহল্লো চৎহল্লিঙদ্রবদি।"

- "হায়, কোল লৈরমলিবনিনে। ইবায়দুনা শুনবা তম্লক্লিবনিনে। নঙনা খঙপোৎ মত্তেনে। শুদি শুনিঙদনা। শোৎলগা অহাওবা চাবদগী লোয়না য়োনখ্রবা।"

-"শুনিঙ্ঙলমদগী হৌজিক্তি শুনিঙ্ঙলে। শুনবস্থু য়াদ্রেনা অপুনবু হায়জলগী, ব্রানি। অঙাঙশিংস্থু লোইনা চাউরে। করম্মা মী ওইগনি। য়েংশিনবীদ্রবদি মখোয় কনানা? মখোয়গী কম্মিবু তৌবীদ্রবগে?"

এগং অসি চুম্মী। মহাক য়ুম অসিদা লাকপা চহী ৫/৬ ত্র ভায়রি। পিকুমবী ইচ' 'গ্রমিং' মথন্থা ভায়রি ঐখোয় অনীগী। করবস্থ কত্রবস্থ মহাক ঐগী ইমৈনি। ঐগী হেক পোকম্লিবরা ইয়াম্না পোকপা ইচনুপাগী। পৌনা মযুম পাল্লি। মশাগী ফিরেপ চুমকনা ধ্যান য়াওদে হায়দুনা ঐনা মপোম্নবু ইম্মোকপীখি। অদুবু য়ুম পান্‌বা পুন্সিগী তৌনবা য়াদ্রব ইখৌনি মী ওইনা পোকুবদি। ঐ মশা অমনি। ইয়াম্না কৈথিদ্রে। ঐনা মাগীদি করি তৌবীখ্রে। ঐবু মী অমা ওইনব হেৎনবকপদ ইয়াম্নগা ইতৈমগনা কয়'শা ব্রারকখিবা। ভাসিদি ঐহাক কলেজ অমগী ওজানি ক্লাস বান গেজেতেদ ওফিসর। মার্কতি কার লৈ। পৈশা লৈ। মখোল অনীগী মতাক লৈ। ইশুশিং অসিগী চেঙ খরা-খরা হঙলবা কানদা পীবস্না কয়াম কুইনা পীবা ঙমগনি। মখোয় মরোমদোম থিংজনবা ঐনা করি শেম্বী-শাবীখ্রবগে? শোনা মযুম পাল্লকও হায়বগী নমাদা ঐনা মতৈ মন'ওবু ইম্মোপীখি। ইশুশিং অসিগী মহে মশাং লাইরিক লাইন্দ্র ঐনা য়েংশিনবিব্রা য'ওথ্রবরা? হমুঙ অসিদা শেল থোক্রবসি ইংলামতনি। ঐগী ইয়াম্না লৈজরদ্রগদি মখোয় অম্মা লৈখা তারমগদ্রা?

ওজা ওজা কুমথহৌরগে?'

তক-তক তৌরকই লেংজুমদা, ওজা ইবেসনদি ক্লাককৈথেল য়ৌরম্লে। ঐহাক ম'য় মিৎসে সং-সং তৈথোকই। রুমালদু মথক মখ' শুনদুনা।

-"কুম্বীহৌরো ওজা"

ঐনা খুম্মী তপ্না-তপ্না বস চৎপা হৌরকই। কৈশামপাৎ পার্কিং থৌরে। ঙসায়গী নুপী ময়াম খাঙচেৎ শেৎপী নুপী, অহলশিং অমদি বীনোগী শককমদুদগী ব্রাখলসি ইথাপ-থাপতোকপা ঙমখিদ্রে। করম্মা য়ুম য়ৌরকাখিবনো খঙহৌদে। ইচা ইবেম্মনা ঐ উবদুদ মথুং তিংথোরকপদুদা খঙনিঙ নিঙশিঙলকই মাগী বিস্কুট লৈরকপা কাউরম্লে হায়ব।

-"ইপু কম্মি লৈরকই?"

ইশু ঙৌরুনা হংলকই ইনাকতা লেপ্লগা। ঐনা,

-"ইপু কাউরে. হয়েং লৈরক্লগে। নেনেমচাগীস্থু অমতা লৈরকত্রে।"

থোংজিনদা পাগবগা তপক্লপ হায়রকই,

-"ঐখোয় মমাস্থু ঙসি লাকঅনিদা ঐগী বেক্সু, বোল অঙাঙবস্থু লৈরক্লনি।"

ঐহাক ঙৌরুদা য়েংলম্মী। চেন চোংদুনা শাম্ররুবগী ঙৌরি-ঙৌরিবা মশমদু হমাংনা পুমচোং চেংলি।

–" অবোকচা চাক লৈদ্রা? "
ময়াম্বা নাউবনা মখোয়গী থোঙজিলদগী হায়রকপনি ঐগী নুপীদা। ঐহাক ঐগী ফমুঙদা চঙশিল্লগা ফমলম্মী। ইনাকতা চঙলক্লগা ঐগী নুপীনা হায়রে,
–"কৈদৌরবগে?"
ঐহাক ৱা অমতা ঙাঙদনা তুমীন্না মঙোন্দা য়েংলম্মী। চঙশিল্লকতুনা ঐগী ফুরিংকী কুনাম লৌথোকপা হৌরক্লম্মী। ঐহাক ৱা অমতা ঙাঙদনা শুন্ন অমা তপ্লা হোনদোক্লম্মী ☐



## ঐবু মী ওইরিব্রা?

ঐসিবু মী হায়বদু ওইরিব্রা ? ঐবু মশক খঙবা মীনা ঙসিদি, ঐবু কৌনিংদ্রে। করিগুম্বদা লম্বী-লমথাঙদা থেংনবা মতমদা, খঙদবা উদবা শান্নিরগা লৈথোকপা য়াওনরবা। ঐহাক অসি ও-মঙোলগী মশক ওইরবা। মতম অমদা ঐবু খঙবা ঐগী ইমান্নবনা তৎতনা লক্লখিবা ৱাফমদো ঙসিদি কয়াদা চুম্লবা। "অপঙবা নঙ ৱাজবা তাবনিকো" ইথন্তা অস্পন্না হায়জবা নত্তনা করি উপাই লৈরি ঙসিদি। ঐহাক অসি মখোঙ মরি পানবা শাদগীস্থু হেন্না পঙবা ঙিবা অমনি হায়বদা ঙসিদি য়ানিংলে। মতম অমদা ইশানা ইশাবু কয়াদা শিংনা খঞ্জরমথ্রবা। মরুপ মশিঙ্গা কয়ানা ঐবু পঙঙে হায়রগা ঐহাক্লা কয়াদা শাউনিংখিবা, মখোয়শিং অদুগা মরৈ শংদানখিবা, পুন্নমক ঙসিদি ঐতনা খঞ্জবা, ঐতনা পঙজবা ওইরক্লবকো।

ঙসিদি ইচাগী নুহোঙবা নুমিৎনি অদুবু ঐহাক মপা অমনি হাপ্পদুনা কন্নানা সনমান তৌরবীগনি। ঐবু কন্নানা ইকাই খুম্নবীগনি। কন্নানসু ইকাই খুম্নবীদ্রবসু মফম অদুদা ঐহাক চৎতুনা ইচাগী কোক্কুল অমুক্তংদি নাম্নবীরুবা চুমদবরা? ইচানা ঐবু য়ারকপ্রা? ঐনা পীবা বর ইচানা লৌগদ্রা? ইচানা ঐগী মাঙদা লেপতুনা চৎলমদাই, মপাম লমদম থাদোক্লমদাইগী মমিত্তগী পিরাং শিম্নবগী মহুত্তা "করি তৌবা লাক্লিবনো? ইকায়বা খঙদবা শা" হায়রক্লোইদ্রা? পীক্লিবা মীরোল থোকপা হৌরকপদা ঙাইরীবা ইচাবু ঐনা হন্না য়েংদনা ছন্দোক্তুনা থম্বীরম্লগা ঙসি মপুরোইবগী মনাক চৎলমদাই নুমিৎসিদা বর পীবা? ঐ ঙমগদ্রা? ঐ মপা অমনি। ঐ ঙমগদ্রা?

হে মীওইবা! পোকহৈদেদকো নঙগী মপোক অসে। খোঙথাঙ অমতং লানথিবদা, খোঙফম অমতং শোয়খিবদা লায়না লৈখা তাখিদা। মহাক্কা ঐবুদি খঙলিবনি। করিগী অপঙবা ঐবু অবাবদা ইম্বরম্লিবনো? ঐ লাল্লে। মাগী মরাল নত্তে। মাবু করিগী মরাল শিফম থোকপগে? লাল্লিবদি ঐনি। ঐনা মাগী মফমদা লানথিবনি। করিসু লৈতবা ৱাকম অমদা ঐনা মহাকপু কয়াদা শাউথ্রবা? করিগী ঐনা অদুক য়াম্না শাউনিঙলুরিবা। ঐসিবু অশিঙবা মীরনে? ঐহাক ইহৈ-ইশিং য়াম্না হৈরবা মী অমা নত্তবরা? করিগী ঐবু অদুক পঙলুরিবা? মহাকসু ঐনা হায়বদুদং তৌবীরম্লবদি ঙসি ঐনা তারিবা দশাসি তারমগদ্রা? তারমদবা য়াই। অদুদা মাগী মরালবু করিনো?

নুমিত্তু ঐহাক থরা থেঙনা কলেজদগী হল্লকখি। হয়েংদগী কোরগী পরীক্ষা হৌগদৌরিবনি। ফোরগ্রেট মখোয় মঙা লৈবদুনা মরৈ-মরা তৌদুনা লৈরিঙেদা কয়াদি থেঙহনখ্রবা ঐবু। পরীক্ষা শিনমিম্নরিবা ওজা সানতোস ফঙঙী, নাম্বোক্লগা চৎখি। কয়াদি খোয়দৌ শাউগৎখ্রে। ইথত্তগী ইরম্নাইদু ঙায়। মখোয়না ঐবু থাদোক্লম্লিবা। ঐহাক হল্লকপগী গাড়ী মখোল তাবদা ইচা ইবেম্মনা থোরক্তুনা হায়রে,

-"বা ঐগী লাইরিক লৈরক্তবরা?"

ঐহাক খঙনিঙ নিঙশিঙলকই। ইচানা, ঐনা থবক চৎলমদাইদা লাইরিক তপথিবদো। ঐনা খুম্মী,

-"বাবা কাউরে। হয়েং শোয়দনা লৈরক্লগে।"

ঐহাক্কা ফি হোংবা কম্না হোৎনরিঙেদুদা খোঙদা কোল্লগা কপলকখি।

ইচা ঙসিদি চহী ৫ মপুঙ ফারক্লে। স্কুল চৎত্রি । ইনাওশিংগী মচাশিংদি স্কুল চৎলে। ক্লাস বান দগী থ্রি ফাওবগী অঙাঙ মঙা তরুক লৈরিবদুগী মতৌ তমদুনা মাগীসু লাইরিক তপলিবনি। মহাক্কা স্কুল কাপ্রিকনা থোইনা থম্লুদে। পিকচর য়াওবা লাইরিক অমা লৈবীগে খনগ্রবসু। ইনাওনুপা অনীমক ঙম্মা-ঙম্মা ময়ুম পাল্লি। মচা

অহলশিংদো চহী ১৪/১৫ য়ৌনরবনি। মথোয়গী লাইরিক্তা থাতানা উচেক-ব্রায়া য়াওথলশিংদো উরম্লগা মাগীস্থু অদুগুম্বা লাইরিক লৈরকউ হায়না হজিল-হজিলনা হায়খিবনি। অদুননি ইচানা ব্রারৌরিবা। খোঞ্জেন থোক্লা কপথংলক্লে, হিক হিক লাউনা, লাইরিক লৈরত্তবগী। ফাল-নুংগী, পরীক্ষাগী এরেঞ্জ ময়াম অমা তৌরম্বনা হক্চাঙসে ইচোক চোকথবগা ইচা ইবেম্মনা ময়োল অমা হয়েং লৈরক্লগে য়াদবগা ঐহাক্লা খোল কল্লপ কৌরি,

-"করি তৌরিবগে? অঙাঙসি লৌরবা য়াদ্রা ?"

মনিঙ' চাকশঙলোমদগী করি করিনো থুম্লকই হায়বদি থঙডী। ময়োল শেংনা তাদে। ইচানা খোঞ্জেল কন্না কন্না কপ্লকপা মথোলদুগী মরক্তা। ইমানা মাগী ফম্ম্যাঙদা, দুকান্দা পোৎ য়োল্লুবগী পৈশা পানা পানা হায়রকই,

-"ইবেম্মা মোইরাংথোইবীসি অমুক্তা লৌরম্রাওনে। মপা ফি হোংবগা য়াদ্রমাক্লেনে।"

ঐনা, লিংলিবা ফুরিৎ লৌথোক্লগা ইচানা কপ্লিবদু হান্না থেম্মী।

-"বাবা হয়েং শোয়দনা লৈরক্লগে, ইচা শাউরনু, ইচাদি মোইরাংথোইবীনি।"

লৌখৎলগা ইচাগী থজাইদা চুম্নী। মখুৎ মচাদুনা ঐগী চিনবানসে কন্না কন্না ইম্থোরকই। অদুগা কপনা কপনা,

-"নঙ ঙসাই লৈরক্কে হায়রি নৎত্রা?"

-"হোয় বাবানা হায়নে।"

-"অদুগা লৈরকত্রিবসিদি?"

কপ্পা লেপতে। ঐনা কোল্লিবা খুৎতুদগী নাম্থোক্লগা লৈবাক্তা মথোঙ মখুৎ তিংথোক্লগা পদ্রাক লাউনা ফমজিল্লগা হৌনা হৌনা কপলি, হিক-হিক লাউনা শাংনা শাংনা চিংলি। মঙোন্দা অঙাঙ ময়ামসিদগী অহেনবা অমা লৈ।মহাক্তি অমুক্তং হায়খিবা নৎত্রগা ফাখিবসে শুঙকাউ কাউদবা অসিনি অতে অঙাঙশিংদগী তোঙাল্লিবসে। নিঙাই ফনবনি হায়দুনা লৈবীরোইদবা পোৎ, পুবীরোইদবা মফম, লৈবীনি পুবীনি হায়জনবা য়াদে। হায়খিবা ব্রাদো তৌদ্রিফাও নিঙাই তৌবা ঙম্মী। ইমানা মা পোকপগী কুঠি ইরুবদা মরিঙজেল থাগনি, লৌশিং য়াম্না লৈবী ওইগনি হায়রকই ইশুদি হায়না হায়খিবদুমক তৌব্রী ইচা ইবেম্মা।

-"থোরায়মচা নাত্রং, করি তৌরিগে? করি থবক শুরিনো?"

ঐনা থোন কন্না লাউব্রি চাকশঙলোমদা। ঐগী শাউনা লাউবা খোঞ্জেন্দুদা লৌশিং চাউবী ইচা নিঙাই থঙলেপ লেপখ্রে। মমাস্থু ইনাক্তা চঙলক্লগা,

-"এজাং থাউ অমুক্তা ভৌরমখিগে তৌবনি।"

ঐনা থরা কল্লপ্রা,

-"নঙ ননা য়াম্না কল্লিনে। অমুক হায়বঙ্গা তাদবসি নঙগী হৈনবীনিনে।"

ঐঙোন্দা হোয় মাই হায়রমদনা ইচা ইবেম্মা লৌখৎতুনা পল্লগা,

-"কৈদৌবগী বাবা থবক ব্রানা হল্লকপদা নিঙাই তৌরুরিনো?"

হায়দুনা চাকশঙলোমদা চঙখ্রে। ইমানা শোল্পাঙননা হায়রকই,

-"করিগীনোনে ইশু মহারাজনা অস্মুক শাউরিববো?"

ইমানা মশুলুপী, ঐগী ইচানুপীবু নিংথৌ হায়নস্থ কৌবি। মহারাজ হায়নস্থ কৌব্রি।
ঐ খুমদে। ইমানা মখা তারকই,

-"ইশুনা মনিঙ থুংদবা অমা লৈরমগনি।"

ঐনা হায়খি,

-"মসি মনা য়াম্না কল্লে। অমুক্তা ঐনা হায়বসি হয়াও হয়াও তৌদবা, খোয়দৌসি শাউগৎলকএবা"

ঐনা শাউনা ঙাঙবদুদা ইমানা খুমলকই,

-"ইচাগী করি তৌবিদ্রবগেনে? নুপীমচাস্থ নোম্বদা শিরপোৎলিদা। মচানেনা তৌরিবসিগী নিঙাইবু পুগদ্রা? কুপনোম ময়ামবু হোৎনগদ্রা? ইমা ফঙজী করিমশু য়াওবীবা ঙমদেদো।শাউনু শাউনু ইচাশিদি। হেক য়াদদুনা তৌরিবনি। মথৌ চৎননবা হোৎনবও, হনুবী ঐগী সেবাও ইচাস্থ য়াম্না বাজরবনি।"

ফিরোল হোংদোক্লগা চৌথ্রিন্দা ফমদুনা লাইরিক অমা শুম য়েঙজী। শাউনিঙথিবনা লাইরিক্তু য়েঙজী হায়বতনি। বাহে অমগা অমগা অমত্তা শমজিন্নদবগুম তৌবি। ঙাইহাক হৌথিবা থঙহৌদে। ইনাক্তা লেপ্লগা অস্থয়া হায়রকই,

-"চাক থিরে।"

ঐহাক হোয় মাই হায়দনা তুমীন্না ফম্মী। মহাক চাকশঙদা অমুক চঙখ্রে। ইথত্তা থল্লি। মসি, লাক্লগে চাক চাররোই। ঐ কনানো থঙহনগে। ঐবু খঙদ মাল্লে। ফরবস্থ ফৎত্রবস্থ ঐহাকসে মাগী মপুরোইবনি। ঐনা হায়বা খুদিঙদনি, মহাক্তা নাত্রা শেন্দ্রানদুনা, মানা তৌদৌবা অদুম তৌদুনা লৈথোকপা। খঙনি ঙসি। নোংমতা ঐনা ফিরোল হোংদোকপা নত্রগা শেৎপদা ঐগী শেবাস্থ তৌদবা, হায়রুরগা,

-"ঐগীদুম শেৎপীয়ু,ঐস্থ থবক চৎলিবনে ইবুঙঙো"

হায়দুনা নোক্রেম হাইগ্রেমনবা । করি নুংগী থবক তৌবা নুপী লৌরুবা। অস্থয়া খন্দুনা ঐহাক ফমুঙদা কাখৎলে। লোংনা হিল্লি।ইমানা চাকশঙদগী লাউরকই,

-"ইমাগী ইবুঙঙো শারিঙেদা চাথোক্লসি লাক্লোনে।"

ঐ খুমদে। তুমীন্না অদুম্মক লৈ। ঙাইহাক লৈরগা মহাক অমুক লাকই। হায়রে,

- "চাক চাররোয় হায়রিরো? শাউরিরো ?"

ঐ খুমদে। লেংজুম পায়রগা ঐগী মায় ময়াদা নোম্বরগা তপ্পা হায়কই,

-"ওইনগনবা, চাথোকউরসি লাকও"

ঐনা,

-"চো-চো "

শাউরপ্পা হায়। ঐনা থওইনা তৌবিদ্রবদুদা ঙাইহাক ইনাওপা লেপলমলগা,

-"প্রপ-প্রপ লাকও"

হায়রমলগা চঙশ্লে।ইমানা চাকশঙদগী হায়বা তায়,

-"মায় তাচৌবু কৈদৌরবগেনে?"

মহাক্না হায়,

-"শাউরিব্রা থঙদে, অঙাঙ লৌথোক্তেনা। ফমুঙদা লৈহৌরে।"

মদু তাবদা ঐহাক মায়সে য়ঙ লাউদ্রি। ইথল্লা থল্লি। করম্না নুপীনো মসিবো? ঐনা অস্থুক শাউরিবসি মানা করিস্থু থঙদেসে। ঐনা শাউরিবদু ইমা খঙহন্নিঙদে। ইনাওনুপীসিংস্থু খঙহন্নিঙদে। ইনাওনুপাশিংস্থু খঙহন্নিঙদে। মাখক্তং খঙহন্নিঙবনি। ঐনা মাবু শাউরি হায়দুনা। ঙসাইবাই শাউরম্মদুদি ঐহাক ঙসাইনা ফগ্রবনি। ঐগী অশেঙবা তাংতু মানা ইমাদা খঙহনখ্রে। ইমানা চাকশঙদগী হায়রকই,

-"ইমাগী ইবুঙঙো শাউরনু, শারিঙৈদা চাথোক-লো লাউনে, হহায়ো, নোকপু নোকচনিংলকলেদা, নপানা তৌবদু নঙস্থু হল্লিলহৌরবোরে।"

ঐগী নুপীনা হায় ,

-"করি তৌরিবা ইমা?"

ইমানা মথা তারকই,

-"নোংমা শনপোৎ কারকলগা ইরু লুজথোক্লুনা চন্দ্রোল চবা ঙৌরোক ঙৌনা থিন্দুনা মাঙ্গোল উথোংতেন্দা ফমদুনা হিদাক চিংদুনা লৈরম্মে। ঐনা থল্লি - 'চাক অমুক চাররোই হায়রকতনা। কোবিনেনা শিস্তবনা।' ঐনা অশেঙবদু হায়রুবা শাই -' কৈখেলনেনা কোবিনা তাউরবনিনা শিংতবসিনা কনামতা নঙ য়োল্লিব্রা হেক হায়বিদবা। মোয়বাক্সি চাক লাম্মমমনি।' ঙহাক লৈরগা তপ্পা খুমলকই -'নঙনা পীজরিবা চাকসে মহে লৈররোই। পুকসে ঙসাইনা তন্নারক মথদাং ওনগ্রবনি। খুদকতা চাক মৈ থাগৎতুনা তনথোং থোংববু চাররোই হায়দুনা হেক চাদবা। লোইনা নিঙশিঙলকলেদো, অস্থুক কুইথ্রবা বাবু ঙসি।"

মনি মমৌ শিথ-শিথ নোকমিন্নে চাকশঙদা। ঐহাক মথোয়না নোকপদু তারগা শাউস্থু শাউনিঙঙী নোকস্থু নোকনিঙঙী পাস্থু পাথৎলি। ঐহাক ফমুঙদা তুমিন লৈরগা থাঙবা য়াররকত্রে। ইনাও নুপীশিং তাপ্রগনি হায়দুনা খুম্মী,

-"ইমা চাবীরো ঐহাক ওজা অমগী ইপান চৎলুদুনা চাক চানিঙদ্রে। হকচাঙ নুংঙাইদৌ মান্দ্রে।"

মনি-মমৌ চাকশঙদা ঙাঙনবা তায়,

-"নুপীমচা নঙবু কনাই ইপান য়াওরুরগেনে ইবুঙঙোচৌনা হায়রিসিবো?"

-"ও, ইমা ঙসাই মচা নুপী কপ্পদো অদুদা ঐঙোন্দা লাউরকপদো অদুনি ইপান।"

ইমানা নোক্লগা খুম্মী,

-"নুংঙাইদা ইচা পুকচাওবনা মহৌশা চাক ওইনবদু তৌরিবোয়ে। নুপীমচা নঙস্থু ইবুঙঙোচৌনা হায়বদু শৎ-শৎ হেক তৌবিরবদি হেক শাউরোইদবা।"

-"ও নচানুপাগী বাবু পু-থাং ঙমপোৎনস্তে ইমা। তোতি তাদবা লমসিদা অা মমাঙ ইচে ইবেতোলখোয়গী পুথ্রীদুদগী ঈশিঙ হোল্লে, বাননবা কৈদৌবগী হোল্লিবা ঈশিঙনো হায়। মাগী পাম্বোম অচৌবসিনা হেনবীগে পোথাউ হায়বস্থু নস্তবা। অমুক অনীরক হোল্লা লোইরে হায়দুনা হেক্তা শাউবা ঙম্মী। ইমুঙ অসিদা চঙলিবা ঈশিঙশিংসিদি খঙবীদবা মানা। নুমিদাংগী কোল লিক ফেঙদোকলে হয়েং নোংঙাল্লগা ফেঙঙু, মানা হায়বা লৌদে হেক্তা শাউগনি। নোংঙাল্লগা কোম্লবা থবক নংনবা হোৎনবসে। দারী বাই খরা তৈরুরে করি কান্ননবা তৌরিনো। মচানুপীসে লৌরগা অদুম লৈয়োয়ে। ঐসে থবক শুগনোয়ে ফমদুনা লৈয়োয়ে অদুই শাউরিবা। মাই মচানুপীসে অসিদা হায় লৈবা। শাউথ্রপোৎনি পু-থাং ঙমপোনতে মীনা।"

-"মচা হৈশিংবীসে লৌরগা হেক লৈথোকপা য়াদ্রো ইচাসিদি। ইমা ফংঙে নখোয়গী কুপনোম ময়ামসি হোৎন ঙমপোৎ নস্তে। মানা মাইনা হোৎনজনি।"

হি-হি নোকমিন্নে মনি-মমৌ। ইমানা মখা তারকই,

-"হোয়নে মাগী বাসে থোকচাউ পুরেনগী বা হায়বদুনিনে।"

-"করিনো ইমা থোকচাও পুরেল হায়দি?"

-"ও থায়ননে নখৌ থোকচাও কৌবা অমা লৈরম্মেয়ে, চাক শঙবায় অমা চাবা। লৌ য়ৈরগা হোনগৎপা ঙমদ্রেনা তাউথবী শঙবায়দা খোঙপাক্লা কাউরেয়ে। কোনুং কারিবনি হায়দুনা পঙকাদা কাবা, মমৈদা চানিঙাই লৈতদনা চরা হেল্লগা শিথি হায়রে।"

-"করিগীনো ইমা অদুদি?"

-"অপঙবগী বানিদনা। চাক মবুক থল্লিঙৈদা লামদ্রেঐনা ফৌ তাইথোকপা।"

মনি-মমৌ খিক-খিক নোকমিন্নে। থবক শুবস্থু য়ারোই, থবক নংদবস্থু য়ারোই হায়বা। ঐঙোন্দা অমুক ওন্সিল্লকই,

-"ইমাগী ইবুঙঙো চাথোকলরোনে। ইচাগী পুক ইমানা থঙভীনে। হৌরেল অহিঙদা পুক মখদাঙ ওল্লকলনিনে, লাকও লাকও।"

তশেংবমক ঐহাক ইমাগী বাহৈশিংসি তাবদা ফমুঙদা লৈবা ঙমদ্রে। মরমদি স্কুলগুল্লা শাবা য়ুমশাঙ অসিদা ইনাওনুপা অনীগী, ঐগী কাশিং, ফকলাঙ অমমমতা খায়গা

লৈবনি। ইনাও অনী ওন্না নুপী পুশল্লকখি। ঐনা নিঙবগী ওন্না তৈন্নবদা লৈখি। ঐহাক এম:এ: তম্বা হৌবগীদুদা ইনাও অতোম্বা অদুসু নুপী চেল্লকখি। অদুগা কলেজ ওজা খনবগীদুদনা ইনাও য়াইমা অমুক নুপী পুশল্লকখি। মচা মচা চাউশিল্লপগা নুপী-নুপীনা তোঙাল-তোঙাল চানিঙলকপগা মখোয়গী অপাম্বদু থুংনবা তোঙাল পিজবনি ঐনা। ইমাগা ঐগা অমা চাবা। ঐহাক ফরবস্থ ফপ্রবস্থ ইমুঙসিগী অহল অমনি। ইনাও নুপী অনী লৈরবা অদুগা ইচাশিং ময়াম অমা লৈরবা মখোয়গী মমাঙদা ইতৈসি/পাবুঙসি চাক ওইনরিজাং ওইরে খনখিবা তারে খল্লুবদা ফমুঙদগী ফুক হৌগৎলে। চাকশঙ তান্না চঙলগা ইমাদা পুকসি উৎলগা হায়,

-"তো চারকলে। য়ুমনাম লৈকায়গী ওজা তোম্বদো মচা নুপা অমা য়াওরে হায়দুনা ঐখোয় ওজা কুনমুক্কী চাক তৌরে ইমা অদুননেঅবা। ইমানা থাজদ্রিবদো।"

ইমানা, ঐনা কংখোকশিন্নরিবা পুকতো য়েংলগা তপ্না হায়রকই,

-"নুপীমচানদি নঙ শাউদুনা ফমুঙদা হিপহৌরে হেক হায়রে। অদুনা ইমানা হায়রিবনিনে।"

-"মচিন থিরিবা"

ঐঙোন্দা মুন্না য়েংহৌরি মহাক। ঐহাক ফমুঙদা অমুক চঙলক্লে। ঐগী নুপীনা ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংহৌরিবদো ঐহাক খঙঙী। অহল ওইরবী অপঙবী ইমাদি ঐগী নমথাক লাংদুদা খঙখিদ্রে।

ইচা ইবেম্মা, মমাগী ফমুঙদা কাপ্লে। ঐঙোন্দা হোয় মাই হায়রমদনা। ঐবু কিরব্রা, ঐবু শাউরব্রা খঙদে। পিক্লিবী মানা কয়াদা খঙখ্রবা মপা ঐ শাউরে হায়বসে।

-"নঙস্থ চাখোকলোদনা মপা চাক চারক্লে হায়রবদি।"

ইমানা চাকশঙদা হায়বা তায়। নিতিগীনি ইমা ইচা ঐখোয় মরি ঙন্তা-ঙন্তা চামিন্নবনি। ঙসি ফাওবদা মহাক্না য়ুমসিদা লাকপদগী ঐ য়াওদনা চাক চাখিদ্রি। অদুনা ঙসি ঐহাক শাওবদগী চাক-চাদ্রে হায়বা মহাক খঙখ্রে। ঐহাক পেল্লে। অদুবু মহাক চাক চাগদ্রা? চাদ্রবদি কমদৌবা? চাদসনু। ব্রাজসনু। মদুনা হেন্না পেল্লে। ঐ ফমুঙদগি হৌগৎলে। ইচা ইবেম্মনা চঙখ্রিবা ফমুঙদুদা চঙলে। ফৈজুপ চিংখৎলগা হিপলিবা ইচাদো চেৎনা কোল্লি।

-"চো কোনবিরক্কনু।"

মখুৎ মচাদুনা ইনখোরকই।ঐনা কোম্না কোম্না,

-"ইপা লাক্লে,হয়েং শোয়দনা লৈরকলগে। ইচা শাউরনু,তুম্মো ইপা কোনগেসে।"

শাউনা শাউনা মখুৎ মচাদুনা ইম্থোক ইম্থোকনা তুমখ্রে। ইচানা তুমখিবগা ঐগী ফমুঙদা লাক্কুন্দা ঐস্থ হিপলে। তুম্বদি য়াদে। ঐহাক ঐগী নুপীনা তৌরিবদো লোইনা খঙঙী। মহাক মখোঙ-মখুৎ হাম্না লোয়দুনা সনামহিদা ধুপ থাখ্রে। মাগী নোংমগি

মখৌ লোইরগা সনাম্নহি হেক-হেক খুরম্মি। ইমানা তৌ হায়বদগীনি। মহাক চঙলক্লগনি। ঐহাক তুমশিন্নবা শাদুনা মায় লৈথোকতুনা তুমীন্না লৈ। মহাক ঐগী কাঙখলদো মমায় য়েপশিললম্লগা মাগী ফমুঙদা কাখ্রে। ইচা ইবেম্মগা তুমখ্রে। চাক চারিমখৈ ওস্তবা ঐনা চানিঙনা হেনবা চরানিনা নুমিদাংদু কয়াদা ব্রানা খাঙখ্রবা। অমুক লোংঙি, অমুক উম্নী, অমুকস্থ চেম্নী, খু-খুদক অমুক কুল্লি। মিৎ ককলা অমতা উইশিনবা য়াদে। ঙসাই অয়ুক চাক চাবদগী কলেজদা চা কপ অমদি থকখি ঙসিগী। চাক লাম্না য়ুমদা হল্লকখিবনি। অহিঙদা থল্লি ঐবু চাক চাথোকল্লরসিরা? ফরে চাকমক চদ্রবস্থ ঈশিঙদি থকলগে। ঐহাক হৌগৎলি। চাইশেন্দা য়াওরিবা ঈশিঙদু লোইনিংচিৎ থকচিল্লি। পুকসে পিক হেক থল্লি। শ্বর হোনবা হেক ব্রায়।"দস কমদৌবি, নুমিৎ মঙানি চরা হেল্লবসু য়ারনি" থল্লি পুকনিঙদা। চাকল্যক অনী দাইনিং টেবল মথক্তা উপলগা লৈবা উই। মহাকসু চাক চদ্রবা। চাফম থোক্তে। ঐনা চদ্রগবু মহাক চাবা হৌনদে। ফরে চাদসনু। ঐহাক ফমুঙদা চঙলে। পাক তুম্বা য়াদে। পুক্তি ঈশিঙনা থজিল য়ৌনা থল্লবনি। ঐদি তুম্বসে উপলগতা তুম্বনি। উপ্লা য়াদে। চেপ্পি নুঙাইতে। ঈশিঙশিসু বেরানি। ঈশিঙনা শ্বর হোনবা য়াদ্রবস্থ চাক্তি অস্থম্মক লাম্মি। চাক, চাক নঙগী ময়ায়সে ওম্বোক্লা কনখ্রে। ইমানা লীবা ইখৌ পুরেন্না খেচ্রিগা উতিগা কোমপাক অমা চারগা চাক চাদ্রি চাক লাম্মে হায় হায়বদু ঙসি ঐঙোন্দা তৌরবকো। পাক তুম্বা য়াদে। মখা ওল্লি নুঙাইতে, অৱাং ওল্লি নুঙাইতে। লোঙনা হিপ্লি মোন অনীদু লোনশিন্নরগা খাঙই। ইনাও নুপী য়াইমনা নাখোকপগী মখোলদু মিচীক মিরাওখোল তাদ্রবা অহিঙদুদা হৌবা স্থম-স্থম হেনগৎলকই। মাগী য়াওনবগী ঙাইহাক মখোল তাদবা মতুঙদুদা ফকলাঙ ঘড়ীনা চৎপগি মখোল অদুনা কোনুংগী কাংশি মখোলমুক হৌবোই নিঙঙী। কনাগী কৌজেঙনা খোঙবা, হান্নৌনা খোংবা, অথাপ্পদা য়েন লাবনা খোঙলকপা, হুইনা খোঙলকপা, উচেক-ব্রায়না খোংলকপা মখোল কয়াদু তাদুনা মিৎ উইশিন্নবা কন্না লাকুরম্মী। করন্বা মতমদা তুমথখিবনো খঙহৌদে। নোঙ ঙাল্লমলে ঐ হৌগৎতে। ইচা ইবেম্মগী মমা হৌগৎতুনা ইরু-মাইথজদুনা ধুপ থাউমৈ কৎপা লোইখ্রে ঐ খঙঙী। ইমানা ঐবু হৌগৎলো হায়দুনা লাউরক্কই। হৌগৎলে। মহাক্তি ঐঙোন্দা ব্রা ঙাঙলকতে। মাগী মখৌ অদুম্মক তৌদুনা লৈ। চাক খোঙনবা মরোয়-মপাঙ শেমলি। ঐনা হকচাঙ শেংদোকপা লোইন্নুনা মাঙোলদা খবর পারিঙৈদা চা গ্লাস অমা ইনাক্তা করিমতা হায়দনা থমলম্মি। ঐ থক্তে। অদুম্মক থম্মী। ইনাও নুপীগী মচা রঞ্জিতনা,

–"বাচৌ কন্নাই চানো সে ?"

ঐ খুমদে। মরমদি মহাক্লা থক্লিংলিবা চাদু ঐনা পিথকনিঙদে। নহাল মখৈদি ঐনা হেক-হেক পীথকপনি। ঙসিদি ঐনা হোয়-মাই হায়দবদুদা ঐঙোন্দা তিঙক-মাযঙক য়েংলম্লগা

মপাল থোকখ্রে। ঐনা মাবু পীথকনিঙড্রিবগী মবমদি ঐনা নুপীগী মফমদা মমাংদা ঐহাক শাউবা হল্লি, মানা লোনবা চা ফাওবা থকত্রে খঙহল্লিংবদগীনি। খববদু অহম-মল্লিরক ওল্দুনা পায়ে। অয়ুক্কী পুঙ নিপাল তাগদৌরে। ইনাক্তা লাক্লগা হায়রে,

-"চাক লোইরে ইরুজরো"।

মহাক্কা ঐহাক পরীক্ষাগী ওন্না চৎকনি হায়বা খঙবনি।

ইরুজবা কায়ক্লে। মহাক চাক লোইদুনা ঐ লাকপা ঙাইরম্মী, চাক থিগদবগী। ঐহাক ফি হোংদোক্লে। কলেজ চৎননবা শেম-শারে। ঐনা শমজেৎ হাৎলিঙৈদা ইনাক্তা লাক্লগা হায়রে,

-"চাক থিরে।"

ঐহাক ব্বা অমত্তা ঙাঙদে। প্রপ-প্রপ থোক্তুনা গাড়ী স্তার্ত তৌরি। মহাক থোঙজিলদা চপ লেপতুনা লৈ। ঐহাক হন্না য়েংলমদনা গাড়ী থৌদোরক্লে। লম্বীদা চৎনা চৎনা খল্লি -ঐনা তৌরিবসিবু হেনমল্লব্রা? মপুরোইবনা থওইবীদ্রবা নুপী ওইবী অমনা খাঙবা ঙম্লরোইদবা থবক ঐনা তৌবীরব্রা? ঐনা মঙোন্দা তৌরিবসিদা মাগী মরাল করিনো?

নুমিৎতো ঐহাক মোইরাংখোমগী হোটেলদগী চাক পুক থন্না চারগা হল্লকখি। ইচা ইবেম্মস্থ ঐ চাদ্রবদি চাররোই হায়দুনা ফমুংদ' তুমখ্রে। ইমানা চাক চানা-চানা

-"নখোয়বু খৎনরব্রনে নুপীমচা? ব্বা লান অমত্তা ঙাঙনদবসিবু?

ইমানা ঙাঙবা তায় চাকশঙদা। নুমিদাংদু য়াম্না কপখি মাগী ফমুঙদা। ঐহাক ঙসিদি ফজনা খঙলে। মপুরোইবনা থওইবীদ্রবা য়ুমগী নুপী অমত্তনা মীকুপ অমত্তা হন্নাওনা লৈবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে হায়বা। মহাক ব্বা-ব্বা কপত্রবস্থ থুৎ-থুৎ লাউনা কপলে হায়বদি ময়েক শেংলে। ঐহাক নহাল নুমিদাংদুনা চাক চাদবগী তুম্না য়াদবা, ঙসিগীসিনা হোটেলদা চাক পিক থন্না চাশিল্লকপগী তুম্না যাদবনি। ঐনা পিক থন্না চারগা মহাক্কা চন্না হেল্লক্লিবসি ঙসিগা চন্না অহমলক শুরে।ঐনা চাক পুক থল্লবা মতমসিদা মাগী মরাল করিনো থিবা হোৎনৈ। মাগী মরাল লৈতে খঙলবস্থ মানা ঐঙোন্দা -'ঐহাক লাঞ্জরে' হায়বসিদি মাগী মশাদা হায়নিঙদে। মহাক্কা ঐ লানখ্রে, মতুঙ তৌজররোই, ইপুরোইবনা হায়বা খুদিংমক হিকতোকচরোই হায়দুনা অমুক্তং হায়রকপদা মাগী মরাল কোকপীরগদবদুবু, হায়রক্তবনা মানা থম্মোয় শোক্লা কপ্লিবদু ঐগী পুক্লিঙ য়াম্না নৌথোকপা ঙমলমদে। অমুকস্থ থল্লকই,-'করিস্থু লৈতবা ব্বাহৌ অমদগী অঙাঙশিংনা খঙনরক্লবদি কমদৌবা?' অদুগা অমুকস্থ থল্লুই, -ঐগী নাক্তা পুবীরকত্রিঙৈদা মহাক্না,

-"ফুবদি লায়রদনা নাল্লম্মা থমদোইবা।"

মানা হায়খি;

–"লৌরমদাই তেনো মানবী, খাইনরমদাই য়োংমানবী ঐদু নিঙশিঙলক্নে নঙগীসিদি।"
ঐনা,

–"লুনা তৌমন্দুনা হয়েং ঐঙোন্দা কাব্র খঙদে।"

–"কাজরোই ইবুঙঙো, কাজরোই, ফুদা ফুবীগনু, ঐদি ফুবসে য়াম্না কিজে।"

–"ঐদি নুপী ফুবা মীবু মীনি হায়দুনা লৌদে। ঐনা নঙসে য়ানিংদ্রবা, নঙোন্দা বা অমত্তা ঙাঙবগী বা লৈতে।"

–"ঐদি ইপুরোইবনবু বা অমত্তা ঙাঙলকত্রবা, নুমিৎ নীনি শুনা মনাক্তা লৈবীবগী বা লৈতে।"

মথঙগী নুমিৎ। মহৌশাগী মাগী মখৌদো অদুমক তৌরি অদুগা ঐঙোন্দা চাক চারয়ো হায়নদি হায়রকত্রে। ঐগী চাক থিরগা টেবল মথক্তা অদুমক লৈ। মাগী মখৌ অদুম্মক তৌখ্রি। ঐস্থ চাক চারগে থল্লবনি, মানা হোয়–মাই হায়রকত্রবদুদা ইচা লৈরবা ঐসে, মঙোন্দা ইকাইরে। ঐহাক চাদনা কলেজ অদুমক চৎলে। মঙোন্দ বা–নুং অমত্তা ঙাঙলমদে।

কলেজদা ঐগী ফুম্নঙনবা ইতৌদুদা ওজা মথৈনা নুপী অঙাঙগা খৎনরকপ্রা হায়না লকনৈ। তশেংবদি ঐহাক ঙসিদি হোটেলদা চাক চানিংবা ফাওদ্রে। মহাক্কী মফমদা ঐহাক লাক্লে ইশানা য়ানিঙলে। মঙোন্দা লকুবীরিবা অসি হেনমল্লে। ঙসিদগী মানা থোংবা চাক চারগে। ঐগী বাখল ওল্লক্নে। ঙসিদি য়ুমদা চাক চারগে খন্দুনা হোটেদা চাদনা হল্লক্নে। ঐনা শঙ্গোইদা গাড়ী ষ্টার্ত হেক মুথৎপগীদুদা ইমানা,

–"ইবুঙোচৌবা ইবেম্মা মমা মচা হল্লকত্রেনে, খরা লৌবীরুচোনে। কৈদৌবগীনোনে ইশু অপীকপদুগা।"

ইমানা হায়রিবদু করিমত্তা থুমদনা গাড়ী ইশিল্লগা ফিরোল হোংদোক্লবা হোৎনরিঙে,

–"নঙবু নফি হোংদোক্লব্রনে? ইশু ইবেম্মা কপ্পম্মনি অমুক্তা লৌবীরুচোনে।"
ঐনা শাউনা হায়,

–"মাই লাকচনি ইমা, বারুন্নু। নুমিৎ তাদ্রিঙেদা হল্লকপা য়াদেব্রা?"
ঐ ফমুঙদা চঙলগা লোংখ্রাক লোংনা হিপ্লি। লবাই লেমফু অসিদা চৈতুপ অমনা থারকপগী চৈনা ফাওরকই বাখলসিদা। মহাক চৎখ্রবনি। মহাক কপখ্রবনি। মহাক বারৌখ্রবনি। অমুকস্থ খল্লকই –ওম্মোকপা নুপীনি, মরিল খাখ্রেদা। ইচা লৈরবা, ঙরাঙতা লাকপস্থ নত্তবা। ঐথোয়নি হায়নরগা লুহোংবস্থ নত্তবা। মানা ঐবু খঙদ্রবা। ঐনা মঙোন্দা তৌরিবসি ওইনবনি হায়বা মা খঙদ্রে। নুপীনা অস্মুক মরিঙজেন খাবসিবু করি লৈবাক্তা লৈরমগদগে? করিস্থ লৈত্রবা বাহৌ অমদগী মপামদা চৎখ্রবা। ফরে চৎখ্রসনু। মহাক মরিল কয়াম লৈবগে য়েংবা তারেদনা। থল্লি অস্মুম্না। ইনাও নুপা অতোম্বদু থবক হল্লকপগী মখোল তায়। ইমানা হায়,

-"ইবোতোম্বা ।"

-"কপ্পি হায়গে ইমা?"

-"নতৈমগা ইবেম্মগা অমুক্তা লৌরুচো।ঙসাই ঙল্লিঙৈদগী পোৎপাঙ অমা পীনি চৎখিব্বনি।নুমিৎ তাখ্রে লাকপা ঙম্লরোই। চৎলু ইমাদা।"

ঐনা ফমুঙদগী হায়,

-"চৎলুনু চৎলুনু মাই লাকচনি ঙম্লবা।"

ইমানা শাউরঙননা ঙাঙলকই,

-"হৈ অঙাওবা নঙবুনে। করম্না লাকদৌরিব্বনো? খুন্নায় হায়বা লৈবাক্তুন্দগী সি তাম্নবো।"
ঐহাক তুমীন্না লৈ। ইমানা হায়রিব্বদু অচুম্বা ৱানি। কিলোমিটর ৭/৮ গী অথাম্নদা নহা ওইরীবী অমনা নুমিদাংদা করম্না লাক্কনি। অদুগীস্থু মথক্তা লৈশাবী মচা অমগুম্লিবীনি। হনুবী নত্তে। ইথন্তা অমুকস্থু মিপাইরক্কই। মহাক শাউবা হৈতেবীনি। ওক্টো তোংদুনা লাক্লগা লম্বীদা ওন্না-তৈননা পুবীখ্রগা ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি কনাগী মাঙজবনো? হুম মহাক লাক্লরোই। ঐহাক মহাকপু খঙঙী। লৈসারিঙৈদগী হৌনা মাগী অনিঙবা অপাম্বা পাঙথোকত্রিফাওবা চাক ঈশিঙ চাদনা হোৎনরকপী নুপীমচা অমনি। মরিল খাবী, মথৌনা লৈবীনি। মহাক ৱারৌখ্রে। মহাক য়াম্না ৱারৌখ্রে। নুমিদাং কপখ্রিবা থম্মোয় শোক্লা, ঐনা খঙনা খঙনা থেমখিদে। মদু তৌশিন্নবা নত্তে। থম্মোয় শোক্লা কপখিবনি। মপুরোইবা অমনা নুমিৎ হুমনিবু হোয় মাই হায়দনা ইম্বোকপীরবদা, মিকুপ অমত্তং, শুপনগী মিনিট অমত্তং খাঙবা ঙমজদবী য়ুমগী নুপীবু ঐনা নুমিৎ হুমনি তাখিনা তৌবীরবদা করিগীদি থম্মোয় শোক্লোই। করম্না হরাও তয়াম্না কয়াম কুইনা লৈবা ঙমগদগে। মহাক চৎখ্রবনি, মুম্না খল্লগা। মহাক্না ঐবু তশেংনা ৱারৌখ্রে।

নোং ঙাল্লগা মথঙগী নুমিত্তা ইনাওনুপী অনীনা কৌবা চৎলুই। মহাক লাক্লরোই হায়রে হায়দুনা ইমানা তমই। ঐবু লৌরু তৎতনা হায়। ইনাও নুপানা লৌবা চৎলুবদুস্থু লাকউ হায়বা য়াখিদ্রে। ঐ মহাক্কী মথৌনা মরিঙজেল খঙঙী।ঐমক্লা হায়রুব্বা ফাওবদা মহাক লাক্কনি হায়বা ঐহাক থাজরকদ্রে।

ঐগী ইপাগা পোকমিন্নবা ইনে অমথক লৈ। কৈশামপাত্তা ওঙঙী। ইনেসে ঙাঙবা শকপা য়াম্না হৈ।মানা নোংমা লাক্লগা ইমাদা হায়রৈ,

-"মানা লৈরোই হায়রবদি অঙাংদুদি লৌরুব্বা তাবনি।"
ইনেনা ইনাওনুপী য়ায়মগা চৎতুনা ইচা ইবেম্মা লৌরুই। নিঙাই তৌরি হায়দুনা ইমানা খেমদুনা লৈরম্মী। ঐনা খবক হল্লকপগি ইমুঙদা হেক চঙবদুদা ঐঙোন্দা চেজোৎ কোল্লগা,

-"বাবা মামা মনাক চৎকে "
হায়দুনা কল্লা হৌগৎলকদে।ঐনা ফনা য়াম্ন' থেম্না লাক্রে। ফবা কৌবা লৈতে।

খুৎপাক্লা অনী অহমলক থাজিনখিবা খঙহৌদে,

-"তুমীন লৈয়ু"

হায়দুনা খঙলাউ লাউবদুদা কয়া তোকখ্রে। হিক-হিক তৌদুনা ঐঙোন্দা য়েংলগা লৈরে। ঐহাক নুঙাইরকত্রে। মরাল লৈজদবী করিস্সু খঙজদ্রিবী ইচাদা ফুখিবদুদা ঐহাক থাঙবা ঙমলকত্রে। ইচাবু চেজেৎ কোল্লি। কয়া তোকচরবস্সু হিক-হিক লাউরি। নহাল মখৈদি মমানা থবক ইনথাঙ তৌথিবা মতম, ওফিসতগী হল্লক্তুবা মতম, কয়াদা,

-"ঐখোয় মমাদি?"

হায়দুনা কপ্পদু তারগা কয়াদা নুংশিশ্রুবা ইচাবু।অদুগা ঙসিনা মাগী মমা পল্লগা কয়াদা শাউনিঙখ্রবা। ঐসে কয়াদা হোংলবা। ইচানা ঐগী ইমাঙদা মমা পল্লগা কপত্রবস্সু হিক-হিক পঙকপতা কপতুনা লৈবদো য়েংবা ঙমদ্রে। মমাবু কয়াদা নিঙজখ্রবা। ইনাও নুপা অতোম্বনা মতৈমবু কৌবা চৎপা ওইনা ইচা ইবেম্মবু পুরগা থিনদোকপ্লুরে।

নোংমা নোংমা অস্সুম অস্সুম হৌথি। ইনাও নুপীশিংনা পাল্লি নাইনা চাক থোংলম্মদো তোকখ্রে। মখোয়গীদগী চাকল্লুক শেমদুনা হেক হেক পিরকই। ইমাগী ঐগী। ঐনা চাদবদগী মখোয় মথা তানা পিরকখিদ্রে। ইমানা ঐবু শাউরি। ব্রা লান কয়া ঙাঙদনা তুমীন তুমীন লৈবা হেক হেক উই। ইরু লুজগনি লাই খুরুমগনি হায়বা হেক-হেক কাউশিল্লকপগুম তৌরে। দুকান থোকখ্রগা চাক চাননবা হায়রুবদা চানিঙদে হায়দুনা চাদবা, নোংফাদোকস্সু ইরু লুজদনা তোকপা নুমিৎ য়াওশিল্লকলে। মহাক মশুগী মমৌগী ব্রাখলদা ব্রা লান ইঙাঙ ঙাঙখিদ্রে। ঐস্সু ইমাদা ব্রা ঙাঙদে। মমৌ অনী লৈরি মচানুপা অনী লৈরি, মশু ময়াম অমা লৈরি, মরাইনা কাউজখিনি অসিনি। নোংমা ইমানা হায়খি,

-"ইবুঙঙোচৌবা ইচা ইবেম্মগা ইশুগদো ঙসিমক লৌরুচো, নত্রবদি ইমা নঙগী ননা ক্ষ্য লৈববোই।"

ঐনা

-"ঐগী অয়াবা য়াওদনা মপামদা লৈগনি হায়দুনা লৈখ্রবা মীদুবু করিগী ঐনা কৌফম থোকপগে?"

-"অদুম্না ঙাঙগদবা নত্তে ইবুঙঙোচৌ, মচা য়াওরবা ইমৌবু মপামদা থম্না য়াদেনে। নঙবু ভাব তাউনে ইমাগী ইবুঙঙো।"

ঐহাক ব্রা ঙাঙদনা তুমীম্না লৈ।

খঙহৌদে ইমা শোঙ্খিল্লকখি। ডোক্টর কৌদুনা য়েংহনখি। অহল লায়নানি, মথ্বায় নুঙাইহল্লু হায়। চাদ থকতবনা ময়াঙ খুবীমুঙ্গা ঙায়খ্রে। নোংমা ঐহাক্লা

কলেজদগী খরা ঙন্না হল্লকপা নুমিৎ অদুদা মহাক ইমাগী সেবা তৌদুনা লৈরম্মী। ইচা ইবেম্মনা ঐবু ইকোয় কোইবগুম তৌরম্মী। ঐবু হাইরপ য়েংলক্লগা মমাগী 'নাক্তা অদুম্মক লৈ। ঐহাক মঙোন্দা করি অমতা হায়দে। মহাক্না লাকপা নুমিৎতুমক্তদা ইমাগী অরোয়বা শ্বর হোনখি। ইমানা মাতবু ঙাইরম্বা ওইনা থোকখ্রে। মহাক য়াম্না কপখি। থম্মোয় কায়না কপখি। মহাক্না ঐঙোন্দা নোংমা হায়খি,

–"ঐগী অশেঙবা ইমানি।"

ঐনা নোকখি অদুগা হায়খি,

–"অদুদি ঐখোয় অনী মহা পাম্নী তারেনে।"

মানা ঙক্লা,

–"করি হায়রিনো অদুদি?"

ঐনা,

–"মমা অমত্তনা পোকপা মবুঙ মচলবু লৌনবা য়াব্রো?"

মহাক্না ঐগী খজাইদা ময়ানা কন্না চিকখি। ঐবু চেজেৎ কোনখি। ইমাগা মাগা মনি মমৌ নত্তে। তশেংবমক মমা মচানি। কয়াদা নুংশিনখ্রবা। ইমানা মহাকী মমিং অমুক্তা কৌখিদে। ইবেম্মা, মেম্মা, নুপিমচা, ইচা ইবেম্মা অস্তুম্না মিং কয়া শীজিন্নদুনা কৌখি। নোংমতা "কমলা" হায়না কৌখিদে। মহাকস্তু ইমা হায়বদগী হেনখিদে। মহাক থবক তৌবী ওফিসকী ক্লাক অমা ওইজরবস্তু ইমাগী পেন্সনবা তৌবদা মঙোন্দা অব্রাবা লৈখিদে অদুনা মহাক মথম্মোয় কায়না কপখি।মহাক্না থম্মোয় কায়না কপ্পদুগী মনুঙদা য়াওরিবা থম্মোয়গী ব্রা ঐতনা খঙগী। নুমিদাংব্রাইরম য়াচঙলকপদা ইচা ইবেম্মা পুরগা চৎখি। ঐহাক করিস্তু খামখিদে। ইমাগী শ্রাদ্ধ নুমিত্তু অয়ুক লাকখি। মাস্তু ঐঙোন্দা ব্রা অমতা ঙাঙলকখিদ্রে। ইমাগী ফমুঙ থারম্বা অদুদা কপ্পমথৈ কপ্পম্লগা মহাক চৎখি। ঐহাক মঙোন্দা –নহাক নরাল খঙজরবা নত্রা? হায়নিঙবনি। হায়খিদে ইচা পুরগা অদুমক চৎখি।

নোংমা নোংমা হৌখি। ঙসি হয়েং হংচিৎ জর জর চৎখি। মতমগী খোঙচৎ খঙহৌদে। হোটেলদা চারগা হল্লকপা, নোংমা ফাদোকস্তু য়ু থকচিনবা। তনবা নুমিৎস্তু চাক চাদবা। অসিগুম্না শাজৎতা হৈনরক্লে ঐহাক।

ঐগী ইনেগী ময়ুমদা নোংমা চাক চাখি। ইনেনা চাম্মরক পাউ চেল্লকখি। ঐগী ইনে ঐগা মোত্তি কয়া মান্নদে। মহাক মনিপুরগী মশক নাইবী অমনি। নিশা বন্দ মরুপকী সেক্রেতরী ওইরম্বদগী সনা কৈথেলগী মশক নাইবী নুপী অমা ওইরে। মহাক্না ঙাঙবসে ঐহাক শুংতা তানিঙদবনি অদুবু ঙসিদি মহাক্না ঙাঙলিবদু ঐহাক য়ানিংলে। মখোয়গা থংননা লৈবা মৌ অমগী মনাও নুপীনি মোইরাংখোমদগীনি হায়দুনা নুপী অমা য়েংহনখি। হেক য়েংবদা নুপা- নহাগী পুক্লীং ব্রাখল চিংথেকপা

ঙম্মীনি। মহাক্কী ইঙাও ঙাওবা ইথক থকপা মতৌদুদা ঐহাক ইক-আদা 'য়ারে' খুমদোকখি। ইনেনা ইরায় লায়না ঐগী নাক্তা পুরক্লগা থনমখি।

ঙসিদি ইচানুপা অমা ফংলে। মমা মচাবু কাউবদি ঙমখিদে। ইচা ইবেম্মগী মমানা তৌরম্বা ময়ামদো ঙসি নৌহৌননা নিঙশিঙলকলে। ঐনা থবক ফমল্লি। ঙাঙখিবশিংদো ঙসিদি তশেংনা তৌরে। অয়ুক চাবগী কোল্লিক লুখাক চগুম, নুমিৎ তাবা ফাওবা ফেংদ্রে। নুমিদাংগী লুখাক কোল-লিক নোংঙাল্লগা থবক চৎপা ময়া য়ৌরমদাইদা ফেঙবগী হৈনবী তৌরক্লে। খুদোম্বীনা থিল্ল-থিল্লগা তাকত্রবদি লময়ায়দা চাইবা পোৎ-চৈ ফাওবা লোইশিন্দ্রে। লৈকাইগী লৈশাবী মচাশিংগা শঙ্গা তৌরক্লে। ঐনা চারিবা তলব অসিনা মাগী মরুপকী শেল হুনবগী, মীগী শেল শিংবগী, মাগী জরদাগী, শিকি লেমদ্রে। হাপতা কাংদনা মপাম চৎলিবনি, মরুপকীনি, সনা মরুপকী, ফিগে মরুপকী সেক্রেটরী ওইরি অদু ওইরি চৎখৎলক্লে। য়ুমগী চাক ফাওবা লৈকায়গী লৈশাবী মচা নেত্তুনা ফাওবা থোংহল্লক্লে। সরকারগী থবক অমতা তৌবসু নত্তব মহাক্লা।

ইচা ইবুঙঙো চাউরক্লে। ক্লাস ফাইভ তম্লে। নোংমা কলেজদা ইনাওনুপা য়ায়মনা ঐবু কৌরে। মহাক পাখঙ অমগা হোটেলগী অরোনবা কা অমদগী ক্লবকী নহারোলশিংনা ফারগা পুলিসতা শিন্নে হায়দুনা তম্লে। পুলিস স্টেসন্দা অঙাওবী অমগুম নোম্বদুনা লৈরম্মী। পুলিস ওফিসার অহলদুনা পঙাঙদা ঙাঙদুনা ঐহাক্কী বুদ্ধি লৌশিং পুঙমাঙ মাঙখি। য়াচঙলকপগী অদুদা ঐহাক্লা মহাকপু পুলিসতগী লৌথোক্লগা পুরকখি।

* * * *

-"ও লুহোঙবা চৎকদৌরিব্রো মপা ইবুঙঙোবো?"

ঐহাক মীৎ-না থংশিং শিংঙী। মোরোক ঈশিঙচাইরিবী ঐগী নুপীনা লাউরকপনি। ঐনা,

-"ফৈজোম কদায়নো পীরো লাউ ননাদু তাদ্রা। ইচাগী বর পীরুদ্রবদি ঐবু কনানসু মীনি হায়নররোয়।"

শুমাঙ মতোলদা চঙলক্লগা,

-"হহায়ো নোকতুম নোকচনিঙঙী।"

করেম্নবা খুনোক অমা নোক্লগা ইমুঙদা চঙখি। মাগী মতৌদু য়েংদুনা লৈহৌব্রি। ইথক্লো খল্লি, -"ঐসিবু মী ওইরিব্রা তৌরিসিবো?" □

## লৌদনা কাবা

-"ইপাগী নিংথৌ, নঙ তুম্মমমুকো। বাবা ইচাগী মামা লৌরুপে। পুঙসে
অনীমখায় তাপ্রেদনা শিদি ঙাইরম্মনি। ইতৈমা। ইতৈমা অঙাঙ তুমহৌবনি।"

ফি ফোংলিব ইতৈমদা ইচা ইবুঙঙো শিন্নরম্নগা থোরক্লে। নিতিগী অমুক থিন্দোকপা অমুক লৌশিনবা চংপা ঐগী ইথৌনি। অহানবদদি খরা ইকায়রম্মী। নুপী থিন্দোক থিনজিন লৌথোক লৌশিন তৌবসি, মরমদি মীনা তংতনা লকনৈ। ঐবু নুপীনা থাকই হায়দুনা। ঐনা য়ুমদা অঙাঙপোক্না ঈশিঙ হোনবা কয়াদু হৌজিক্তি করি অমতা ইকায়দ্রে। অহানবদা খরা ইকায়রম্নবস্থু ঐসে মীনদি খরা কল্লক্লে। অদুনস্থু খরা হেন্না ঙাঙনবনি মরম হায়ববু ঐগী নুপী লৈকায়সিদা খ্বাইদগী ফজবী মৌ অমনি। ফি শেংলগা থবক থোক্লকপা উরুবা কনানা -"কনাগী মৌনো" হায়বসির্মাদি শোয়দ্রবনি। ঐনা মাবু গাড়ী মনিংঙদা হাপ্লগা পুবদা ঐহাক ইকায়বা ফাওরিবনি। মরমদি ফজবী শকতুগা ঐগা থেন্নবদু খল্লুরগা। শক-চু শবানগী মথক্তা মহাক গোর্ভনমেন্ট কলেজগী ওজানি। থাদা লুপা লিশিং তরানিথোই পুশল্লক্লিবা। লৈকাই অসিদা অঙাঙগী মিং-চনবগী শয় তৌবা ঙম্না থবক তৌবা মী অমত্তা লৈতে। ঐগী নুপী নওনা। চেদা শয় তৌবা ফোটোদা শয় তৌবা, নুপী অঙাঙ, অহল কয়া-কয়া ঐগী য়ুমদা ডাক্তরগী য়ুমদা লায়য়েঙবা লাকপা মীদুঙাই। অহল কয়া লাকই হায়রে-"ইবেম্মা লৈত্রা? ইবুঙঙো মমা লৈত্রা?" হাপতা কাংদে লোল লৌবগীনি, সিফাই খনবগীনি, থবক তৌবগীনি, মিং চনগীনি, দরখাস থাবগীনি। অদুগীনি অদাগীনি। ঐখোয় লৈকায়দগী হেন্দোক্লদুনা থোকচোম লৈকায়, মাইমোম লৈকায় ফাওবগী মী ফাওবা লাকই।ঐসে নুপী মিনিসতর অমগী নুপাদু ঙায়খ্রে। হায়জররিবা নোঙ্গররিবা। ইবেম্মদা শয় সিমতা তৌহনবীয়ু। ঙা চরা অমা চাও হায়দুনা, পুরকপফাওবা য়াওশিল্লকএ। ঐগী নুপীনা অয়োনবদু তাকলমদ্রবদি ঐহাক দশাবু তারমগনি। লুপা লাক অমা শিংলমগনি। অশেম মনিহার হায়বা য়ুদা ঙাওদুনা লৈবা অদুনা মাগী লোন লৌবগী জামিন য়াবগি শয় তৌ হায়বদু ঐদি ইচম চম্না তৌবিখ্রো হায়রুবনি। ঐগী নুপীনা লোন্না ঐবু কৌশিন্নগা,

-"কনানো শিবো? ঐখোয়গী মীয়ো শিবো? সিদি ঐখোয়গী মী নত্রবদি তৌবা য়াবা নস্তে। লুপা লাক অমা পুবগী জামিন য়াবগি শয়নি। অরোঁবনা শিংদ্রবস্থ ঐ শিংগে হায়দুনা শয় তৌদৌরিবা, শেন্দোয়ও করিও লাক অমা মথায় অমুক হেন্না শিংবো তাবা।"

শয় তৌবা কয়াদা লুরমগ্রবা। ঐহাক্না হায়খি,

-"নঙগী শিলদো খোংবান্দা থাদখ্রো, শয় তৌদ্রেদনা অদুদি।"

তপ্না হায়রকই,

-"অদুনা মী পুশল্লকনোবা।"

ঐহাক মী অমতগী শয় অমুক হন্না তৌহল্লরোই থনখ্রে। অশেম মনিহান্না ঐবু অস্থন্না ফাওবা খেমখি,

-"শান্তি, ইয়াম্না শেল চিনমন্দুনা তৌবনি, মসি খল্লনবা হোৎনবদা লুপা লিশিঙ ৭স্থ তিংখ্রবনি। লুপা লিশিঙ ৭কী শেন্দোয়তনা লুপা লিশিঙ ১৩ হেল্লবনি চহী অনী খন্না হেল্লকলবনি হায়দোকত্রিবা। লুপা লিশিং য়াঙখে অমা ইনাওনা শিজিন্নগে হায়রবস্থ শীজিন্নরো।"

ঐনা হায়খি,

-"তাদগী শয় তৌবীনবা কনামতা লৈত্রবো?"

মানা,

-"ইশেল নুপা ওজা অমথক লৈ, তৌবীয়ো য়াদ্রবনিনে।"

ইথন্তা খল্লি - মশেলনুপানা ফাওবা তৌবীয়ো য়াদ্রগা ঐখোয়দা অপঙ ফাবা লাকলিবা। ঐনা অরোইবা ওইনা হায়খি,

-"তাদ শয় তৌগদবা মীনা তৌনিংদে হায়নে উপায় লৈতে।"

মহাক শাউখি মতুং থেংনবদা মানদি কৌখিদ্রে। লম্বীদা ঐখোয়নিবু থেংনবদা মতিন শিংলি মমায় লৈথোকই। নোংমা ঐগী ইমান্নবা নোবিন্না হায়,

-"নঙসে ভাই, মতুনা ঙম্বা মীনি হায়দুনা, নঙনা তাবদা শাউনিঙগদবা রা ঙাক্তা ঙাঙঙী। করি নুঙাইনদবা লৈ?"

হায়নিঙবমখৈ হায়জসনু। করিস্থ কায়দে। মীওইবা হায়বসে মাগী মাগী ওইজবা ফংদ্রবদি শাউনবনি। মসি মহৌশানি। অমরোমদদি ঐগী নুপীদি ইরাৎপা য়াববা নুপী অমনি হায়বসি মখোয় খঙদে। লৈকায় অসিদা লৈরিবা নুপী খুদিংমক অঙাঙ নত্তনা থবক শুনরিবা পুন্নমক, ইংখোলদা পোৎ-চৈ থাবা, শা-ষণ লোইবা, নুমিদাং তুমদনা ফিরোল শাবা হোৎনরিবা ময়ামসি, ঐগী নুপীগা পানরক্লবদি মখোয়দি ফৌ-চেঙদা হায়রগা ফৌহামগুম্বনি। ঈশিংদা হায়রগা খোংবান লুক্লাংগীগুম্বনি। ঐগী নুপীদি মরু চঙবা ফৌ, মচং ফজবা চেঙ, ফৌ মত্তন্দা হায়রবস্থ চীঙগী অহাওবা ফৌগুম্বনি।

বটলদা হানবা মিনরেল বাটলগুম্বনি। নোং ঙানবা অমদগী নুমিৎ তাবা কাওবা লেপতনা শারিবা ফি অসি নোংমদা শেন্দোং লুপা ৩০/৪০ তোংবা ঙমদে হায়। ঐগী নুপীনা থা অমদা ফংলিবসি লুপা লিশিঙ ১২ খরা হেনবা। নোংমদা পাখোকললবদি লুপা চামরি। ঐখোয় তাচৌনা অস্থুক কুইনা এমঃএসঃআরঃটিঃসিঃ দা থবক তৌরিবসি থা অমদা ইতৈমনা হায়রিবা লুপা লিশিঙ তরুকমুক ফঙঙী হায়। পেন্সিল ফংগদবা খগিক্তস্থু ঙাইরবসে। তলবতা নত্তে, মহাক্না হেল্লিবসি। মাদি ইনাকথুনবা সোহোর মচানি। শিঙজমৈ কৈথেল হায়বদু মখোয়গী শুমাঙ মতোন্দনি। মখোয়গী শুমাঙ মতোন্দু কৈথেলনি। ঐখোয়গী খুইদগী নকপা কৈথেল হায়রবদি কাঞ্চিপুর কৈথেলনি, তমফা কৈথেল হায়বা তারে। সহরগী ফুরা-দলাল মরক্তগী সহরগী মতাই অমদা লাক্লিবা। লৈকায়সিদা লৈরিবা মৌশিং অসি সহর ময়োল্দগী অমতা য়াওদে। মহাক মথক্তনি। নহাল মখে অফাওবা শারম্বা অতোম ইতৈমস্থু ঐখোয়গীদগী হাইগৎলি হায়বগী বানি ককব্বা কৈথেলদগী আ মনুঙ চঙশিল্লীবনি। লাইরিক লাইশু হৈবা নুপীস্থু নত্তে। ঐগী নুপীদি সোহোর ময়োলদগী ওইবগী মথক্তা থোয়চৎ বাংচৎনদে। মসিতনি ঐনা পামজরিবা। ঐগী নুপীনা হেন্দববু করিদা য়াওরিবগে? ঐনা মাগী মহৈ মশিংদা খুইদগী কল্লকপদি কোমবিং ওপরেসন চঙলকপদা নুপা মখে লোইনা হোইদোকখ্রবস্থু মানা সিফাই অচৌবদুদা ঙাঙনরগা ঐহাক অদুম ইমুঙদা লৈবা য়াবদুনি। মানা ঙাঙবা হিন্দীলোল ইংলিসলোল সিফাইনা ঙাঙবা লোন্দুদগী হেন্না থুবোই নিঙঙি। অস্থুক মতীক চাবী অমবু ঐগী ওইজবা ফংজবসে, ঐগী লাইবকসে কয়াদা ফখ্রবা। শুমাঙ লীলা, সিনেমা-ড্রামা, কয়া কয়াদা য়াওরি, ইনাকথুনবী লাইরিক হৈবী, নিংথৌ মচানুপী রাজকুমারী কয়া কয়ানা লাইর চুদৎনবা অতোন অতা কয়াগা নুংশিনবগী বারী, মখোয়শিংদু বারী লাইরিকী বা ঙাক নত্তে অশেঙবা থৌদোকনিকো। ঐগী বাখল ঐগী পুক্লিং কয়াদা নুঙাইজবা, কয়াদা হরাওজবা, কয়াদা পেঞ্জবা ঐসে লাইবকতি ফবজাৎনি। তা ওমোরনা ঐখোয় ময়ামগী থুবাক ময়ি য়েংলগা হায়খিবদো,

–"আই নঙদি নুপী মফমদি ফদৌরি, নঙ নুপীগী মপালনা হিংদৌরি। অদুবু মীনা ঙাঙনবা নুপীদি ওইগনি ইবো।"

ও! নুংশিদা তা ওমোরদো শিখ্রেদো মানা হায়রম্বদো চুমখ্রেদা। ঐগী নুপী লৈবাক্না ঙাঙনবী শক চু ফজবী অমদি ওইরেদো, অদুবু মসি ঐগী লাইবক্না তমলিব্রা? হুম, নত্তেদা, ঐনা শিংজমৈদা দুকান ফমলমদ্রবদি মহাকসে ঐগী ওইবা ফংলমলোই। ঐগী ইয়াম্লনা দুকান অমা লৌরগা ঐবু মোরেগী ফি-রোল পোৎ-চৈ য়োলহল্লমদ্রবদি মহাকপু ঐগী ওইবা ফংলমলোই। ঐহাক ইয়াম্বগী অচৌবা লমন অমা তোল্লবনি।

নুমিত্তো ছুতি নুমিৎ অমনি। মাগী মনাওনুপী হৌজিক্তি ঐগী ইনাওনুপী ওইরবী লত্তাগা ঐগী দুকান মমাঙদা লেপলগা,

–"মোয়েগী খুনিঙ য়াম্মা বাংদবা কিস্তো সেন্দ্রল য়াওব্রো?"
মাবু হেক উমদা মাবু কল্লকখি। মাগী মিৎয়েঙদো। ইঙাও ঙাওবা তথক তথকপা মওঙনি। দুকানসিদা লৈশাবী কয়া মৌ কয়া কয়া চঙলকখ্রে, মাগী ইথক থকপা, ইঙাও ঙাওবা মিৎয়েংদুগুম্মা থেংনখিদ্রি। ঐনা তপ্না হায়খি,
–"নম্বর কয়া তোংগে?"
–"ইন্দিয়াগী নম্বর ফাইব।"
–"মচুদি?"
–"লৈ মচু নত্রগা হঙ্গাম মপাল অমা হেক্তা য়াই।"
ঐনা পীরে। অনীমক। তোংশিন্দুনা য়েংঙী ঐগী মাঙদা। মাগী খোঙ, খুনিঙ, খুয়া, খোংশা ফুগায়না শাৎপী অতরগুলাপনি। মুন্না য়েংলগা ইথন্তা খনখি। নুপীবু লৈগা প্রমান তৌবদি অসিনা ওইরেকো। হঙ্গাম মপালগীদু পায়রগা হায়রকই,
–"কয়ানো?"
–"লুপা ৬৫"
–"হে য়ামল্লী।"
ঐনা,
–"মমলদি লাইরি 'হে' হায়বদু নুঙাইতে।"
মহাক খজিক্তুং নোকই। মাগী মনাতোন্দু চিংখৎলগা, অদুগা হায়রকই,
–"হে হায়বা নুঙাইতবরো?"
ঐনা,
–"অঙাঙ মচা নত্তবনিনা থরদি নুঙাইতে।"
–"ঐদি অঙাঙলা হায়ববু নত্তজাৎ ওইরে।"
ঐহাক মঙোন্দা মুন্না য়েঙঙী, মহাক তশেংনা ফজবা শক ওইরবস্থ লৈশাবী মচা অমদি নৎত্রে হায়বা খঙঙী। মহাক ঐখোয়গী লেঙগা নত্রগা ঐখোয়দগী খন্না হনবা অমা।
–"অদুদি নিফু লৌহৌরো।"
শকহেনবীদুনা হায়রকপনি। ঐনা হায়,
–"হোঙমনদ্রো?"
মানা মাগী পর্স মচাদো চেন হাংদোকলগা লুপা ১০ চৎপী মরিথক লৌথোকলগা পিরকই। অদুগা হায়রকই,
–"হয়েংমথে নঙগী দুকান্দগী লৈবীগে ইবুঙঙো।"
থোকখ্রে শোরোক ৰাংমা লানখ্রে। ঐ মাবু য়েংদুনা লৈহৌরি। শোরোক ৰাংমা লানখ্রগা অমুক্তা য়েংলক্লম্মগা নোকশিল্লম্মী। ইথন্তা খলহৌরি–মখোয় শ্বায়সে, ইস ঙমখ্রেদা।

চহী অহুমলোম দুকান ফমলকপসি ঐনা লৌগে হায়বা পৈশা অদু লৌহৌবা গুাক্তনি। লৈশাবী মৌনহা কয়া কয়ানি ঐগী দুকানসিদগী পোৎ লৈথ্রিবা, মখোয়না লোংমতা গুমখিদে। লুপা ৬০ দা য়োনদ্রবদি মহৎ ফংদবা খোঙগুপপু লুপা ৪০ লৌহৌরগা ঐনা তুমীন্না লৈহৌরবা। মৌন্থু মাল্লি,লৈশাবিস্থু মাল্লি। অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু মাগী খুৎয়েং লাকয়েংদু কৈনোমদি ইতৌদি তৌরি।

খোঙগুপ লৌথিবা মতুং নুমিৎ ৫/৬ নি লৈরগা মখোয় অনী চঙলকই শাড়ী শেংলগা। ঐহাক মহাকপু উবদা ইথন্তা ইকাইবা পোকচরম্মী। মাগা মীৎচানবা গুমলমদে। মাগী মমান্নবীদুনা হায়রকই,

–"পোৎ অহোঙবা য়ান্না য়োল্লি হায় খজিক্তা য়েংগে।"

ঐহাক ফম্নম্নদগী লেপখৎলি। মখোয়নি ঐগী মরমদা হান্নবা বারী শাদুনা লাকলে খঙঙী মরমদি নুপী অমদুনা ঐবু য়ান্না মুন্না কুপ্পা য়েংঙী। য়েংদবা শান্নিদুনা। হায়রকই হৈশিংবিদুনা,

–"গ্লাস ফজবা খজিক্তা য়েংগে।"

ঐনা গ্লাস মখল অমা অনী পুথোক্লুনা য়েংহল্লি। মখোয় অনীনা দর্জন অমমম লৌরে। মীঙোন্দা ১৫৬ তগীনা ১৭০ ফাওবগী মনুঙদা য়োনবা গ্লাসতু হৈ শিংবীদুনা

–"লুপা ১০০/১০০ লৌহৌরো"

হায়না হৌদোরকই। ঐনা হায়,

–"থংনবা দুকান্দা হান্না হংলুখো। মখোয়না হায়বা মমলদগী লুপা ২০/২০ তাগে।"

অস্থুন্না হায়রকই,

–"ঐখোয় মমল খঙঙে। মোরেদা দর্জনদা লুপা ৯০ পিবনি, অদুনা লুপা ১০না শেন্দোং।"

ঐ হৌনা অমুক্তং নোকথোকখিরম্মী। অদুগা হায়,

–"কদায়দগী, ঐখোয়না মোরেদা চৎলগা লৌরুবস্থু নত্তনা ললোনবীদগী মথাঙ, অদুগী মথক্তা নখোয়না হায়রিবদুদি দর্জন অমদা গ্লাস ১০ খক্তনি হাল্লিবা।ঐখোয় শিদা ১২না শাবগী বানি। মখোয়গী লাক্লিবা পেকশি ১০না শাবা গুাক্তনি।"

–"অদু ওইরস্থু ১০০/১০০ লৌহৌরো।"

–"নখোয়না স্থম চঙলক্লবদি ঐগী দুকানসি মথঙ চহী য়ৌররোই।"

মখোয় খোঞ্জেল হৌনা নোকশিল্লকই। হৈশিংবিদুনা হায়রকই,

–"মীদি দুকান্দা চঙবীরক্লবা হোঙনা হোঙনা পী হায়। সি দুকানসিদি মওং অমা তৌব্রীনা।"

মখোয়না গুমদুনা অদুম পুখ্রে। ঐনা হায়,

–"হয়েং অমুক চঙলকপাদা লুপা ১০০ হাপকদবনি। ১৫০/১৫০ লুপা ২০ তাগে।"

—"হায়োয় হায়োয়"
হায়রম্লগা থোকখ্রে।

নোংমা অমা মথন্তা চঙলকই। থাইলেনগী নুপীগী সার্জতু পাম্মী হায়রে। শোংকে হায়দুনা কাগী তৌরে। ঐনা শোংলু অদুম হায়। মানা চহী অমা শোংকে হায়। ঐনা দুকান কম্মা অমদা চহী অমা শোংপা ঙমগনি খল্লবদি শোংলুনে হায়বদগী ফুরিংতো লৌখ্রে। মহাক চংখ্রে। তশেংবদি ঐহাক মঙোন্দা ফুরিংতো থোনবিবা য়াবনি অদুবু করম্না লৌরো হেক্তা হায়গনি। নোংমা মমাল্লবীগা, মহাক্না শোংখিবা ফুরিংতু লিংলগা লাকই। দুকান্দা চঙলকই। অস্তুম্না হৌদোরকই,

—"পোং হোঙনা হোঙনা য়োনখোকলিসিবু য়ুমগী মীনা শাউদ্রে?"
ঐনা,

—"ঐখোয় ইতৈমগা তামোগরো?"
মখোয় অনী ওন্সিন্নরগা হৌনা দুকান্দু পোকথায়দৌমখে নোকখি। অদুগা,

—"ইনম্মা হায়গদ্রা, ভায় হায়গদ্রা অদুবুনে ঐখোয়না হংলিবদি।"
ঐনা,

—"ওহো।"
ঐহাক নোকই।

—"ইনম্মস্থ ভায়স্থ অমতা লৈত্রিদা।"

—"মপু পান্দবা ওইরবদি ইমাল্লবী ময়াম অমা পুরক্লগা পোং শোংপা লাক্কে।"
হায়দি হায়দোকতে ইথন্তা থল্লি – 'কৈথেল শণ, শহরগী লৈশাবী, ওম্বোক্না ইকাই খঙখিদ্রবা জাংনি।' থিনা থেম্মখ্রেদা থুঙ্গঙগী লৈশাবীশিংগা য়েংনরুরবদি। অস্তুম্না ঐখোয় অনী শক খঙনরকখি। ঐগা হেক থংনবা দুকানগী কান্তনা ঐঙোন্দা নোংমা হায়রকখি,

—"তা শান্তি!" (ঐগী ইমিঙ শান্তিকুমার কৌবি। ময়াম্না শান্তি শান্তি কৌবি।) নঙগী দুকান্দা হেক হেক চঙলকপা নুপীদো কলেজদা ওজা ওইবনি। চোংথাম লৈকায়দগীনি।"
মহাক কলেজদা ওজা ওইজরবস্থ তঙ তাদ্রিবা তলব লুপা লিশিঙ অমথক্তা চাবা ওজানি খঙলে। মহাকী মতীক মগুন খঙবা নুমিৎতু ঐহাক চাক চাবা য়াখিদে, নুমিদাং তুম্বা য়াখিদে। ঐহাক্না খল্লরম্বদি ইনাক খুনবা ইমুঙগী খজিক্তং লিরবা মপাল থোক্তন্দুনা য়ুম পানবা থিলহৌরবী লৈশাবীরা হায়দুনা। ঐহাকী আশা পুম্না কায়খি। শাউনিঙখি। ওইথোক্লরোইদবা, লৌশিংতা খাজনা থিবগুম, অস্তুক কুইনা ঐনা পোং–চৈ লেম্না পিথিবা হায়ববু, অরেম্বদা তারবা, ঐবু নমথাক তৌবা, স্তুম খল্লুরগা শাউনিঙবা অস্তুম হেল্লকখি। মহাক্না কলেজ অমগী ওজা, ঐনা লাইরিক হৈত্রবা

দুকান মচা অমগী মপু। মহাক্না ঐবু নমথাক তৌবনি, ময়া তৌদুনা পোৎ লৌথোকপনি।

মতম খরা হৌখ্রবা মতুঙদা নোংমা ইথা থাজদনা মাগী মমাল্লবীদুগা শৎ চঙলকই। ঐহাক হিপতুনা লৈরম্মনি। ফুগ হৌগৎলি। হেক্তা হায়রকই,

-"সিনেমা য়াম্না নুংঙাইবা অমা তৌরি, ঐখোয় টিকেৎ কককে য়েংশি য়াম্রা?"
ঐস্মু হোয় হায়দুনা হেক্তা খুম্মী। মিৎনা লোকপীদু ইকাইবগী মওঙ মাল্লি। ঙসিদি মহাক দুকান মপান্দা লেপতুনা লৈরে, সোরোক্তা য়েংলগা। ঐঙোন্দগী লৌথিবা ফুরিৎ, শেন্দল শেৎলি-চারি। লমফেলগী শঙ্কর টোকিজদনিকো হায়রম্লগা চৎখ্রে।

নুমিৎতু নোংমাইজিংনি। দুকান থোঙ লোক্লে। সঙ্কর টোকিজদা অহানবা শো, পুঙ নিপাল নংনবা চৎলি। নোংমাইজিং নুমিৎতি নহাল মখে খরা থেঙনা দুকান হাংবনি। ইতৈমনা ঙম্না চৎলিবা করিগীনো হংহৌরি। পুঙদি হায়নহৌদে। ঐনস্মু হংহৌদে। মখোয়নস্মু হায়রমদে। অহানবা শো লোয়গদৌরে, অদু ফাওবা লাক্কে অদুবু লাকদৌবদা মানখি। হোল তম্না থৌজিল্লকপা রিক্সো খুদিঙমক মহাক লাকলবোইদা নিঙখি। অহানবা শোগী হাপ থারে। সিনেমা লোইরকদৌরবনি মহাকপু ঙাইবদা কয়াদা ঝাখিবা। চহী মিলিয়ন কয়া চঙনা ঙাইবগুম কয়াদা ঝানা খাঙখিবা। পান দুকান ময়া অমদা অমুক লেপ্পী। অথাপ্পদা নুপী অনীখক ফম্মোয় করিবোই তৌরিবদু অমুক য়েংবা চৎলুই। ওইরমদে। অশাবা নুংশা মরক্তুদা কোয়চৎ চৎতুনা য়েঙঙী, হেক্তা নৎলমদে। পান দুকান ময়া অমদা চঙশিল্লগা খোঙ নাম্মুনা দুকানগী উবাক্তা কাউরগা চপ লেপতুনা অচৎ অওক য়েংলি ঐহাক। হোল্লোমদা অথাপ্পদগী রিক্সোদা নুপী অনীখক চঙলক্লগা লেপখিবদু ওইরবোই নিঙদুনা, হেক চৎলুই। হেক ওইরমদা। অস্মুম্না অহানবা শো লোইখ্রে। পুং ৩ হৌখ্রে। ঐহাক ইকায় নুংশি য়াম্নানা শাউনিংবনা হকচাঙশি হুমাং পুঙলুপ লুপলম্মী।ঐগী নিঙবা কায়খ্রে অদুবু অস্মুম্না অমুকস্মু খল্লি মানা ঐবু উদদুনা মখোয় মথন্তা য়েংলমগদ্রা? সিনেমা লোইদুনা থোরক্লিবলিং অসি অমুক্তংদি য়েংখিগে। য়াওয়ম্নস্মু কনানা খঙবা। থোরক্লিবা মীয়ামদু অমত্তা চিংথদনা মিৎ কুপতবমখে য়েঙঙী ঐনা। খজিক্তং উহৌদবা কনাগুম্মনা, খুনিঙ কাঙলগা হেক য়েঙঙী। হাইরপ মানবা অমা মমাঙলোমগী লম্বীদুদা থোকখি। মখোয় নুপা অমগা নুপী অনীগা, ঐহাক চৎথ্রিবসিবু ওইরিজাৎলা থন্দুনা য়েংলিঙৈদা ইনাক্তা য়াম্না নক্না খেক্লেল অমনা,

-"কয়াম কুইরবগে?"

ঐহাক খংপ্রেক খংঙী। মমাল্লবীদু গাড়ী মচা অমা পায়রগা ইনাক্তা লেপ্লম্মী। মখোয়নীমক ইনাক্তা লোইনমক লেপতুনা লৈরম্মদুদা ঐহাক নুংঙাইবগা অঙকপগনা হকচাঙসি থুম্নহৎখিদুনা খুমখি,

-"ঙাইহাক ওইরে।"

গাড়ী ইনশল্লসে হায়দুনা ইনশিনখিরে। ওসাইহ মখে শাউনিঙলম্বা ময়ামদো মাগী মিৎ অনীদুগা হেক মিৎচান্নরুবা মিকুপতুদা পুঙমাঙ মাঙখ্রে। মতম হায়নখিদবদু মখোয় করিম্ব পাল্লক্তে। নুংশিবগী ময়াম্নসে ওম্মোক্লা কনখ্রেদা। অয়ুক পুঙ তরেৎতগী ঙাইরকপনি। পুঙ অহম মরিবু নুংশা মরকসিদা কোয়চেন চেন্দুনা লৈনখিবদু, খোয়দৌ শাউগৎখিবদু মাগী মায়খোঙ, মাগী মশক উরুবা মীকুপতা শ্বায় মাঙখি। মখোয় অনীনা হান্নবা টিকেত ককতুনা পুরকঅমমে। মসিনা ঐখোয় অনীগী অহানবা প্রোগ্রামনি। অদুগী মতুঙদা কনাম্ব য়াওদনা ঐখোয়নিতা সিনেমা য়েংবা কয়ারক চৎলে। হোটেলদা কয়ারক ফমলে। কেবিন্দা কয়ারক উনরে। ঐগা মাগা অহকপা মরী লৈনরে। ঐহাক ফন্না য়াম্না হোংলে। ফন্না য়াম্না খঙলে মহৈ-হৈবা নুপী অমগা নুংশিনবা ফংবদগী।

নোংমা হোটেল অমগী অরোনবা কা অমদা ফুইনা ফমলুবদগী মাবু ঐনা মোইরাংদা কোয়রুসি হায়দুনা পুখি। মাম্ব অদুম য়াখি। ঐনা মমদুনা মাবু নুমিৎ তাহনখি। নুমিত্তুদগী মহাক কুমারি ওইবা তোকহনখি। য়ুমদা মাবু পুরকখি। ঐগী ওইরবা নুমিৎ অদু ফাওবা ঐনা মাবু কয়াগী মতীক কল্লকখিবা ঐনা তৎতনা হায়খি মাগী নাপ্লদা-"ঐদি লাইরবা মচানি, অদুগীম্ব মথন্তা ঐদি নঙগা য়েংনরুবদদি করিম্ব মমল য়াওদ্রবা মীনি।নঙ ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিগে থনগনু। করিগুম্বা ইম্বা পাবুঙনা থাইদোক্রবা তায়বদি ঐখোয়নি, ঐহাক নখোয়দা লাক্লগা হ থকলগা হেক্ত শিগনি। মানা ঐবু কয়াদা নুংশিনা কোনখিবা। মানা ঐবু নুংশি কয়ারক হায়খি। ঐনা কল্লকপনা হেন্দুনা, মানা, ঐসে হন্দোকলমলগা চৎখিগদ্রা হায়দুনতা খন্দুনা লৈখি।

মহাকী মবুঙ ইলেক্ট্রিসিটি ওফিসকী এঃঈঃ নি। মনম্মা কলেজগী ওজানি। মপা থিকাদারনি। মনাওনুপী এম-এ তমলি। ঐগীদি ইয়াম্বা অমদি ইতৈমা নত্তনা কনা লৈতে। ইয়াম্বনা এসঃসিঃইঃআরঃটিঃ ওফিসকী পিওন্নী।ইতৈমদি সরকারগী থবক তৌদে।লাইরবা ইমুঙসিগী থল্লুবদা ঐহাক কয়াদা ৱাখিবা, অদুবু ইরাই লাইনা হেক্তা লুহোঙখি। মাগী মমা মপা মবুঙ কয়াদা ফখ্রবা। লৈবাক মচা তাথ্রবা ।পুন্নমক হৌখ্রে, হৌজিক্তি মহাক ঐগী ওইরে। কলেজগী ওজাম্ব তঙ তারে। ঐনা হৌজিক থজিল্লুং নুংঙাইতবা হায়ববু মাগী কলেজগী মমান্নবীশিংনা নঙগী নুপাদি করি থবক তৌবি হংলকল্লবদি? অসিথক্তগীনি ঐনা নুংঙাইদ্রিবা। মানা ইকাইদুনা খুমফম খঙদনা লৈরমগদবদো থল্লুবদা। সোমদা থল্লুরবদি নুপা ওইবা হায়বসে নুপাদগী হেনবা নুপী লৌবগিম্ব নুংঙাইতবা লৈ।

ফন্না কুইরে পুঙখায় অমদি হেল্লে, নহাল মখৈদি পুঙ অনী মখায়দা হেক হেক হল্লকপনি। ঐহাক্লা ঙাইরকলিবসি পুঙখায় অমদি থরা হেল্লকলে। পুঙ অহম

মথায় তাশিল্লকদৌরে। ইচা ইবুঙঙো হৌগৎলমদনা। ইতৈমনা চৈরমদনা তোকত্তরনি। স্কুটর বার্কশোপতা স্কুটর ঐগীদু থম্লগা শোয়োক বাঙমগি পানদুকানদুনা কা মতপ অমত্তা চাগে, শিংজু চাক্লবগী চিনসি সিল্লী সিল্লী তৌরি হায়দুনা লায়োরকপগিদুনা বস অমা থাপতক লাকই,ইথন্তা খল্লি হন্দকতি য়াওরকলম্লগনি। ভাইহাক্তা ভাইজখিসনু, কা মতপ অমতা চাখিগে হায়দুনা পানদুকানগী ইতৈমদা হায়,

–"ইতৈমা শাদা অমত্তা শেম্বীরকউ।"

তাঞ্জাদুদা ইউনিভর্সিতিদগী মোতোর সাইকল হেরো স্লিক অমদা মশা নাল্লবা কোৎ লিংপা অনীথকসু থৌদোরক্লগা ইনাক্তা লেপশিল্লকই। ঐহাক খজিক্তং হন্দোকই। হায়রকই,

–" ইতৈমা সাত অনীদা পীয়ু।"

য়াখৈ চংপী অমা থাদরকই। তাঞ্জাদুদা বস খাম্লরে। মহাক য়াওরক্লে। কয়াগী মতীক কজখ্রবা। লৈ মচুগী সাড়ীদু কয়াগি মতীক পক্কখ্রবা। মহাক ঐগী ইনাক্তা লাকতে। ঐখোয়গী গাড়ী মনাক্তল চঙশিল্লগা লেপ্তুনা লৈখ্রে। মসা নানবা কোৎ অঙাঙবা লিংপদুনা ঙাঙলকপদু তাবদা ঐহাক খঙপ্রেক খঙঙী।

–" হৈ সুনিতা "

অমা অমুবা কোৎ লিংপদুনা মহাক্না লেপলিবা অদোমদা য়েংলগা হায়রকই,

–"পোজদি তাবনি"

ঐহাক তাবা ঙমলমদে।

–" খোংমন বাশিখোংলোমদা ময়ুম পানখ্রে হায়বনি সতী শারগা।"

–"মেঘেম্না লৌখৈ লৌরম্মগা।"

ঐহাক তাদুনা লৈবা ঙমলকত্রে।ঐনা হায়,

–"ইতৈমা লোয়বিদ্রিব্রা?"

কোৎ অমুবা লিংপা নুপাদু খজিক্তং লৈখোকখি। ইতৈমনা হায়রকই,

–"ইবুঙঙো লোয়রে,জরদা অমুক্তা পিখীগে।"

ঐহাকশে লাইরিক হৈতবনি ইতৈমনা খঙদুনা ইউনিভর্সিদগী থোরকলিবা নুপা অনীসিনা হাম্না শেম্না ওইরমগনি হায়না ইতৈমবু পুক্লিঙদা বাক্লৌরকই। মসি চাদনা চংখ্রসিরা, ঐহাক শাউনিঙবা ফাওরকলম্মী। মখোয় অনীনা ঐবু সুনিতাগী নুপানি খঙদুনা উশিং থওইদ্রিবরা। ইথন্তা মওল মওল অসুম খল্লকলম্মী।

অঙাঙবা কোৎ লিংপদুনা ঐগী নুপীদা য়েঙলগা হায়রকই,

–"প্রেগনেন্ট ওইরক্তুনা হোসতেলদগী তাম্মোকতুনা বা–বা লাওনখ্রপোৎনি। মখোয় অনী ভারাদা পান্নদুনা লৈরগা মাস্তরগা লোয়সিনখ্রিবনি। মানা, অহানবা মবুঙনা মিং চনবা লাকপদো ঐগা অহানবা খেংনবনি। ঐনা কোয়জগে খনবনি।

মেঘেন ঐবা কাকথৈন্দুনা হেক খেংনেখিবা। অসিনগা হেঙ্গো-হেঙ্গো,অম্মো-অম্মো হায়না মেঘেন্দা হেক নম্বুকপা,কাকথৈ মেঘেন্না হেক নপখিবগী মাপনি। ঐ খন্নায় চাকপনি।"

-"মানা হৈনখ্রিসি ওখাক মশিঙ ন্নাম্মেকো। পুনাপদি মেঘেনখোয় লাইনিনে। কন্দাইদগী পুনাদা চহী তরাতরেৎ লৈন্নবা মীনবু ইউনিভর্সিতী ওজানা ফাওবা মাবু তনবনি। করিনো মানা খঙদবা ন্নাওদবনি। ময়াঙ মচা ফাওবা মিং চনবগী মঙোন্দা নেক্রিবনিনে।লাইনিনে মেঘেন।"

ক্না মতপতু হকচিল্লগা খন্না নেম্বদুনা হায়রকই,

-"মেঘেন্না ডাঃ শুসিলা লৌখ্রগা মানা কাপ তাদুনা লৈহৌবনিনে।"

-"সুনিতা লৌবদুদি করি থবক তৌবি হায়গে?"

-"মোমেদা হায়ব্রা কন্দাইদনো দুকান মচা অমা ফম্মানে।"

-"এ ! নুপাদুদি পুন্না মন্না ওইরম্মনি।"

-"এ ! খঙবু খঙদ্রবদি কৈনোনে।"

-"অহলনে হায়ব্রো?"

-"খঙদেদা নোংমা ক্ষেত্রিঃ ন্নাজেসনা হায়ববু সুনিতানা খন্না হল্লেবু হায়ব্রা কৈনো।"

-"অদুদি অপঙবা অঙাঙ ফান্নগা লৈন্নজাৎনিদনা।"

গাড়ী থৌদোকখ্রে।ঐগী নুপীগী নাক্তা গাড়ী থৌজিল্লগা করিগুম্না খন্নদি ঙাঙনবা উখি। ঐহাক মহাকপু ওস্তন্বী অমা ওইনা মিৎসিদা উন্নকলম্মী। মখোয় চৎখ্রে। ঐহাক ঐগী নুপীবু তুকচন্নকলম্মী। ইথৈমনা ক্না পিন্নকপদু মঙগুম্না তৌরম্মী। ঐহাক কোকসে ন্নঙ ন্নঙ লাউন্নকলম্মী। ঐহাক মহাক্কী মনাক তান্না চঙশিনবদু মঙগুম্না তৌরম্মী। গাড়ীদু স্তার্ট তৌব্রি। থৌগে তৌবদা মঙক পল্লকপদুদা শো হাংদ্রি খঙঙকই। হায়রকই,

-"কয়াম কুইরে থোন্নকপা? ইবুঙঙো কনাদা শিন্নরম্মী?"

ঐহাক করিমতা ঙাঙদে। গাড়ী থৌননবা গাড়ীদা কাখৎলম্মী। মাস্থ চঙশিন্দুনা ফম্মকই। ঐগী নাক্সদা নকশিন্না ফম্লগা হায়রকই,

-"ক্না চাশিল্লব্রা? নোংমতস্থ চাদবদুনা, কোক ঙাওরকঅরনি।"

ঐহাক হকচাংসে ন্নঙ-ন্নঙ লাউবা হেনগৎলকলম্মী। থম্মোয়গী মিহুনসে ফ্রুং-ফ্রুং চোংবা হেজিল্লক্লম্মী। শোন্ন হোনবা ব্নাবগুম তৌরক্লম্মী।

-"কৈদৌরবগে ব্নাগা অমতা ঙাঙদ্রিসিবো?"

ঐহাক মহাক্না হংলিবা ব্নাহং অদুগী পাউখুম পীবগী মহুস্তা গাড়ীগী সেলন্ন কন্না-কন্না লৈথৎলম্মী। নহাল মথৈদি লম্বী ফত্তে, মনিঙদা তোংবা থ্বাঙ নাই হায়দুনা তপনা থৌবোই থৌদবোই, ইঙনা থৌবনি। ঙসিদি উফুলনা ঐগী তুংদগী মন্না তান্নরকপদু

চন্দ্রোল'পু নম্বো পোবা/৯৮

পেন্দ্রদুনা ঐগী মাঙ তান্না পাইখৎলক্লবা হোৎনরি। ঙসিদি ঐহাক মতম কুইনা শেম্নীদ্রবা লম্নীদুদা কম্না থৌবদা করিন্সু নাচুংদবগুম তৌরক্লম্মী। লম্নী মপান্দা চৎলম্না নুপী অঙাং স্কুল হল্লকপা, অঙাঙ লৌবা মমা কয়া মচাগা লোয়ননা শড়ক মতাইদা চোংথোক্লম্নগা লেপনখিবদু ঐগী মীৎসিদা মশেল-মরাং ওইনা উন্নকলম্মী। ঐনা ঐগী গাড়ীগী সেলর অদু থম থেংবা ফাওবা লৈখৎলম্মী □

## মসিমতদি য়াবীয়ুকো ইমা

তাং ২৭।১।২০০০ ইং
ইম্ফাল সেন্ট্রেল জেল।

ইমা,

ইমানা নচাবু ম্নারৌবিবা চুম্মী। ঐহাকসে মহা পাপ্নিনি। মহা চন্দালনি। মহা ওল্লখিনি। অদুবু ইমা, নচাগী মফমদা চাক্লিবা মৈচাকশে অদুম্মক মুত্তনা হন্দমুক মপোক অসে লোইরনিদো। ইমাগী নফমদা ইমা কৌজবসে হন্দমুককি মপোকতদি ফংলরোয়দো ইমা। থাবুম তরা নাউপুবিদুনা ঐগীদমক্তা ম্নাখিবা, নচাবু মী ওইনবা হায়দুনা ইকায়-ইকি ম্নাংমা লান্না য়ুমথোঙ লান্না মীগী শিন্থা কয়া চৎখিবা কয়াদুগী লমন হন্দক্কী মপোক্তদি শিংবা ঙমখিদ্রে, বিধীনা কয়াদা তমথীনা তমবিখ্রবা ঐবু। নচা অমা ওইনা ইমানা ঐবু কয়াদা তুক্কৎচরবা ঙসিদি। মপোক-মপোক থুদিঙদা লৈথা তাবা ওইখ্রগে। মপোক কোতি-কোত্তিদা নোরোক্তো তাখ্রগে নচা। অদুবু পলেম, ম্নাফমসে নচানা য়ারবসু ইমাগী লমন্দি সিংবা ঙমদ্রবকো । মপোক কয়া-কয়াদা

ইমাগী থুয়াগী উফুল ওইনা পোক্লবস্থ ইমানা লেংনিঙলরোয়দবা। ঐগী ইমিঙ পনবদা তিন শিংলবা ইমানা। নচাদি ইমাবু নিঙজবনিকো ইমা। ৱাজরক্লবী ইমাগী সেবা তৌগে শক্লাইরবা মী ওইগে হায়দুনা লাইরিক্তা পাদুনা লৈখিবা নংত্রা নচা? ঙসিদি চেকপলনা থাজিল্লবা কাসিদা সিগে হায়বা ফাওবা য়াদনা লেনবা তারবা। ইমা ! নঙগী থুয়া শোক্লা নচা লাল্লে অমুক্তদি হায়জনিঙবনি। অদুবু মদুফাওবা য়াবীরকত্রবা ইমানা। মীহাৎপনি হায়দুনা ঐবু কিগ্রবা। মীহাৎপা খুদিঙমক অদুম্মক মীহাৎপগী পুকচেল চেন্দুনা লৈবা নত্তেনে ইমা।

ঙসিদি ইমাগী নফমদা নচানা ৱাহৈ মঙা-তরাদংদি ফোঙদোকচগে ইমা। ইমা ! ঐহাক মপা হাৎপা মহা পাপ্পিনিনে, মপোক কয়া নোরোক্তা তারগদবা। ইমানা অদুম্না থল্লি হায়বদি নচাদি থল্লুদে। ইমানা নিঙজবগী মায়োক্তা লৈরম্লবা নচা। ঐ ঙসিদি ইমাগী নফমদা ৱাহঙ থরা হংজনিঙউী। করিগীদমক্তা ইপানি হায়রগা মহাক্লা ইমাবু হেক-হেক তমথিনা ওৎলরিবনো? মপা অমা ওইরগা করিগীদমক্তা ঐখোয় ইচিল-ইনাও অহুমবু মিনুংশিগী মিৎয়েঙনা য়েঙবিদ্রিবনো? ঐখোয়শুম্বা মচা কয়া নুপী অতোম্বীগী ৱাখলদা ঙাওখিবা মপা কয়ানা য়েঙনদবরা? করিগীদমক্তা ঐখোয় ইচিল-ইনাও অহুমবু মিনুংসিগী মিৎয়েঙনা য়েংবিদ্রিবনো? করিগীদক্তা মহাক্লা অরাকপা খুদিঙগী মনেম্বোক হৈশিংবীগা লোয়ননা লাক্লগা ইমাবু তমথীনা ফুররিবনো? ইমাবু অঙাওবিরা? মীরোল শুদবীরা? মীরোল শুদবী ওইরগনা ইমাবু করিগী ইমা ওইনা লৌবিরমলিবনো? মাবু ঐনা কররম্না ইপা অমনি থনগদৌরিবনো? ঐনা মেট্রিক পরীক্ষাদা মকোক তাবা ঙমথিদ্রিবদু মানা লাক্লগা মনেম্বোক্কী মমাঙদা ইমাদা ফুখিবা নংত্রা পরীক্ষা চংলমদায় মতমদুদা। অবোক্লা ঙাঙবদগী মহাক হন্না য়েংলমদনা মনেম্বোক্কা চংখিবা নংত্রা অতোম্বীগী য়ুমদা। নুমিত্তুদা অবোক্লা চৈথি,

–"মহাপাপ্পী নঙ নোংমদি শোয়দনা নমিৎতগী নপী তানা হায়জরথিনিদো ইমৌ ইবেম্মদা।"

ইমানা নচা থাক্চহৌরুরাও হায়রুবগীনে হায়বদায়। করিস্থ লৈতবা ৱাফমদুগী নুপী ওইবী পাঙ্গল শোল্লবী অমনা মৱা-মপুরোইবদা হায়বা য়াদবা ৱাফম্না অদুবো? ঐহাক কয়ারক থনথি। ইমা, ঐহাক থাঙবা ঙমলক্তবা কুইরবনি। মশিঙ লাকঙমদনা থনথি। য়ুম থাদোক্লগা চংগ্রশিরা, মচা নুংশিবা থঙদবা শাগুম্লবা মপা খুদিঙমক পরা তম্বীনবা মাঙখ্রসিরা? নুপী লোনবা খুদিঙমক হাংলম্লগা ঐগী পুন্সি লোইখ্রসিরা? মশিঙ লাকঙমদনা থনথি। মাবু অমুক্তংদি পারা তম্বিবা পামথি। ঐহাক চাওরবনি পাথঙ ফারবা। করিগী মানা ইমাবু তংতনা ওৎলরিবা? ঐনা থাঙবা ঙম্বগী ৱাংমদা লৈথি ইমা। মীগী মপা কয়ানা মচাবু নুংশিনা অমদি মমাগা-মপাগা নুংশিননা লৈবা উরুবগা ক্লুলদা, লম্বীদা। কয়াদা কল্লকথিবা ঐ। ঐহাক কয়ারক থল্লবনি। ঐহাক্কী থম্মোয়দা

ঙমদুনা লৈরকপা।

নুমিত্তো ঐহাক মপাল থোকখ্রসিরা খল্লম্মনি। অদুবু ইমানা হিক্না কপ্পগী খোঞ্জেল, মহাক্না ইমাবু ফুবগী ঝুব-ঝুব লাউবা মখোলদুনা ঐগী থম্মোয়গী মীচলশে দঙ-দঙ হায়দুনা খোঙজেল থুনা হুলহল্লক্লম্মী। ঐহাক থম্মোয়গী মীচলসে ফাথবা ঙমখিদে। ঐহাক পারিবা লাইরিকী ময়েক অদু মশেল মরাঙ ওইনা উরকলম্মী। চিনবান্দা লাইরিকী ৱাহৈদুথক হঞ্জিল হঞ্জিল হায়রম্মী। ঐগী মিৎসিদদি লাইরিক ময়েকশিংদু অকুপ্পা য়োংলি অমা ওইনা উরম্মী। লাইরিক পারিব্রা ইমাবু ফুবীবগী খোঞ্জেল তারিব্রা ঐহাক খঙদে। ঐহাক ফুক হৌগৎলি। অস্তুম্না ঐহাক্না খনখি,

-"নহাক কনানো? ঐহাক কনানো খঙব্রা? ঐঙোন্দা য়েংঙু। ঐগী পাম্বোমসি উরব্রা? ঙসিদি ঐহাক কনানো হায়বদু খঙহল্লগনি। নমায় ওনশিল্লকউ।"

মমাঙদা লেপ্পগা হংগে খনখি। চাকশঙদা চাক থোংলিবা ইমানা নোম্বগা লৈরম্লা, মহাক্না হঞ্জিল হঞ্জিল খোঙপাক্না কাওশিনবা, শা হাৎপা থাঙপাক পায়বগী মমাঙদা তাদুনা লৈবা বল্লিগী শাগুম ইমানা চৈনা থাঙলিবা। ঐহাক্না থাঙবা ঙম্বগী ৱাংমদনি ইমা। ঐহাক ৱা ঙাঙবা ঙমখিদে। মহাকী মনেমবোক্না ঐবু উবদগী হায়খি,

-" চৎলসি ইবুঙগো।"

ঐগী মিৎসিদা মনিঙথোঙ ময়াদা ঙাদুনা লৈরিবা হাওথাঙ অদু ময়েক শেংনা উরকখি।

-"চিনথীবী নচিনদু খুম্মুনে।"

ইমাগী শম পায়দুনা খঙচিং খঙচিং চিংলি। হিক হিক কপলি ইমানা। ঐহাক হাওথাঙদু তাপ পায়খৎলি।ঐহাক মহাকপু ইপা ওইনা খনবা ঙমখিদ্রে ইমা। ঐহাক মহাকপু, ইমাবু শেৎতুনা চাগদবগী শরাক তমলিবা শাহিঙ চাবা শা অমা ওইনা মীৎসিদা উরকখি। মদুমক্না ইমা মহাকী অরোয়বা ওইখিবনি। ইমানা মী হাৎলে লাউরগা মনিঙথোঙলোমদা চেনথোকখি। ৱাহৈ অমতা হায়বা নংখিদে মহাক, লোংনা হাইথরকখি। হৈশিংলবী মনেমবোক মোরাদগী হৌগৎলগা খোঙকাপ অনীশুনা থাংবা ঙমখিদে। মরোল থোকখিদে। মী হাৎলে হায়না ময়েক শেংনা লাউবা ঙমখিদে। লময়ায়দা শন শারগা চৎলি ঐগী ইমাঙদা। ঐনা থাক্না থাক্না নোকখি। পুম্নমক নঙনা শিনবা নত্রা? নঙনা পোৎশেম জাদু তৌশিনবা নত্রা? পুক্রিঙদা হংখি। মহাক ঐঙোন্দা কন্নবিয়ু হায়দুনা খোঙ কোনখি। ঐনা কাওথোকখি। খোঙ অনীমক্তা চেজেৎ কোনখি। ঐনা মাবু মী ওইনা উবা ঙমখিদে। ইমুঙ মনুঙবু লোইনা চীক্কুনা হাৎলমলগা ঐবু অমুক চিক্কদবগী, ঐগী খোঙদা চোংশিনলক্লবা অঙাওবা হুয় অমগুম উরক্লম্মী। মাগী, হৌরিবা অঙৌবা পোক্কুনা অঙৌবা হুয়গুম্না উরক্লম্মী। ঐগী থম্মোয়দা খল্লকই- ইমা, ইথোক, ইচিল-ইনাওশিং লোইনা চিকথায়ম্নরম্নগা ঐবুস্থ চিকথায়গদবগী হোৎনম্নক্লবা হুয় নঙ থাঙঙু। চিনবানথোঙদা হায়দোকপা ঙমলমদে। থৌনাউ অসি

খুক খুক কংলম্মী। ঐনা মাবু অমুত্তং হাইথবদা ঐত্তোদা চেত্তোং কোল্লম্না খুইরি খুইরিরবা মথুং অনীদু তপ্পা তপ্পা থাদোয়রকুম্মী। চহী কয়াগী মন্নাঙদগী ইপুনা উগী বিম্ন শাবদা শিজিন্নরমলবা হাওথাঙ অচৌবা, ময়া থৌদ্রবা, ইমুঙ অসিগী মীয়োল অনীনা শীজিন্নরকুম্বা, ঈ তৈরবা থাঙদু পাররগা ঐহাক শুমাঙদা থোরকখি। লাউখি শুমাঙদা, ঐনা পেন্নবা লাউখি-ঐ মী হাংলে, ঐহাক মী হাংলে, মচা নুংশিবা, মতু নুংশিবা খঙদবা মী, মীপুম খুদিঙমক অহৌরো মচানা মপা হাংলে। থাং-তেন পায়বা ময়াম্না ঐবু কোয়শিল্লকখি। ঐনা হায়খি-ঐহাক মীহাংপনি। ঐগী ইনাক্তা চঙলক্কনু। কন্না অমতা ঐগী ইনাক্তা চঙলক্কনু। থাপতক থাপতক ঐবু, লোঙ পায়বা থাঙশাঙ পায়বা কয়ানা কোয়শিল্লি। মথোয়শিং অদুগী মনুঙদা ককা মচা, ঐবু মী ওইনবা হোংনবদা চাবা থকপা চঙদ্রিবা, মহাকস্থু লোঙ পায়দুনা লেপলি। নাকল অমদনা শোল্লবা অৱাংগী ইপুস্থ শিঙজঙ পায়দুনা লেপলি। মথা থংবগী তামচাগা ইতৈমগা চিংনরি য়োংপাক অমা মুন্নরি। ঐবু নুংশি হায়রম্না কয়ানা ঐবু হাংকদবগী থাঙ-তেন, শুক পায়দুনা কোয়শিল্লিবা মথোয়শিংদুগী মরক্তা ঐগা লুনা তিন্নজবা মরুপ রোজেনস্থু মথুংতা চৈতুপ অমা পায়দুনা লেপলি। ঐহাক করি খনখি ইমা? ঈ তৈরবা হাওথাঙদু য়েংকী খুবাম অসিনা চেংনা পায়খি। মীহাংপা ! মীহাংপা অমগী ৱাথল। মফমদুদগী নাম্বোক্লবা লম্বী য়েংখি। ঐগী লম্বীদা অপনবা পীরকপা মী অদু ঐগী য়েক্লবনি ঐহাক্লা খনখি। ঐহাক কদোমদা চেনশিগে খনখি। অদুবু মায়কৈ খুদিঙমক পুমকোয় কোয়শিল্লকুম্মী, ঐবু হাংকদবগী। থোঙগাললোমদগী কুদ্রুক-কুদ্রুক চেনশিল্লক্লিবা পুলিস কাঙবুনা লাউরকখি,

-"নখুংতগী থাঙ থাদোকউ,নখুংতগী থাঙ থাদোকউ।"

হক্সিল হক্সিল লাউরকখি। ঐহাক থাঙ থাদোকখি। ঐগী খুং অনীবু শো লোনশিনখি য়োংলী অমনা। ঐবু গাড়ীদা কাথংহনখি। শোরোক মপালদা, ইনেখোয়দা ফৌ পুরুগে চংখিবা মশা ঙমদবী ইবোক্তু ময়াম্না থাংজিনবা গাড়ী মনুঙদগী উখি। নুমিত্তুদা ইবোকস্থু সংসার থাদোক্লগা চংখ্রে হায়বা নচা তারে।

নুমিত্তো, ঐ নিঙশিঙলি ইমা। ইনাওগা চংতুনা ইবোক নারে, চাক চাদবা নুমিৎ ৫/৬নি শুরে হায়রুই হায়বা নম্রা ইমানা? অতোম্মীগা ইমাগস্থু খংনরকএ হায়খিবা নম্রা ইমানা। ইনাও হেক পোকপা নুমিৎতগী চহী ১৪/১৫ য়োমবু অতোম্মীগী নাক্তা অদুম লৈখিবা নম্রা? নোংমতা লাকখিদে। নোংমতা হংলখিদে, ইমা-ইচা, ইশু-ইবেল ঐখোয়বু। কয়াদা মিনুংশি খঙখিদ্রবা। অবোক নাদবস্থু নস্তবা মশা ঙমদদুনা লৈরিববু করিগী নচিন থী হায়দুনা ইমাবু শা-ঙাদা তৌবগুম তৌখিবা নম্রা? ঐখোয় ইমা-ইচা, ইশু-ইবেলনা কয়াদা ৱানা লেল্লকখ্রবা। কয়াদা নাতে চাদনা হিংলকখ্রবা। নোংজু কয়া, থামম্না অহিঙদা শিংপা নোংলৈ নুংশিং কয়াদা, মল্লবা

য়ুমদুগী মনুঙদা কয়াদা কিজখিবা। নোংনা জিরি জিরি তাবা নোংজুথাগী অহিঙদা তুমফম লৈত্রবা য়ুমগী কাদুদা কয়াদা য়ানা অহিঙ মীশেল খাঙখিবা। অদুগা অমুকন্থু শিকলিবা ইনাও মচানা উগী মথোঙদা ফমহল্লগা ইবোক অশোনবী অমদি ইমা ইচা ঐখোয় অহন্না চেক মরোল মরোল পুরগা য়ানা শাবা কৈয়াক অদুদা অমুক কাথং অমুক কুমথা শুপ্নগী লুপা ৫/১০ থকীদমক ; মদুনা চরা পুবা ঙম্নসু নত্তবা, মীগী চেকী চেক্কোন্দুদা। অদুগা মপী মপা ওইরিবা মীনুংশি থঙদ্রবা মহাক্না অতোম্বীগী মনাক্তা কয়াদা নুংঙাইনা হিংলিবা। থেঙলবা অহিঙ কয়াদা মম্থরক্লবা য়ুমজাও অদুদা ইমা-ইচা ঐখোয়না কয়াদা কিনা ইতু শোল্লা লোল্লকথ্রবা। মহাক লৈনা লৈনা কয়াদা তুশোন মানশোল্লা হিংলকথ্রবা। মম্থরক্লবা নোং য়ুরবা মচেং-মচেং কিম্থরক্লবা য়ুমজাও কা মঙা অদুদা কনাগী মতেঙ য়াওদনা পাঙল শোল্লবী ইমা অমদি অবোকী মরুমদা কয়াদা য়ানা হিংলকখিবা। থম্মোয়দা লমন থুমনিংবা, পেন্দবা নুংঙাইতবনা য়ামৈ চাকপঙুম চাকতুনা লাকখি। থয়াৎ চিক্তুনা থাঙলকখি। ঐহাক হৌবদগী ক্লাসকী রোল য়ানদা তারকখিবা নত্রা ইমা? ইমা ইচা মাগী মনাক চৎতুনা, মিং চনবগী, লাইরিক লৈবগী পৈসা পীয়ু হায়রুবদা -করি তৌবগী লাইরিকনো, নখোয়দগী হেনবা বিঃএঃ, এমেঃ ফাওবা থবক ফংনদ্রবা মতমসিদা, নমান্নবা কয়া হোটেলদা গ্লাস চামদুনা পৈশা তান্নবনি। চৈয়কখি। হয়েং লাক্কে, অসি ঙাক্তা নৎত্রা? ঐখোয়বু চৎখিনবা হনখিনবা। ঐহাক য়াম্না পেন্দে ইমা। ঐহাক য়াম্না য়ারৌখি। থবায় য়াম্না চাকখি ইমা। ঐহাক য়াম্না পেন্দে।

ইমা, ঙসিদি মীহাৎপা অমগী পুক্লীং য়াম্না হোংলে। মীনা মী হাৎপা য়াম্না লাল্লম্লে ইমা। মীওইবা মপোক অস্থুক তোনবা ! করিগী মীনা মীবু ওৎলিবা? করিগী অবা-অনা খাঙবা ঙমদ্রিবা? করিগী অথাঙ কন্দ্রিবা? করিগী অস্থুক অবা-অনা খাঙবা ঙমদ্রিবা? নোংমা শোয়দনা শিরগদবা মপোক্তা করিগী মীনা মীবু হাৎলিবা? করিগী অস্থুক নুংশিনদ্রিবা? মশাগী ওইজবা, মশাগীতা থনবা শা, শাহিঙ চাবা শা, লমগী শা, শাহিঙ চাবা। মিনুংশি থঙদবা, জীববু নুংশি হৈতবা অমা ওইরবা ঙসি ঐ। মপাবু হাৎপা ঙম্নবা। মমাবু মবোকপু হিংনা হিংনা মৈনুংদা লংশিনবা ঙম্নবা শাহিঙ চাবা শাদগীস্থু হেল্লবা শা ওইরবা ঐ ঙসি। ঐ অসি য়াথল মচেং অমতা য়াওখিদেদকো, ইমাগী লৌশিং ইমাগী জ্ঞান। ইমাগী মীনুংশিদু মচেং অমতা হেক পকখিদেদা। ঐ শানি মতু পান্দবা। শাহিঙ চাবা কৈদগী হেন্না তমথীবা, মপোক কয়াদা জীবা ওইনা পোক্লরোইদবা। নিংঙমলক্তেদা ইমা। ঐনা থাকচবা লাংদা ঐ ইশা থুরবা ঙসি। মানা মানা তৌজবনা মানা মানা ফংলবা।

ইমা, ইমানা নোংমা নচাদা তাকপীখিবা,

- -"নঙগী ওজাগী লমন নোংমা শিংবা ঙাউনু।"

মসিমদি ইমাগী য়াথং ঙাক্লবনি। ওজা হেড মাষ্টরনা ঐগীদমক্তা তৌবীখিবা ময়াম, ইমা ঐ ঙসিদি নীঙশিংলক্লে। ঐগীদমক্তা পিওন থায়ন্না লংফৈদগী কৌবা লাকখি। মেট্রিকী ফোর্ম ফিলপকী পৈসা পুথোকপীখি। ঐবু কয়াদা লুনা তৌবীখিবা। পোজিসন লৌদবা য়াদে ঐবু পুক্লীং থৌগৎপীখি। মদুমদি ওজাগী য়াথং ঙাকপা ঙমখিদ্রে। মৈশা লাংলবা মচা কনানা লমন খুম্লীংবগী মৈরীনা চাক্লবা মচা কনানা মীকোক থোংবা ঙমগদৌরিবনো? নিঙমখিদে, ওজাগী অনিঙবা ঐনা থুংহনবা ঙমখিদে।

নোংমা থবক্লদা ওজাগী মীং য়াওরকখি। মদু উরব্বদা ঐগী কিম্ফুরুরবা বাখল ময়েল চোংলকখি। ওজাগী মায়থোঙদো ময়েক শেংনা উরকখি। জেলগী থানানা ঈ-পাউ লৌবীখি। ঐহাক কয়াদা নুংঙাইখ্রবা। ওজাগী মচানুপা অমদি ইমা ইবেম্মা লাক্লগা ঐবু উনরবদুদা, মথোয় কয়াদা হরাওজখিবা। জেলগী ডাক্টরগী রিপোর্ট তারগা ইমা ইবেম্মনা ঐগী থোঙ শোক্তুনা খুরুম্মকখিবা। মপুরোইবগী থবায়গীদমক্তা ঐগুম্বা মমল য়াওদ্রবা মহা পাপী অমগী মফমদা ভিক্ষা নীবা ঙমখিবী হে মৈতৈ ইমা। -"ঐগী কিডনি নাম্মুতা নত্তে, কিডনি অনীমক ওইরবস্থু ওজাগী মফমদা কৎলগনি।" ইমা ইবেম্মনা হরাওবদু উরগা ঐহাক কয়াদা নুংঙাইখিবা।

সিফায় ময়াম্না শঙলগা ঐবু ডাক্টর শঙদা পুখি। ঐবু উরগা ওজানা কপখি। ওজানা ঐগী কোকতা নাম্বুবীখি। ঐহাক বা ঙাঙবা থোকখিদে। মিৎকী পিনা ওজাবু ময়েক শেংনা উবা ফংখিদে। হিক্রা-হিক্রা কপখি, ওজাগী থোঙ শোক্লগা। হায়দোকপদি ঙমদা থম্মোয়দা থনখি -"ওজা ঐদি মীহাৎপনি, ঐবু করিগী তুকৎচদ্রিবনো? মমল য়াম্লবা ওজানা পুন্সিবনা শরুক চাম্মা হেন্না ফৈ। মমল য়াওদ্রবা ঐগুম্বা অমনা হিংবগী মহুত্তা। মালেম লুম্নবা পোক্লবনি ঐসে।ওপরেসন্দা চঙগদবা ঈস্থু লৌবীহৌ নচাদগী। মমল য়াম্লবা ওজাগী পুন্সিনা করিগী মাঙগনি।" ঐহাক বাহৈ অমা ফাওবা ঙাঙথোকপা ঙম্মদে। ঐবু নুংশিবীবা কনা লৈত্রবা মতমদা ঐবু নুংশিবীবা লৈরি থল্লুবদগীরা। সংসার, ময়াগী সংসার, করিগী ঐনা অদুক পুক্লিং নৌথরকখিবা। করিগী অরেপ্পা লৈতনা ঐগী মিৎকী পিনা জর-জর শিম্ফুরকখিবা।

ইমা, অরোয়বা ওইনা বাহৈ অমতং হায়রগা লোইশিনজরগে পলেম। ইমা হকচাঙ ঙমদ্রে হায়বা নচা তারে। চেকপলনা থাজিল্লবা অপিকপা কা অসিদগী নচানা থুরুমজরি। হন্দমুকী মপোকতা ইমাগী লমন শিংবা ঙমখিদবগী, হয়েং অমুকী মপোকতা ইমাগী থুয়াথাগী উযুল ওইনা পোকচগেকো ইমা। মসিতদি য়াবীয়ুকো ইমানা। মপোক কয়া অমদি নোরোক্তগী হৌগৎপা ঙমদনা লৈত্তখ্রগে। অসিমতং হায়জনিঙঙী অরোয়বসিদা ইমা। মীওইপোকী মপোকতা পোক্লবা জীবা কনা অমতস্থু মমা মপাবু নুংশিদবা য়াওরমলোয়। মপানা মমাবু ফুবা, মচাবু মিনুংশিগী মিৎয়েঙনা হন্না ফাওবা

য়েংবীনবসিদি খাঙবা ওমখিয়েলা ইমা। মসিদগী হেনবা খাঙবা ওমদবগী অরুমবসিবু লৈরমখিগন্দ্রনে ইমা, মীওইপোকতা। নচা লোইশিনজরগে ইমা। মপোক কয়া কয়াদা পুইনা চেনবী ওইবীয়ুকো ইমা।

নচা

মপোক কয়াদা নোয়োক তারগদবা

শ্যামচান্দ

◆◆

## য়াশক কায়বা তারব্রা?

পুন্সি কনানা খঙগনি। অসুম্না ওইরকনি হায়বা। অসিগুম্না ফিভম অসিদা ওইরকনি খঙলমলবদি করিগী ঐনা জগৎ সংসারগী ময়াগী কুম্মৈ অসিদা য়াওরমগনি। থাপনা চৎলগা কনা খঙদ্রবা জগৎনা উররোয়দবা মফম অমদা ইশা ইথন্তা সংসার অসি থাদোকতুনা চৎলমগদবনি। ঐঙোন্দগী হেন্না মপোক থীবা জগৎ সংসার অসিদা কনা লৈরমখিগদগে? অদুবু ময়ানা ঐবু পুল্লে। পীক্লিবা খোয়াং মনম কোকতিবা ইশু, মাগীনি হায়বদা হন্না য়েংবদা কনা উদ্রবা নৌনা মৈশা লাংলবী ইমৌ, করম্না মখোয়বু হন্দোক্লম্লগা চৎকনি। অমরোমদনা সমাজ অসিগী মীনোক মৈশা, নুপা ওইরিবা ঐনা ফাওবা খাঙবা ওমদ্রবদা নৌজরিবী সংসারগী মীনোক মৈশা খঙজদ্রিবী

ইমৌ অসিনা কমদৌনা হিংবা। অদুবু ঐগী করিদি উপাই লৈরি। ঐহাক মীনি। নুপানি। লৈকায় ঋাংমা লাক্লিবা, জগৎ সংসারগী চৎনবী খঙলিবা। পুম্নমক খঙঙী ঐহাক, কনানা কয়ি হায়রিবা। ঐগী, ইমৌগী। অদুবু ময়া মরিচিকাগী সংসার ওইদবনা অওইবা শাবা, তাৎ, নমথাক, তুহৎপীবা, নমহৎপীবা সংসারগী চৎনবী মরক অসিদা কয়মনা ঐনা হিংবা ঙমগনি। ঐনা সংসার অসি থাদোক্তুনা চৎখ্রগনা মমা মচানা কমদৌনা য়ুমদোমপোক অসিদা হিংহৌবা। মীনুংশি খঙদ্রবা, লঙজা, লমহুইগা পাংথক ওইরবশিংসিনা নৌরিবী ইমৌবু শেৎ-শেৎতুনা চাহৌবা, নৌরিবী ইশুবুনা মীনুংশি য়াওদনা হাইহৎপীবা ঐ মদু খাঙবা ঙম্মোই।ঐ হিংদবা য়াদে। ঐ হিংদবা য়াদবনি। ইশুনা শারেপ ফাদুনা মফম খঙদ্রিফাওবা, পাপচেন্নবী মমাগী পোথাফম অমা হেক খঙদ্রিবা ফাওবা ঐহাক হিংদবা য়াদবনি। ঐহাক নুপানি। করিগী ঐগী থৌনা লিংজেল পাঙ্গল শোম্বগদৌরিবনো? ইচা লৈতবগী অবা মৈশা মরম্ভা ইকায় ইকি থাদোক্তুনা মচা নিঙোলবু লৌশিনবীনবা হায়জরুববু -"এ! ঐগী ইচা নুপী পোক্কে। অমথক লৈরম্রদুদি শিখ্রেনা য়ুম শেংখ্রবনি, অমুক হন্না মাগী মরমদা পাউ তম্বীরগনু।" কয়াদা মরিঙজেন থাগ্রবা ব্রাহ্মননো? ফনা শাউদুনস্তু অমত্তং য়াওজবী মচা নিঙোলবু শিখ্রে হায়না অদুম্মক মপুক্লিং লেপখ্রবা। হোয় থরবুদি শাউফমদি থোকই। মদু ঐ য়াই। মপানা মাবু সরকারগী থবক থম্লবা ডাক্টর অমদা থাজদুনা হৈজিঙ-থরায় পুদুনা লোইখ্রবা মতুংদা ইচানা মাবু পুদুনা লাকখি। মদু ওইরবস্তু মহাক্কীদি মবুকথোক্কী মচানি। ইচানা (ইমৌ) লৈরিবা ফিভম অসিদা মচা নত্তে, মপা মমাবু য়োক্লি হায়দুনা হন্দোকপা ঙম্লিবা মপা অমগী থম্মোয় ওন্থোক্লা কল্লিদা। ফনা শাউদুনস্তু, জগৎ সংসার অসিদা হেক পোকচবা মচাবু ইন্থোকপা ঙম্লিবা, শিখ্রে হায়না লৌবা ঙম্লিবা, মথৌনা মরিঙজেন ওন্থোক্লা খাগ্রেদা। ইচানা অসিগুম্বা দশা তারবা মতম অসিদা। ঐগী ইচাস্তু (ইমৌ) মপাবুঙগী মরিঙজেন অদুম্মক য়াওরি। নৌরীবী তনৌ তনৌরিবী মহাক্লা মপুরোইবগী খুভমনি, মফমসিদা মপুন্সি লেনগনি বাশক্লিবা। মপুন্সিবু চাংয়েং কয়া তৌগদৌরিবা। মহাক্লা অপাম্বা লোইনমক তৌহনগনি। জগৎ সংসার অসিদা মঙোন্দগী হেন্না মরাইবক থীরবী কনা লৈরমথিগনি। ঈ-খেগৎলক্লিবা লৈশাং মপুঙ ফাজরকপগী ঙাওথৎচরকপদা ঙায়রিবা মতমসিদা হন্দোকপীরম্লগা ইচানস্তু চৎখ্রবা। করিগী ঐনা ইমৌগী অপাম্বা থিংলুগনি। মচা নিঙোল য়াওদবনা মচাগী নুংশিবা খঙব্রা? মীপুম খুদিঙনা হংনবা ৱাহঙনি। ঐহাক মীনি। মীনুংশি খঙবা। ইচা নিঙোলনা কদায়নো? ইচা পীবানা কনানো? মী ওইনা পোক্লগা মীনুংশি হায়বদু খঙদ্রবা মীদুবু মী কৌথিগদ্রা? ঐদি মীনি। ইশুগী প্রেম লৈরিবা, ইশুগী প্রেম মুম্রিবা। লেনবা তাই পুন্সি, থম্মোয় মচেৎ-মচেৎ কায়না। মীৱা ঙাঙনবা, অহৈ-অপা শাবা কয়ানা ঙাঙনজসনু য়ুমথোঙ খুদিঙ। ইচাগী চেৎলবা পুক্লিং, নুমিৎকুম লংলবা থৌনা লিংজেল, জগৎনা খঙজহৌনবা মপা মচানি, মকু

মমৌ নত্তে হায়দুনা। নোংমা ইচাগী কর্ম্ম লোইরবা মতুঙ হোটেল ফম্বী য়াশিনা হায়রকখি, লক্লরকখি, করেম্নরকখি,

–"মাম্মদি ইমৌ নুপীনা সেবা ফজনা তৌরমান্নে কুচু কুমেল লংথোক্লম্লেনে।"

মহাক্কী হোটেলদা চা গ্লাস অমা থকল্লুবনি। ঐনা হায়খি,

–"ইবেম্মা নঙনা ঙসি ঙাঙলিবা ৱাফমসে মাম্মা খঙঙী। মদুমনা অমুক হন্না মাম্মদা হায়গনু।"

–"মাম্মনা লান্না লৌরমান্নে।"

মহাক মমায় ঙাঙতক তৌখি। মাগা ঐগা নোংমতস্থু ফাগী তৌনখিবা লৈতে। মহাক ঐগা অপীকপা মরি অমথক্তা মহাক্তা ঐঙোন্দা মাম্মা থোকপনি।ঐনা মথা তাখি–

–"ঐহাক বুদ্ধি লৌশিং ফকচিল্লবা, না তাখিরবা, মির্ৎ মশেন মন্নাং উরক্লবা অমা ওইদ্রি। থবক্তগী পোথাবা ঙরাঙতা ঙায়রি। অদুগীস্থু মথক্তা নঙগী নুপাদগী ঐনা য়ামনা হনবস্থু নত্তে। ঙসি ঐনা ফংলিবা দশাসে থোক্তবা লাই খুরুম্মু। নুপী কায়নরে। অদুতস্থু নত্তনা ইচা নুপা মথন্তা য়াওজবস্থু অপীকপা মচা অমদি মতু হন্দোক্লম্নগা চংশ্রে লাইরৈবাক্তা। অসিগুম্বা দশাসে নহাক পামব্রনে? হায়য়ুনে পামব্রনে?"

– "মাম্মা ঐহাক য়াম্না ইকায়রে। ঐ লাল্লে।"

মাগী ঙাঙশিল্লবা মমায়দু ইমাঙসিদা উৎপা ঙমখিদে।ঐহাক্তা থাদরিবা পৈশাদু মহাক পাক লৌখৎপা ঙমখিদে। ইথল্তা অমুকস্থু থল্লকই –করিগীনো ঐনা, ইচানা–ইমৌনা সেবা তৌববু করিগী অর্থ লান্না লৌরুরিবনো? ঐগী নুপী লৈরম্নবদি ঐনা ঙসি শাউরিবসি শাউফম থোকপ্রা? ঐহাক হরাওফম থোক্তবরা? য়াশিনা ইকায়বদু খল্লুরগা অমুকস্থু ঐহাক্তা লানখ্রবরা থল্লকই। কয়াদা চুমখ্রবা, পাপ্রা ৱারৌজাও, লুখ্রা কপচেংপী। য়েংলু য়েংলুবদা অমমবগী অমমবা মক্তা করি য়েংলগা হরাওগদৌরিবনো? ঐনা হায় ,

–"নঙগী পৈশা লৌহৌরো। মাম্মাসে পাপ্রা ৱারৌজাও হায়বদু ওইরবনি। চৎনবী, মীওইবগী লমচৎ, মীওইবগী শাজৎ কয়া অসিননি। নঙগী নরাল নত্তে। মাম্মস্থু খঙঙী অদুবু ঐনা তৌগদবসিবু করিনো? মপুরোইবগী মনাক্তা পুন্সি লেনগনি, পীক্লিবা মচা চাউনবা হোৎনগনি ৱাশক্লি। মাবু পোকপা মপালা মাবু মচা লৈদ্রে হায়না ইম্মোক্লি। কনানা অসিগুম্বা দশাসে তানিঙগদগে? মাম্মা শাউদে। শক ফজে, কুচু কুমেল লংঙী হায়বদা হরাওদবা কনা লৈবগে? মচানা মমৌনা সেবা তৌবদা, অদুবু ৱাফমসে ঙসিদি ঐহাক তাবা ঙমদে। ননে লৈরিঙে ওইরম্নবদি ঐহাক নোক্লমগদবনি।অদুবু ঙসিদি ঐহাক নঙগী ৱাফমসে চুম্না তাবা ঙমদ্রে। ননে লৈরিঙে মতমদদি কনাগী মফমদস্থু করিস্থু লান্না লৌবা ঙমখিদে। অদুবু ঙসিদি জগাৎ অসে ঐগী মরমতদা ঙাঙনরবোই থল্লক্লে। ঐগী পোথাফম

লৈরবদ্রে।"

মহাক লাল্লে কয়ারক হায়খি য়াশ্নিনা। ঐহাক অমুক হয়া য়াশিগী হোটেলদা চা থকখিদ্রে। নুমিত্তু নুমিদাং তুম্না য়াখিদে। থনখি মাগী মরাল করিনো? মাগীদু ঐবু করেম্নবা নত্তবরা? মানদি চুমনা হায়বনি হায়ন্নি। করিগী ঐনা অদুক লুথনা খল্লুরিবা? য়াশ্নিনা ওসি হংলকলিবা য়াহংসে মীপুম খুদিঙমক্না হংবা য়াহঙ নত্তবরা? ঙাঙনরমগনি, হায়নরমগনি, কল্লক পেন্নরমগনি। ঙাঙজসনু, হায়জসনু, ঐহাক তাখ্রোই। উথ্রোই য়েংথ্রোই।

নোংমস্তু ঐনা ওজা ওইরম্না স্কুলদুগী ফাউণ্ডেসন ডে চংখি। লোইরকপগী ষ্টাফ মেম্বরশিং, ইনভাইতিশিং ময়াম য়া য়া লাওদুনা চা থক্লিঙৈ হেড মাষ্টরনা ঐঙোন্দা হায়,

–"ওজা তোম্বগী ইমৌদি অদুম ওজাগী নাক্তা লৈরিব্রা?"
ময়াম পুম্নমক তুমীন তুমীন লৈনৈ। কাদু পুমচিক চিকখি। মপান্দা ছাত্রশিংনা য়ারী শান্নবা, তপ্পা খোংবা মাইকী মথোলদু কাদুদা চঙলকপা নত্তনা। থক্লিবা চাদু থমলগা পাউথুম পীগে হায়দুনা মায় হেক নোনখংলকপদা মথোয় পুম্নমকী মীংশিং অদু ঐঙোন্দা লোয়নমক থম্লকখি। ঐগী পাউথুম ঙাইরি। নিঙশিঙলকই স্কুল অসিদা ঐনা ওজা ওইবগী ইন্টরভিউ বোর্ড মেম্বর খুদিংমক্না ঐগী পাউথুমগীদমক্তা ঐঙোন্দা লোইনমক য়েংলকখিবদো। ঐনা খুমখি,

–" লৈরি ওজা।"
ঐগী পাউথুম হেক ফংবগা ষ্টাফ রুমগী চাউ শাংলবা টেবলগী অকোয়বদা ফম্লিবা ময়ামদু অমনি–অমনি ওশিন্নদুনা য়ারী শানখি। থম্নখি ঐগী পাউথুমগী মরম, লৈনরী ঐগী য়াকম। ঐগী ময়োক্লবদা ফম্লিবা ওজা শ্যাম হাইরপ নোকখি। ওজা শ্যাম নোকল্লি। মথন্তা পঙনোক্তা নোকনবা মীনি। হেড মাষ্টরস্তু ওজা শ্যামগী মতৌদুদা হাইরপ নোকই, মকা লামদনা। পুম্নমকশিং অদু ঐবু করেম্নবা নত্তবরা? অদুবু শ্যামদি? মাদি নোকনবনি। ঐগী ইমান্নবনি। মহাকস্তু মরায়বক থীরবনি। হন্দক থা অহুম মরিগী মমাঙদা মাগী নুপী লৈখিদ্রবনি। ঐগী নুপী লৈখিদ্রবগী ওল্লকপা চহীদা নোংমা হোটেলদা মহাক্না,

–"নুপী অমা য়েংনবা তৌসি। ঐথোয়মক্না পুন্না অহলমকস্তু নত্রিবনিনা।"
মানা তুঙ মাঙ হাইরপ য়েংলগা,

–"নচাগা নমৌগা কেনবা উরগা নঙনা তুম্না য়ারোইদৌবদো?"
ঐনা হায়খি,

–"ওইথোক্লরোইদবা য়াদুনা থন্নরম্নগা করি কান্নগদৌরিবনো?"
মানা মঙজো ইম্বোক্লগা হায়রকই,

–"কল্পি তৌবগী ওইথোক্লরোইদৌরিবনো? য়াম্না ফবা অমা লৈরে। ঐ শিনগে।
নঙ মাবু হেক উবদা ঙাওদবরা য়েঙঙু হায়বা।"

ঐনা কন্না হৌনা নোকখি। মহাক ইঙক ঙক্না ঐঙোম্পা য়েংখি। মথা তারকখি,

–"ঐদি মাবু উবদা ঙাওরবনিনে। মায় নুপাদু থা ফাদনা লৈমিমরমুগা এক্সিডেন্টতা শিখিবনি। থৌবালদা অমুক মমুম পাল্লুরে, পাখঙ অমদা। মৌনি থঙলকপদগী মদুম্থ থা ফাখিদে অদুম থাইনরক্রে। হৌজিক লিলোঙ কৈথেলদা পান দুকান ফম্লি।"

মহাক্না হায়মনবদগী কা চাক্লম নোংমা। অশেংবমক মানা হায়বদু চুম্মী। ফজৈ। অঙাঙনি। মমা অশোনবী অমথক লৈরি হায়। মবুঙ অমথক লৈবদুদি নুপী মম্মুমদা লৈখ্রে হায়। মাগী হাত্তক্কীদমক। মাগী ফজবা মশকতুগী কন্নকপতা নত্তনা মানা ঝারিবা, তারিবা দশা অদুদা মাবু অমুকম্থ নুংশিক্লরি। ইথন্তা ফমুঙথক্তা নুমিদাং কয়া থনখি –মাবু লৌশিনবীরসিরা? সংসার হায়বসি নুংঙাইনা হিংগদবনি। করিগী ঝানা অমুক লেল্লুগদগে? পোকঙমদলা পোকপা তাইবঙ মপোকনি। নুংঙাইথোকপা, হয়াও তয়াম্না অসি নত্তরা মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সি। নোংমা শিরগদবা পুন্সিনি। করিগী ঝানা অমুক লেনফম থোকপগে? অদুদা অমুক, ইচানা ইমৌনা ঐবু করি ওইনা লৌবা? স্কুলদা, লৈকায়দা, ইচাগী মরুপ মপীজাশিংনা, ঐগী শাগে নাতেনা ঐবু করিনি হায়না থনখিনি। হয়, ঐ ঙম্লোই। ঐ লাক্লে। ঝাথল অসে ওমরে। ঐবু হৌজিকপু নুপী থিবা। হে অঙাওবা পুক্লিঙ, করিগী নঙনা ঐবু নত্ত নত্তবা ঝাথল থলহল্লি? ঐবু হায়খিবা নত্রা? হায়খিবতা নত্তে ঝাশকখিবনি। ঐহাক ঝাশকখিবনি। মহাক্কী মফমদা । ঐগী থব্বায় ওইবীদুগী মফমদা। ঐনা করিগী ঝাশক থুগায়গনি।

নুমিত্তু মহাক মশাদু নোংনা পুমলুপ লুপখি। মরিঙজেল থায়, অঙম তাল্লিবা, থারিবা পোৎতু লোইশিনগদৌরিবনি হায়দুনা। মাগী য়াম্লবা শমদু পুমচোং চোংখি। য়াচংবদুদা কংবা ঙমখিদে। মকোক চিকথ্রগা ফত্তবা মাগী কোকচিকপীদু মতম কুইনগী মতুঙদা অমুক হৌরকখি। কয়াদা তমথীথ্রবা কোক চিকপগী লায়নানো? ফার্মাসিনা তাক্লকপদগী মশা পুম্বা ডিজ্ঞ কৌতাদুমা তৈশিল্লগা নোইবীখি। ঙাল্লবা ট্যবকী মৈঙালদুদা ইচা ইবুঙঙোনা মমাগী থোম্নাং চিংবা মথৈ চিংলম্লগা মায়থোঙ থাজদো পুমঙাল ঙাম্না তুম্লি। নাকল্দুদনা মশাদা মফি অমত্তা থোংদনা ঐনা ডিজ্ঞ তৈরী নোইরি। অমুক উঠী, অমুক লোংঙী। মতম অমদা ইমাঙদা লেম্না ঙমখিদবী মানা ঐবু করিস্থ হঙোইট্রি। ফুক হৌগংলগ্যা থৌরিদা চেজেং কোন্সিল্লকই অদুগা হায়রকই,

–"ঐসি শিরদি নঙ নুপী অমা থিগদ্রা?"

জগৎ সংসার অসিদা থ্নায়দগী নুংঙাইবা, থ্নায়দগী নুংশিবা থৌদোক অমা হায়মু হায়রবদি ঐহাক হায়গনি, –'নুংশিবীনা নুংশিনা ঙক্তা চেজেং কোনশিল্লগা ওইনরকপা'

অসিদগী অমুক হেন্না নুংঙাইবা, নুংশিবা, করি অমুক লৈরম্বিনি।
ঐনা,

- "নঙবু শিদোয়রব্রো?"
- "করিগুম্বা শিয়রবদি?"
- "ঐনা নঙবু শুঙনি শিহন্রোই।"
- "মদুবু ঙমগদ্রা?"

তশেংবমক ম্বাফমসে অনীগুবা মিকুপতা খক্লবদি লায়রদুনা তাবা কাওবা কিরকলে। অশিবা, ঐখোয় অনীগী ইনাক্তা লাকহনিঙদে। ঐনা হায়খি,

- "কোক খজিত্তং চিকপগী, শিবগী বাখল খল্লিবা?"
- "ইচা নিংথৌসি নুংশিদ্রো? নঙগী চিনবান পানবসে।"

ইচাবু নোনথরগা চুম্নী। ঐগী চিনবাগ্দা অমুকন্থ চুম্নকই অদুগা হায়রকই

- "ঐনা শিঙ্গবদি ইচাসে অতোপ্পীনা য়োকপদি ঐ কিজে। নঙ বাশকউ -ঐ নুপী থিরোই হায়দুনা।"
- "করিগী নুপী থিরগনি।"
- "অদুদি সুম্নাইনা হায়য়ু -'হন্দমুক মপোক অসিগ্নগী ঐ নঙনা কনাদম্থ হম্না য়েংলরোয়। হেক য়েংবদা মপোক তরেংতলক লোয়োক তাপ্রগে। হায়রো।"

মখুং য়েংতু ঐগী কোকতা থাংগৎলকই। ঐনা, মানা হায়রিবা মকতু হায়রগা মপোক কোটিরক লোয়োক তাপ্রগে ওম্নোকপী। মহাক্না ঐবু চেজেং কোল্লগা, ঐবু হজিন-হজিন চুপখি। ঐহাক নোকনিঙবনা খাঙবা ঙমখিদে। মানা সং লেপ্লগা

- "করিগীনো নোক্লিবো?"

ঐনা নোক্লা নোক্লা খুমখি,

- "হৌজিকী বাশকপদো, ঐগী কোকতা নঙগী নখুত্তু খমলিবা করিগীনো?"

মহাক শিথ-শিথ নোকখোয়রকলে। হায়রকই,

- "সিনেমাদা তৌরিদুদি।"

ঐখোয় অনীগী নোকপদুদা ইচা ইবুঙো হৌরকখি। মহাক্না ইচা ইবুঙো লৌথৎপ্রে অদুগা ঐবু ইম্নোয়রক্লগা মিংচিনা হাইরপ য়েঙলকই। মানা খল্লিবা, ঐনা খল্লিবা, মানা য়েংলল্লিবা, ঐনা লৈরিবা, ইথঙ খঙনৈ। ইচা ইবুঙোনা ঐখোয়বুদি থঙবা নত্তে। ওহ ! অসিনা ওইরে, নুপা নুপী থম্মোয় অমত্তনি, হকচাঙ অমত্তনি হায়রিবা।

ঐহাক মপান থোক্লরোয়। ইশুনা চাউথ্রিবা কাওবা, কনাগীম্থ ধর্ম্ম কর্ম্ম চৎলরোয় খল্লকপা অমদি চৎলকতবা কুইরে। অদুনম্থ ঐবু লৈকায়গী থুনগী বার্ত্তন তৌরকত্রবনি। নোংমা নুমিদাং বাইরম অমা ঐখোয় খোঙ্গালদা শ্যাম সাইকল অমগা চঙলকপা উই। হখলৈ,

–"মমা মচাদি কনায়না নৈ?"

ঐখোয় অনীমক শুমাঙ মতোন্দুনা ফম্মিন্নে। মহাক ঐগা লৈকায় অমত্তদা লৈমিন্নরকম্বু স্কুল অমত্তদগী হৌমিন্নরকখি। কলেজ তমিন্নরকখি। লৌখৎতবা স্কুল অমদা ওজা ওইমিন্নখি। শাংলা বানা থাঙমিন্নরকখি। মাগী নুপীগী ফিরোইগী মার্জন তৌবা লাকলিবনি মহাক, ঐহাক লাকলোয় হায়বগী। ঐখোয় অনী ঙাওমিন্নরকই, হৌমিন্নরকই। শ্যামনা হায়,

–"ঐনা লাক্লিবসি, নঙ কনা অমত্তগী কর্ম্যা চৎত্রে হায়বা তায়, ইচানুপানা চৎকে হায়হৌরিবনি। নঙগা মারী থরম্বু শান্নিঙঙী। অদুগীদমক্তা ঐহাক লাক্লিবনি।"

ঐনা হায়খি,

–" শ্যাম ঐহাক মীসে অশেংনা কিয়ে। কনা অমত্তা মিৎসিদা উনিঙত্রে।"

–"নঙ' খল্লিবদু চুম্মী। ঐ খঙঙী সমাজনি, সমাজ অসিদা চৎনরিবা, ঙসিগী লোনচৎ শাজৎ, করেক্টর ময়াম অসিনা নঙ ঐনা ফনা চুম্না চৎলবম্বু মফমনা মতমনা, জোনডিস লায়নানা নারবা মীশিংনা পোৎ থুদিঙমক শাপু মচু ওইনা উরকপগুম, ঐখোয়বু চুমনা উবা শুকগুম ঙমলোইনে। নঙ ঐ সংসার অসিগী মী মরক্তা হিংলিবনিদো নঙম্বু খল্লু। অহল ওইরবা নঙনা ফাওবা অদুমনা খল্লবদি ইচা শক্লবী ইমৌনদি কন্নবা হিংবা ঙমগনি। ইচাগী ইশুগী নহাক শোয়দনা হিংদবা য়াদবনি। মীয়ক অসিদা। ঙসি ইমৌ লৈরমদবসি ফরে। ঙসিদি নঙোন্দা বা থরা হায়নিঙঙী। নঙনা লৈরিবসি য়ুমদোমপোক, নঙ, ইমৌ, শিক্লিবী ইশু, কনানদি চুম্না হায়বীগনি। নঙদি নুপানি, অহলনি, মীনোক মৈশা খাঙবা ঙম্লবা, ইমৌদি নৌরিবীনি, অঙাঙনি। মীনোক মৈশা মায়োক্লবা ঙমদ্রিবী, কন্নবা নৌরিবী অঙাঙ মানা অসিগুম্বা মীনোক মৈশা অসিদগী ঙাকথোকচবা ঙমগনি। ইমৌ অসিনা হেন্না মৈশা লাংলিবনি। মীনোক মৈশা খাঙলিবনি। খাঙবা ঙম্লিবমথে খাঙখিগনি। খাঙবা ঙমলক্তবা মীকুপতা কন্নি ওইখিবা নহাক খঙবা ঙমব্রা? অদুনা পুন্নমকসে কন্নবা মীনা লান্না থল্লিবা কন্নাসে কোক্লনবা নহাক নুপী অমা থিবা তাবনি। অদুত্তনা অফবা লম্বী ওইগনি। নহাক মসি য়াম্না মুন্না খল্লু। মীওইবা, সমাজগী মনুঙদা হিংলিবনি করিগী ঐখোয় নাইথেদুনা লৈগদৌরিবনো? নঙ খল্লু। নখোয় অনী শুরগা ইমৌ অমদি ইশুনা হিংবদি কনাগীম্বু মীনোক মৈশা চঙবা ঙম্লরোই। নহাক হিংদবা য়ানবনিনে। পীক্লিবী নত্তগী নঙ শিবা য়াদে। ফরে ঐ অমুক চৎলগে। নহাক ঐনা হায়রিবসে মুন্না খল্লু। ফিরোয় শোয়দনা লাকউ। নঙ লাকত্রবদি ঐ শাউগনি। ফিরোয় লাকপদা নঙগী অশেঙবা পাউথুমম্বু পীগদবনি।

নুমিত্তুগী অহিঙদো ঐহাক তুম্বা য়াখিদে। কয়ারক খনখি, নোং ঙালখিবা

খণ্ডহৌদে। ইয়া মায়কজারে। কৈজোয় শেংলিংজা ইবৌনা হায়রকই,

- "কনায়নো বাজিনা চংগীনদৌরিবসে?"

- "কিয়োয় অমতা চংকে, কিয়ামৈগেদা।"

- "সাইকলনা চংকদৌরিব্রা?"

- "উম, সাইকলনা চংকে।"

ইবৌনুপীনা সাইকল তৈথোক তৈথোকনা,

- "কনাগী কিয়োয়নো বাজিনা চংতৌরিসিবো ?"

- "নঙগী বাজি শ্যামগীনি।"

সাইকলদু ইন্নগা খোঙ্গাল থোরক্লে। ঐনা খোঙ্গালদগী লাউবি,

-"ইবেম্মা ইপাগী ঘড়ী কাউরম্মে।"

ঘড়ী পীরৈ। গাড়ী হেক তোংখৎপগা খল্লি -ঙসিদি ঐগী পুক্লিঙগী অয়েঙ্গা খণ্ডহল্লগনি। অদুবু বাশকতি কায়বা তারব-কো। ঐগী পুক্লিঙ ইরাঙ লাওলম্মী ☐

## মস্থরক্লবদা পুন্সিনা

অস্থক কুইরবা তুংদা ঙসিদি ঐবু বেব্যাহার তৌবীরকই, মচা নুপাশিংনা। মচা নুপা অহলনস্থ অস্থক কুইনা কৌরবস্থবদা ঙসিদি ঐবু তরাম তরাম ওক্লি, কৌরি নুংশিনা।

মী ওথাক তিল্লে। ময়ায় ওইবা শোরাং অমগা পাংথক মান্না মী তিল্লে। করিগীদি তিল্লোই, থবক তৌরবা মচা ময়ামগী শঙ্গনা মশানা য়াম্না তারবনি। শুমাঙ থেলোং মচি-ময়া মীগী মী ভাক্তা ভায়ম্রি। শোরোক, খোঙ্গাল জীপ, কার কয়ানা

পীক থজি। অজিনা অসুক য়াম্না মী থিজনবসিনদি লোয়াখৎতি নিংথেম কীর্ত্তনগী হেনগনি। অচং-অওক্না ঙাঙনৈ, থৌরে। করিগী য়ামনোই মধুগী মচাশিং মনাই মপাল ফংবা ওফিসার য়াওরি। বাফমসি লম্বী অচং-অওক্না খঙডী।

মধুগী মচল ইবেতোম্বী, লমশাং ওঙবীনা শিথ-শিথ কপ্লিবা খোজেলদু তারগা থম্মোয়সে নৌথোরকই। ঐগী খোঙ ময়াদা তুরগা কপলকপদুনা হকচাঙসে খঙলোন লোনথরকপগুম তৌরম্মী। পীক্লিঙৈদগী থিজরকপনি মধুগা ঐগা তম্বন-থানদনা হৌমিন কামিন্নরকপা ওইবনা। ইবেতোম্বীনা থম্মোয় লোক্না কম্লদু উরকরগা ঐস্থু খোজেল খোক্না কল্লী। পি নৌরকই। হয়াওনা নুংঙাইনা শান্নমিন্নরম্না ইস্নুঙ ইমান্নবনা ময়ুমদা চংনখ্রগা পাক চাউরবা লমহাঙ অমদা ইথন্তা লেপতুনা লৈহৌবগুম ইশাসে পুঙপঙ পঙশিল্লম্মী।

পুঙ-ঈশেগী ওজাশিং খুরুম্না হৌরক্লে। মধুগী মচা মথেম্থু শাংনা শাংনা দণ্ডবত তৌরি। খোজেল খোক্না বাজি বাজি কৌদুনা কপলি। অষ্টগী ঈশে শকপা হৌরক্লে। মপুরোইবশিংনা কপনরক্লবদা মাগী মাগী সহধর্ম্মিনিশিংস্থু খোজেল হৌনা হৌনা কপনরকই। হো বাজি, হো বাজি হায়বা হৌনা হৌনা কল্লা খোজেলগা পুঙ কোরটালগী অহৌবা খোজেলদুগা পুমতোৎ তোংশিল্লখিদুনা পুমনীল নীল্লি, পুমলাঙ লাঙলি। ঐগী নাকোঙসিদা মথৌশিংনা কপলিবা খোজেলদু তারগা বাসোক শকপীশিংনা তালগা চাননা পুঙ কোরটালগী তাম্না মরকতা চোংশিন-চোংশিন অঙম্বী থাদুনা লাউরগা শকপা ঈশেগুম তারম্মী। থম্মোয়নুংদা ওমচাক চাক্লকই।

নিঙশিঙলকই নুমিত্থু .......।

– "বাজি বাজি।"

– "হম।"

– "সনসম বাজি মধুদো, তুরেন্দা তাশ্রেনা মী য়াম' লাঙনরে তুরেলপান্দা।"

– "উম তাম্লসনু। মদুনা ফরবনি। অবা অনা পুম্নমক কোকএদনা। ফরে ফরে।"

– "বাংমা অসোমগী মীনা ৈররকপনি হায়রে। বাজি মধুনেনা ময়াম পুমনমক লাঙনরে। লাং থাক্লনবগা তৌনরে।"

– "তৌবনু তৌবনু। চোংথগেনা চোংথদ্রবনি। লৈরিঙৈদনা থবোই বাম্মোয়দবা।"

ঐনা ঙাঙলিবসি ইমৌ নুপীনা তম্রা তাদম্রা থঙদে। মথৌ গুবা চংখ্রবা মান্নে। ঐগী ইমৌ অসি ওম্বোক্লা ফশ্রেদা। ঐসি কয়াদা লাইবক ফগ্রবা। মানা ইমুঙ অসিদা হেক লাকপদগী ঐনা নুংঙাইতবা পামদবা থবক অমত্তা ঙসিফাওবা তৌবা উদ্রি। ঐদি ইচা নিঙোল পোকপন্থ নত্তে। নিঙোল পোক্তবনা মীগী মচা নিঙোল নুংশিবা খঙদ্রা হায়বদু অরানবনি। মহাক ঐগী ইমৌ নত্তে ইচা নিঙোলনি। মমা অরুবগী মচানিনা ফবা তাবনি। য়ামেদু ফগ্রবনি হৌনা লোমচংতগী, মীওক মীচান্দগী, মীকৌ লাকৌদগী

ওয়্যোক্লা। মতমদু নুংশিদা। ঐনা জেনেরেল সেক্রেটরী মালা ম্যেগাজিন সেক্রেটরি। স্কুলগী, অদুদগী কলেজগী থবক কয়া কয়া শুমিন্নখি। অবা অনা কয়াদা, লৈবাকী থৌরম কয়াদা শরুক য়ামিন্নখি। মাস্থু মরাইবক থীরে হৌজিক্তি। মপুরোইবা লৈখিদ্রে। ঐগীস্থু নুপী লৈখিদ্রে। ঐগী ইমৌসে মমা য়াথেমক্তি। বাঙাঙ শাঙাঙদা তৌথোরকপা থবক্তা। মনেম অদুগা লৈজরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইজরমগদবা। মমৌবু কয়াদা নুনা তৌজগদবা। হন্নাওজবনা মমৌগী সেবা তৌগেদুম হায়গনিদো। মরাইবক থীবা, পুন্সি তেনগনবী হায়বদুনি। ইমৌগী সেবা কংদনা পুন্সি লোইখিবা নরায়বক থীদকো ইবেম্মা।

মশাগী ময়াম লাঙনবগী মথোল তায়। মধুনা তুরেল লৈয়ায়দা লেপলগা চোংথখিবনি, মশানা শিজয়গে হায়না তৌজগ্রবনি। ইরুজবদনি। অমুকী তুরেলদা হকচাঙ শেংদোকপা কুমবদনি, কনা কনানো অমগা অমগা পঙঙাঙদা ঙাঙনবা।

ঙরাঙনি ঐনা মথোয়দা চংলুবদু, মশা ঙমদে পাউ তাবদগী। লৈকায়সিদা ঐথোয় মরিদা ঙায়শিন্নক্রে। অসেম তোমচৌনা ঐথোয়দগী নাউয়োল অমা হল্লি। মপোক ফগ্রবা তাদনি। ইতৈমস্থু লৈরি। সেয়াম অমুদোলদি ঐথোয়না নাউয়োল অনীগী ময়াদা হল্লি। মথোয়স্থু মতৈ মনাও লৈরি। লাইবক থীবা হায়বদু ঐগা মধুগা মঙায়রে। অদুবু মধুদগীদি ঐনা লাইবক ফবা য়াম্না হেল্লি। ঐগী ইচানুপা অমতনি। এ:জি: ওফিসতা একাউন্টেন্ট ওইরিবনি। ঐগীদি মথনতা পোকচবা অতাঙবনি। মথন্তুস্থু মখাদস্থু অমত্তা লৈত্রবা। ঙসি ফাওবা ঐনা পামদবা, ঐনা য়াদবা থবক অমতা মহাক্না তৌখিদ্রি। য়ু থক্তে, জয়দা চাদে, চুরুপ থক্তে। মধুনা ঐঙোন্দগী হেল্লিবা হায়ববু মচা নুপা মরি শুবদুনি। মধুগী মচানুপা অহল অন্দয় সেক্রেতরীনি ফম চাউরবা। মনাই মশল লৈরবা ওফিসার ওইরে। মচানুপা অহমগুবদু হায়স্কুলগী হেদ মাষ্টরনি। অতোম্বগা অনীশুবদুগনা ক্লাক ওই হায়। নুপীগী মীচঙ চঙনবদা মচানুপাশিং দ্রো-দ্রা কয়া তৌনদে হায় মধুনা। মমৌশিংদু মীচঙ শেমনদুনা খংনবী, ঙাঙনদবী তৌবি হায়। মধুস্থু অমদা অমুক চা অমদা অমুক চা কোয়হোঙ হোংলমলবা মতুঙদা মথন্তা তোঙান চায়বনি। মমাঙ শঙ্গোয় চেক্কী, অন্তর তৌদবা অমথক লৈরিবদুগী কাচিন অমদা, ফকলোঙ অমনবা অমনা থাদুনা। শঙ্গোয় কাচিনদুদা ফকলোঙ অমনবদুনা থারদুনা ফমুঙ অমথক থাই। মদুদা মকোক মরু খুমজিন্নগা হিপলম্মী। ঐনা মশা নোমলগা হৌদোকপদুদা মকোক খুমলিবা ফিদু হায়দোরকই। অদুগা হায়রকই,

–"কয়াম কুইরে? উস........।"

ঐনা,

–"নঙবু লাইহৌ হৌরব্রো?"

–"য়াম্থ চিকপা, লিংথমম্থ চম্বা।"

–"য়া চিকপগী মনিলদুনা হৌবা লাইহৌ ওইরমগনিনে, চাকা কম্রিমত্তা চম্রবগে?"

–"উম চাত্রে।"

–"কৈদৌডৈদগী চম্রবা?"

– "ওয়াঙদগী চাত্রে।"

–"অদুনি শিরগে হায়রব্রো?"

মমিৎতু ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংলকই। মপি ইয়া চেল্লকই। অদুগা,

–"নঙদি নচাম্থ কবা, নমৌম্থ কবা। নশুম্থ কবা। ঐগীদি উ...উ...।"

মহাক উ ... উ..হায়দুনা কপখৎলকএ। ঐনা কমুঙ মচিন্দা কমলগা খেমলুই।

–"পাঙদবা থবক তৌরমনুনা অহল ওইরবা কালসিদা। করিগী অদুক শোম্থরি। নঙ-
নচা মখৈনা তায়গা কত্তদে।"

ঐহাক, মথু য়াম্না মথম্মোয় শোক্রে খঙঙী। অদুবু ঐগী করি উপাই লৈ? নুংশিনা
হৌখিন কাম্নিজরকপা, ঐগীদা থম্নবম্থ ওইখোকপা য়াগদবা বাকমম্থ নওবা। ঐগী
উপাই করিম্থ লৈত্তে।

নোংমা মানা হায়খি,

–"বোনধু (মানা ঐঙোন্দা সুরচাম্থ হায়বগী মহত্তা বোনধু কৌব্রি) নঙদি অরুভঙ
পোকপদা মরু অচঙবা ওইনা পোকই। নচা কবনিনা নমৌম্থ কৈ,নশুম্থ কৈ।
মীওইবনা মচা পোকনরিবসি করিগীদমক্তনো? ঐনা পোক্রিবা মহাপাপী মরি
অসি উরগা কনানা মচা পোকলিঙগদগে?"

ঐহাক মাগী বাঙাঙসিদা খজিক্তঙ পাখৎলি। মাগী মমৌশিং তাথ্রবদি হায়দুনা। ঐ,
তুং মাঙ য়েঙঙী। অদুবু মহাক্তি করিম্থ খৌসাদনা মানা ঙাঙগদবদু অদুমক ঙাঙলি,

–"মমা কঙঙী মচা বারকইবনেঐনে, –হনুবসিগা করি তৌবগী ঙাঙনরিবনোঐনে
ঐবো? ইচানুপানম্থ মতু বারকইবনেঐয়ে, হনুবা মথোঙ হকত্রবসিগা পঙাঙ
ঙাঙনগনোঐনে। মতুশিংদি বারকপা ঙমদে। ঐবু তুমীনা অদুম লৈয়ু অঙাঙনুবীগা
চগৎ চগৎ ঙাঙনগনোঐনে। ঐবু বারক্রিবা। ঐবু অহল ওইরবদি জাল খরা
তাওঐনে। মচানা মতুনা ঙাঙলিবা তৌরিবদু য়েঙলিঙ তানিঙদ্রবম্থ না মেনশিন্দুনা
মিৎ উইশিন্দুনা তুমীনা পঙলৈ মরৈয়োঐনে। ইচানুপাশিংনা ঐবু বারক্রিবা।"

ঐম্থ হায়খি,

–"চুমদ্রো নচাশিংনা হায়রিবদো? নচা নও নমৌশিং অসিগা চপ হেক মান্নে।"

মানা ত্তনথুম খুমলকখি,

–"নচা নমৌ কবনিনা নঙদি কদায়দগী খঙলদগে। ইরুজ্ঞানবা ঈশিঙ খজিক্তা
শাহন্নো হায়ববু ইমৌনুপীনা হায়রিবা 'ও পুত্রীদা চৎলগা জোম'ঐনে।"

ঐনা হায়,

-"নচানুপাদুদি অদ্রা?"

-"ইচানুপানবু খন্না হেজিঙ্লি, গ্যাসনা গ্যাস তাণ্ডবসিদা ঈরুম্‌ লুজদনা কোক চারন্থ য়াবদুবুঐনে।"

-"অদু নচা অমগীদা অমুক লৈবা য়াদ্রে?"

-"চপ মান্নেনে বোনধু নগুবো। মখোয় লোয়নমক অমতনিনে। মপা মচা মখোয় মখৈ মাঙ্গোলদা চা থকনি, নপুগী চা অসি পীরম্চো হায়বা ইনাসিনা তাদ্রি।"

ঐখোয়দা নোংমা শুমাঙ মচিদা ফম্লিন্ডেদা ঐগী ইমৌনা চা অনীগা ব্রেট অনীথকা পুখোরক্লগা,

-"বাজি চা"

হায়রগা পীরম্বদু উরগা মমিংতু ঈরা হৌরকখিবদো, ঙসিস্থ নিঙশিঙলি। ঐনা টৈখি ,

-"মধু নঙসিমা নপি নৌদ্রে। হেক নুপীদু'ঙাই।"

যন্না কুইনা চা পায়য়ু হায়বা য়াদে। ব্রেট অনীমকতো লোয়না চাদ্রে। নুমিদাংদু চাক চাদে হায়। মান্না হায়,

-"অমগনা নোংমা নিনি চা খন্না থক তৌরগা লেনবা, তনদবা নুমিৎতনা চাক থোংলগা হেক চাবা।"

* * * * *

ঐনা মধুদা হায়,

-"অচিকপা য়াদু কোক হেক শংতোকলগা লোইরে। ফমুঙদা অশিন্নগা হিপতুনা লৈলদবগী শরুক।"

ঐনা হায়রিবসি মহাক খুমদে। মচা নুপা অতোম্বদু করিনোমা শুমাঙদা কন্না শেম্না লাক্লি। মচাগী শাম্নপোংলা খঙদে। মচা অপীকপদুগা সেমলিবদু চুম্মী চুমদে ঙাঙলরি। ঐনা মচানুপাদুদা হায়,

-"ইবুঙঙো নঙ' বাজিসি, য়া চিক্লে হায়দুনা হিপতুনা লৈরে, লাইহৌস্থ য়াওবি হিদাক লাংথক খন্না তৌনে।"

ঐঙোন্দা হাইরগ য়েংলক্লগা খুম্লকই,

-"মাম্মা (মাগী মচানুপাশিংনা ঐঙোন্দা মাম্মা কৌরি) মায়না ফজখিনি, অহলদি ওইরগা অহলগী লমচংতি চংতে। ঙাওফিং ঙাওফিং মথেলা চিকলুরজাংলা। ত্রেলসিন অমা চারগা মায়' ফজনি। 'নাউ-নাউ'" ঙাঙনা ঙাঙনা কন্না কৌরি।

-"নাউ-নাউ।"

ইমুঙদগী মাগী নুপী ওইরমাদ্রে খুমলকই,

-" করি হায়রগে মোর 'বা?"

-"ঐখোয়' ক্রেসিন লৈরিব্রা? য়া চীকখই হায়রিবসি ক্রেসিন অমা পীখো।"

-"কনানো করিনো?"

মঙ্গোলদা খোল্লকই।

-"আ শঙ্গোয়দা, ক্রেসিন অমা পিখো। য়া চিকএ হায়রিসি।"

-" চাবু চাবীগত্রো ঐখোয়না পীবা ক্রেসিনসিবো? নোয় পীজৌ 'খোয় ওমজদে।"

ঐহাক তাবা ঙমখিদে। মপা অমগী মফমদা মচা অমনা ঙাঙলিবা বা। মধু কন্না য়াম্না ফত্রবা ইমুঙ অমগী অহলনো? মখোয়বু মপানা মমানা মী ওইনবা শেমলকখিবা নত্রা? মপা মমা লৈরমত্রবদি মখোয় সংসার মশক থঙলমগত্রা? মখোয়না নুংশিরিবা মতু, মচা, মবা উবা ফংলমগত্রা? কয়াদা ফংখিদ্রবা। চুম্মী, মধু য়ু থকই। ঐখোয়নস্থ কনা হায়রবনি। নচানা নমৌনা য়াদবা থবক্তু তৌরম্মনু হায়দুনা। মালা হায়,

-"বাথলসে পোথারিবনিনে। ঐ য়ু থক্লগা ঙাওবা নত্তেনে। বাথল নুঙাইতবসে ফনবা থকপনি। কনাদস্থ ঐ য়ু থক্লগা করিস্থ হায়বা নত্তে। নঙবু ঐনা য়ু থক্লগা কনা ঙাঙবা তারব্রনে বোনধু?"

-"তাদে নঙনা হায়দে অদুবু নচাশিংনদি ঐঙোন্দা বাকংলক্রিবা। হনুরগা য়ু ঙাওবদো নচা নমৌশিংনা পামদে।"

-"মখোয়দা ঐনা করিস্থ য়েংপা নত্তবা, করিগীনো মখোয়না শাউরিব্বো?"

অসিনি মহাক্না খুম্লকদবা য়ু থকনোবু হায়রবদি। তৌববুদি মহাক য়ু থক্লকপা মী অমদি নংখিদে। মাগী নুপী শিজদো মমাঙমত্তন্দা শিখিবনি। মহাক্না কনবা ঙমখিদবনি। মমৌগী মপামদম্ব,লুহোঙবা অমা য়াওরুম্নগা হল্লকপদা মখোয়গী খোঙ্গাল ময়াদা য়ামাহ (মোটোরসাইকল) অমনা খোমজিন্দুনা মাগী পাম্মোমদা কোল্লগা পুন্সি লোইখিবনি। শিজনা মপোপ করি অমতা কায়দনা পুন্সি লোইখিবা নুমিত্তুদগী মহাক অঙাওবগা পাঙথক ওইরকখি। ঙাওচংনরকখি। মতম থরগী মতুঙদা য়ুনা মাগী পোথাফম ওইরকখি। শিজনা লৈরিঙে মমা মচা মখোয় কয়াদা নুংঙাইনা পাজরম্মা। ঙসিদি কদায়? মীগা শোক্না শম্নবা য়াদ্রবা অঙাওবা অমগুম শঙ্গোয় মচিসিদা মথন্তা হিংলি। মাগী মচাশিং অসিনা মাবু অঙাওবা মীরোল থোকত্রবা অমগুম লৌরি।

মধুগী বাথল করিগুম্না অমা তৌরব্রা? নোংম্না শরাঙথেমগী বৈরবী লৈতবগী দশা হোমগী লাইরিক তারুম্বগা হল্লকপদা হোটেলদা মালা হায়খিবদো,

-"সে সে ইবেম্ম্যা, লোইনা চাহৌরো।"

মালা পুরকপা হৈরুক নুংলুক থরদু হোটেল ফম্বীদুদা পীখিবনি। হোটেল ফম্বীদুনা কা য়াওরিব্রা হংলকপদা। হোটেল ফমলিবী ইবোতোনগী মমৌনা -কবোক্তা অতে হৈরুকসিদি নত্তশিংগী পুত্রো, কা মতপসিমদি ঐ চায়গে হায়রুম্বদা মধুনা হায়,

-"ইবেম্মা মপ্ত চারো, ঐগী ইভুপা অমত্তা লৈতে।"

ঐনা মধুনা হায়,

-"করিনোনে ভাঙলিদুবো?"

মধুনা তনখুম খুন্নকই,

- "ইভুনেনা পাখোল অমত্তা হায়রম্বদা লৈতুমনবু লংখ্রম্মীনে। মমা মপা অমত্তা ফত্তবনিনা মচাশিং অমত্তা ফত্তে।"

ইবোতোনগী মমৌনা হায়,

-"অদুদি কনাদা পীজনবা পুরক্লিবা হৈরক্লো অসিদি?"

মধুনা খুম্মী,

-"লমীদা থেংনবা অভাওশিংদা পীজগে পুরক্লিবনিনে।"

-"খুড়া নত্তশিং লৈনা লৈনা মীগী মচাদা পীজবদো ফত্তেদা।"

-"ইবেম্মা নুংশিদেনে। নুংশিউ য়াদেনে মোল অসিনা।" .

-"খুড়া নমৌ মরিদুবু অকবা অমত্ত য়াওত্রবরনে?"

ইবোতোন মমৌনা হায়। মধুনা খুম্মী,

-"তোঙান চারে ইবেম্মা ঐ, ঐগী ইচা অমত্তা য়াওদ্রে। ইমৌশিংগী লোইনা ওইখ্রে। মপা নিঙবা মচা অমত্তম্থ য়াওদে, ইচানেনা। ইমৌশিংগী খুদোম্নী মতোনদা লোইনা তোংও লৈখ্রে।"

-"নচাবুদি নমৌগী ওইখিদনা কনাগী ওইদোইনো খুড়া?"

ইবোতোন মমৌনা নোক্লগা লক্লরকই। মধুনা চাদু থকনা থকনা খুম্মী,

-"ইবেম্মা ঐসে, মখোয়গী ইমুঙদা থুংলবা অভাওবা অমা ওইনা খল্লনে মখোয়না। চাক মত্তা থিরক্লে, পুখম চামখোকপগী ঈশিং হৈদোকতবা মচুমদুদা হেক থিজিল্লকপা। চাক চখোম অনী স্থনা চানিঙদে। মখোয় মমা মচা, মপা মচা চারগা, চাক লোইরে হায়না চাকপাউ পীরকপা। য়ানীংবা ইমৌ অমত্তা য়াওদেদা ইবেম্মা। ইচা নুপা মরিমক্লা অথামোরা চুরবদা কমদৌনা ঐনা নুঙাইগদৌরিবনো? ইশা ইথন্তা চাজবসিনা নুঙাইখ্রে। চানিঙবা নুমিত্তা চাবা, চানিঙদবা নুমিত্তা তোকপা।"

* * * * *

-"ও মাম্মা ঐখোয় বাজি উনদ্রবো?"

মীৎ-না থঙশিং শিংঙী। মচানুপা অতোনবনা মরোল লোক্লগা মাঙদা তুরবদুদা। ঐহাক কপনীংবা পোকতে। কম্নদা মরোল লোনবসি ঐ হান্নম্থ তানিঙদে। মাগী মচানা লোল্লিবা মরোল অসিনা অমুক্কা হেন্না তানিঙলমদে। ঐগী মিৎসিদা পুম্নমক তৌশিন্নবগুম উরম্মী। মচানুপাশিংদুনা কপলিবা লাউমিবা ঐহাক য়েংনিঙলক্লে। শাউনিঙলক্লম্মী।

ঐহাক মালা অষ্টি লোইবা ঙায়রম্মী। মখোত্তন কম্মলুকনা। ইথম্ভ থরকই - মধু ঐ নঙগী সোয়াংতি য়াওররোই, নঙগী নকমদা য়ৌনবা ঈশ্বরগী খুন্নলা, মৈ মনা অমতম্থ কংনিংবনি। নঙ ঐবু মায়ৌগনু। ঐবু শাউথনু ◻

## ব্রহ্মা রোড বন্দ

-"মহা পাম্নীশিং অসি তৌগ্রেদা, বন্দ, বন্দ, অমা তৌরে বন্দ, অমা তৌরে বন্দ।"

ইমানা বন্দবু চৈরি । হয়েংসি খোংজোমদা ইচলনুপীগী অহানবা ফংজবা মচানুপাগী ইপানগী পোৎ পুগদবনি। ইবেম্ম্যাগী ইপান চৎপা য়াগদ্রা য়ারোইদ্রা হায়না অবাংগী খুয়াতোম্না ইমাদা হৌজিক্তা হায়রম্বগীনি ইমানা শাউরিসে। বন্দগী মরমদা খবরদা য়াওরিবদু ইচানুপানা লাউনা পারকই,

-"মরাল লৈতবা ড্রাইভরবু য়াম্না তমথীনা শিবা য়ানা যুম্নম্বা মীওইশিং সরকারনা ফারগা খুৎশিন্নদ্রিফাওবা ব্রহ্মা রোড গাড়ী অমতা চেনখিরোই।কনাগুম্বনা বন্দগী ময়োম্তন গাড়ী চেনবা থোক্রবদি, মদুদা থোকপা কম্তা-নুংশা খুনিঙ মশা মশানা দায়ত্ত পুক্কগদবনি।"

ঐগী নুপীনা পোলাংখোত্তন কি যৌনা যৌনা হায়রকই,

-"বস খাম্মু য়াদবগী বস ড্রাইভর কুবসিবু, মমা মপানা বারক্তবা য়াম্না লৈরে।মাগী মাগী খোজাল মপাদগী খুদুপ অমা হেনবদা মচিনবু খিবও কম্নিও, লৈবাকশে

চাওখংপা য়ায়রোইদা।"

ইমানা অমুক ঙাঙ মানা অমুক ঙাঙ। তাবদা কনবু নুঙাইদ্রি। ইমানা মথা তারকই,

-"মী ময়াম পুম্নম্ব ড্রাইভরবু হেক ফুখিবা মহা পাপীশিংদুবু ওয়েক্লা লাইমা কণ্ডেদা। মী কয়া কয়াগী থক্লায় পুদুনা অথাপ অথাপ্পা মফমবু ঙাইহাক্তংদা য়ৌহনবীরিবা ড্রাইভরবু হেক ফুবীবা করম্বা মহা চন্দ্রকলাশিংনোনে। মীগী মমা মচা কয়া থাকচরিবনি গাড়ী থৌরগা, মীনুংশি লৈখিদ্রেদা হৌজিক ফাদসে।"

ঐশ্তোন্দা ওন্সিল্লকই,

-"ইবুঙোহল নচলগী ইপালসিবু কমদৌদোরিবনো? ইমাদি থনবদা মম্মোদকো। বন্দ অসিনা মতৌরবদি কমদৌসে হায়বনোনে নচলগীসিদো?"

ঐস্থু থনবদা মম্মী। থবর অমত্তদা কোমথোকপগী বাফম অমত্তা পন্দে। অতৈ কন্দদি ধর্ম্ম কর্ম্মসি অদুম কোমথোকনৈ। লৈবাক অসিদা তৌরিসে কদগী নমাদা নাউরীনা কাপ্পা নুঙনা থাবদা নুঙাইজবা কাঙবু অমস্থু লৈরিবনিদো।

নহারাতনি ঐনা শুঙনু চংলুবদু। হক্লকপদা তোংলকপা বসতুগী ড্রাইভরদু মিংশিদা শংশং উরকই। মানা থৌবা খুৎথৌদো, ময়াম পুম্নমক পুমলাঙ লাঙবনি। কনা থৌমল্লি, করি খুৎথৌনো? ড্রাইভর নত্রা? গাড়ীবু অদুম্না থৌবা হৌনত্রা? মাগী মাগী মোং পীদবা য়াওনদে। বস মনুঙদা ফম্লিবা মীপুম খুদিঙমক অমা নত্রগা অমদি অদুম্মক হায়রে। হায়বগী মরমসি ঐ হায়রকে। - ককচিঙদগী হাইগংলক্লগা ককচিঙ লমথায়দগীনা থাঙবোক কাওবগী শাংলবা লম্বী অসি পকা লৌরগা কোয়লাসতি থাদনা থম্বনা অম্বকী মতীক কত্রে। মাপবা গাড়ীদুগী থোঙ থোঙনাও মিংসেল ময়ামদুগী হিক্লবা মখোলগী কোদ্রোং- কদ্রাং, গ্রং-গ্রং হায়বা অহৌবা মখোলদুগী মথক্তা লম্বীগী উযুম ময়ামদুনা গাড়ী মনুঙদা লোইনা পাইসিল্লত্তুনা শোর হোনবা ঙম্নদদুনা ময়াম্না ড্রাইভরদুবু চৈনম্নিবনি। ঐহাকস্থু রুমালনা চিন থুম্নগা মমাঙগী শিংকী পায়কমদুদা কম পায়রগা তুমীন ফমলম্লনি। ইনাক্তা ফম্লিবী ঙা ললোনবী অহল ওইরপ তৌবী অমথকী থোন্দাদু থজিত্তং কজদনা ড্রাইভরদুনা অস্থুম্নবু চৈরকই,

-" চন্দ্রকলা নঙবু করি খুৎথৌনোনেহে। তপ্না থৌবা হৈত্রবা নঙবো?"

মানা হায়রিবদু ড্রাইভরদুদি তাবা নত্তে। মনিঙগী থোঙদা লেপ্লিবা গাড়ীগী অঙাঙদু ললোনবীদুনা হাইরপ য়েংলকই। ঐনা অঙাঙদুদা হায়,

-"ইবুঙঙো নথোয়গী ড্রাইভরসিবু ঙাওবত্রা ময়াম্না হায়নরিবসিবু তাদবা জাৎনা?"

অঙাঙদুনা লৎ থুমলকই,

-"অইমিং নংঙোই হায়দুনা তৌরিবা।"

মঙোন্দা হংদি হংদ্রে করম্না অইমিংদু ওইরিপবা। গাড়ীনেনা তৌরিবসিদু থাংজিং অত্তোনদু অঙাম্নরে। তৌ-চেনা মচেং মচেং কিস্নুমকদবা মাস্রে। মনিঙ মমাঙ ময়াম

খোয়রকখিবনি। মদু ঙসাই মখৈ খল্লমদবনি। হৌজিক্তা মরৈ তংপা অমনা পুঙ মরি তাদ্রিঙেদা ইম্ফালদা থুংদ্রবদি নত্তরাগী লৌনি হায়রবদুবা থংনিঙ নিঙশিঙলকপনি। ঐগী নুপীনা হায়রৌবদো নিঙশিঙলক্লে -থবক চংখোকপদা পুঙ শুকতা হল্লকে হায়বা তৌহৈদবনে। মদু মরি মরি নিঙশিঙলকপদুদা পঙনোকতা নোকনিঙলকপনি।

. ঙসিগী ড্রাইভরসিগা হাইরপ মান্নবা ড্রাইভর অমথক নিঙশিঙলকই। মতমদু ঐহাক চহী ২১/২২ অমুক শুরমলগদ্রা। বিঃএঃ পরীক্ষা থাদ্রবা মতুঙ পরীক্ষা হায়দোকত্রিঙেদা খুড়াতোনগা লংথৈ চংখি। ত্রকতনি, গাড়ীদুদা পোং-টৈ ময়াম অমম্থু হাপ্পী। অদুগা ঐখোয় ১৭/১৮ য়োমম্থু গাড়ী মথক্তুদা তোঙঙ্গী। গাড়ীদুদা হাপলিবগি য়োং, জিন্থ, বিলামাটি, ময়ামদুগী মথক্তা ডম্বুর থাজিল্লগা মথক্তুদা ঐখোয় ময়াম অমুক তোংবনি। চুড়াচান্দপুরদগী মথা মনিঙ পাংনা হাইজিনখিবা জগা অমদা সরকারগী কটর শাবা চংপনি। লম্বীদা গাড়ী বেরা তৌরক্তুনা গাড়ী লেপখি। গাড়ীগী মী হায়রববু নুপামচা পঙচাও চাউদ্রবা অমগা ড্রাইভরদুগানি। ড্রাইভরদুদি মীয়ায় চল্লবগুম্বনি। অঙাঙদুদা, ইঞ্জিন মখুম হাংদোক্লগা নং হন্দোক্লমউ হায়রম্লগা য়োংলি মখোঙ অহুমমুকী অথাম্নদা লৈবা-খুন অদুদা মমায় ওল্লদুনা চংখিবনি ড্রাইবরদু। মতমদু নুমিৎ তাশিল্লকলৌরে। খুড়াতোন্না থবক চংমিন্নরিবা সনসম তাদা বীরেনদা হায়, অ'বীরেন চেকী মিন্ত্রিনি।

—"ইবো মমম্থু মমশিল্লক্লে ঐখোয়বু চাক খরা চাখোক্লবা তৌসিরা?"

হৌজিক্তা নুংশা মঙাল লৈরম্বা চীঙমায়দু উরুম লাঙশিল্লকপগুমতা তৌখি, শর শর মমশিল্লকখি। ঐগী পুন্সিদা নুমিৎসি অস্থুম্না তাবোইরে থঙখি। চহী কুনলোম নুমিৎকী মথাদা লৈরক্লগা নুমিৎ তাবা থঙদনা লাকপনি। ঙসিদি থঙলে। নুমিৎ অসে কনাগুম্বা অমনা খৌরী থুরগা চিংথবগুম থক থক, তাঙথক নাইনা থক থক মমশিল্লকই হায়বা। নুমিৎ হাইথরকপা, য়াচঙলকপা, মমবা অসিনি ঐনা থঙলম্না। অদুবু ঙসিদি থঙলে। ঘড়ীগী মিনিট কতানা লেঙবগুম লেঙলগা মমশিল্লকই হায়বা। লালতেল চুথংতুনা গাড়ীগী মনাক্তুদা মহৈ মহৈ চাক খোঙংনরক্লে। গাড়ী য়াত্রিবা মনাকতুদা ভাম্না চান্নিবম্থ পঙচাউ চাউদবা চীংজুমগী খোং মচা অমথক লৈ। লম্বী অচং অওকনা ঈরক্তবা নংত্রগা শীজিন্নবা জগানি হায়বা য়েংবদা ইরায় লায়না থঙঙী। ড্রাইভরদি লাক্তে, ঐখোয়না চাক লোইশিল্লক্লবা ফাওবদু ফাওবদা। খুড়াতোন্না গাড়ীগী অঙাংদুদা হায়,

—"ইবুঙঙো নখোয়গী ওজাদুবু কর্রি তৌবা চংগ্রিবনোনে?"

—"থঙদে।"

ইচল চন্না খুদলকই। খুড়াতোন্না হায়,

—"অদু লেঙগী ওজাগা চাগে হায়ন্ত্রা. ঐখোয়গা চান্নিবরসি হায়ত্রা?"

অঙাঙপু খুমল্লক্তে। অমা পার্ত্তিদুনা চেকী পাত্তিনি, ঐখোয়গীনা ঙগী পাত্তিনি। মখোয়দি চাখ্রে। খুড়াতোম্বা গাড়ীগী অঙাঙদুদা হায়,

- "নখোয়গী ওজাদুবু ঙাওব্রনে? হোয় মাই হায়রমদনা চংখ্রিদুবো? ঙন্নিগৈঙেদগী চংখিবদুনা মমখিবা কনা কুইরে। হৌজিকপু থিনরক্লদ্রা তৌরিসিবো? ইবুঙঙো নঙগী ওজা ঙাইরুম্রনু চাখোক্লসি লাকও।"

পঙলিবা অঙাঙনি। ঐগী ইনাও অতোম্বগী লেংনি। ঐখোয় চামিয়রে, হবাই ওয়োল থোংবা ফাবৌনা কন্তুক থাকপা, কয়াগী মতীক হাউথ্রবা নহা ওইরিঙে। মহে মহে চাবা থকপা লোইনদুনা গাড়ী মথক্তা কাখৎলগা হিম্না য়াও, ফম্বা য়াও, তৌদুনা লৈনে। মতমদু নুমিদাংগী পুঙ নিপালমুক তাররনি। মহাক চুরুপ অমা থক্লগা য়াগ য়াম্না নুংঙাইনা ঈশৈগা শক্তুনা হল্লকই,

–"লুত্তা গয়া মেরে ডিল, হো মেরে প্যার"

ময়াম পুন্নমক মাগী ঈশৈদু তারগা খোয়দৌ শাউগৎনৈ। মখোয়গী চেকীরোমদস্থ য়াম্না অহল ওইবা অমা য়াওরি। মহাক্না হায়রকই,

–"কয়ম্বা গধানোনে মসিগী ড্রাইভরসিবো? চীঙনুঙসিদা লংফেনেনা লাকমিয়রে অদুগা মানা ঈশৈগা শক্লদুনা মোন্দা নুংঙাইনগা হল্লকলিনেসে।"

খুড়াতোম্বা,

–"ওজা শাউবীনু শাউবীনু। লংফেদা শাওনবা ফত্তে।"

ঐখোয়গী মনাক য়ৌশিল্লক্লে, হায়রকই,

–"ময়াম কমদৌনয়িগে? চাক ঈশিঙগী থবক?"

কনা অমত্তা খুমনদে, তুমীন তুমীন লৈনে। মানা,

–"রতন নঙ চাক চারব্রা?"

অঙাংদুনা,

–"চারে ওজা"

হায়দুনা খুম্মী।

–"নঙনা থোংব্রা?"

–"নত্তে।"

য়াম্না পাথৎনা খুম্মী অঙাঙদু।

–"ইবুঙঙো ড্রাইভর কদায়দা চংপীরুবনো?"

–"খুড়া ঐ খুন্দা চৎলুবনি। হিদাক থরা পায়রকএ।"

–"ইবুঙঙোনা তৌরিসি চুমদে। ইচিল ইনাও, ইপা ইচাখোয় চীঙনুঙশিদা লংফেনেনা লাকমিয়রে, ইবুঙঙোনদি গাড়ী য়াদ্রে হায়বীরগা চংখ্রগা হনবীরকত্রেদো। ঐখোয় জ্ঞান অমা তাশিল্লকত্রে। কয়িদা য়াদ্রিবনো হায়বস্থ ঐখোয়না খঙবা নত্তে।"

–"গাড়ী য়াদববু খুড়া করি উপাই লৈরিগেনে। ইঞ্জিন হাংগদৌরিবনি। নোং ঙানবা তাবনি জগাসিদা।"

–"অদু ইবুঙঙোনা স্তুম স্তুম তৌরে হায়বীয়গা চৎপীরবদি কগদৌবনিদো। ইবুংঙোগী কৈদাসিদি ঐখোয় য়ানিংদেবো।"

–"খুড়াগী ৱাফমসি, গাড়ী য়াদ্রিবসি ঐননি সিনিনে।"

–"নত্তে নত্তে, খুড়না হায়রিবসি লমসে ঐখোয়না খঙবা জগা নত্তেদো, লমহাঙনি, চীঙনুঙনি। করি তৌসিগে হায়বদু ইপা ইচা 'খোয় খঙরম্লবদি কৈদনা।"

–"খুড়াই ৱাদো লৌ' য়াবা ৱা নত্তেদা। গাড়ী য়াদববু খুড়াগা তান্নরগা করি কান্নগদৌরিবনো? ঐগী চাক্কাদি হাপ লাকতেকো?"

–"ইবুঙঙোনদি হায়রমদবনিনা হাপত্রেনে।"

–"করিনোনে হায়রিসিবো খুড়া। ঐখোয় লাকমিন্নরিবনি। খুড়াখোয়না চাথোক্লগা ঐগীনা চাক হাপতবা?"

ময়াম তুমীন তুমীন লৈনৈ। ড্রাইভরনা মথা তারকই,

–"খুড়াখোয় ময়ামসে ঐগী খুৎ মচা অনীসিনা পুরকপনি চীংনুংসিদা, মসি করিস্তু খনবীদবা? কৈ কৈ। ঐগী ইশুন খঙহনবা তারেদনা।"

মহাক্কী খোন থরা কনতক তৌরকই। ঐগী ইখুড়ানা খোঞ্জেল থরা নিস্তব্ধ তৌনা হায়রকই, ঙসায় মখৈ ৱা ঙাঙলমদবদুনা,

–" করিনো ইবুঙঙো নঙগী নগুনগাইনা হায়রিদুবো?"

মহাক খুমদে। পোৎ-চৈ, চফু উয়ালশিং লোইশিন্দুনা গাড়ী মথক্তুদা তুমননবা শেম শানদুনা লৈ ঐখোয় খুদিঙ। গাড়ীগী নাকল্লদুদা মপাল থোক্লা থোক্লা হায়রকই

–"খঙনি নোংদা ঙানখিসনু, লোকখাদা গাড়ী ইন্থরগা লোইনা হাৎকে।"

মাগী ৱাসি তাবদা খুড়াতোন খঙশাউ শাউগৎখ্রে।

–"ড্রাইভর নঙনা ঙাঙলিবদু করিনো? নঙ লোইশল্লুরা?"

খুড়াতোন গাড়ীদগী চোংথখ্রে। ময়ামনা থামদোকই। অহিঙদু মোন ময়াদা খুড়াতোন থাঙ থমখি। ঐহাক অকিবদি পোকখিদে। ড্রাইভরদু মশা পাম্প্রিক পারদনা পীশক পীকই অদুগীস্তু মথক্তা য়ুনা লোথরদুনা গাড়ী চকা ময়াদা তুমখ্রে। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপগীদুদা ঐখোয় লোইনমক ফিরোল খুজু-খুৎলায় ময়ামদু নমবো পোদুনা খোঙনা থোরকখি। ড্রাইভরদু করিস্তু খামলকতে ঐখোয়দা। গাড়ীগী নট লৈশিন্দুনা মানা তৌগদবা অদুম তৌদুনা লৈহৌরি। পীক্লিবা অঙাঙদুগা চীঙনুঙদুদা। নুমিদাং ৱাইরম শীঙ পুবা ত্রক অমা তোংলগা ঐখোয় ময়াম চুড়াচান্দপুর বজার য়ৌরকখি।

নোংমস্তু, ড্রাইভর অমথক, পাখঙ মচা অমনা গাড়ীদু হেক থামবগা

চোংথদুনা চেনখোকখ্রগা দ্রাইভরদু চিংথরগা ফুগৎলক্লে। ময়াম পুন্নমক দ্রাইভরগী মিচঙ চঙখি। হৌনশানি মসি, নকুবা মীগী মীচঙ চঙনবা হায়রবদো। মহাক্না কুমহৌগে হায়বদুদি উসোইপোকপী খরা হেন্দোকপগীদুদনি। হেন্দলমেন্না হুইশেল ফনা য়ামনা খোংজরবস্থু গাড়ীনা লেপতনা অদুমক থৌখিদুনা রায়থৌ বজারদা হেক থামবদুনি। মদুদনি দ্রাইভরদু ফুখ্রিবা। কাওবা থিনবা ফনা থিনা ফুগদবনি। পাখঙ মচাদু ফুনবা হৈবা মীনি হায়বা কিন্থিন লাকথিন্দুনা খঙন্তী। দ্রাইভরদু, ময়ামনা থামদোকপদগী পঙশোক শোকখিদবনি। বস মনুঙদা মহৈ মহৈ ঙাঙনৈ,

-"দাইভরসিস্থ ঙাওব্রিদা, উশোইপোকপীদগী রাইথৌ ফাওবা পুবীবদি, মাস্থ খরা হাকমল্লি।"

-"কলেজ মপাদা কুম্না য়ারবদুবু, মাগী থোঙ্গাল মপা নংত্রেবদি কুম্না য়াদ্রবজাংলা?"

-"দ্রাইভরমক্তী শকতানে। মী, লমশাঙ চেনবা গাড়ীনি, চকপী–কারোঙ, মাগী মাগী থোঙ্গাল মপা মপাদা থামনরবদি কৈদৌঙৈ চকপী–কারোং য়ৌদৌরি।"

মহৈ মহৈ পঙঙাঙ ঙাঙনৈ। কিন্না খরা থিনখ্রবা মতুঙদগীদি গাড়ী কণ্ডক্টরনা হুইশেল অমুক কামবা থুদিংগী চপ চপ লেপলে গাড়ীদু।

নোংমা অমস্থু, ঐগী ইমান্নবা অমগা লিলোংদগীনা ডিঃএমঃ কলেজ ফাওবগী খোঙচৎ অমথকতা কেন্টর তোংমিন্নখি। ঐগী ইমান্নবা হৌরুরগা থোরকপদা পরীক্ষা হৌগদবা শুপনগী মিনিট নিফু থকতা ঙায়রবা। বজার য়ৌবদা পুঙথায় অমা, রিক্সোগী মিনিট মঙা, মিনিট মঙা লেম্বা অস্থুমনা পারগা লেংলি লেংলি তৌরিবা কেন্টরদুদা চেল্লগা চোংথৎলি ঐখোয়নিমক। তুংদা লাক্লিবা কেন্টর অমগা তান্ন–তান্নদুনা থৌরি। ললোনবী অহল মখেনা খরা তপনা থৌ হায়দুনা লাউরি, থরোইনা তাদে। য়ুনিভর্সিটি মেন গেস্তা শৃৎ হাইজিলখি। করিম'খোয়নি মায় মায় ওশিন্নরগা য়েংনৈ। মরমদি ঐখোয়'নি অককনবা মতমদা চুৎলিবনি। খরা থুনা য়ৌনিংবা নুমিত্তনা গাড়ীসে থৌদ্রবোইদা নিঙঙী। খরা থেঙনা থুংলুবস্থু য়াবা নুমিত্তনা পাইথৈ থৌবা, একসিদেনতা থোক্কদৌবা মানবা। য়ুনিভর্সিতি ত্রাফিক পোইন্তুদা নিঙথিনা থারগা (লেপ্লগা) স্তার্ত ফাওবা মুথৎলগা নৈথোকখ্রে। ঐগী ইমান্নবা করিমনা হায়,

-"কনাবু ঙাইখিগদৌরিবনো নখোয়গীসিবো?"

দ্রাইভরদু থুমদে। মতমদু য়ুনিভরসিতিগী শুতি থাবা মতম নত্তে। পুঙ বারো খরা হেল্লকপদা ঙায়রিবনি। দ্রাইভরদু স্তারিংদা কোল্লগা মমায়দু নোম্বুরগা লৈ। ললোনবী অমনা,

-"কনামতা থোক্লক্লে ইচাশা চৎলসিদা।"

কন্দক্টর অঙাংদুনা থুমলকই,

-"ঐখোয়গী তরন নত্তেএ। ঐখোয়গী তুংদা তান্নরকপা গাড়ীদো অদুনা মাঙ

থাহল্লগা থৌগদবনে।"

-"নখোয় ঙসাইনা সিদা চঙনি হায়বা য়াত্রা? ঐখোয় থেঙখ্রে থৌরো।"

ঐখোয়' মরক্তুদা ললোনবী থরম্থু য়াওরি। মখোয়স্থু হায়রকই,

-"থৌরো থৌরো ইবুংঙোখোয় কনাস্থু লাক্তেসে।"

ড্রাইভরদু ঐখোয় ময়াম্না হায়রিবদো মনাদা হাণ্ডে। ঈশেদুম থাগৎলকই -এক্ক দোগা তিন, চার পাঞ্চ সে সো.........। থোয়দৌশি ব্রি ব্রি শাউগৎলকই। গাড়ীদগী কুমথরগা খোঙনা থোরকই। চেনচৎ চৎখি ঐখোয়নি। কেন্তর অমা হাইগৎলকই। কাথৎলি ঐখোয়নীমক, নোকমিঁম্নে, অদুগা ঘরীদা য়েঙঙী, পুঙ অমা তাগদবা মিনিত ১৫দা ঙায়রে। কন্দৈজ য়ৌবদা চে য়েন্দুনা ময়াম পুম্নমক্ক মিং থানরমলে।

ঐহাক ব্রাম্রীসে কোয়থোক্লা চৎলুরে। চেন্দবা বসতুদগী মী অস্থুম অস্থুম কুমথহৌবদুবা মী ইয়াম য়ামশিলকত্রে। থৌবালদগী মী থরা কাথৎলক্তুনা থরা অমুক য়ামথৎলকলে। গাড়ী থজিক্তুংদি কনথৎলকলে। চাং অমদা থৌরক্লে। ড্রাইভরসে ব্রাথল থজিক্তুং ওল্লক্রমালে। ঙসাই শাউনখিবা পাথঙ মচাশিং অদুদি অদুমক য়াওরি। হান্না তোংলকপা নুপী অমনীগা য়াওরি। অতৈদি নৌনা কারকপা ঙাক্তনি। লিলোঙ থোং থরা হেন্দোকলকপগীদুদা মী তাদবা লমহাঙ মপা অমা লৈরিবদুগী অদুব্রাইদা পাথঙ মচা অনী অহমদু ড্রাইভরগী মনাক্তা চঙশিল্লগা কন্না লাউরকই,

-"হে ! গাড়ী থাম্মু।"

ড্রাইভরদু গাড়ী থামদে। অমনা অমুক হায়,

-"হে ! থাম্মুনেহে।"

অথৌবস্থু অহায়বস্থু লেঙ্গা ঙাক্তনি। থৌবালদগী কারকপা, লিলোঙদগী কারকপা পেসেঞ্জরশিং অদুনা পাথৎনা হায়,

-"থাম্মু থাম্মু।"

গাড়ী থামলে। পাথঙ অমদুনা গাড়ী শো শৎখ্রে। গাড়ীদু, ঙৎলম্মদু পুমলেপ লেপখ্রে। ড্রাইভরদু মথক্তগী খোঙপাক্লা থাওথখ্রে। ড্রাইভরদু মথাদা তাবোই নাম্বুখিবোই তৌবদগী চেনখ্রে। মখোয় অনী অমনা গাড়ীদগী চোংথরগা তান্নখি। থরা চেল্লগা কাওবও থিনবও তৌখ্রে। গাড়ীদা তোংলিবা ময়ামদু জ্ঞান মেন অমতা তানদে।

-"শিবা তারে, শিবা তারে, করিগীনো অসিবো? শিরনেম্মি শিরনেম্মি"

ইরাঙ লাঙনৈ গাড়ী মনুঙদা। কনাস্থু থামলুদ্রে। থাপ্পা শোরোক্তা ড্রাইভরদো তাদুনা লৈবা উরে। ময়াম পুম্নমক বসতগী কুমথরগা মানা মানা থোকপা চেনচৎ চৎনখ্রে। অরাক অরাকপা গাড়ীদা তোংবা য়াও নপ্পা য়াও। বসতো ঙাইহাকী মনুঙদা ইহাঙ হাঙলে। শোরোক অচৌবনিনা গাড়ীদি লেপতনা চেল্লি। কেন্টর অমদা ঐস্থু তোংখৎলে।কেন্টরদা তোংলিবা মীয়ামদুনা শোরোক্তা তারিবা ড্রাইভরদুদা য়েংনৈ।

কনানা হায় হন্না গাড়ীনা তক্লিবরা? নোংমৈনা কাপ্পিবরা? অশিবা অমা শোরোক্তনা তারে। তশেংনমক ড্রাইভরদু শিরবা খণ্ডরে। শোরোক্তু ঈ য়াম্না তারে। মমায়দু ঈনা পুন্নলুপ লুপখ্রে।

–"ইবুঙোহল কমদৌসে হায়বনো নঙবো?"

ইমানা খঙলাউ লাউরকই। ঐ মিৎ না খংশিং হেক শিঙতী। ঐনা খুম্মী,

–"ইমা খোঙনা চৎপনা ফয়োইদ্রা?"

ইমানা হৌনা নোক্লগা খুম্নকই,

–"হহায়ো নপাগুম ৱানী অদুদি।" □

## পুন্সি' নুমিৎ তারমদাই

নুপা অমগী মমল অসে অদুকী মতীক ৱাংখ্রে, অদুকী মতীক দরকার ওইখ্রে মহাক্কী মফমদা। মতম অমদা ঐনা তৎতনা হায়খি,

–"চাওখৎলবা মতম অসিদা নুপা নুপী কন্নিনো? পুন্নমক মীনা শেম্না আইন ঙাক্তনি। মমল য়াওদবা নুপা চাম্ম্যা লৈববুদি অচঙবা নুপী অমথক লৈবনা হেন্না ফৈ।"

–"নুপী হায়বসে পাপ ময়ামনা তাশিন্দুনা শারবীনি ফৌহামনি, অচঙবদি নুপাতনি।"

মহাক্না তৎতনা হায়। মাগী ঐগী কুখি হঞ্জল হঞ্জল য়েংখি। ঐসে নুপা লৈ। নুপা পোক্তুনা মচা ধরা পানখিনি তৎতনা হায়রকই মাইবীনা পাজিনা। মসি মহাক্কী থাজবনি। মচা নুপা অমথক পামজবদগী মচা নুপী মাপলনি শুখ্রিবা। ঐদি য়াদবনি। ঐগী ইনেমস্থ নুপা পোক্লমদে। ঐগী ইশেন ইবাই অমতা লৈতে। ইকুস্থ ইনেমস্থ লৈখিদ্রে। ঙসি চহী হুমফুতরা হেল্লক্লবা পুন্সিগী য়াচঙলকপা মতমসিদা মহাক্না ঐগী ইমাগুম

মচা নুপা অমথক পামজবগীদমক্তা নুপী অমবু মনাওনুপী ওইনবা তৎতনা ঙংলেরি ইকমদা। কয়া ঙাঙলে। কয়া অমা চৈরে অদুবু মহাক য়াবা লৈখিদ্রে। ঐগী থংনবা ইমুঙ নুপা ঙাক্তনি, নুপা তরুক। মখোয়স্সু মচা নিঙোল পামজবদগী নুপা ঙাক্তা তরুক শুখিবনি। তরুক পোকপীগা মাপল পোকপীগা নোংমা থৎনখি। চিন্দা পাউদানখি। তরুক পোকপীগী য়েন্না মাপন পোকপীগী মরোয় মনা থৎপগী ব্রাহৌগী। তরুক পোকপীগী করম্বা থম্মোয় শোকপা ব্রহেনা মাগী থম্মোয়দা হকখুবনো থঙদে, ঙসি ইমুঙ অসিদা মচ' নুপা অমা থম্মমদবা য়াদে হায়বগী মহাক্কী অন্দলোন অসে ইথন্তুনা। ঐগী ইমাক নুপা অনীশুবদু মনেমগী মতেঙ পাংলরে। মহাক ঐগী থবক (থিকাগী) শিন্দোক শিঞ্জিল তৌরি। ঐগী ইমাঙদাময়ানুপাদা হায়,

– "ইবুঙঙো নুপীমচাদো ঙসিমক ইমুঙ অমিদা পুরকউ। নপাগী ব্রা পুম্বা ইমা লৈরিবসিনি।"

ঐনা চৈখি,

– "নুপী নঙবু ঐ য়োল্লনুনে।"

ঙসিদি পুম্নমক মথক মখা ওনখ্রে।

চাউরবা মখোল অহমগী দলালগী কা তরানিথোয় অসিগী মপু চহী হুমফুতরা শুরবী ঐগী অহল মতম ওইরকুবী লোয়নবী মথন্তা লৈবা কিজরবী অসিন' তনৌ তনৌরবী পোমশাৎনবী লৈরাংগা পাংথক ওইরবী মথোৎ কারক্লিবী নুপীমচা অমগা কাদুদা লৈরম্মী। ঐবু কিনা হঙোইনা চৎচরিবা ইমাক নুপাদি ঙসি ঐগা উনদে। মহাক্তা শোয়দনা পুরক্লম্বা ওইরমগনি। নৌরিবা মায়থোঙ অদু ঐহাক হেক উবদা ইকায় মায়থোঙ উৎলকই। ঐহাকস্সু তুজুংবা ফাওখি। মপুঙ ফানা শাৎপা মানদ্রিবা লৈরাংগুম্লবী মাবু উরুবদগী। ঐগী লোয়নবীনা হায়রকই,

– "ঙসিদগী, নহাক ঐগী ইনাও ওইরবনি, ইচেম গেট লোনশিল্লুখিগে"

হায়রম্লগা মপান থোকখ্রে। ঐহাক হায়ফম তৌফম অমত্তা থঙদনা কাদুদা লৈহৌরে। ঙাইহাক তুমীন্না ফমদুনা লৈ, থারিবা সোফাদুদা। ফিরোল অমত্তা হোংদোকতনা ঐহাক ফম্মী, খল্লি, –করিনো ঐঙোন অসিদা মহাক্না তৌরিবসে। মহাক্কী করম্বা চাংয়েংনো। ইমা লৈরিঙৈদা তৎতনা হায়রম্মী,

– "নচা নুপাস্সু য়াওদবা নঙনা কোনুংগুম্না য়ুমসি পঙশাদা শাগৎলিবা করিগীনো?"

ইমুঙসিদা লৈনিংবা নুপী কয়া কয়ানা কাপশিল্লকপা তেন ইমানা ঙাকথোকপা ঙমখিদে। মতমদুদা ঐগী লোয়নবী য়াম্না শাউখি। তৎতনা হায়খি,

– "নচা নুপা পোকননবা অপাম্বা নুপী অমা থিবীরো, ঐখোয়দি নুপা পোকত্রবনিনা ইপা ইমা ফাওবা চেম্বরে।"

শাউনিঙনা ঙাঙখি মতমদুদা অদুগা ঙসিনা করি থল্লকপদগী ইমুং অসিদা মশুঙুম্লবী নুপীমচা অমবু মনাও নুপী ওইরনি হায়দুনা থনমলিবনো? ঐহাক ঙকতবা ঙমখিদে।

ঐগী মাওদা মরু লুক্না ফমলিবী নুপীমচা অসি কনানো হায়বা ঐহাক খঙঙী। লৈঙ্খিদ্রবা সৌবাম য়নভানগী মচানুপীনি হায়বা। ঙসিনা মহাক্কী মশক উবা অহানবা ওইরবস্থু মপাদু ঐখোয়গী মখানি। মমাস্থ লৈঙ্খিদ্রবনি। মৌপ্পা নুপা অমগা মাগা মখুড়া য়ু য়োনবা অমগী মরুম থুপতুনা লৈরিবনি হায়। মচিন মৌপ্পা য়াম্না ৱানা হিংলি হায়বা ঐগী নুপীনা ঐঙোন্দা চাম্মরক ৱারী লীগ্রে। ঙসিদি মহাক ইমাওদা লৈরগ্রে। মহাক্কী নৌরিবী মমায় মমিৎ, শবান মুর্তি অদু উরুরগা ঐহাক্না মহাকপু য়াম্না উপাই লৈতদ্রবী তোল্লবী অমা ওইনা উরকলম্মী। মহাক্না ঐহাক্না য়েংনরুবদা ইশুদগীস্থু হেন্না নৌরিবীনি হায়বা ঐহাক খঙঙী। হিংননবগী লানফমদা মায়থীরবী অমা ওইনা। ইচানুপীগী মচা নুপা নুপী লোইনা ময়ুম পাল্লবনি। ঐহাক মঙোন্দা ৱাহৈ অমা অনী হংনিঙঙী। ইমুঙঅসিদা কনানা নঙবু নমদুনা পুরকপনো হায়দুনা। ঐহাক চিনবান অসি কাঙখোকপা ঙম্মমদে। থবক শুবী লিশিঙ লিশিঙদা ঙাইহাক লৈতনা ঙাঙগ্রবা, ইশুগী ইশু ফংলবা ঐহাক ঙসি ইমাঙদা ফম্লিবী তনৌ তনৌরবী নুপীমচা অসিদা ৱাহৈ অমা অনীদং ঙাঙনবা হোৎনবদা লৈয়েং অসি কাজিনবগুম তৌরকম্মী। ইমুঙসিদা নহাক্না লাক্লিবসি নশানা য়াদুনা লাক্লুব্রা মসিনি ঐনা হংনিঙবা। মহাক্না তুমপক তাশিল্লগা নোম্বদুনা লৈরীবদু উবদা মহাকপু নুংশিররুম্মী। ঐনা শুম খল্লি -মহাক ইনথংলক্লিবী অঙাঙনি। মশুং মমাল্লবা লৈরমগনি। কনানা কমদৌনা থেম্লগা মফমসিদা পুরক্লিবনো।।মসিমক হংনিঙনি। মনাক্তস চঙশিল্লগা অস্থুম্না হায়,

-"নহাক্কী নুংশিনবা নশুং নমাল্লবা লৈতবরা?"

মহাক খুমদে নোম্বদুনা অদুম লৈ।

-"ঐহাক্তি অহল ওইরবনি, নঙগী নুংশিনজবা লৈরবদি হায়য়ু। ঐনা নঙবু শেমবীগনি।"

ঐহাক মাগী পাউথুম ঙাইদুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। মমায়দি হাইগৎতনা অস্থুম্না খুম্লকই,

-"লৈতে।"

ঐহাক থংনবা কাদা চঙঙী। ফি-য়োল হোংদোক্লে, অদুগা খানসা কৌরি। খানসা কাখংলকই, ইমাঙদা লেপলৈ। ঐনা হায়,

-"নমা কদায়দা লৈ লাউ হায়য়ু।"

চুরুপ হেক চমথংপগীদুদা ইমাঙদা লেপ্পরে।

-"মখোয়' বাবা কল্লি হায়বনো ?"

ঐহাক মঙোন্দা শংত্রিক য়েঙঙী। ঐহাক ৱা ঙাঙখোকপা ঙমদ্রে। থংনবা কাদা নুপীমচাদু লৈ। চহী নীফু য়াখৈ য়ুম পানমিল্লরক্লবা, ঐসে মীগী ওইথিনি হায়বগী মনিল ফংবদা খু-খু কামথ্রিবী মহাক্না ঙসি তৌরিবসি করিনো খল্লুবদা ঐহাক হকচাঙ অসে পুঙপঙ পঙশিল্লকম্মী। মঙোন্দা ৱা অমত্তা ঙাঙদনা শংত্রিক য়েংলগা লৈবদুদা

ইনাক্তা চঙশিল্লক্নগা ঐবু চেত্তেং কোল্লকই। ফনা কুইনা ঐগী গুকশমদা কোল্লগা লৈখি। অদুগা হায়রকই,

–"ঐহাক ইমুঙ অসিদা ইচানুপা অমতং থম্লমবা পাম্মী। ঐগী নিঙবা থুংহনবীমু। মসি লায়রোয়গ্রবা ইনেমগী অপামবনি । ঐনা নঙবু লৎনবা নৎচদে। অহল ওইরক্রবা মতমসিদা ঐবুদি থাদোকপিগে থনবিগনু। সংসার অসিদা নুপী ওইনা পোকলবী পাপ তরেংনা য়োমদুনা শারবী ঐখোয়গীদি ইপুরোইবনা ইশ্বরনি। কয়ারক খল্লবনি। কয়ারক বিচার তৌজরবীনি। মখা থংবা কা অসে ঐগী ওইরগে।"

অরোয়বগী বাক্যমসি হায়দোকপদা মহাকী খোঞ্জেল নিকত্তক তৌরক্নম্মী। মাগী মায়খোঙ থম্বালদু হঞ্জিল হঞ্জিল চুপলম্মী। মমিৎ অনীদো পিনা পুমথুম থুমহৎলক্নম্মী। ঐনা মাগী শিথ্যক্লিবা পিদো তৈথোকপীরগা হায়খি,

–"নহাক্না খল্লিবসে করিনো?"

মহাক হৌগৎখ্রে। কাদুদগী মপান থোকখ্রে। মথাগী ফ্লোরদা কুমখিবগী মখোল তায়। ঐহাক চুরুপ লৌথোক্নগা চম্মী। খল্লি –চুমলিব্রা মসিবু? ফল তাদে। খল্লি মীওই লোনচৎলা মসিবু? মচৈ অমমুক লৌথোক্নগা চম্মী। ঐহাক জ্ঞান তাদে, খনফম খঙদে। ঐহাক কয়ারক চুরুট চমখ্রবনো হায়বদো চুরুট উপুদুদা চুরুট য়াওরমদ্রবদুদা খঙলকই। চুরুট মচৈ ফুনগী পেকেটনি। থবক শুফমদা কয়া লোইখিদুনা অশুক থুনা লোইখ্রিবনো হাইরপ খল্লুই। ঐহাক ওম্মোকপা বাথল অমদা পঙশিল্লুরে। থংনবা কাদুদা ঐহাক চঙশিল্লে, মহাক ঐঙোন্দা হাইরপ য়েংলকই। ফমুঙ অনী থাবা কানি। ঐহাক ঐগী ফমুঙদা ফম্লম্মী। মাবু মুন্না য়েঙঙী। ট্র্যবকী মঙালদুনা কাদু পুমঙাল ঙাল্লি। ফক্লাঙ ঘড়িনা নুমিদাংগী পুঙ ১১ য়ৈরকই। ঐনা মনাক্তা চঙশিল্লগা হায়খি,

–"নহাক্না মফমসিদা লাক্লিবসি নশানা য়ানা লাক্লব্রা?"

মহাক করিমত্তা হোয় মাই হায়রক্তে। মহাক খুমদে। মনাক্তা চঙশিল্লগা ফম্মী। মাবু মুন্না য়েঙঙী। মখোক লোয়রবা, কংশিল্লক্নবা পামেল উনা, য়েম্নিং থানা লাকপদা ময়োল চোংলকপগুম মল্লবা হকচাংসে তনীক তনীক্নক্নম্মী।

ঐনা মাবু, লেংজুম পায়দুনা চিংখৎলম্মী। মহাক অদুম্মক য়ারম্মী। মহাক্না ইল্লিবা ফিদু তপনা তপনা লৌথোকপীরম্মী। মহাক করিস্নু হায়রক্তে। উপাই লৈত্রবী অমগুম তুমীন ঐনা তৌরিবা থুদিঙমক অদুমক য়ারম্মী। অঙাংবা মচুগী ফনেক, অশংবা মচুগী ফুরিৎ, ঙৌরোক ঙৌবা কুচু, ইনথৎলকপগী নীক–নীক লাউরবা শাবাল, হেন্না হেন্না ময়েক শেংনবা হায়দুনা ট্র্যবকী মঙালস্নু থেঙল–থেঙলগা হেন্না হেন্না ঙানখৎলকলম্মী। চহী ১৮/২০ গী ইনথৎলক্লিবা পাখঙমচাগুম থম্মোয়গী মিহুল চোংলকই। ফকলাঙ ঘড়ীনা পুং ১১:৩০ তাবগী কাং লাউনা য়ৈরকপদুদা থংপ্রেক থংঙী। কাদু অমুক পুমচিক চিকখ্রে।

নোংঙাল্লে, মিকপ থোরকপদা অয়ুক্কী পুং ৮ তারম্লে। থংননা লৈরিবা ফমুঙদা কিনা হঙ্গোইনা ফমলিবী মহাকপু উরকই। ঐহাক হৌগৎতুনা বাট রুমলোমদা চঙলম্মী। ঐহাক য়াম্না ইকাইরক্লম্মী। মথাগী কাদা মী থরা রা ঙাঙনবগী মখোল তায়। থানসাদু নোকফেৎ নোকফেৎ শুমাঙ রাই শিংলিবদু উরম্মী। ঐহাক ইথন্তা পংইদা ইকায়বা অমা ফাওরক্লম্মী।

নুমিৎ থানা লেপতনা চৎপনিনা নোংমা নোংমা অস্থুম অস্থুম হৌখি।মীওইবগী পুন্সি অসি নিনিতগী পুন্সিনি হায়বদু ঐহাক ঙসিদি খঙঙকপগুম তৌরকই। পুন্সিগী মমল, পুন্সিগী মহাউ হৌজিক্তা খঙলকপগুম তৌরক্লম্মী। পুন্সি করিস্থু খঙহৌদনা চহী হুমফুতরা হৌখ্রে। পুন্সি নঙসে মনিঙ হুনবা য়াদবসে নুংঙাইতে। ঐহাক পুন্সিগী মরমদা হিংবগী মরমদা নহাল মখৈদি করিস্থু লুসন্না খল্লুদে। ঙসিদি পুন্সিগী মমলসে মশক খঙলকপগুম তৌরক্লম্মী।

ঙসি হয়েং হুংচিৎ নোংমা নোংমা হৌখিদুনা রনিতা মশা রাই শংদ্রে। ঐগী নুপীনা হায়,

– "মখোয়গী অলত্রা শাউগু হায়বদু নুপানি নুপীনি মশক খঙঙী হায়, মদু য়েংশি।" মখোয় চৎখি, মনেম অমগুম মমৌ অমগুম। নুমিৎতু ড্রাইভর সঞ্জয়, ঐগী নুপী অমদি রনিতা কয়াদা হরাওনা হল্লকখিবা। লফোয় লফাঙ ফজবা অমগা উঁহে-রাহে খরগা হয়াওনা চঙলকলগা ঐবু কোল্লগা চুপলখি। মহাক্লা পাউ তমলকঅিঐঙেদা ঐস্থু হয়াওবনা লুতোন শাৎখি। নোক্লা নোক্লা হায়রকই,

– "ঐনা ইচানুপা লৈ হায়বদো, নুপা ওইরম্লেদনা। ঐ য়াম্না নুংঙাইরে ঙসিদি।"

রনিতাবু মহাক্লা থবক অমস্তা শুহনদনা নর্সনা অনাবা শেন্নবগুম চেকশিন্না শেম্লে। রনিতা মহারানী অমগুম লৈবা ফংজখি। খোঙকাপ কন্না থাংবা ফাওবা মহাক্লা চৈখ্রিবা ঙাঙখ্রিবা মহানি।

রনিতা মমিৎ মমায় পাঙগদবা, ডাক্টরনা হায়বা থাদু য়ৌশিল্লক্লে। ঐগী হকচাংস্থু নোংমা নোংমগী খঙশোন খঙশোন শোম্ববা হেল্লক্লম্মী। শ্বর হোনবা ফাওবা রাবগুম তৌরক্লম্মী। ইমাক নুপানা ঐবু কোয়পু পুদুনা লায়েঙঙী। ডাক্টরনা চাও হায়বা হিদাক চাবদা হকচাঙদা করিস্থু কান্নবা ফংদে। চোকথবনা দলান কাথোক কাশিন ঙমশিলকদ্রে। ঐগী ডাক্টরদুনা ঐঙোন্দা হায়বদু দাইবেটিসকা বিঃপিঃ গা পুল্লে, কিদ্নি খজিক্তং চাউথোএ অসিনি। ঐনা ডাক্টরদা,

– "ঐহাক চহী কয়াদি পুন্সিথিগনি?"

হায়দুনা থাজনা হংজবা রাহঙদু ডাক্টরদুনা হৌরবা খোঙ্গেলদুনা হা হা নোক্লদুনা থুমলকপা পাউথুমদু পেল্লমদে, তানিঙখিদে।

–"হিদাক খরা চায়গা মাইনা ফজনি, শিবা কিব্রো অহলবো?"
মহাক্কী করেম কথাইনবা পাউখুমদু তায়গা ইচানুপা লৈগদৌরবনিকো ঐ খল্লকই। ঐ ইচানুপা পোক্লমলবদি মাগুম্না ডাক্তর অমদি করিস্থ নন্তে গুহাকতুদা খল্লুই। ঐহাক ডাক্তরবু লৈখেকপা গুম্না নুপা অমনি হায়বসে উৎলমগদবনি। হিদাক্কী কান্নবা পোথাফম খগুলকতবনা পুক্লিং হক্চাংসে পুমচোক চোকথরম্মী। ইশাসে ইথম্না থাজদবা অমা অস্থুম অস্থুম পোক্লকম্মী। নহাল নোংমা কোকসিদা করিগুম্না অমনা তক লাউনা ইল্লকপগুম খনখি। জ্ঞান তারকপদা হোসপিটালদা ইচা নিঙোল ময়াম্না কোয়শিন্দুনা লৈরম্মী। গুসিস্থ অদুম্না তৌরকস্রা খনবদা পোথাফম খগুদে ইশাসি। ইথনতা কিজবা অমা ফাওরক্লম্মী। ঐনা ঐগী নুপীদা,
–"ঐহাক ইশাসি য়াম্না চিংনরে। ঐহাক উকিল অমা তান্নবা পাম্মী।"
মহাক্লা হায়রকই,
–"অদুক শোম্বরিবা করিগীনো?"
ঐনা হায়,
–"ঐহাক কয়া থাজরকত্রে। নহাক্লা পামজরিবা নচানুপানা পোক্লক্লবা মতমদা মাগী মমিগুদা লৌ ইখোল, লন থুম তংখায় অমা পানবীবা পাম্মী। নগুগী মোং করিনো?"
মহাকস্থ অদুম্মক খুমলকই,
–"ঐগী অপাম্ব হায়বা অমা করিস্থ লৈজদে। ইপুরোইবগী অপাম্বদু ঐগী অপাম্বনি।"
–"ফরে অদুদি ঐখোয়' মমাগুগী উকিল রবিচন্দ্রা কৌহল্লু।"
মহাক থোকখ্রে। ঐহাক স্থুম থল্লি –ঐগী লন থুম তংখায় অমনা মাগী ওইজরসনু।

ঐহাক য়াম্না চিংনরক্লম্মী। কোকসে উরু রু লৈবগুম তৌরক্লম্মী। টেবলদা লৈরিবা চেদু লৌরগা অস্থুম্না ই –ঐগী লৈরিবা লন থুম সমপত্তি তংখায় অমনা ঐগী নুপী ইবেমহলগীনি। অদুগা তংখায় অমনা ঐগী নৌনা ফংজগদৌরিবা ইচানুপাগীনি। ঐগী ফমুঙ উরু উরু লৈবগুম তৌরক্লম্মী।

ঐহাক্লা জ্ঞান তারকপদা হোসপিটালগী ফমুঙ মথক্তা হিপতুনা লৈরম্মী। হক্চাংসে করিগুম্না অমনা লেঙগে হায়বা গুমলমদে। অস্থুক্কী মতীক চোকথরম্মী। ঐগী নুপী ইবেমহল ইনাক্তা ফমলম্মী,
–"ইচা চাউখ্রোক চাউরবা ঙৌরোক ঙৌবা নিংথৌ অমা ফংঙে মথোয় ববা।"
ঐগী নাপ্ল নক্লা হায়রকই। ঐহাক ইবেমহলদা মুন্না য়েংলম্মী। মহাক্কী খুইরবা মমিং অনীদুদা মপি ইয়া চেনলিবদু ময়েক শেংনা উরম্মী ☐

## কনানা খঙবা পুন্সিবু

ইচাগী বোয় অমতা লৈগে হায়দুনা দুকান মমাঙদুদা হেক লেপ্লগা,

-"নুপীদি শাগে নস্তেয়ে, শাগেদি নঙনে।"

হায়না দুকান্দা ওনশিল্লগা হায়রকই। দুকান ফমলিবা নুপামচাদুনা,

-"চুম্মী চুম্মী"

হায়রগা নোক্কই। মহাক চৎখি।

মহাক কনাস্তু নস্তে, মতম অমগী ঐগী মরুপনি, ঐগী লৈকায়দা লৈমিন্নবা। অদুবু ঙসিদি মহাক্না ঐবু মশক খঙদ্রে। কৈথেলদা ময়ুম ওইররে। মতম অমদা মশা নানবদা থৌনাউজম রাজেন হায়দুনা মমিং চৎলিবনি। মহাক্না শেৎতোক চাথোরকপা পঙপস্তা পকই। মাগী মতৌ তম্লগা শেৎ চাবা মী, ঐখোয় লৈকায়দা ফনা য়াম্না লৈ। শাওঙ শাবান কুচু, অরাৎপা লৈতে। মতু নাল্লি। মশমশু হ্লায় হ্লায় তাই। মানা শেৎ চাবদা য়াম্না পকচরিবগী মরম খরা লৈ। মহাক মশক ফজে। অমনা মহাক মাগী শেৎন চানবা লৈবদা য়াম্না কুপ্পী। কৈথেলদা মাগী ফি-য়োল লৈবা চৎমিন্নবা ঐহাক অশেংনা তল্লি। মাদি মীনা শেৎ-চাবা য়াম্না কুপনা য়েঙঙী। নোংমা প্রতাপ টকিজ মমাঙদা ফনা কুইনা লেপতুনা মী য়েংদুনা লৈ। কোন্না মরম খঙলকই, মাগী ফুরিৎ ফি অমা লৈগদবগী মীনা সেৎলক চারকপদু পকচবা, মানা পাম্না মচু থল্লিবনি হায়বা। নোংমা মাগী খোঙগ্রাও ফি অমা লৈবদা নুমিৎ তারবা ফাওবদা লৈবা ঙমলস্তে। ময়াঙ মহাজনদুদি শাউবু শাউরস্তে, দুকান ফম্না য়াওরম্না মৈতৈ মচাদু খংশাউ শাউরকখি। "মতম মাঙহনবা" হায়দুনা। মানা খোঙজিল ময়াদা অমুক পুথোক মিংশেল মমাঙদা থ্বাংদগী খোঙ ফাওবা থাদরগা অমুক য়েং, ফি খুদিঙমক য়েংলগা হিগোক মচু ওইনা তৌবা অমগী মমল হঙলগা মমল য়ানদবদুদনি।

ঐখোয় স্কুলগী মশা থ্বায়দগী নানবগী প্রাইজ মহাক্না চহী খুদিঙগী ফঙঙী। মহাক লাইব্রিকস্তু অদুমক ময়ায় ওইনা চৎমিন্নে ঐখোয়। থবক চৎলমদাইগুম্বদা

মহাক্না লোইশিনবা, ঙাইবা য়াম্না ব্লায়। মাগী উনশা অদু ঙাঙশঙ ঙাঙবা ফাওবা নুরা নল্লি। তশেংনমক মরুপ রাজেনসি মশা নানজবা পামজবা নুপা অমনি। মীওইবগী অনিঙবা অপামবা অমমমদি লোয়নবক লৈনৈ। ঐখোয় তিন্নরুপা ইমান্নবা খুদিঙমক ইচা লোয়নমক লৈরে। সরকারগী থবকস্থ চাউবা পীকপা অমমম লোইনা তৌরে। মহাক্তি থবকস্থ তৌদ্রে। লাইব্রিকস্থ মখা তমথদ্রে। বিঃএঃ দা লোইখ্রে। মখোয়গী তাদা অহন্মক থবক লোইনা তৌরি। মহাক্না তৎতনা হায়,

–" আই–এস (আইঃএঃএস) থারগা অচৌবা ওফিসার ওইগনি।"

আই–এস করিনো হায়বসি মতমদুদা ঐখোয খঙদে। ক্লাস তেন তম্না মতমদুদা মহাক্না তৎতনা হায়,

–"লাইব্রিক য়াম্না ফরবদি দোক্টরেট ফঙঙী। ডাক্টর কমলস্থ লাইব্রিক য়াম্না হৈবগী ডাক্টর হায়না হায়নরিবনি"

হায়দুনা ঐখোয়দা মানা ব্লারী লী। ঐখোয়না মাগী ব্লাফমদু ঙক্না তাখি। প্রাইম মিনিষ্টর, প্রসিডেন্ত, গভনর কনানা হেন্না চাউবগে? মহাক্না তৎতনা হঙঙী, ঙাঙঙী। ঐখোয়না ঙক্না তাখি। গভনরদি য়ান্না চাউব্রি, লাইব্রিক হৈবা মীনা ওই। মাস্থ বিঃএঃ দগী দিল্লিদা তমলুরগনি। মখোয়গী তাদনা মপান্দা তমলকপগী ব্লারী কয়া কয়া ঐখোয়দা লী। ঐখোয় মাগুম্না য়াম্না অথঙবা মী ওইনিঙখি, মতমদুদা। ক্লাস অমতদা তম্মান্নবা ইমান্নবা ওইরবস্থ অরু–অরুবা ব্লাফম, মহাক য়াম্না খঙঙী, ঐখোয়না শুঙখঙ খঙদবা। অদুনা ঐখোয়না মাবু রাজেন হায়বগী মহুত্তা "বাজী" হায়না খঙনৈ। মহাকস্থ অদুম শাউদে। মতমদুগী ঐখোয় ময়ামগী বাজিদু ঙসিদি অমোৎপা ফিজেৎ ফিগায় শেৎপা "রাজেন অঙাওবা" হায়দুনা মীপুম খুদিঙনা খঙনরে।

মহাক্না ময়ুম পানবা থেঙলিবগী মরম কয়ামুক লৈ। মহাক্না অপাম্বা নুপী লৈতে হায়। মখোয়গী মতৈমশিংগী লমচৎ শাজত্তু য়েংলগা মহাক্না নুপীগী লমচৎকী মরমদা ব্লা য়াম্না ঙাঙঙী। মখোয়গী মতৈমশিংগী মরোঙ মতৌ মহাক্না অমতা য়ানিংদে তৎতনা হায়। ঐখোয়না লৈবুঙ ফম্না মতমদা নুপীগী মরমদা ব্লারী য়াম্না শানৈ, তৎতনা ঙাঙনৈ। লৈকায়গী ইমান্নবশিং নুমিদাং থেঙল–থেঙলবফাওবা লমজাউদা ফম্মিন্নে। মতমদু ঐখোয় বিঃএঃ তম্না মতমনি। ঐখোয় ময়াম্না থোইনা খন্দবা মত, মানা পুখোরকই।

–"নুপী অমা ওইবা তারবদি নুপাগী পুক্রিঙ ব্লাথল তেকথৎহনবা ঙম্বী মশক ফজবী ওইগদবনি।"

-"মশক ফজবী হায়বদি তৌরোক তৌবী মশম শাংবীবুরা?"

হায়না মায়পাক্লা হংবদা মানা মচা য়াম্লা খায়না খুম্লকই,

-"হেমামালিনী মানবী নম্রগা জয়া প্রদা মানবী, অনীশুবদা মহাক থবক তৌবী ওইগদবনি নম্রগনা বিঃএঃ নম্রগা এমঃএঃ পাস তৌবী ওইগদবনি, অহুমশুবদা মমা মপা পাং শুনা লৈবী ওইগদবনি। মরিশুবদা মমাদু লমচৎ ফজবী ওইগদবনি।"

ঐনা মঙোন্দা হায়,

-"অমতং হ্রাৎপদা নঙগীসি মৌ অমা ওইবদা ক্বালিফাইদ ওইদ্রে সিনিনে।"

মহাক্লা লায়না খুমদোরকই,

-"ওইদ্রে।"

ময়াম পুম্নমক নোকমিন্নে। ঈশ্বরচান্না হায়রকই,

-"ভায় নঙগী নুপীশি মনিপুরদা পোকত্রিবো।"

মাসু, ইথৌ থৌশাদনা অদুম খুম্লকই,

-"পোকত্রি।"

ঐখোয় খুদিঙগী গার্ল ফ্রেণ্ড অমমম লোইনা লৈনে। ঈশ্বরচানগীদি মঙা তরুকপু শুরমগনি। নোংমগী হোং হোংদুনা চৎমিন্নে। অদুবু মাগী গার্ল ফ্রেণ্ড মঙা তরুকমক রাজেনগী মৌগী আর আরদা অমত্তা তস তৌদে। ইবোথোইগা নুংশিনরিবসি মহাক্লা পাম্মী হায়বীয়ু হায়দুনা ঐখোয়না য়াউশঙ থাবল চোংবদা রাজেনগীদমক হায়বীখি। হায়বনা রাজেনগী হায়বীরগা ইবোথোইগা নুংশিনখি। রাজেনাদি থবল চোংবসি ইকায় হায়দুনা ঐখোয় ময়ামগী ফি-রোল পায়বা ওইনা লৈ। মাগী অপাম্বদু, মানা হায়বদু ঐখোয়না থল্ল-থল্লগা পায়গনি। মাগী হায়বীগনি। লৈশাবীদুনা চঙলকউ হায়দুনা খুৎ খৎতুনা পাখঙ ময়াম লেপলিবদুদগী মাবু কৌশিল্লকনি। মহাক্লা মচি মরুমদা ইকাযনা লৈশিন্দুনা লৈগনি। তশেংবমক ঐখোয়, মহাক্লা থাবল চোংবা য়াও হায়বা য়াদবগী মবম খঙদে। চুমনদা য়াওরোয় হায়। ইকায় থীগনবগীরা, মাগী ইষ্টি মমি তেক্কনি হায়বগীরা খঙদে। মহাক ইকায়দি থীগল্লি, মীঙোন্দা (নুপীদা) রা ঙাঙবা শুকঙম ঙমদে। ঐখোয় হৌমিন কামিন্নবা ইমান্নবা খুদিঙ য়ুম লোইনা পাল্লবনিনা মহাকী পুন্সিদা থাবল চোংবা অমুক ফংলরোয় হায়না লৌবা য়ারে।

মতমগী মতুংইন্না লৈকায় অমত্তদা হৌমিন্নরকপা ঐখোয় মরুপ মপীজা খুদিঙমক করিগুম্না হৌনরুবা অমা য়াওদ্রবদি নোংমত্তা পুন্না উনদ্রে। মতম অমদদি ঐখোয় হৌনরুবা তৌদনা নুমিদাংবাইরম পুলপ পুলপ উনদুনা কোয়মিন্নখি, ঙাওমিন্নখি, ফম্মিন্নখি ; নুমিদাংগী অথেঙবা মতম ফাওবা। ঐসু লমজাওদা ফমদুনা মতম লেনবগী

মহন্ত্রা ইচা লাইরিক তাকপীবনা নত্রগনা ইচা অতোম্বীবু মমাদগী লৌথোক্লগা ইমুঙগী থবক ইনথাঙ শুজরিবী মমাগী মতেঙ পাংবীবনা হেন্না চুম্ম্যাব্রা হায়না নোংফাদোক ইমান্নবগা লমজাও শোরোক্তা মতম লেম্লুরবা মতুঙদা থনগংলকলে।

লোংঙ্গো নুমিদাং অমা ইথ্রা থাজদনা ঐবু কৌথোরকই, ইচল নুপীনা ফি শাবা তোকতুন্না। রাজেন ওইরম্মী। ঐহাক চাকথুম্যাঙদা অঙাঙ লৌনা লৌনা পুজারীবু শঙলিবনি। ঐগী পুজারীনা খ্বায়দগী পামজবসি থবক চৎতবা নুমিত্তা অপিকপী ইচানুপী মঙোল্দগী লৌথোকপীরগা মাগী মনাক্তা লৈবসিনি। ঐস্তু মাগী অপান্নদুমক তৌনিঙঙী মরমদি মহাক বিঃএঃ পাস তৌরবী অমনি। ইমুঙগী থবক ইনথাঙ হোৎনবদা মাগী মহৈদু অরেম্নদা মাঙলবনি। ইচাতোম্বী মমাদা শিন্নরম্লগা মপান্দা থোরকই। চিনবান খজিক পৈথোকহৌবি ঐগী চাকথোঙবীনা।

ঐখোয় অনীমক লমজাওদা থোকমিন্নরক্লে। মহাক্লা ইলেষ্ট্রিকী মৈঙাল অদোমদা চঙশিল্লি। ঐখোয়না হেক হেক ফম্না মফমদি মথা অসোম নাকল্লদনি। মানা মাগী ফুরিংখাউদগী চে অমা লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পীরকই। ফোটোনি, হায়রকই,

–"মশক থঙব্রা য়েঙঙু।"

ঐনা হায়,

–"কয়ম্বনো?"

মানা,

–"কয়ম্বনা ফজবা হেল্লি?"

লৈশাবী অহমথক ফানশাং অমদা পরেং ফম্মিন্নবগী ফোটোনি। অহম্মুক লোইনা ফজৈ। অমনা হেল্লি হায়নিঙায় লৈতে। মখোয় অহমগী ফজবসে থনফম থঙদে। ঐগী ওইনদি ময়ায় থংবসি থনবা পাম্মী। মাগী মমিং অনী অসি মহৌশা ঐনা য়াম্না পামজবা মানদি য়াথিদবী শুমিতাগী মমিংতু মাল্লি। য়েংবদা ইয়াং পোকই। ঐনা হায়,

–"ময়ায়গীসিরা ভায়?"

মানা হয়াওনা খুমলকই,

–"মানিনে। অস, নঙ য়াম' থঙঙী।"

মানা য়াম্না হয়াওনা ঐঙোন্দগী ফোটোদো লৌরগা মাগী ফুরিংখাউদা হাপচিনখ্রে। ঐখোয়না তৎতনা ফম্লম্না মফমদুদা চঙশিন্দুনা ফম্মিন্নরে। ঐনা,

–"কনানো? কদায়দগীনো? কমদৌবনো?"

অমুক্তন্দা হংজিল্লি। মানা তপনা তপনা চিং চিংদুনা মথঙ মথঙ খুমলকই।

–"হাংচিং চেল্লনি ভায়। ঐ পুমঙাও ঙাওরবনি।"

ঐহাক মাগী ৰাইহেসিদা পুমঙক ঙকখি। ঐখোয় নিতিগী উন্নদ্রবস্থু লৈবুঙ্ক ফমদ্রবস্থু মহাক নুপী অম্বতা কোয়দে হায়বা ঐখোয় খঙই। ঐনা,

—"মহাক থবাক্তি তৌবা নত্রা?"

মানা,

—"উম তৌব্রি।"

—"কনানা শিল্লগা তৌরক্লিবনো?"

ঐনা হঙঙী। মানা,

—"ইচে মেমথোই খঙঙীদনা? সাপমগী থাঙমৈবন ওঙবদো। মানা শিল্লগা তৌরকপনি। মাগী ফোটোসি উবদা ঐদি পাম্নরা মশক উট্রিঙেদা য়াথোকখ্রবনি। ঐ মথোয়দা অম্রুক্ক চৎলুরে। ইচে মেমথোইথোয়দা উনরে। ব্রারীদি ইশান শাল্লরক্রে। মাগী মশক্তো হেক উবদা ঐ জ্ঞান মাঙঙীহে। থম্মোয়গাসে নিক নিক লাউজাংনি। নুপী মশক ফজরবগা উল্লবসিদি মিহুলগাসে চোংঙিহে। ঐ ব্রা অমত্তা ঙাঙবা ঙমদে ইঙো। য়ুমদগী ব্রাহে থরা প্রিপিয়ার তৌদুনা চৎপনি। ইন্নপরিএন্সকা লৈতবনে হুমাং কাংবা জাংনি। নঙ ওইরবদি ফনা য়াম্না ঙাঙগনি। —'চা থকসি' হায়দুনা ঐগী নাকর্নদা লৈবা মোয়ানুদা ফমথরকপদুদদি। মাগী মশক্কু হাইরপ উল্লব্বদগী মায়শি হাইগৎপা ঙমথিদ্রবনিনে ঐসে।"

ঐনা,

—"নঙদি করি অমত্তা হায়হৌদ্রবো?"

—"হায়হৌবদি লায়রদনা 'উম' থক খুম্নদু ফাওবা ঐবু ময়েক শেংনা থোজেল অসি থোকখিদ্রা থোকখিদত্রা খঙদ্রে।"

ঐহাক ঐগী মরূপ রাজেনগী হরাওবনা খুমহৎলবা মতৌদুদা নুংঙাইবা ফাওরম্মী। মহাক্না মথা তারকই,

—"মহাক ইলেকত্রিসিতিদা ক্লার্ক ওই। মমাদি লৈরি মপা লৈত্রে। মবুঙ অনী লৈ। নুপী লোইনা থিরে। সিনেমা প্রোগাম হাংচিং লৈ। নুমিৎ অসিদনি চেনগদৌরিবসি। মাগী খুয়েং মাগী মিৎয়েংদুদনি ঐনা ঙাওরিবসে।"

ঐনা হায়,

—"মতম থরা কোয়থোর্দনা মাগী লমচৎ শাজৎস্থ খঙননবা।"

মানা শৎ খুমলকই,

—"ইচে মেমথোইনা য়ুম পানবা ঙমগদবী নুপীনি, লৌহৌদবা য়াদে শিতনি ঐঙোন্দা তকলিবা।"

ঐনা,

—"হোয়, ইচে মেমথোইনা হায়রবদি ফরমগনি। য়ুম পাল্লবদি ফত্তবা নুপী লৈতবনিদা। মচা মশু লৈরগা ময়ুমদা কুমারী ওইরিঙেগী শাজৎতু তৌবা য়াবা নত্তেদা। ইমুঙ মনুঙ থৎনরকলিবসিদি য়ুম পানবা হৈমনবদগী, মরনাইগী, মরা মপুরোইবা

নত্রগা মচাগী থক, হোৎননিঙবগী অতৈনা শাউবগী যানি। তোঙানবু চায়বদি শুনিঙদবা মৌ শুরে, হৈরমদবা মৌ হৈরে। লাই হাকস্তুতগীনি।"

ঐহাক মাগী য়াম্না থুনা খঙনরগা য়াম্না থুনা য়ানবা, চেনবগী প্রোগাম লেপশিল্লকপসিদা খজিস্তুংদি চিংনৈ। মরম হায়ববু ঐগী মরুপ রাজেন থবক তৌদ্রি। হোয় মখোয়গী তাদশিংদি অচৌবদগীনা মচা কাওবা থবক অমমমবুদি পায়রি। মশক মতৌ ফজবী থবক তৌরবী অমনা বিঃএঃ পাস তৌবা ওমদ্রিবা ইমান্নবা অসিদা হেক্তা য়ারকপা ঐহাক খজিস্তুংদি ওকই। নুপী অদু শিদ্র লৈবী ওইব্রা খল্লি। ঐ রাজেন্দা ম্বাফমসিমদি কাওখোকপা ওমদ্রে। রাজেন শক-চু শাবান ফজবা মীনি। মদুদা য়ারকপা ওইরগস্ত য়াই। নত্রবস্থ ইচে মেমখোইনা রাজেনবু য়াম্না থাগৎতুনা নুপীদুবু শুমহৎয়াই থারম্রস্থ য়াই। ঐখোয় শ্বাইসি ইস্ফালনি হায়রবস্থ ইচে মেমখোইনা ওঙ্লিবা থ'ওমৈবন অদুবাইগদি য়াম্না খেননৈ। মহাক্ল করি মরমগী অসিগুম্বা জগা অসিদা পামলকলিবনো? ওইনিঙবা অমা ওইজসনু। হৌজিক কালসে নুপী সরি য়াম্না লৈরে।ময়ুম পানবা খঙদবী অফবা অহেনবা খিবদা খঙদ্রগা কনাগী অতোনবী ওইরকপা। মাগীসি অফবী লমচৎ ফজবী ওইরম্না ওইরমসনু। ঐগী মরুপ রাজেন থবক তৌজদ্রবস্থ মবুব মপাউ ফবা, চম্না লেনবা পামজবা আশা য়াম্না চাউবা মীনি।

নোংমা অয়ুক অঙনবা অমা রাজেন নুপী অমা চেল্লকলে হায়দুনা ঙাঙনরকই। চৎলুই, হোয় মাই অমতা হায়রক্তে। ইচে মেমখোইনা মাগী (রাজেনগী) মমান্নবা পুরা ওনখ্রে। ঐনা রাজেনখোয়দা চৎপদু ফনা ঙল্লিবনি।য়াহৌ ঙনগনদবা কনাদি ফমুঙদগী য়াওনদ্রিবা মতমনি। অদুবু ইচে মেমখোই মখোয়দা লৈরম্মী। ঐ হেক উবদা নোক্লদুনা,

-" কায় অমদি পাংবা তারেদনা?"

ঐস্থ খুম্মী,

-" অমতা নস্তে ইচে মেমখোই তরা পাংগে হায়দুনা ঙাইরকপা কুইববনি।"

ফজবীনা মাঙ্গোল ৱাই তৈরম্মী। ঐনা,

-"নখোয় তাতোন কদায়দা লৈ?"

-"ইমুঙদা লৈরমগনী তাদ।"

ঐনা ফজবীদা ফাগী তৌরি,

-" ননম্মা অতোনবী মশক ফজব্রো?"

-"উম।"

হায়রগা মানা তৌগদবদু অদুমক তৌরি। ইথম্ভা খল্লি -মখোয়না য়ানিংদবা জাৎলা, হরাওবা নুঙাইবগী মখি অমতা তাদে। য়ুম অমদা মৌ অনৌবী অমা লাকপদা হরাওদবা ইমুঙ লৈতবনি নুপানা চহী লিয়বদি। অদুবু ফজবীগী মওঙ মতৌ অসিনদি মনম্মা

অতোনবী লাকপদা মখোয় হয়াওদে খঙলে। ঐনা দান্নী মপান্দা চঙশিন্দুনা খোঙ্গুপ লৌখোক্লবা হোৎনরিঙে ইচে মেমখোইনা,

–" রাজেন শদানন্দ লাকইহে।"

ইচে মেমখোইনা মাঙ থৎলগা মখোয়গী কান্নুনা হেক্তা চঙশিল্লে। রাজেনগা মখোয়'নী লৈমিন্নরম্মী। মৌ অনৌবীসে থাবুদি থাদেক্লীঙদবনি অদুম্ভু মীগী মমাঙদা রাজেনসিবু ইকায়দবা জাৎলা। ইথন্তে খল্লবনি। ফজবীনা বাই তৈদুনা লৈরগা মৌ অনৌবীদুনা ফমুঙদা ফম্লগা লৈরম্লদু উবদা ঐগী থম্মোয়দা করিগুম্না অমদি কাওরম্মী। থন্না তনবা মীন্না নত্রগা মী উশিৎতবা মীন্না হায়না। ঐ উবদা ঐঙোন্দা হাইরূপ য়েঙলকলগা মকোক থুম্লগা ফমুঙ নাকল্দুদা ফমলি। ঐগীসি তান চাত্রবরা ইথন্তে খল্লকই। মশক মচু ফজবা মীনি। ঐগী মরূপ রাজেননা 'নুপী অমা ওইবা তারবদি মশক ফজবী ওইগদবনি' হায়বদু চপ চানা হেক থোকই। রাজেন ঐখোয়'নী মাগী কান্নুদগী থোরক্লে। ইমাদু লময়ায়দা থেংনৈ। ঐনা কৌবদুদা হয়াওনা খুমলক্তে। ঐনা,

–"ইমা নমৌ অতোনবী লাক্লবনিনা নুঙাইরম্মনিনে।"

–" নুঙাইরে ইবুঙো, য়াম্না নুঙাইরে।"

রাজেনখোয়গী ইমাগী শাউরূপ তৌবা বাঙাঙদুদা ঐ করিনুংগী হঙলুবা খল্লকই। মখোয়না পামদবা মৌ ওইবা তারে। পুক্লিংদা খল্লি। থঙনবা থোঙালদা হোত্তেল অমা লৈ। মদুদা ফম্লগা ইবানী বারী শানে। করি কমদৌবা তাম্রে। ঐনা,

–"য়াম্না হয়াওনবু লৈনে। য়াম্না থুনবু নুংশিনৈদা। নঙনা কা মনুঙদগী হেন্দোক্তবসি ফত্তবনি। নচল নুপীগী মনাক্তা লৈহনবা য়াদ্রে?"

তপ্না খুমলকই,

–" মাগী মনাক্তা সুম লৈয়োঐয়ে, ঐস্তু মাসে পঙয়েঙদা য়েঙনিঙবা। য়েংবগী পেন্দবা।"

ঐনা মঙোন্দা তক-তক তৌরি। মরমদি ইমাবোক্না চা পীরকই। মখোয়গী মমাবোকনি। মপলগী নুপী, মখোয়গী মমাবোক অখ্রে। রাজেনগী বাদো ঐদি ইকায়। রাজেন ইকায়না উদে। ইমাবোক্না হায়রকই,

–"ওরাং লাকপা ইমৌসি মশক ফজত্রেদা, ঐখোয় রাজেনা নহান মখৈ য়ুম পান্নু য়ারমত্রিবসিদি মতীক হেক চায়দা। মশকসু ফজবা থবকসু তৌবা।"

ঐনসু খুম্মী,

–"উম ইমাবোক, ভাই রাজেনসি দাউ য়াত্রজাৎনি। মৈতৈ বাহৈদা চৈ কাবা হায়দুনি। নত্রা ইমাবোক?"

মাসু খুমলকই,

–" মানি-মানি।"

ঐনা রাজেনদা তপ্না হায়,

–"ইমাখোয় ফজবীখোয় হল্লাওবা ইমান মান্দে করিগীনো?"

মানা তুকথনা খুম্লকই,

–"ওরাওসি বেরা কানপ্রবনি, অবাংথংবগী ইতৈম্মনা মৌনি হায়না ঐখোয় ইমাদা তমশিল্লকপা, নুমিদাংদু থিন্দোকল্লুচো হায়বসিনা য়া-য়া লাউনগ্রবনি। ইচে মেমখোই উবা য়াদ্রবনি। ঐখোয় ইমা-ইচলনুপী কনামতা মৌগী মনাক্তা চঙবীরকপা পোৎনত্তেদা।"

ঐহাক পুঙঙক ঙকখি। ঐনা,

–"করিনো হায়রিবসিবো?"

মানা তপ্না খুমলকই,

–"নহালবাই কলেজ তমলিঙেদা থঙনবা য়ুমদুগী নুপা অমনা খুদাঙ অমুক পায়খিবগী বদনাম অমা লৈখি হায়। অদুম্থ চেনবা নত্তে। উশিংনদবগী তৌনবা ওইরমালে। নুপাদু জেলদা থমদুনা লৈরম্লমালে। হৌজিক্তি নুপী অমা থিরগা লৈথ্রমালে।"

–"ও!"

ঐহাক অশাঙবা শ্বর অমা হোন্দোকই। ঐ রা মখা তাবা ঙমদে। চাদু তপ্না চিংঙি। মানা মখা তারকই,

–"ঐহাক মহাকপু উরম্বদগী মচা লৈরবস্থ লৌরগে থনথ্রবনি।"

ঐনা হংঙি,

–"নঙ হায়দি থঙব্রা?"

চাদু চিংলগা খুমলকই,

–"উম থঙঙী, ঐনা নঙোন্দা হায়দবনি, নঙনা য়ারকলোয় হায়দুনা।ইমাম্বা অমতা হায়দবনি।ঐনা চেনবগী মতম থুজিল্লিবা, নখোয়দা অমত্তা হৌরকত্রিবা মরমদু অসিগীনি।"

ঐস্থ খুম্মী,

–" চুম্মী "

মহৌশা ঐখোয়' ইমা উহন্দনা লোন্না বরব লৈরগা চাখি। ইমানা লোক থুঙগনি হায়দুনা বরপ য়োনবা ময়াঙদু কোয়তান তাল্লি।

–" তান চারুম্রবদি সেকেন হেন্দ মরম্ভুম্থ অহনবা ফর-ফরবা য়াওরক্তুম্বা নত্তে।"

মাগী চাদু অমুত্তুন্দা লোইনা চিংশিল্লগা তেবল মথক্তা গ্লাসত্থু তক লাউনা থম্লকই। ঐহাক ঐগী বাসি শোয়খ্রে থল্লকই, মহাক নুঙাইথিদ্রমালে। ঐনা মাগী ফোরদা অস্থম্না অমুক হায়,

–" মশকত্তি নহালগী ফোতোদুদগী হেম্রবু ফজৈনে।"

ঐগী বাসি তাদনা মহাক্তা হায়রকই,

–" নুপা লিশিং অমত্তা পীরকউ।"
ঐহাক লৈ হায়বস্থু হায়দে লৈতে হায়বস্থু হায়দে। ঐনা হায়,
–" কনি চৎননবনো?"
মানা তনথুম্ন থুমলকই,
–" হৌরেল খিনবা তারবদি মাগী খোঙচুপ অমগা ফুরিং অমগা লৈগে, মঙোন্দা পীনবা পৈশা থরগা।"
ঐ নোকই। মরমদি ঐনা মঙোন্দা তৌ হায়গদবদু মহাক্না হেন্না খঙলম্নদুদা। পৈশা সুকলৈ লৈহৌদনা ঐনা,
–"হোয়"
হায়জিল্লি। মহাক পৈশা খোকত্রি। তাদা অহল্লনা য়ুনিভর্সিতিগী ওজানি, তাদা অনীসুবনা হয়ার সেকেণ্ডরীগী ওজানি। তাদা অহুমসুবনা পি–দবলিউ–দি গী এসোনি। মখোয়গী ইতৈমশিংদুদি সরকারগী থবক অমত্তা তৌদে। নুপা–নুপা থবক তৌনরবস্থু। তোঙান লোয়না চানরে। ঐগী মরুপ রাজেন, মখোয়গী ইমা, ইচল ফজবী, মখোয় অহুম অমা চাবনি। রাজেন ময়াম্নশিংদগী পৈশা হায়দে। নোংমা ফাদোক গাড়ী মচা লৌবা ফাওবদা থবক সুনিঙদবা, থাউ হান্না ঙমদবা নখোয়দি সাইকলদা চৎলু ঙাঙভী। অদুনা মহাক ময়াম্না অহুমগা লোন্দিন্নদে। তাদা অহলগীদি মারুতি কার লৈরিবনি। মানা থ্বাইদগী লিকই। রাজেন্না ঐঙোন্দা য়াম্না তোয়না হায়,
–"লাইরিক য়াম্না হৈবা মীসি মবুক ফত্তে, মী পীজনিঙদে, ঙাঙনবা রায়। মরৈ থাংভী।"
মহাক্না ঙাঙলিবসি মখোয়গী তাদা অহলবুনি। তাদা এসোদুনা মখোল থরা চাওরবস্থু ঙাঙন–শক্লবা থরা য়াই। নোংমা ফাদোক রাজেন্না স্কুটর পিয়ু হায়বদা থরা ঙাঙজরবস্থু সোদি অদুম পীরকই। য়াম্না ফংত্রিবসি ওজা অনীদুনি। মানা তংতনা হায়,
–"মনিপুর কৈদৌঙেদা ফগংলকলরোই ওজা ফত্তে।"
ময়াম্না অহুম থবক তৌবা ইমুঙদা রাজেন উপায় লৈত্রবা তোল্লবা পাখঙ অমগুম হিঙভী। মখোয়গী তাচৌনা ঐগী মরুপ রাজেনবু অস্মুন্না চৈ,
–"অপাঙ মতমগা চানদবা, শুনিঙদবা, লৈকায়গী অঙাঙ মচা মত্ত থরা তিন্নরগা মী ওইরোই।"
অসিনি।

লুহোঙবদু সিনেমাগী হেরো–হেরোইন লুহোঙবদু ঙাইখি। অস্মুকী মতীক ফজে। অস্মুক ফজগ্রবা বর–কৈন্যাদো লৈকায়না ঙাঙনখি,
–"মৌনবু লুহোঙভী তৌহৈদে, পাখঙনবু মৌ লৌব্রি"
হায়দুনা। নুমিৎ থরনি লৈরগা পাউ তায়–রাজেনগী নুপী মপাম্ন চৎশ্রে হায়বা। মখোয়গী ইমাগা ফজবীগা অমা অদুগা রাজেন মথন্তা অমা তোঙান চারে হায়বগী পাউ ঐগী

নাকোঙদা য়ৌরকই। ঐগী নুপীনা নুমিদাং অমা হায়,
 –"তায়রাজেনগী নুপীদো থবক য়াম্না স্থনিঙদে"
হায়। মচল নুপীগা স্থমাঙ য়াই তৈবগী ঙহাক লৈতনা থংনৈ হায়। নুপীগী মিচঙ চঙলগা তায়রাজেনা ঙাঙঙী হায়দুনা মখোয়গী ইমাগা মৌগা থংনবগী চংখিবা ওইরমরে।

নোংমা নিনি লৈরগা অস্থয়া অমুক তায়। রাজেনগী নুপীদো হন্নকলে। রাজেন্না লৌরম্বনি। মাগী কাদা তোঙাল অদুমক চায়। ফম্মাঙদা চাকথুমস্থ, বাদ রুমস্থ, লেত্রিনস্থ লোইনা ওইরে হায়দুনা। ঐগা মাগা ঙাঙন শকনরম্বা লৈত্রবস্থ অথঙবা অতাবনা মাগী মরম ঐগী নাকোঙদা লোইনা য়ৌরকই। হৌজিন কামিন্নবা লৈকায়গী ইমান্নবশিংদগী ঐখোয় অনীনা থরা হেন্না মতম অমদা লুনা তিন্নরম্মী। নোংমা য়াচংবদনা অস্থয়া তায় – রাজেনগী নুপীনা ঙা অতাওবা থনম্বদা লৈরমদে, শো লোন্দুনা উপুদা থম্ববু হৌদোঙ অচৌবনা আলমীরা থোঙ্ হাংদোক্লগা চাগ্রে হায়দুনা মচল লৈশাবীগা থংনবদগী মমা, ময়াম্বা লোয়না য়াওশিন্নখ্রুনা রাজেন মতৈ মনাওবু মমা, লৈশাবী, মৌশিং, ময়াম্বা অহল, য়ায়মা ময়াম অমা শারগা ফুনগ্রে হায়বগী পাউ য়ৌরকই। রাজেনদো নোংমা নিনি হৌগংপা ঙমদে হায়বগী পাউ তায়। মাগী নুপীগী অউন গাড়ীদুস্থ ময়াম্বা য়ায়মনা য়োংপাক্লা য়াম্বংপীগ্রে হায়। মথঙগী নুমিদাংবাইরমদু মাবু উন্নরুসি মহাক পুরা মওঙ অমা তৌগ্রে হায়দুনা ইশ্বরচান্দনা ঐবু হৌবা লাকই। মহাক ইমুঙদা হিপ্লি হায়দুনা চঙঙী। মখোয়গী ইমা, ইচল, ইতৈমশিং তাদশিং ঐখোয়বু উবদা মায় লৈখোক্লখি। কনা অমতনা ঐখোয়নীবু মহৌশাগুম কৌরকখিদে। মচাবু মনাওবু নুংশিদবশিনা ঐখোয়বুস্থ নুংশিরমলোই হায়দুনা ঐখোয়স্থ খল্লি। পোকমিন্নবা মচাবু-মনাওবু নুংশিত্রবদা ঐখোয়বুদি করম্না নুংশিগদৌরিবা, নুংশিফম থোক্কে।

পঙচাও চাউবা কা মস্তে। কাদুদা মাগী নুপীগী অউনপোং মখে পীক থম্না পৈদুনা লৈ। খজিত্তেং হাঙলিবা হায়ববু নাকল নাকল থাম্নিবা ফমুঙ অনীগী ময়াম অহাঙবদুনি। মদুস্থ ঈশিঙ বালটিন অমগা চেঙফুগনা শরুক থরদি কাম্নবনি। ওয়রোম নাকলগী ফমুঙ মথঙল থমলিবা পোংয়াম, কনাগী ফুরিং তুনবা মেহিন, ফিয়ানথোক, কেল, আলমিরা, ফ্রিজ, ফ্রিজগী মথঙনা ফিল্টর পোং-চৈ ময়াম অমা, করিগুম্বা অমম্তং নিঙথায়রকপা থোক্লবদি মখোয় অনীনা তুম্নিবা ফমুঙ অদুদি অদুম্মক ফুমজিনখিগনি, লৈনুঙদা পোং ফুমজিনখিবগুম। রাজেনগী মনাক্তা ঐখোয়নীমক ফমখৈ। ত্যাককী মঙালদুনা কাদু কাচিন-কোয়া লোইনা উই। কাঙথা অনীমকস্থ পোং-চৈ ময়াম অমনা পীক থল্লি। চহী ৪০গী মতুঙসিদা ঐগী মরুপ্না পাল্লিবা য়ুম্বাল

অসি ঐহাক অসম মাঙঙী। মাগী নুপী, ঐখোয়বু কৌমে ভাওসে। রাজেননা হায়,
—" চা অসীশঙ্গা লোয়গেরা?"
ঐগু রাজনম্বু চপ মানলা হায়,
—"য়ারে-য়ারে, য়ারে শেম্মুরম্বু।"
হায়না হায়না কাঙখদগী ভ্রোবতু চিংথোক্লগা মৈ থাগৎকনবগী মাগী নুপীনা হোৎনরি। রাজেনগী মঙ্গায়দু ফজনা মুনা পোন্সী। মমিৎ মাম্মুম্ব মুশিল মুরে। মিৎকী অঙৌবা শরম্বুনা ভাংশঙ ঙাঙলি। মনা নাকল নাম্বম্বু থাগৎপগুম চাউখৎপগুম তৌরি। মতৌ উবদা ঐখোয় হোয় মাই হায়দনা লৈ। ঙাইহাক্কী মতুঙদা ভ্রোবকী ঙৌ হায়বা মখোলদুনা কাদু পুমনিল নিলখ্রে। ঐখোয় পুম্নমক ঙাইহাক তুমীন তুমীন লৈনৈ।

ভ্রোবকী ইরাঙ লাঙবা মখোল মরস্তুদা রাজেননা হায়রকই,
—"ভায় ঐসে মী হাৎনিঙঙকই।"
ইশ্বরচান্দনা হায়,
—"করিনো ভায় নঙ য়াম্না হোংঙে অদুমাইনা থনবা ফস্তে।"
—"ঐসে অঙাওবা ত্রেককনি, মতুগী লুখাক চাবা অধামরা হায়দুনা লীচৈনা পঙকনদা কনবনেমি ভায়। ঐ মখোয়দা লান্দবনেমি। ঐগী বাইপকা ঐগা চাক চামিন্নবদা করি কায়বগে ভায়। হজবেন্দ বাইপ হায়বসি বান সোল বান বোডি হায়রিবনি। ঐ লৈখ্ররোই ভায়, নুপাগা নুপীগবু হায়বদি হজবেনগা বাইপকবু হেক চামিন্নবা নুপা লৈরমলবদি সংসারসিদা। মখোয়দি করিস্থু নস্তে শাগেনি। ইয়াম্বা ইচিল-ইনাও হায়বসিদি শাগেনি নত্রনে ভায়? প্রোফেসারনা হায়রিবা —নুপীদি চামরক থিবা য়াবনেঐনে। নমা নচিল-ননাওদি মৈরা চমদুনা থিবা ফংলোয়নে বুদুঐনে ঐবু। মীগী মচা মীগী শাগে অমগী নুপী অসিনা লাইদৌনা কিবা, নমা, নচিল-ননাওনা শাগেগুম্না থনবা মহা গধা। মঙগী নতুসিবু নুপীরো? অসিনি।"
রাজেননা প্রোফেসার হায়রিবসি তাদা অহলবুনি। মানা মখা তারকই,
—"ঐস্থু শাউরববিনা-নঙদি শাগেনে। ইতুদি ঐনে। শাগেবুদি ইভুনা হেনবা তাবনি। হায়রে ভায়।"
মখা লীথরকই,
—"ঐ খাঙবা ঙমদদুনা শাউনিঙদুনা খুম্নগী বানি ঐ খুৎতি হন্দেঅবা। ঐ যম্বা ফস্তবা, ঐগী ইনাক্তা হিংজগনি হায়দুনা লাক্লবনি। নুপী হায়বসে মমুম, মবুঙ মৌম্পা, মমা মপা, মরুপ মপিজ্জা ময়াম অমা হন্দোক্লমলগা লাক্লিবনি। অদুগা ঐগী নুপী তাম্বোকখো থবক শুনিঙদেঐনে। মী থবক কাদুনা থবক তৌরিবা তলব চারিবা অমমু থবক শুনিঙদেঐনে। ঐস্থু শাউদুনা খরা খৎনখ্রে ভায়। মরুদি থবক তৌদবী ইতৈমা অহম অসিনা মাঙ্গরগা ইমাদা, ইচল নুপীদা য়াই

থাদনেনি। অখোয়না চেঙ ভলবিবস্থু নত্তবা। ঐনা মাগী মতেঙ থয়া পাংবা, মমা থবক কাবা, মানা থবক কুম্মকপা থিন্দোক থিজিল ভৌবসিবু অথাঅবানি, নুপীনা থাকপা নুপা, লুখাক চাবা হায়দুনা ঐগী ইমামক্লা, হায়রকপসিদা ঐ প্রাণ পুবা ভমদবনি ভায়। ঐ ইমা ফাওবা 'ইমা' হায়না অমুক হন্না কৌরয়োন্ন থলগ্রবনি।"

ঐনা হায়,

–"করিনো নঙনা ভসি ভাঙলিবা বাসে ভায়। অনুমনা থনবা হৌনদে। ইমা হায়বসিদি মিথনা উবা লাইনি হায়নরিবনি। ঐখোয়দি ইমা মশক উবা ফংদ্রবনা ধূপ থাউমৈ থাদুনা খুরুম্লিবনি কোটৌদা।"

মানা শৎ খুম্নকই,

–"ভায় ঐখোয়মাদি লাই নত্তে। ভায়খোয়গী ইমাদি ঐনস্থ খুরুমলিবনি। ঐঙোন্দা ফাওবা ইবুঙঙো হায়বদগী হেন্না মিং ফাওবা কৌথিদ্রিবনি। ঐগী ইমানেনা লৈরিবসিদি ঐঙোন্দা নুংশিনা কৌবা নখোয় তাগ্রবরা? ঐসে মানা পোকপা নত্রবরা মঙোন্দা হংলিবনি। মচা অমদা মমা অমনা ভাঙগদবা রা, ভসিফাওবদা ইনা পঙগনি ঐ তাদ্রি। মবুক ফত্তবা মমাগী মচা ভাঙ্কুনিনা ইয়াম্বনেনা তৌরিশিংসে অমত্তা তিন্নবা য়াদ্রিসিনি। লানত্রা ঐনা হায়রিসিবো?"

ঐখোয়দদুম ওনশিন্নকই। ইশ্বরচানন হায়,

–"মচানুপা য়াম্না নুংশিজবনা নুপী থিরকপসে মমা, মচল, মতৈমা ওইবশিংনা পঙশাওদা শাউনিঙবগী চৎনবী অমা লৈবনি ঐখোয়' লমসিদদি, অদুননি। নঙ শাউবা হল্লো। থয়া লৈরগা মশুগা লৈরকান্দা মাইনা ফজথিনি।"

মহাক মুম্না তায়।

ঐখোয় মহাকপু থয়া থেমজিল্লুগে লাকপনি। ঐখোয় মহাক্কী রারিসে মথা তানা তাবা কিরক্লম্মী। ইশ্বরচানদি তশেংনা কিরত্রা থঙদে।

–"ভায় তোকও য়ারে তোকও"

হায়না কনা য়ামনা থামথি।

লৈকায়না ভাঙনবদা ঐখোয়না তাথি। রাজেন্না মাগী নুপীদু চাক চাবদা চাকলুত্তম তোংবা হয়িঙ হন্মী, মাগী নুপীগী ঈরুজনবা ঈশিঙ হোল্লি, ঈশিঙ অশাবা লুম্বী হায়দুনা। ঐখোয় অনী মহাকপু, ইমুঙ-মনুঙ তিন্নবা য়ানবা থয়া ভাঙগে লাকখিবনি। মাগী মমা, মচলনুপী, ময়াম্বা, মতৈমশিং ময়ামদা পেন্দবগী রাকৎ ময়ামদু, ভারগা ঐখোয় রা অমতা ভাঙখোকপা ভম্নমদে।

চাদু ঐখোয়গী মাঙদা থম্নকই। থকউ খোৎলু হায়বা করিমতা হায়রক্কে। ভোব মুথৎখিবদগী কাদু অমুক পুমচিক চিকই। চাদো থক্রুগা ঐখোয়'নিঙ্ক খোয়ক্রে।

ঐখোয় 'নঙ শাউগনু' হায়বা নত্তনা কমিন্দু হায়রম্মদে। মাগী নুপীদু মীওক-মীকোদি থম্না য়াংলি। ফমনন্দু ফত্রবন্দু ঐখোয় মাগী নুপাগা তিন্নবা মরুপনি। মাদা ঐখোয়গী তাদা কৌবদা মাগী ফজবা হম্বুগদবা নত্তে। ঐনা ইশ্বরচানদা হায় লম্মীদা,

-"ভায় মাগী নুপীসিন্দু মওঙ অমদি তৌদ্রা? মখোয়গী ইমান্দু হায়গুম্মলদনা মওঙ অমদি তৌবী। মচা থবক তৌম্মা অহম লৈনা লৈনা লপোলনবা চৎলিবসিনি তোঙান চানুনা, নুংঙাইনা লৈবা য়ারম্মনেবা। মখোয় পোসতি ইরে লৈনেদা। ফজবনা তৌবদি ইকন্দ ফজে হায়বা প্রমান্দু মাগী নুপীনা তৌরিবা মতৌসিন্দু ঐ য়ানিঙদে।"

ইশ্বরচানদা ঐগী বাসিদা, হায়রকই,

-"নঙোন্দা চুমজদ্রবন্দু ভায় রাজেন্দদি চুমদনা থৎনরিবসিদি। মাদি মহৌশানা হায়জবনি। পাথঙ ওইরিঙে ময়ামগী, নুপী হেক থিবা নুমিত্তগী নুপীগী।"

ঐনা হায়,

-"থঙদ্রেদা ভায়, মখোয় ইমুঙগী বাসে য়ানিংবা অমত্তা য়াওদে। ঐগী মত অসি য়ানিঙদব্রা ভায়।"

মহাক মঙক হায়রকই। য়ানিংবা ফোঙদোক্লুন্না।

নোংমা নুমিদাং অমা পাউ তায়। রাজেনগী নুপীদু মশাদা কেরোসিন হৈজিনদুনা মৈ থারে হায়না। হোসপিটাল য়ৌদনা শিরে হায়। থোইনা অঙকপা পোকখিদে। ওহ শিরব্রা অসিথকতনি থল্লিবা। ময়াম্বা অহল য়ুনিভর্সিটিগী ওজা ওইবদুনা পাউদম্লকপা কম্মা খবরদা হাপলি -মহাক্না (ময়াম্বা অহল) চাক চারিঙেদা কপ্পা লাউবা তায় হায়দুনা য়েংলুবদা শুমাঙদা রাজেন্না মাগী নুপীবু কেরোসিন হৈজিনদুনা মৈ থাদুনা লৈরম্বদগী ময়াম চঙদুনা মাবু ফুবদা রাজেন জ্ঞান মাঙখিবনি অস্সুন্না। রাজেনদি হোসপিটালদা লায়কম্মরি জ্ঞান তাদ্রি হায়রি।

পাউ তারবনিনা চৎলুই। শুমাঙদা থানা ময়াম অমা লাক্লুনা লৈরম্মী। লৈকায়গী মীনা শুমাঙদু পীক থম্না লৈরম্মী। কনাস্সু কপ্পা লাউবগী মখোল তাদে। ইথন্তা অস্সুম থল্লগা হল্লকখি, কনাদস্সু হংফম লৈখিদে।

কম্নি মরমদগী রাজেন্না মাগী নুপীবু কেরোসিন হৈজিল্লগা মৈ থারিবনো? মাগী নুপীদি শাগে নত্তে। শাগেদি নঙনি হায়দুনা ময়াম্বগা থৎনবা ঙম্লিবা, মাগী নুপীনা পুন্নমক্তগী হেল্লি থনজারিবা মহাক্না, মাগী নুপীবু কম্নি মরমগীদবক মৈ থাদুনা হাৎলিবনো? মীওইবগী মরম য়াম্না লুই থঙবা। মতম অমদা নুংশিনা তিন্নরম্বা, মাগী ঐগী পুক্নিঙ থঙনরম্বা রাজেন, ঙসিদি মাগী নুপীবু হাৎলবা, ভাইবঙ মীওইবগী পুক্নিঙ বাথল, হয়েংনা কম্নি ওইরকপা কনানা থঙবা ঙম্বা।

লোংবা লোংবা হৌখি। রাজেনগী নুপীগী কপ্পা লোইখ্রে। লোংবা অহুক অমা ময়াম ঙাক্তনরকই - রাজেনগী মমা অমদি মচনুপী পুলিসনা সরেন্দর তৌগ্রে হায়দুনা। মখৌ নুপীবু কেরোসিন হৈজিন্দুনা মমা মচানা হাংলি হায়বগী। লালহৌবা নহাক্লোলশিংনা খিনাংনকপদগীনি হায়,

– "মলেম অমদি মচল নুপীনা কেরোসিন হৈজিন্দুনা হাংপা ওইরম্লে"

হায়বা হেদিঙগী মথাদা রাজেনগী বারী অমদি মাগী লৈখিদ্রবী নুপীগী মরমদা খবরগী লমায় থায়া ইরক্লে। মখোয় ইমুংগী বারীনা লৈকায় বারী ওইরক্লে।

মতম অমদা মশা নানবদা মমিং চংলম্বা রাজেনদো ঙসিদি ময়ুম, মরূপ মপিক্কা কনাসু থঙখিদ্রে। অমোংপা ফিজোলনা লৈতেংখ্রে। মশম মনা মখোঙ থঙখিদ্রে। মীয়াম তিনবা মফমদা নদ্রগা লমহাঙদা মথন্তা কন্তুক কন্তুক ঙাঙবগুম লাউবগুম,

– "নুপীদি শাগে নঙ্ডেয়ে, শাগেদি নঙনে"

খোল্লাউনা মাগী অনৌবা মমিঙ অমা ওইরক্লি। থাপতকনা তারকই,

– "নুপীদি শাগে নঙ্ডেয়ে, শাগেদি নঙনে।" □

s s

## হোম স্থিত হোম

মহৈ মহৈ পঙাঙ ঙাঙনৈ। অচুম্বসু অয়ানবসু পুমতোং তোংশিন্নে। অপাম্বনা সিনি হায়বা কনা অমতনা খন্দোকপা ঙম্মদে।মানা মানা থোকপা চিন অমা পাল্লি মতাঙুম পঙাঙ ঙাঙনৈ। অদুবু ঙসি অসি জবান পীগদবনি কোর্তা। ঙাঙনরম্বা ময়ামদো লোইনা লোংখি, লমহৈয় মকোল্পা চঙখি। মৈয়া পামবী, ক্লবকী মকোক ওইবা সেক্রেটরীসিং জবান পীবা তারে হৌজিক্তি। মহৈ মহৈ ইকী কীনৈ। কনাগীদা মিচঙ চঙলগা হায়গনি। ঙরাঙ নুমিদাঙ মীটিং তৌবদা ক্লবকী জেনেরেল সেক্রেটরিনা হায়,

-"নোংমৈ কাপ্পবা মতম্দা ঐদি যুমদা থবক স্থরি। নোংমৈ মখোল তাবা মতমদা চাকশঙ মনিঙদা পাকথদুনা লৈ। চাকশঙগা ক্রুবকা কিলোমিটর অনীগী হিশাপনি। ঐহাক মদুগী মরমদা করিস্থ খঙদে মখোল তাহৌবা মতুনা।"

মাগী বাকমসিদা ময়াম্না লাউখিনবীরে। কনামতমা য়ানপ্রে।

-"এহ, করিনো উহৌদ্রবস্থ উহৌবি হায়গদবনি। সেক্রেন্টরী হায়বসে ময়ামগী মীহৎলে। ময়ামগী পাউ পুগদবনে। মীচম প্রজা হাৎলগবু খঙদেঐনা তুমীন লৈবা য়াব্রা? কিয়বদি করিগী সেক্রেন্টরী ওইরিবনো? নঙগী মোৎ অদুদি পীব্রবস্থ য়ারে। করি অর্থনো অদুবো?"

ময়াম্না হংনেরকই, হায়নরকই। লাউনরকই। জেনেরেল সেক্রেন্টরী মরু লুকই। ফাইনান্স সেক্রেন্টরীনা শাউরপ্না হায়রকই,

-"উহৌবী হায়গদবনি। মখোয়না গাড়ী জকিংদা নোংমৈ কাপথোকচরক্রগা, পাথৎতুনা মখোয় মশেল পঙকাপতা কাপ্পনি। মদুদা মীচম শোকপনি। মরাল লৈরবা সরকারগী সিকায়শিং দন্দি পীগদবনি।"

য়াম্না তপ্না প্রসিদেন্টনা হঙন্তী,

-"ঙাইথো রতন নহাক অশেংনা উহৌরব্রা?"

-"উহৌরে। ইথন্তা নত্তে, মীপুম খুদিঙ লোয়না উহৌরবা বাকমনি। ঐখোয় নোংমৈ কাপফম মত্তন্দা লৈরিবনি।"

-"ঙাইথো রতন, ঐখোয় হায়দুনা হেক্তা হায়জিনগনু, মী মমিঙ পল্লুনে। জাবান হায়বসি য়াম্না লুবা বাকমনিনে।"

প্রসিদেন্টনা হায়রকপনি।

-"অদুদি রতন উহৌবা নঙনা পীবনা ফত্রা জবানসে।"

জেনেরেল সেক্রেন্টরীনা হায়। রতন অঙাঙনি জেনেরলে সেক্রেন্টরীগা য়েংনরম্বদা। রতনগী মপা থিকানি। পৈশা পায়। মপাগুম্না মাস্থ বা কমা-কমা ঙাঙন্তী। মহাক্রা য়াম্না শাউরিবগী মরম অশিবা অহমগী মনুঙদা মথুরা অমা য়াওরি। রতননা হায়রকই,

-"জেনেরেল সেক্রেন্টরী লৈনা লৈনা করিগী ঐখোয়না জবান পীদোয়বা?"

-"এহে, উহৌবা নঙনা পীদনা উহৌদবা ঐনা উহৌবি হায়না পীবা চুমব্রনে? মসিদা জেনেরেল সেক্রেন্টরী ফাইনান্স সেক্রেন্টরী স্পোর্তস সেক্রেন্টরী, কলচরেল সেক্রেন্টরী হায়বা লৈত্তে। স্থপ্পগী জবান পীবা ঙমগদবা মী কৌবগী বানি। কোর্ত হায়বসে পঙহায় হায়জিনবা য়াবা নত্তে। উকিল অমনা ক্রোস একজামিনেসন তৌরকপদা, মতম, মফম, কাচিন কোয়া কোৎথোক্লুনা হংলকপদা ঐনা তৌখিবা চাকশঙদা পাকথদুনা লৈখিবা কয়াদো খুমদোকপ্রবদি ইরায় লায়না হয়ানবা ফাখিনী। নঙ ওইনা পীবনা ফগনি রতন।"

রতন তুমীন লৈপ্রে। ঐহাক বাকম অসি ঙসায়দগী তাবনি। ক্রুবকী মীনা ক্রুব চন্দদনা

থম্না লৈরিবদো মখন মথন্তা লমজাও শোয়োত্তা ঙাঙনরম্বা ময়ামদো কনা অমত্তা হোয় মাই হায়খিদ্রে। মখে-লাংলম্বা উচিশিং মকোল চঙনখ্রে। প্রসিদেন্টনা হঙন্নী,

–" ময়াম মরক্তগী থৌদোকসি উথৌবা কনা য়াওবিহৌবগে? কোর্ত্র মোত পীথীগনবা?"

পুমচিক চিকই মকমদো। ময়াম মরকতগী অমনা হায়রকই,

–" জেনেরেল সেক্রেটরীনা পীকম থোকই করিনো?"

ময়াম পুম্নমক মঙোন্দা য়েঙই। রতনখোয়গী শাগেগী মী অমনি। ঙাইহাক লৈরগা ময়াম পুম্নমক্না,

–"চুম্মী চুম্মী"

হায়নরকই। মিটিঙদো ম্নারেপ লৌদনা লোইশিনখি। মৈরা পায়বীগী মোতম্থ অসি মঙায়। লোয়তোঙবম ইবেয়াইমা মহৈ মশিং হৈজদ্রবস্থ ম্না ঙাঙবদা ঈশিঙ লিত্তবী লৈকায়শিগী নুপীনি। অহল ওইবী নহা ওইবী কয়া কয়াগী লুচিংবীনি- মকোকনি। মৈরা পায়বীগিদি মহাক্না জবান পীগনি। লম্নোঙদা তৌবা মিটিংদা মহাক, কম্না-কম্না ম্না ঙাঙন্নী, ময়াম পুম্নমক পেয়্রে। লমসিগী এমঃএলঃএঃগী ভোৎ মথঙদা মহাক লেপফম্নগনি হায়না ময়ামনা য়া-য়া লাউনা ঙাঙনৈ। মহাক্না কম্না লাউরিবদু ময়েক য়াওদ্রবস্থ লৈকায় তম্না লাম্না তাগদবা ইবেয়াইমগী থোজেলনি। মহাক্না হায়,

–"সরকারগী সিফায় প্রজা ঙাক্তনবা নত্তে মন্ত্রীখক ঙাক্নবা মহাপাপি ঙাক্তনি। লমদমসিগী ইচা-ইগুশিংনা হৌয়রক্নিবা লালহৌ অসি চুম্মী। ইমুঙদা থবক স্থদুনা লৈজরিবা থোং-থোং লাউনা ইনখংলকলিবী লৈশাবী অনীবু সিনি নানি খঙদনা নোংমৈনা কাপসিন্নবীবা। অদুগা মরাল লৈজদবা ভোৎ থাদবা নহাস্থ নত্তবা অহল অহমবুনা থবাক্তা নোংমৈনা নম্নগা কাপখায়দুনা হাৎপা। মখোয়বু ঐথোয়না করম্না নুংশিগনি। করম্না নহানা সিদবু ময়ুম থাদোক্তনা চৎনিঙলোই? প্রজা ঐথোয় পুম্নমক সিফায়শিংগী মায়োক্তনা লৈগদবনি। সিফায় থম্লিবসি প্রজাগীদমক্তনি। অদুগা প্রজা মীচমদা নোংমৈ মতোন ওন্সিল্লিবা করিগীনো? মখোয়না প্রজা মীচম হাৎত্তোক্নগা কাপ্নবদা সিবনি হেক্তা হায়জিনবা য়াব্রা? মখোয়না ঐথোয়বু হেক্তা কাপ্না য়াবা নত্তে। জকিং শুজিনবদা খংদুনা নোংমৈ কাপখোক্নগা ইচাশিং ইনাওশিংদা তাইনবা, মীচম প্রজাশিংবু কাপ-কাপত্তুনা হাৎপা, মখোয়বু মীরা? মখোয় শানি। শাহিঙ চাবা শা। মখোয়না ঐথোয়গীদমক করি তৌবিব্রবগে?"

ময়াম্না থুবাক পোদ্রোক-পোদ্রোক থুয়। কনা কুইনা থুবাকী মখোল লেপতে। শিরিবা ইমুঙনা লুপা লাক তম্না-তম্না পীহনবা, অশোকপা ইমুঙদনা লুপা লাক মঙা-মঙা পীহনবা হায়দুনা ম্নারেপ লৌখি। পৈশাদু য়ামনী থরা হম্বহনশি হায়বদা ইবেয়াইমনা হায়- য়ামজসনু মখোয়না হেক্তা পীরক্তবা নত্তে। থরা য়াম্না হায়হৌরগা হয়েং ঙাঙনবা শুংঙাই। ইবেয়াইমদা কনামত্তা য়েংপা ঙমদে। ময়াম পুম্নমক য়ানরে।

ওসি মৈরাপাইবীগী ইবেয়াইমনা কোর্ত্তা জবাব পীখ্রে। মসি খ্রাইত স্লুবকী সেক্রেতরী জেনেরেলনা লৈকায়গী নহারোলশিংগী মহুৎ শিন্নগা মোত পীখ্রে। কোর্ত্তা চৎলুবা কাণ্ডকুনা হায়বদা জেনেরেল সেক্রেটরীদি মৌদোকতুগী মরমদা করিস্থ খণ্ডহৌত্রে হায়না মোত পীখ্রে হায়। ইবেয়াইমদি মিত্তিংদা ঙাওখিবদুমক খুমখি হায়। খবর কাগজ কয়াদা লোয়ত্তোংবম লৈকায় মীহাৎ, মীচম কাপখায়দুনা হাৎখ্রে। দিফেন্স থিংনা হায়বা মোত লোয়ত্তোংবম লৈকাইগী মীচমশিংনা য়াখিল্লে অসিনচিংবা কয়া কয়া শুগায়না ইদুনা নুমিৎ নিনি হুমনি ইবা লেপত্তে। অহল অহম পোৎলোয়খ্রে। সরকারগী অচৌ-অচৌবা কয়া লাকখ্রে। সিকায় অচৌ-অচৌবা কয়া থুংলখ্রে। সরকারনা লোইতোংবম লৈকাই কায়ারিং কমিসন রিপোর্ত মতম খরা শাংহোকখ্রে। ঙাওলম্বা , চোংলম্বা, কল্লম্বা কয়া লৈবুঙ বা ওইরকপদগী নোংমা নোংমগী তপ্পা তপ্পা মমি শাৱথরকলে কাউনরক্রে। অশোকপা, পুন্সি লোইখিবা কয়া মরনাই ওইখ্রে।

ঐহাক নুমিদাং তুম্বা য়াখিদবনি। খনখি ৱাফমসিবু হায়দোক্লসিয়া অশেংবদু খণ্ডহনলসিয়া। হায়দোকপা হায়দোত্তম্বা চামরক খনখি, ৱারেপ লৌখি ইথন্তা -"কল্লিদা ঙাওহৈদবা বা ঙাওবা ফত্তে, য়েংহৈদবা পোৎ য়েংবা ফত্তে, চাহৈদবা পোৎ চাবা ফত্তে, পুন্সি নুংশাংগে হায়রবদি" ইথৌনা হায়রম্মী তৎতনা। ঐন্দু মসি চুমত্রা খল্লকলে।

ঐহাক হন্দক্তি ভোট চৎতে। ঐগী ইনাও নুপী লৌবা ইনাও নুপা অমা ইলেক্সন ওফিসতা থবক তৌবনা ইলেকসন দিউতিদগী ককথৎলকপনি। ইলেক্সন অমুক্তা চিংথদবনি ঐহাক।

ঐগা থওনরিবা য়ুমসি মখোল অনীগী চেকী দলাসনি। য়ুমসিনা লৈকায়সিগী খ্বাইদগী চাউবা য়ুমনি। তা-য়মু পিংদবলিয়ুংদিগী ইঞ্জিক্যুত্তিপ ইঞ্জিনীয়ারনি। মখোয়গী য়েলখাদা পাখণ্ড মচা অনীখক লেপ্তুনা লৈরকলিবসি ফনা কুইরে। মখোয়গী ইমুণ্ডসিদা মশক খণ্ডদবা পাখণ্ড মচা হেক হেক উই। মখোয়' ইমুণ্ডদা মী লেপ্তে। থিকাগী করিগী অহাঙবা নুমিৎ লৈতে। মাগা ঐগা য়ুমলোনজরবস্থ থোইনা হংদোক হংজিন তৌনদে। ঐখোয় শাগে অমমমনি। তারমু ঐঙোন্দগী য়াম্না হন্দ্রবস্থ মচাদি লৈশাবী পাখণ্ড লোইনা ফারে। নুপী অনী নুপা অমা। তা-য়মু মশক ফজৈ, শবান মুর্ত্তি ফজৈ। ইতৈমস্থ বামোন পুর্নিমা হায়দুনা বামোন লৈকায়দা মমিঙ চৎখ্রিবনি ফজবদা। মচানুপী অনিশুবীদু হন্দক চহিগী মনিপুরগী 'মিস মনিপুর' তাইতল লৌখ্রিবীনি। মখোয় ইমুণ্ডদা লেপতনা চঙলকলিবা পাখণ্ডশিংদু মরম কয়ামুকী ওইবা য়াই। থিকাগী করিগী, অদুবু তা-য়মুগী মচাশিংসে লোংমতা লাক্লিবা নুপা নহাশিংগা লাওমিন-নোকমিন্নবদি ইতা তাদে, ইউ উদে। নুপামচাদুনা অতোম্বনি। হৌখিবা চহীদা মেট্রিক পরীক্ষাদা মফোক তাখি। মচে অহলনা টুয়েলফ পরীক্ষাদা মফোক তাখি। মশক

নাইরবা লৈকায়সিগী ইঞ্জিনিয়র অমা ওইবগী মথক্তা মচাশিং মশক নাইবা মী ওাক্তা ওইবনা তা-রঘুগী ইমুঙ মনুঙ ইকাইখুম্নবা অমদি বেব্যহার তৌনবা ইমুঙ অমা ওইরে।

মখোয় অনীনা লেপলিবা জগাসিদগীদি লম্লোঙ মরি ফাংবা উই। মখোয় অনীমক লম্লোঙলোমদা কম্নপ কম্নপ য়েংবা উই। মখোয় অনীগী মরক্তগী অমনা রেডিও অমা লৌখোয়রক্লগা এরেন্ট চিংখোয়রক্লগা খোংলকপা তায়। ঐহাক চিংনদুনা য়েনখায়োমদা চংপা শাশিন্নদুনা য়েঙই। ঐহাক খঙলে, ময়ায়লেসনি হায়বা। অস্ন্নো হায়,

–"লোইনমক শেম শাবা লোইরে।"

থুপচিন্নগা ফুরিংখাওদা হাপচিনগ্রে। ঐহাক শ্বার লাউবি। য়েনখাদা লৈন্নিবা অনীদু নম্ববা অতোপ্পা অনী অমস্থু নোংমৈ অশাঙবা অমমম পায়রগা পুংদোল মখোঙদা ফমদুনা লৈরম্রদু উবদা। ঐগা মখোয়গা ফুং কুলমুক্তং থাপনরে। ঐ উবদা মখোয় অনী ফুক ফুক হৌগংলি। মুরৈনবা অমুবা জেকেং অমমম লিংলি। তনৌ তনৌন্নিবা পাখঙ মচা ওাক্তনি। মমায়শিংদু অয়ুকী ওানখোয়কলিবা নুমিৎকী মঙালদা হৈয়ায় শংমুনবগুম্না তঙাং তঙাংলি। ঐস্থু মখোয়স্থু চপ মান্ননা খঙমিন্নবদুনা অমনা হায়রকই

–"পাবুঙ শ্বায়দা লৈবীরনু"

ঐহাক বা ওাঙখোকপা থোকত্রে। হকচাঙসে খঙসোন শোনথখিবগুম তৌব্বি। ঐহাক করিমতা হায়রমদনা ইমুঙদা চঙলক্রে। কমলাক থক থক নীকই। কদোমদা চেনশিগে থল্লি। হন্দক পঙকুই কুইদ্রিঙৈদস্থু ইঞ্জিনিয়ার অমস্থু হাংখি। তা-রঘুস্থু ওসিদি শোয়দনা হাংকদৌরিব্রা। অমুকস্থু থল্লুই -হাংতোকপগী মহংতা বারনিং তৌবদি নত্রগা কিহনবদি য়াদব্রা? অমুকস্থু থল্লুম্নি, লৈবাক অসি নাতৈ চাদ্রেদা। হাংপদা মতীক চায়বা জাংনিদা। মাগী তলবনবু চাউথ্রবা মখোল অনীগী দলান শাবা ওমবা হৌনদে। কন্দায়দগীনো অমা নত্রগা অমদি শোয়দনা লৌফম লৈরমগনি।'ঐনা চান্নিবা তলব অসি চেক অমা ফাওবা লৈনবা লেমদে, চহী কুম্না হেন্না থবক তৌরকলবসে। মাগী তলব থক্তন্না মখোল অনীগী চাউরবা দলান শারি। শোয়োক্তগী ফুং নিফুমুক চঙশিন্নগা শানবা য়ুমলেঙলি। শোয়োক মপান্দা নক্লা তা-রঘুগী মমাঙ শঙ্গোয় লৈ। ঐহাক ইমুঙদগী মপাল প্রপ-প্রপ থোয়ক্লে। ইমা, ইচা অপীকপা, অমদি ঐগী নুপী লোইনমক ভোং থাদবা চংখ্রি। ওল্লিঙৈদা থাদহৌগনি হায়দুনা।

ঐহাক মথা থংবগী ওমাঙদা ফাওরগা ভোং থাদবা প্রপ প্রপ চংলি। অয়োন স্লিপ লৌফমদা চঙলগা ঐগী ঝিং থিবা হৌবগীদুদা দং-দং-দং, কদাক-কদাক-কদাক, দাঙ। নোংমৈ মখোলনা পুমনিল নিলখি।

ঐখোয় পুম্না লোইনা পাকথখি। অচৌ অচৌবা বোমগী মখোলস্থু থম্মোয়

নিকহনবা মথৌ হৌনা পোকথায়রকখি। শতোনদগী শন থৌরী থনফনগা চেনখোরকখি। মুন্না মনিঙ হন্নগা চেনবা পুন্সিদা ঊখিদ্রি, অদুমু উকনা নোকনিঙখিদে। অসীকপা অঙাঙ মখোল খোক্না কপনরকখি। খা-খাং মায়কৈ কয়াদা পোকথায়হনকপা খোমগী মখোলনা লৈবাক থক থক শীকখি। অরোন স্লিপ ইফম ফুং তরামুকী পাকথন অদুগী অকোয়বদা ঐখোয় নুপা নুপী কয়ামুক উপতুনা খাঙখি। থম্মোয়দা কদ্রঙ কদ্রঙ চোঙলিবা মিহুলদু কাথবা লাকনখি। অথাক্না পোলিং ষ্টেসনশিংদগী কাপ্পকপা বোম, নোংমৈ কয়াগী মখোলনা অমুক অমুক নিকনকখি।অরুম্বনা হেন্নবা হিনা লুপকেং লুপযেং ইয়ায়দা নোমলকপদা অতোংবগী থম্মোয় পাইখোকখিগে তৌবগুম উপতুনা তারি ঐখোয়। থম্মোয় কাথবা লাকনরি। করিগী উপনরিবনো করিস্থ খঙদ্রিবা অঙাঙনা লেপখংনবা হোৎনরি, মমানা নমদুনা উপাহনবা হোৎনবদা অরাবা ওইরি। মমা ওইবীনা পাথংলি, মচা ওইবশিংনা খঙদ্রি। কনাগী, অফবা জগা, ফত্তবা জগা খিনদ্রি। কিরোন স্নেংনদ্রি। জগা জগাদা উপলি, চেপলি, লুমলি। কাক, থুনুথরং পায়রকপদা মপীনা লাভুনা খোংলকপদা ম্নেনাও মচাশিংনা পাকথবগুম পাকথরি ঐখোয় পুমনমকন্থ। ঙাইহাক ঙাইহাক লেপ্লগা কাপ্পকপা নোংমৈগী মরুনা ঐখোয়গী কোকথত্তা ঝিঙ-ঝিঙ লাউনা পাইথবগী মখোল তারি। অমুক অমুক লেপ্পা নাইদনা কপলি মায়কৈ শনাই খঙদনা। নুপী অঙাঙ কয়ানা খোজেল খোক্না কপলি । লৈশাবী মচা কয়ানা ইমা ইমা লাওদুনা কপলি। হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, অহল ওইবা ওইবীশিংনা শোপ্পি হিপনা হিপনা। মৌ মহা অমদি খোজেল হৌনা ঙাঙনা ঙাঙনা কপলি।

–"করি মতৌনো তৌরিসিবো, অঙাঙ তুমহৌরিবনে কমুঙদা, ঐ কমাইনা তৌগেইনো?
ঐ কমাইনা তৌগেইনো?"

–"হৈত, তুমীন লৈয়ু, মাই লৈজরমগনি।"

খঙলাউ লাউরকই অনেম ইনে অখোংনা উপনা উপনা। যৌনা ফবী শারি। ঐখোয়গী পোলিং ষ্টেসন অদুদগী সিকায় অনীথক খোয়কলগা কাপলকই।–দঙ দঙ। ঐহাক নাকোং মেনশিল্লি। থাপলম্নদগী ইনাকমত্তনা কাপলকপদুদা লবাই লুতোন শাংলকই। ঐগী ইমা, ইচা ইবুঙঙো, ঐগী নুপী কদায়দা লৈরমগনি। মখোয় করম তৌরমগনি। নোংমৈগী মখোলদি লেপ্পা লৈত্রি।

সাইরেন্ট খোংদুনা, নোংমৈ খিদোক্তুনা গাড়ী ময়াম মৈ থাক্নগা পাইথরক্রে। ঐখোয় লোইনা লেপহন্নে পরেং শানা। কনাগী, সিফায় জাং গুন্নে। মনিপুরগী সিকায়, থানা, ময়াঙ সিফায়, অমুবা শেংপা, খাগি শেংপা, অঙাংবা শেংপা, কয়া কয়া অচৌ অচৌবা গাড়ী কয়া কয়ানা মী চংফম লৈত্রে। শোয়রোক অদু পীক থনদ্রে, পরেং লেংদ্রিবা। মী মাল্লা শিন্নে। কনা কনানো হায়রবদি খঙদ্রি। ভোং থামফমদগী

ইমা, অমৌমুপী, ইচা অশীকপা লোইনা খোয়ক্লে। সিকায়ুনা ঐখোয়বু শাকপগী লম্লাক মচানুরা পয়েং লেপহল্লি। ইমা, সুপী, ইচানু ঐখোয়না লেপলিবা অগাদুগী চঙলকই।

–"সিকায়ুনা ঐখোয়বু করি অমুক তৌথিণখৌরিবনো?"

হংলি অহল ওইবীশিংনা। মৈত্তে থানাশিংনো খুল্লি,

–"য়ুম খুদিঙনা শিকার চঙলি, ওইহাত্তং তৌবীখো।"

ঐনা হঙঙী,

–"সাযখোয় থঙবীরমগনি মী কয়াম্না শিরবগে?"

–"মী অমম শিরে। খরা অমা লোক্লে।"

ঐনা খল্লি কনা কনা ওইরিগবা। অহল ওইবীশিংনা মখোল থোক্লা কপলকপা মাওরী, মচা মতম্বু কৌরগা। ঐগীদমক্তদি নুংশা থীদ্রে, ইমাগু মত্তদা লোইনমক তৌরবনিদা। পুঙখায়মুক অগাদুদা তৌরগা য়ুম য়ুমদা চঙবা য়ারলি হায়দুনা য়ুমদা চঙলক্লে। ইমাদি মখোঙ থাংবা ঙমদে পাথংখিবনা। হৌজিক কাওবা শিকপা হন্দ্রি। ভোং থাদবা মথা চংথখিনি হায়না লাউথোকচরবস্থ ঐহাক ভোং থাদবা অদুমক চঙলুদ্রে। ওইহাকী মতুঙদা তারক্লে তৌরাঙবম তোম্না শিরে, সনসম বোয়াইস্থ শিবা চঙবা থঙদ্রি, ইজি নিয়র য়য়ুগী মচা তৌশাবী অমী শিবা চঙবা থঙদ্রি হায়বা, লোইনা মথঙ মথঙ ওাঙনরকই। ঐখোয়না য়ুমদা চঙখিবদা ফোটো কাপ্পা পাউমী ময়াম অমা অ-য়য়ুখোয়গী ওমাঙদা লেপতুনা তৌকায়গী পাথঙ মচাশিংগা য়া হংনোক হংজিন তৌরম্মী। ঐগী মাঙোল ফক্লাঙদস্থ নোংমৈনা পানবগী দাকফম কয়ামক্রম তৌরম্মী। হরে কৃষ্ণ, হরে কৃষ্ণ, হায়দুনা মাঙোল দারিদা থোঙ য়াম্বরগা ইমা কপ্পি।

–"লান হায়বদু হৌরমালেনে, কমদৌনিসিদি। ইমা ইচা ঐখোয় কদায়দা তৌনি।"

ইমানা মখোল থক থক নিক্লা শোল্লী। ঐহাক অ-য়য়ুগী মচা শোক্লে হায়বদু হংবা চঙঙী। মখোয়গী ইমুঙগী মী হায়ববু বহাদুর হায়বা নেপালি মচাদুথক মঙায়রে। শমি ব্রাইড ক্লবকী সেক্রেতরী, অতৈ নহারোল কয়াস্থ মাওরি। পাউমীনা হংনো হংনা ফক্লাঙদা, তৌমায়দা অরিবা নোংমৈ মথুলশিংদু কোটো নম্লি।

ঈঙনা নিঙথিবা ড্রোইং রুমনি। পুমচায় চাইরে। থোঙজিল ময়ামক্তদা তারিবা পুঙকায় কায়রবা ক্রেমগী মিংশেলদু, শংবাসবা মচুগা অঙৌবা মচুনা লোনবা ময়েক "স্বিত স্বিত হোম, হোম স্বিত হোম" হায়না ইংলিস ময়েক্তা ফিদা লোন্নগা ক্রেম গল্লগা থেংপদুনি। নোংমৈ ময়ক্তা পানখিবগী স্বিত হায়বদু মপুঙ ফাদ্রে। মৈনা চাকথেকখিবগী কাথেক্লি। ইমুঙ অসিগী ফজবা থারদুনা লোইবা নত্তে। অশীকপা সর্প অমা ওইবনি। হেক চঙশিনখিবদা সোফা সেট অহল্লা কাদুমা পুমকোয় কোয়না থাল্লি। প্লাউরবা কাদুগী কাচিন কাচিনদা থিল্লিবা সো য়োজতুগী মনুঙদা মথক মথেলগী

অঙকপা লৈতেং কয়া, মচাশিংনা ফংলকপা মেদল কয়া, ডা-রঘুনা মহৌশা অমদি হন্দক্তা ফংখিবা মেদল কয়া। সো বোলকী মথক্তা থিল্লিবা লৈপী গম্লাশিং, কাসিদবু চণ্ডলুমবা, য়েংলু য়েংলুবদা থিংকম হোংবা ম্লান্‌বা কানি। অপীকপা সর্গ মচা অমা ওইরিবা কাদু পুমচায় চাইরে। কনাগী মেদল-নুংঙল হায়া আলমারি, পুমকায় কায়রি, চাইরি। পুমতোং তোংশিন্নরি। গম্লাগী অহিঙবা লৈ পুমচায় চাইদুনা তারি লৈমায়দা। পুক্লিঙ থম্মোয় ইঙহল্লিবা কা অদু অকিবগী মশক ফংলি। থোঙজিলদা, ফক্লাঙদা লৈরিবা নোংমৈ মরুনা হংতোকখিবগী দাক, কাদুদা তারিবা ঈ, ময়ামদু উরগা অপিকপা সর্গ মান্দ্রে। অপীকপা নোয়োকী কা মাত্রে।

বহাদুরনা, পাউমীনা হংলিবা ৱাহংগী পাউখুম কয়া কপনা কপনা খুমলি। সিফায়শিংনা শুমাঙলোমদা চেনশিল্লক্লগা নোংমৈ পঙকাপজ কায়ী হায়কলচিংবা তমলি, মরোল খোইতক খোইতক। পাউমীশিং চংনগ্রে। ঐনা বহাদুরদা হঙঙী,

-"কনা কনা শোক্লবগে বহাদুর?"

-"নিশাগা, জিনদাগা মখোয় অনীমক নোংমৈ গুলীনা পাল্দুনা লোইনমক সিফায়না পুথংগ্রে। মেমসাহেপসু চংখ্রি। সাহেপতি ডোং চংখিবদগী হল্লকত্রি মখোয় য়াম্লা ফস্তবনিনে। মী হাংপনিনে। অঙাঙশিং কাদা লৈজবদুবু হেক্তা পঙকাপতা কাপশিনবনিনে। সিফাইসি মী নত্তেনে। মীনুংশি খঙদে।"

ঐসু হায়দোকখি,

-"উম য়াম্লা ফস্তে।"

ঐহাক মখোয়দগী থোরক্লে। পুমচিক চিকখ্রে মায়কৈ পুম্বা। অকনবা নোং নুংশিংকী মতুঙদা উ-ৱা অতেক অকায় থিবগুম, য়েংনরি, চংনরি, থিনরি তুমীন-তুমীন, চিপক-চিপক □

# শম্বলগী ৱাৱী

ওফিসতা হেক চঙবগা রনজিৎনা হায়রকই,

–" তমো ঙরাঙদি পুন্সিদা অমুক্তা থেংনদ্রিবা অঙকপা অমা তমোখোয়দা থেংনখ্রে।" মহাক্না হায়রক্লিবদো ঐ খঙঙী। ঐগী য়ুমগী বিকায় ময়ামদুনি হায়বা। রনজিৎনা মখা তায়কই,

–"কমদৌরিবনো তমো অদুবো?"

ঐনা খঙনা খঙনা হায়,

–"করিনো হায়বদি তাকতনা হেক্তা হংজিল্লক্লিবা অসিবো?"

মানা,

–"তমোখোয়গী শম্বলগী ৱাৱী।"

ঐনা,

–"নঙ চঙলুরব্রো?"

মানা,

–"ঐসে তমোখোয় ময়াগী পান দুকান্দা লেপ্লগা তমোগী য়ুম হংবনি। পান দুকান্দুদা লৈরম্মা পাখঙ মচা অনীদুনা নোক্লগা হায়রকপদো –থোঙ্গাল অমত্তদা ময়ায়দা শম্বল থাবা অমা লৈবনি, আদা উরিবা থৈবোঙ পাম্বী অমা হৌরিবসে অসিগী মপাসিদা ওয় থংবসিদা চঙবীয়ু। ঐ চঙশিন্নে। পাখঙ মচাশিংদুনা তাক্লকপা ওয়থংবদুদি, থোঙ্গালদু লোল্লি। মপালদগী য়েংবদা কনা অমত্তা উদে। য়েংলোম থংবা থোঙ্গালদুদা নুপীমচা অমথক লৈ। ঐনা –"ইবেম্মা লুক্রাম তোমচৌথোয়গী য়ুম নত্তবরাসিবো? নুপীমচাদুনা ঐঙোন্দা হাইরপ য়েংলক্লগা 'খঙদেবো' হায়রগা ইমুঙলোমদা প্রপ প্রপ চঙখ্রে। ঐগীসি শোয়রব্রনে হায়দুনা থোরক্রে। তমোগা চপ মান্নবা নুপা অমা সাইকল থোক্লিলকই। ঐনা –করিগুম্বা অমত্তা হংজগেবা। খুমলকই –করি? ঐনা লুক্রাম তোমচৌথোয়গী য়ুমসিবু সি নত্তবরা? শং খুল্লকই –খঙদেবো ইবুঙঙো, শ্বায়দা লৈতে। ঐনা শোনবোই লাকপোই হায়দোকখি – পাখঙ মচাশিংদুনা ঐঙোন্দা শান্নশান্নক্লত্রা। অসেম লৈকায় হায়বদুদি

চুপ্নীগে। মথা মথা থোক্লকখি। ভূমাইগী পান ফুকনুনা হাইরগ য়েংশিল্লি পাখণ্ড মচা অমীনুম্ব অমুখক নৈরম্মী। ঐনা চতশিন্নিগা অমুনা হওড়ী -ইমুডণ্ড মখোয়না হায়বনুপা ওন্নরক্রে, ঐনা হায়রিবা খীনে নুপ্রগ অমেমটো হায়ব এঃআইঃ ওইরমুনি। পাখণ্ড মচা অমীনুমা চণ মরমনা - য়েংলোয়নগী ইমুডদুগা হৎলুইরেনি। ঐনা -উম হৎলুরে খুম্মী। মখোয় অমী পঙলোতগ লোকগ্রে। ঐনা ওক্লমুনা হায়খি -করি তৌরবগে ইনাওবা? মমায় খরা পাকপা পাখণ্ড মচামুনা -তামেনা হায়রিবা নুপামুনা ময়াম্বনি। মনাওনুপামুনা শমজাইঐনা ত্রাইভেং কলেজগী ওজা ওইরিবনি। শুংতিংগী থথমবনি। অমুনা শরম খানরিবনি। য়ুমন্থ অমখতনি, ভূমাঙম্ব থোজানম্ব। ভূমাঙম্ব থোজানম্ব শরম খারিবগো, মাগী মনাওপামু য়াম' কতবনি। অমুনা অমেনা হায়রিবা অমমটো এঃআইঃদুগী নুপীম্থ য়াম' কতবনি। লোংগী অমুক অমুক লাউনবগে। মখোয়না নৈরিগে কায়রি, ময়ামগীনা নুপী কতবা, মনাউনুপাগীনা নুপী কবা, মনাউনুপা কতবা। মনাওনুপাগী মচানুপী কতবী ওাতগ পোকপা, ময়ামগীনা মচানুপা অকবা ওাক্তা পোকপা। শরম বাংবা বাংবনা নৈনরগা পঙলাউনা লাউনমবনি। মনাউনুপাগীদি নুপী ওাতগ পোকপনি, থৎনবা কনম্রজাংবনি। অমুনা অমেনা হংলিবা এঃআইঃ দো অমুনা নুপা ওাতগ পোকপনি। লোইনা ইঙবনি মচানুপানিংবো। মখোয়ন' হায়রিবা থাবকমদো চুমনি চুপ্মী। অমোগী মচানুপা ওাতগ অমমনি। শিংলোংব লোইনা মহৈ তন্নি, ঐ খওড়ী। ঐহাক 'ও' হায়রগা থোজক্রে। ওবিন্নতা ওইনা শীয়গে হায়না য়ক্লকখি। অদো তামো, অমোগী শরমগী থাগীশিনা ঐন খওনিঙশিনবগে।"

ঐনা,

- "খওদোনা রনজিৎ, খীওইবা হায়বগে শানগী হেক্তা অমখীমম্ব য়াওরিবশিদো। মঙনা উরক্রিবমুনি। ঐনা ওকিন অশিনা থাবগী ওাম কারিশি শঙ খওড়ীবনা? ঐহাক ঐগী থবক অশিমু য়ান্না পামজমুনা থবায় য়াওবগী কাবা শন্তে। সরকায় অশিনা ঐমু অথায়না খরা তাবনখীমু হায়বম্ব য়াবীগে। নুজিনাং ভূম্বা ফাওবা চঙনিঙম্রবনি মুমনা, ময়াম্বা। ওহোকপা থৌদোক অমথক থোকগ্রে, ঐগী ইমুঙদা। ইবা নৈরিঙৈদগী ইচিন-ইনাউ চঙনায়কম্রবনি।"

- "করিনগীনো অমুমাইনা তৌক্রিবমুবো?"

- "রনজিৎ থাগীশি কনানম্ব শীনিঙমবনি। মহাক্লা খওনিঙদে হায়রবশিনা শীয়গে। ঐনা ওসি শীগদৌরিবা থাগীদে কনা অমতগী শাকোং রৌহনপমু। হোটেলনা চংশি লাকও।"

নোংমা, ঐনা এমঃএসিঃ তন্নিজেগী থাগীনি। মন অথা ওমম্রবা অক অমথকী

ব্রাখলদা উংনা উংনা য়ুনিভর্সিতিগী বস তোংখি। বসকী য়েংলোম সাইতকী মমাংদগী অনীগুবা সিত্তা ঐহাক কমখি। দ্রাইভরগী কেবিন হায়গদ্রা মাগী শরুক অমা থাজিল্লিবদু গ্লাস অচম্বনি। দ্রাইভরগা ঐখোয়গা ইংগ্লান ঙাম্না উনৈ। ঐহাক মুন্না মপাদুদা য়েংলগা তোংঙী। ঐহাকী হোরেল ইন্টরনেল অসেসমেন্টকী পরীক্ষা মচা অমা লৈ। মদুগী ফল তাদবগী ঐ ঙাওরিবনি। বসতুগী মনুংদা ওজা ফাওবা য়াওরি। ঐনা য়েংলিবা মপাদু দ্রাইভরগী লুখম মপানি। ময়েক শেংনা উরিবা দ্রাইভরদুগী ঙাংলি ঙাংলিবা শম অদুদা অমুক অমুক লিংথিরবী অমগী মায়খোঙ থাজনা নোংজুগী অহিংদা থোকপা পুর্নিমাগী থাজাগুম নোংগী মরম্মদা অমুক লোৎ, অমুক ঙান তৌবগুম অমুক অমুক ঙাম্বোরক্লম্মী। মায়খোংগু উরম্বদগী ঐনা উংলিবা, উংদুনা লাকলিবা অকগী ব্রাখলদু মাঙখ্রে। ফজবী শত্নুলা মহুৎ শিনখ্রে। হান্নদি মমি শামি ওইনতা তৌরম্বদুনা অসুম মুন্না য়েংশিল্লুবদগীদি অশেংবা মুর্তি ওইনা শেংনা উরক্লে গ্লাসতুদা। মাস্তু মুন্না য়েংলকই। ঐহাক মিংশেলদুদা য়েংবা ইকায়রম্মী। থোংনাওরোমদা মায় লৈথোক্লম্মী। থম্মোয়দদি য়েংনিংবনিনা য়েংদবা শাগ্নগা মিৎচিনা য়েংঙী। অদুবু মানা ঐবু য়েংদুনা লৈরম্বদুদা ঐহাক ইকায়বা কাওরক্লম্মী। ফজবী মায়খোংদুগা মীৎচান্নবা ঐহাক য়েংবা ঙম্মদে। ইথন্ত অসুম ইকাইরকম্মী। মায়সে থজিত্তেংং লৈথোক্লগা থল্লি-কনানো? করি দিপার্টমেন্টগীনো? মশক ফজখ্রেদা। মানা নুপীনি, ঐনা নুপানি, মমায়দা য়েংবস্থু নত্তবা গ্লাসতা তাবা মজিদা য়েংবেবু ঙমদবা। ফজবগী গুনসি কনখ্রেদা। ঐসে কয়াদা শোনখ্রবা। ঐনা বস মখক্তা য়েংখৎপা শাগ্নগা য়েংঙী। মহাক মহাকী মমান্নবী কন্সিন্নরিবীদুদা য়েংলগা ব্রারী শানরি হায়বা বসকী মিংশেলদুদা ময়েক শেংনা উরি। পুক্রিংদা -ফজখ্রেদা। কনায়দগীনো মহাকসিবো? করি দিপার্টমেন্টকী ওইরিগবা। মমায়দু ঐঙোন্দা য়েংলম্লগা থংননা ফম্লিবী মমান্নবীদুদা ইন্নগা মখোয় নোকমিন্নবা নোইনা গ্লাসতুদা ময়েক শেংনা তাবা উই। মমান্নবীদুস্থু ঐঙোন্দা য়েংলকই। ঐহাক মায় লৈথোকই। মখোয় মখা তানা নোকপা তায়। মখোয়না নোকপগী খোঞ্জেলদু কনাদা ফজখ্রবা। ইথন্তা সুম ইকায়রক্লম্মী। ঐগী নাঙল, লুখম মখোয় য়েংলমগনি। মখোয় ঐগী তুংগী সিটতা ফম্মনি। ব্রারীসে তারিকো?

-"উম তারী"

ব্রনজিংনা থুমলকই। ঐনা মখা তাই - মসিনা অহানবা থেংনবা নুম্মিৎনি ঐহাক নুমিৎতুমদি ক্লাসতা ওজানা তাকপা থোংপা পুক্রিং চংনা তাবা ঙমখিদে। ইংটরনেল এসেসমেন্টগী . পরীক্ষাদু হেক লোইবগা বসতা হান্নগী ফমফমদুদা ফমননবা ঙনতা কাপখলে। মহাক মমান্নবী শরুগা হান্নগী ফমফমদুদা ফম্নলে। ময়াম মথং মথং লাকতুনা গাড়ীদু পীক থল্লে। গাড়ী থৌরবা ফাওবা ঐহাক মিংশেলদুদা ফজনা য়েংবা ঙম্মদ্রে। য়েংশিন্নদবা শান্নগা য়েংবদা মমান্নবীশিংনা য়েংলকপদু মীৎচান্নরুবদগী ঐহাক

থোঙনাওরোমদা লৈথোক্লগা য়েংশিন্নখি।

মতমনা লেপতনা চৎখিবনা নোংমা নোংমা হৌখি। সুমিতা ঐথোয়নীস্থু খঙনরে। ঐদি মতমদু এদেদ স্কুল অমগী ওজানি, মহাক্তি করিস্থু ওইদ্রি। মহাক্তি ইচম চম্না এমঃএঃ তমলিবীনি। এমঃএসিঃগী অহানবা পরীক্ষা ময়াদা গ্রেজুয়েট ওজা কৌবগী ইন্টরভিয়ুদা ঐহাক খল্লে। লাইবক থীরিবস্থু চীঙগী ওইনা খনবনি। চহী ১০ চীঙদা তাবা হায়দুনা ইন্টরভিয়ুদা হায়খি।অদুগা শোইস্থু তৌহল্লি। ঐহাক এমঃএসিঃ তম্বা তোকপা তাখি। থবক জোইন তৌরুরবা মতুঙদা সুমিতাগা অরোয়বা ব্যারেপ অমগীদমক্তা হোতেল অমখক্তা উনখি। ঐনা মাবু চেল্লসি হায়খি। মহাক য়াখিদে। এমঃএঃ লোইখোকখিনি হায়। ঐগী থবক মফমনা উখুলগী থাপ্লবা বর্ষাগা তাইনরবা জগা অমদা ওইবনা সুমিতাগা ঐগা উন্নবগী তানজা নোংম-নোংমগী মমি শামথরকখি। ঐহাক্তা চীঙদগী থোরক্লগস্থু মহাক্তা উনবগী তানজা ইকঙ ফংদ্রে। অস্থুম্না চহী ২/৩ হৌখি।

নোংমা য়ুনিভর্সিটি মপাগী হোতেল অমদা চা থকলিঙৈদা মমান্নবী অনীথক্তা, মহাক কেন্টরদগী কুমলকপা উখি। ঐহাক ইকায় ইকি থাদোক্তুনা মহাকপু কৌখি। মহাক ঐবু উবদা ইঙক ঙকখি।

-"কৈদৌঙৈ থোরক্কে?"

হায়রগা মহাক চপ লেপ্লী। ঐস্থু খুম্মী,

- 'হাপতামুক ফারে।"

মহাক্লা নোক্লা নোক্লা হায়রকই,

-"নুংঙাইরিকো ওজাদি?"

ঐহাক মহাক্কী লোন্দাদুদা থক্তিক্তং নুংঙাইতবা ফাওখি। মাগী মওঙ মতৌদু মহৌশাগা ইমান মান্নদবা অমা ওইনা উই। ঐনা,

-"চা থকউখিসি।"

মমান্নবীশিংদো খন্না হেনগৎলগা লেপলি।

- 'ঐ ইমান্নবীশিংগা য়ুনিভর্সিতিদা অমুক্তং চঙলুখিগে। হোরেন থোরক্লগা থকশি।"

"হুম, মখোয চঙহনখ্রো, নঙ লৈহৌরো।"

"শৎ থোরক্কে। এম ফিল্লগী ওজা অমুক্তা উনরুখিগে তৌবনে।"

ঐনা ঙাঙমনবদগী মহাক লৈহৌরে। মমান্নবী অনীদু চঙখ্রে। ঐনা নঙ শ্বায়দা লেপ্লস্থু হায়রগা ঐ চাগী পৈশা পীবা চঙঙী। মাস্থু ঐগী ইতুঙ ইল্লকই। ঐনা,

"থোক্লসি"

হায়বদুদা ইঙক ঙক্লা হায়রকই,

-"চা থকখিসি হায়রায়নে? কদায়দা অমুক চৎসে হায়বনো?"

-"রেষ্টুরান্ট অমদা।"

-"সিদা স্থম থক্লসে। তনদ্রো অঙাঙস্থ নত্তনা ঐখোয়।"

-"করি হায়বা? রেষ্টুরান্ট হায়বসিদি অঙাঙ ওইগে ওইয়্ অমা ওইগে ওইয়্ পাখঙ লৈশাবীগীনে। সিনা হয়েং যুম পাল্লবা মতুঙগী। ইচা খুৎ শমলগা চা থকপা লাকদবা।"

মানা তম্না হায়রকই,

-"ঐ ইকায়জেবো। সিদা স্থম থক্লসিবা।"

-"চৎলসি।"

মহাক লাকত্তি লাকই। ঐনা হায়,

-"করিগীনো রেষ্টুরান্ট চঙবা ইকায়রিবদি?"

-"মীনা য়াম্না হায়নৈ। রেষ্টুরান্টকী মরমদা অদুক য়াম্না ইরিবসিংদু পাদ্রো?"

-"পাই, অদুনবু হায়রিবনি।"

-"তনগ্রে ওঘোক্লা নঙসে।"

ঐনা মাঙ থারগা চঙশিল্লি। হিভন রেষ্টুরান্ট, ঙসিনা অহানবা চঙবনি। যোঙ হেক হাংদোকপগা অয়িঙবা ম্যুজিক অমা তায়। অমমবা ঙাঙলি ঙাঙলিবা মৈঙালদুদা, থাজল্লবা কা মচা মচা লৈরিবশিংদু উই। হেক চঙবগা নুপা মচা অমনা সোমদা লাকপীয়্ হায়দুনা ঐখোয় অনীগী মাঙ থারগা পুশিল্লি। ময়েক লেংদবা মৈঙালদুদা উরি, কাখল খুদিঙগী নুপা অমগা নুপী অমগা নোম্ব-নোম্বদুনা ফম্মিন্নরিবদু। ঐহাক নুংঙাইবনা হকচাঙসে মথুম মরাঙ হৌরম্মী। ঐখোয়নিস্থ মতাই ইথঙ থংবা কা অমদা চঙলে। নুপামচাদুনা পদার খরা চিংশিনবীরম্মী। পীক্লবা কাদু মচুনা য়োমশিল্লবা অমম্বা বল্ব অমা থাল্লি। ফক্লাঙদা ইংলিস ময়েক্লা থারি -"মেক লভ দোন্ট স্পোইল্ট লভ" কাদু তেবল মচা অমগা মোরেগী প্লাষ্টিকী তুল মচা অনীগা থারি। ঐনা মনুঙলোম থংবদুদা মাবু ফমহল্লে। ঐনা মপাল্লোম থংবদুদা ফল্লে। হোটেল বোয়দুদা ঐনা,

-"কোফি অনী পীরকউ।"

রেষ্টুরান্টকী মুশি মুশিবা মৈঙালদুদা মাগী ফজবা মায়থোঙদু মুন্না য়েঙঙী। টেবলদুগী মথক্তা খুৎনা মোল ওইরগা মঙোন্দা মায় ওল্লিন্দুনা। ঐনা হায়,

-"নঙগুম্না ফজবসে পৃথিবী অসিদা কয়া লৈরমগনি?"

মানা মোমোল নোক্লগা হায়,

-"ঐবু ফজব্রনে?"

-"নঙগী মায়থোঙসে য়েংবগী পেনবা নাইদে। নঙসে ঙসিদি পেল্লনবা য়েংদোইনি।"

-"মুন্না য়েংলকনু ঐ হৈনদেয়ে।"
ঐনা মাগী কোয়রাওননা কজবা মিস্না অনীদুদা মুন্না য়েংবা মীয়েংদুদা, মহাক নুংশাগী মৈশানা খুইথরবা অয়ানবা পাম্নী অমগুম শোয়রকম্মী। মতম অমদা মায়োক্নুনা য়েংবা ওমখিদবদো ওসিদি ঐহাক করিস্নু হৈকাইদ্রে। ঐনা মাগী লেংজুমদা কোল্লগা তপনা হায়,
-"নঙগী চিনবানসে অমুত্তং চুপকে।"
মহাক পাউখুম পীরকখিদ্রে। ঐহাক, মহাকপু চেংনা কোনশিল্লম্মী। থম্মোয়গী মীৎলসে দঙ-দঙ চোংলকলম্মী।

কেবিনগী উপাক্কুনা তাক-তাক তৌরকপদুদা ঐনা মাবু খঙথা থাদোকই। হোটেল বোয়না কোফি অনীথক টেবলদা থনম্লগা থোকখ্রে। অমুক পর্জা চিংশিনবীরম্মী। ঐখোয়নি হিভন্দা ঙাইহাক তাউরুরে। মাগী মশম মনাদু শেমজিল্লগা হায়রকই,
-"রেষ্টুরান্ট চঙনিঙলিবদু সিগী নম্রো?"
-"মানি।"
ঐনা খুম্মী,
-"নঙসে কিশিল্লক্লেবো। স্নুমাইনা য়াম তৌরমগদৌ মাল্লি।"
য়াহঙসিগী পাউখুম ঐহাক পীবা ঙমদ্রে। ঙমফমস্থু থোক্তে। মহাক্তি য়া ঙাঙবা য়াম্না হৈ। ঐনা মাগী য়েংকী খুৎতু লৌরগা মাগী তুমতক তুমতক তৌবী খুৎশাশিংদো তপ্না তপ্না নাল্লম্মী, পাউখুমগী মহৎতা। মহাক করিস্নু হায়দে। মাগী তুমতক তুমতক তৌবা চাক্কুমনা থোংলবী খুৎশাশিংদো তপনা-তপনা নাল্লগা ঐনা হায়,
-"নঙগী খুজিসিবু সনাগীয়ো?"
-"উম।"
ঐনা মাগী খুজিদু তপ্না-তপ্না পায়দুনা শান্নে অদুগা হায়,
-"খুজি অনীসে অমা লৌথোক্লগে? নঙ লাকত্রিফাও ইনাক্তা অমা থম্লগে?"
মানা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা,
-"অমথক্তং শিবদি নুংঙাইতে।"
ঐনা হায়,
-"ঐস্নু চীঙদা লৈবসে নুংঙাইতে, নঙগী খুজি অসিগা লৈমিন্নগে।"
মানা নোক্লগা হায়রকই,
-"ঐ লৌদ্রবস্থু খুজিসি ওইনা লৌরবদি য়ারবা নম্রো?"
ঐহাক মাগী ফাগীদুদা নুংঙাইবা ঙমলমদে। খজিক্তং শাউনিঙনা হায়,
-"নঙগী নুংশিনবা নুপা লৈব্রো?"
-"লৈয়ে।"

ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা খুম্নলকই। ঐহাক মাগী মথুৎতু খংথা থাদোকই। মহাক ঐগী ইতৌন্দুদা নোকখোরকই। ঐগী খুৎ অনীসি পায়রগা হায়রকই,

–"নত্তৌ য়েংবনি ইবুঙো, ঐবু তশেংনা নুংশিব্রনে?"

ঐহাক মাগী ৱাহে ৱাতাশিংসে পেনবা ইঙম ঙম্লমদে। মানা ঐবু শান্নরব্রা হায়দুনা ইথন্তা খঞ্জরম্মী। তশেংববুদি মখোয় এমঃএঃ মনিপুরী তম্বা কাঙবুশিংসে নুংশি নুংঙলগী ৱারী তম্বনিনা, মহাক্রা ঐবু শান্নরিব্রা? তশেংনা ঐবু নুংশিরমগদ্রা? ইথন্তা মঙল মঙল থল্লম্মী। ঐনা হায়খি,

–"ঙসিমক নঙ নয়ুম' চংহল্লরোয়। ঐনা নঙবু নুংশি নুংশিদে খঙহল্লগনি।"

মানা নোক্লগা হায়,

–"হুম, ঐ ঙমজখিরোইকো, ঙাইঙমদবা তৌগনু। ঐখোয় তামো হেক ময়ুম পানবগা ইখোঙনা থোংনা ননাক্তা লাক্কে।"

মাগী খুজিদু ওইথংবা খুৎতুদা পুল্লপ শিবনি। অমা লৌথোক্লগা ঐঙোন্দা পীরকই অদুগা,

–"ঐনা লাকত্রিঙৈ সিগা চপ মান্নবা অনী অমগা শারমগদবা।"

সনাগী খুজিদু পায়রগা ঐনা চুপ্পী অদুগা হায়,

–"অনাদা নপ্তে, কয়া শারম্মুগে?"

–"অনীথক্তা শাবীরম্মু। য়াম্না শিবদি পামজদে। য়েংতা অনী, ওইদা অনী।"

–"অমদা লুপা কয়াম চঙগে শিবো?"

–"মোহোর অমা চঙঙী, শন মরি।"

–"শলগী, ইরোইগী ৱাদি ঐ খঙদে। পৈশা ওইনা হায়বনে?"

–"সনাগী মমলসে ঙহাক লৈতনা হোংঙে। ঐনা শাবা কান্দা লুপা লিশিঙ তরুক চঙঙী। হৌজিক অমুক সনা খরা হোঙদোকএ।'

ঐনা,

–"কফি থক্লসি।"

মানা চামচতুনা তক–তক ওৎলগা ঐঙোন্দা অমা পীবকই। অমনা মাগী শেম্লি। মাগী মতৌদুদা ঐহাক হায়কম খঙদনা নুংঙাইরম্মী। ঐনা থকনা থকনা হায়,

–"ঙসিদগী হজকেন্দগী সেবা তৌবা হৌরেকো।"

ঐগী নাসে কন্না লৈরগা,

–"মমায় য়াম ইকায়' খঙদেয়ে।"

মাগী সনাগী খুজিদো রুমাল লৌথোক্লগা য়োমশিল্লি অদুগা ফুরিৎথাউদা হাপচিল্লি। মানা নোক্লগা হায়,

–"মীগী খুঙাওসি জাৎ–জাৎ লৈজাৎনি।"

ঐনা মাগী নাতোন্দু চিংলগা হায়,

–"নোই তামোদুবু নুপী খিংগদবা মীরো?"

মহাক্না নোক্লগা,

–"য়াম্না থুনা থিহন্নিংঙম্মুনিনে? মাক্লবনু ইবুঙগো ফাইরেন্দা লুহোঙবগী লেপ্পরে।

হোটেল বোয়দুনা প্লেত অমদা মিল পীরে। ঐহাক খঙঙী চাননবদি লৌদে, কুইনা ফম্বগীনি হায়বা, নত্রগা মী ক্যাদা লৈরব্রা? মহাক ইমাঙদা হৌগৎলগা করিস্থু হঙ্গোইদনা কোমথোকলুরবা মফি ময়োলদু শেমজিল্লি। খাউদগী মিংশেল লৌথোক্লুনা লিপষ্টীক তৈরি। ঐনা হায়,

–"লোইরব্রা?"

মানা,

–"নচিনদো সিনা তৈথোকউ। লিপষ্টীক তৈজরমগনি।"

রুমাল অমা পীরকই। ঐনা ঐগী চিনবান তৈথোক্লগা ফুরিংথাউদা হাপচিল্লি। মানা হায়রকই,

–"ঐনা শীজিন্নবগী অমনবনে অদুদি।"

–"ওইজসনু।"

ঐনা হায়। হোটেলদগী থোরকপদা নুমিদাংবাইরম ওইরম্লে। মনা কুইনা হিভন রেষ্টুরান্টকী হিভন্দা তাউরুরমাল্লে।

হিল এরিয়া কমিটিগী চেয়ারমেন্না ওজাশিংগী তলব থিংজিল্লপদগী য়ুমদ থোরকপগী মতম ইফঙ ফংখিদে। ঐহাক স্মিতা উনবা ইফঙ ফংদনা চহী অমা হৌখ্রে। নোংমা ঐগী থবক মফমদা, ঐগী ইনাউনুপা নুপী চেল্লক্লে হায়বগী পাউ পীরকখি। ঐহাক পাউ হেক তাবগা হেড মাষ্টর উনরগা থা মথায় অমগী শুটি লৌরম্লগা থোরকখি। ঐগী ইনাউনুপা ষ্টেন্দার্দ রোবিনসন কলেজগী ওজানি। সরকারগী কলেজ নত্রবস্থু, থবক ফঙদ্রিফাওবা হাযদুনা ওইবা ওজনি। পুনা য়ুনিভরসিটিদগী জিওগ্রাফিদা এমঃএঃ লোইবা চহী অহুম ফারে। মাম্মুনা, ঐনা য়ুমদা থুংবগী নুমিদাংদু চেল্লক্লিবা নুপীদু কনানো মশক তাকই। ইনাউ নুপাগা প্রাইভেত কলেজদা ওজ ওইম্মিন্নবনি হায়বা খঙলে। ঐহাক স্মিতানি হায়বা হেক খঙবদা বস্ত্রুনা ইথক্তা তাররুবগুম থোকখি। মাম্মগা লুহোঙবগী মা খন্নবদু তানা-তানা করি হায়রিবনো য়ৌনা খঙজিল্লকখিদে। হকচাঙগী কয়াৎ পুম্বা পুমচোক চোকথরক্লম্মী।

ঐহাক লুহোঙবা য়াওরমদনা থবক মফমদা চৎখ্রসিরা হায়বা ফাওবা য়ৌনা খল্লকখি। অদুবু ইমা অমদি ইনাউনুপা ঐখোয় অহুমথক্তনি লৈরিবা ইমুঙসিদা। ঐনা করম্না লুহোঙবা য়াওদনা চৎকনি। ঐহাক মাখল ফাথবা লাক্লে। অদুবু নুমিৎ ংদি তুম্বা

য়াথিদে। ঐহাক মাদু থনগ্রমোই, হেক থারকপা মীকুপতুদা ঐগী পুক্নিংঙ নঙ লৈখা তাবা ওইদ্রে। ঐগী পুক্নিংদু থাজিনবা ঙাক্তনে। অমুকতু থারকই –মতম কুইনরগী শাদুনা থম্নবা সনাগী খুজি অনী, মাগী খুজেংগী লৌখোকপা খুজিনা করম তৌবা? ঐহাক থরকম থওখিবে। মরিতারা ঐবু শকতাইগী ময়াকনি থওনমগদ্রা। মহাক থওদা থওদা লাক্লিদ্রা। ঐগী তরং মনুঙদা হাপলিবা সনাগী খুজি অসি মঙোন্দা পীকম ঙোক্লিদ্রা?

ঐহাক নুংহাংবা নুমিৎকী মুখিনাদু কয়াদা য়াংবা। ঐনা শাবা খুজি অনীসি পীদ্রবসু মাগী অসিবনি হন্দোকপীখিবব থোক্তদ্রা। ঐহাক করি তৌবা তাই। ঐহাক খুজি শিনরদুগা পোরিং মকম্দা চৎদ্রুনে। অদুবু কয়াম্বা মতমদা মঙোন্দা খুজি পীগনি। চাকৌবদি হাৎচিংনি। মহাক চকশংদা চাক থোংনি। ঐহাক ইনাউদুগা শমতাই লৈদ্রা হায়বগী শনিদ হাইরগ রেংঙী। শনিদ কংদে। ঙসিমক চৎদ্রুগে, খুজি অসি শিনরদুগে থম্দুনা ঐহাক তরংদু শং শং হাংদোক্তুনা রুমাল অমনা য়োমলিবা খুজিশিংদু লৌখোকই। চাকশঙদোনবা প্রগ প্রগ চঙশিল্লি। ঐনা মাগী তুংদা, প্রগ প্রগ চঙশিল্লগা লেপ্লদুনা মহাক ঐঙোন্দা হাইরগ রেংলক্‌ই। ঐনা হায়,

– "নঙগী খুজি"

মহাক হন্না রেংলক্তে। মনাম্বু লোয়ব্রে। খুমলিবা মকোকতু অমুক হেন্না খুমজিনরে। মাগী মমাঙদা খুজি অমমু থম্লম্মী। ঐহাক মাহে অমা অনীদি হায়নিঙলমম্নি মঙোন্দা। অদুবু খোজেলসে নিংে তৌরম্মী। ঐনা মঙোন্দগী মায়সি হেক লৈখোক্লকপদা ইনাউদ্নুপানা ঐগী তুংদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐহাক শুই লাউখি। লয়াই নুংতেন শাংলি। হোয় মাই হায়দনা ঐহাক ঐগী মা তান্না প্রগ প্রগ খোরক্লম্মী। ঐহাক্না তরংদা থিরোল হান্না লাক্লিংঙে চাকশঙদা মখোয় অনী লাউনবা তায়। ঐহাক য়াম্না পাথংলক্লম্মী। ঐহাক তরং শারুনা মপালদা খোয়ক্রে।

খোলাদম ইমা থেইদে। মনাকনোঙা চৎনুবগী হন্নকপনি। ইমানা হায়রকই,

– "নুপাম্বা নঙমু থবক মকমদা অমুক চৎলগে হায়রিদ্রো?"

ঐনা ইমাদা অঙয়া নমথাক তৌখি,

– "টিক মিনিটর লাকনি, ঐ লাকউ হায়দুনা পাউ থারক্রে ইমা, ঐ চৎতবা য়াদ্রে।"

ইমানা,

– "থা মথায় অমা ওট্টি লৌরক্রে হায়বলাইদে নঙবো? ননাউগী চাকৌবা য়াওরগা চৎলবদি কপলবা"

ঙাঙলি। ঐনা থিরোলা তারংদু হাপকহনলা ইমাদা হায়,

– "মাম্নখোনগ লৈরি। চৎনুখিদে ইমা। মরকগী থবক তৌবা হায়বসে খোয়দৌ

শাওগংঙ্গুপোংদি, থুনা অমুক খোরক্নে।"

-"মঙবু চাক চারব্রা? মনাউন্নুপীবু চাক লোইরব্রা?"

হংখৌরি ইমানা। ঐনা রিক্নোনা হায়,

-"চংলো।"

ইমানা,

-"চংলো চংলো, ইচা নকোক ফাওবা চিক্নু।"

থোর পীখৌরি, করি করিনো য়াম্না হায়খৌরি। ঐহাক অমুক হাম্রক্লরোই, ইমাগী নুংশিবা শক্তমসে য়েংবা ফংলরোই থম্দুনা হন্না য়েংখোকউই। অম্না কেম্নোঙ ময়াদা লেপখৌরিবী ইমাবু উবদা পুক্নিংসে নৌরকই।

চহী অনীগী মতুংঙদা নোংমা ইমা কম্না নাহে হায়বগী পাউ লাকখি। ঐহাক থোক্লত্তবা য়াদবগী থোক্লকখি। মাম্মুগা ইমাগনা শিম্মুনা ঐহাক লুহোংখি। ঐহাক য়ুম পান্নরোই খজুরবনি। ইমানগা শোনবগা ঐহাক ইমাগী অনিঙবা থুংলনবা অমুম্মক য়াখি। লুহোংবা মতুংঙ চহী মখায় ক্ষাংত্রিখ্রেদা ইমা লৈখিদ্রে।

য়ু থক্তবা ইনাউন্নুপা নিতিগী য়ু থক্লুগা নুমিদাং খুদিঙগী লাউ খোংবনা মাগী হৈনবী ওইরক্নে। 'মী হাংনিঙবকো' হায়না ফাওবা ঐগী ইনাসিনা অংতনা অখি। মচিল পেন্নবা ভাঙখি। ঐগী নাকোং শিঙজা য়ৈখি। ঐহাক খাঙবা য়াম্না য়াখি। ইমা লৈখিদ্রবা মতুংঙদা ঐহাক এঃআইঃ দা প্রয়োসন য়ংখি। মাগী মচাশিং ঐগী কাদা চঙঙী হায়বগীদমক শক্নল থাগ্নিবনি। করিস্থু থংনখিবা নত্তে। মাদা ঐবু পঙশাউদা শাউখি। নুমিদাং খুদিঙ য়ু থক্লুগা ইমুঙগী খোঙ কাওথায়রবা, লাউ খোংবা কয়াসিনা মাগী হৈনবী ওইরক্নে। ঐহাক মঙোন্দা করিস্থু চৈবা ওম্নমদে। ঐহাক মাবু করিগুম্না মতমদা অকিবা ফাওরক্নুম্মী। মচিন মনাউ মপা মচাগী মরীনা অংলবদা কয়স্বা ময়াম্বনা মনাউবু বারকপা ঙমফম থোকপগে? ঙমফম থোক্তে। মনা তৌবা খুদিঙ, মাগী অপাম্বা খুদিঙদা ঐহাক করি অমত্তা অখিঙবা পীখিদে।

ঐগী নুপীনা, করিগী ইনাউন্নুপানা ঐঙোন্দা শাউরিবনো হায়বা খঙদে। ইনাউন্নুপানস্থু মতৈমদা 'ইতৈমা' হায়না ঙসি ফাওবদা কৌদ্রি। মচাশিংস্থু ঐখোয়বু কৌদে। ঐখোয়নস্থু কৌরক্তদ্রে। বাফমসিদা ঐহাক ঙসিস্থু করি তৌগদবনো হায়বদু খনফম খঙদ্রি।

ঐনা ঙসি পীরিবা বারীসি নহাক কনাগুম্না অমগী নাকোংদা য়ৌহন্নগনু। ঐ নঙোন্দা খঙহন্নুবসিমক লাক্নমাদে। ঐগী ইরেমথাক্না শাবা ইনাউ, ঙসিদি ঐহাকসি মাগী অচৌবা য়েক্লবা অম্না ওইরবনি।

-"তৌগংলো চংলেসি, সে পৈশাসি পীরম্মু।"

ঐখোয়নীমক থোকমিন্নরকই হোটেলদগী। ঐনা,

-"রনজিৎ পুন্সি হায়বসি জ্ঞান মেন তাবা পোৎ নত্তেনেকো।

তপনা খুম্লকই রনজিৎসু,

-" হোয় তামো।" □



## তাইবংদা মঙলাক্লবা

ঐ শ্বায় লাউরি। মহাক্কী মীৎয়েং অদুগা ঐহাক মিৎচান্নবা ঙম্লমদে। চঙশিন্দুনা ইচাগী মখুৎ পায়রগা থাঙ্গৎলি। ইচানা ঐঙোন্দগী নাম্বোক্লবা লাকনৈ। ঐনা,

-"ইচাগী ফুরিৎ লৈগে"

হায়রুরি। মখুৎ মচা অনীদুনা ঐগী থবাক্তা কন্না ইন্থোকপা লাক্লবি। মমান' ঐঙোন্দগী হোয মাই কবি অমত্তা হ'যদনা ইচাবু লৌখ্রি।

মহৌশা যাম্না বেঙম্বা ম'যথোঙ অদু ঙাসিদি ইকে কেরমদ্রে ম'যহিঙ কারে ময়াঙ ক'ংলে। মহাক্ল' পুথোক্লগা যেংলম্বা ফুরিৎ অদু ঐনা মমল' ব'যানো হঙঙী। ঐনা পৈশা পীগে হায়দুনা তৌবদুদা মহাক্লা চামঙা চৎপী অনী শৎ পীসনখ্রে। ঐহাক তিঙক তিঙক য়েংদ্না লৈরে। ঐঙোন্দা অমুক্তং যেংলম্মী ইচাগী মখুৎ শম্লগা দুকান্দুদগী থোকখ্রে।

-"অতোপ্পদগী য়েংলুরসে লাকও, খোয়দৌ শাউগৎলকই।"

ঐঙোন্দা শাউরঙননা ঐগী নপীনা হায়রকই। ঐহাক মাগী মতুং ইল্লগা চৎলি। ফি য়োল্লিবা ময়াঙদুনা হায়হৌরি,

-"মেদাম করিগী শাউবনো?"

ঐনা হায়রম্মী,

-"শাউদে শাউদে ভয়া।"

ঐগী নুপীনা করিগী খোয়দৌ শাউগৎলিবা, দুকানদার ময়াঙদুনদি খঙবা নত্তে। থংননা লৈবা দুকান মনুংদুদা ঐগী নুপীনা মাগী মুনরং তৌবা খুদাংদুদা শাম্নিগী ফিশিংদু থমল-থমলদুনা অপাম্বা খল্লি। ঐগী ব্রাখলদি ইচাগী নুংশিবা মায়থোঙদুগী মতুং ইন্নখি। অয়োয়বা ওইনা য়েংলম্লিবা মাগী মায়থোঙদো ইমাঙসিদা শংশং উরক্লে।

কলেজ ভোত্তা ঐখোয় অনী অহানবা ওইনা খঙনখিবনি। মহাক মেগাজিন সেক্রেটরী লেপ্লী। ঐগী য়ুমথঙনবী শখিগা মখোয় অনী লুনা তিন্নজবী মমান্নবীনি। ঐনা বিঃএঃ থার্ড ইয়ার তম্বা মতমদা মখোয়না সেকেণ্ড ইয়ারদা তম্মী মতমদু। মহাক্না সেক্রেটরী কারবা মতুঙদা ঐগীদমক্তা চোক্লেট পেকেত অচৌবা অমা পীরম্মী শখিগা লাকতুনা। অদুদগী তোয়না তোয়না লাক্তুনা ঐঙোন্দগী নোট হংলিবনি, লাইব্রেরিক হংলিবনি হায়দুনা অচাপোৎ পু পুদুনা লাকপা হৌখি। নোংমা মহাক মতোমতা লাকই। ঐগী নাক্তা করিস্থ হঙ্গোইদনা চঙলকই। ঐগী নোতশিংদু থিনবা লাকপনি। ঐনা বিঃএ তম্লিঙৈ মতমদু কয়াদা ফিভম চাদনা লৈখ্রবা। বাজিনা শারম্বা য়ুমজাও ঐনা ক্লাস সিক্স তম্বা অদুব্রায়দা মথনতা কিন্থরক্তুনা তুজখি। ঐনা চরক্না কুপলগা শাবা মনিঙগী ব্রাপলগী ব্রানা ঈতিঙদনা শাখিবনা শুম চারক্তুনা, শুম মকুপ্পা কাঙখল, পোৎ-চৈ পুমলোয় লোইরবা য়ুমদুদা লাইব্রেরিক পারিঙৈদনি মহাক চঙলকখিবা। ইমাস্থ কৈথেল কাখিবগী পুমচিক চিক্রবা তানজাদুদা। ঐনা,

-"নথনতরা?"

-"উম ইথনতনি, শখিস্থ লৈরমদে মখোয়গী ইবোকখোয়দা চৎখি হায়দুনা।"

অসিগুম্বা তানজাসি ঐহাক ঙাইরকপা কুইরবনি। ঐহাক থম্মোয়গী মিহুলসে ফ্রঙ-ফ্রঙ চোঙলক্লম্মী। শ্বর যুনগে তৌরক্লম্মী। ঐগী ইওঙ ইতৌদুদা মহাক করি খল্লবনো খঙদে,

-"ঐ অমুক চৎলগে।"

ঐনা নঙহৌররোইদবগী মতাগুম হায়খি,

-"ঐ নঙোন্দা ব্রা অমত্তা হায়গে খল্লকলিবা কুইরে, নঙ য়াগদ্রা?"

তস অনিঙবা হায়দোক্লেদনা। ঐহাক ব্রাফমসি হেক হায়দোকপা লোইবদা মায়সে পুবা ঙম্লমদে। মহাক্না ঐগী টেবল মচিন্দুদা পায়রগা হায়রকই,

-"তামোসে ঐ কিশিল্লক্লেবো। ঐ হয়েং মখে লাক্লরোই।"

কলেজগী ফেষ্টিবেল অমদা 'পাম্বোইবী লাঙোন লাংদাই' হায়বা ড্রামা অমা শান্নখি। মানা পাম্বোইবী শাখি। অশেঙবা পাম্বোইবী ওইদা ওইরবোই থনখি। ড্রামা মতুঙ নোংমা মাগী ফজবী শক-চু শবান মুর্ত্তিদু কল্লকপনা হেনখিদুনা, ইকাই ইকি

লান্দুনা ঐনা শখিনা হায়খি,

-"লিলিসি কন্দানা কোয়রি?"

শখিনা ঐসে য়াম্না হঙ্গোইজবনি। মহাকপু লাইরিক হৈনবা তক্লকখিবা মাবু শেম্বীবা অমনি ঐহাক। অদুনা মানস্থ ঐবু কিনা হঙ্গোইনা চৎচবীনি, পোকমিম্নবা মবুঙ অমগুম।মহাক ঐগী বাহণ্ডদুদা ইকায়দুনা,

-"খণ্ডদে"

হায়রম্লগা মপান থোকখি। ঐহাক নুমিত্তু কয়াদা ইকাই নুংশি য়াম্নখিবা, শাউনিণ্ডখিবা। ইথনতা খজু খজুরগস্থ ইকায়জখিবা।

নোংমা অমুক অমা লিলি য়াম্না কেনা শখি মখোয় অনী পোলিখিন থাউ অশঙবা অমদা করিনো অচৌবা ময়োম অমা হাপ্লগা ঐগী কাদা চণ্ডলকখি। শখিনা ঐত্তোন্দা,

-"ঐখোয় ইমাবোক কদায় চৎখিগে?"

হংলকই। অদুগা মত্তোন্দা হায়,

-"পীয়োলনা।"

পোৎয়োমদো ঐগী ফমুঙ মথক্তা থম্মী। ঐনা হঙ্গী,

-"করিনো?"

লিলিনা,

-"ঐখোয় চৎগ্রকান্দা য়েঙ্গু।"

ঐনা ফাগী তৌরি,

-"বোম ওইরম্লবদি?"

তনখুম খুম্লকই,

-" মানি।"

-"শখি চৎলসি"

হায়দুনা মখোয় অনীমক থোকমিম্নখ্রে। ঐগী কাসি ফমুঙ কা লাইরিক কা পুঙপুন্নি। ইমাগী কানা মথণ্ডদা, মথণ্ডদা চাকশঙ কা।কা অহমগী শঙ মচা অমনি। ঐনা শাবনি পিংম্নংসিং তমলিঙৈন্দা। ঐহাক হোয় মায় হায়দনা অদুমক লৈহৌরে। শখি য়াওবদুদা ঐনা হায়নিণ্ডবা পুম্না অরেম্বদা তাখি। মখোয় হেক থোকখিবগা ঐনা খাউদু হাংদোক্লগা য়েংঙি। মোনপাকফি অমগা মোনখুম অমগনি। অমুল শঙ্গোম কৌতা অমগা য়াওরম্মী। মোনপাক ফিদু তিংথোক্লগা য়েঙ্গী। থুপচিল্লবা চিখি অমা পোপ তারকই। শৎ শৎ হাংদোকই। মানা পাম্বোইবী শাখিবগী ফোটো অমা য়াওরম্মী। ফোটোদুদা মুন্না য়েঙ্গী। চিখিদু অমুক পাই। অস্থম্না ইরম্মী-

তামো,

ঐদি নওসে অদুমাইনা হায়রকনি থাজরম্মবনি। ঐদি নওসে উল্লিঔলগী নুংশিপ্পবনি। শখিনা নোংমা ঐঙোন্দা তমখি ঐখোয় ময়াম হোলন্দা কম্প্যুরিয়িওবা -মেট্রিকুলা থার্দ পোজিসন লৌবদু ঐখোয় মদানি হায়দুনা। নওগী বারী শখিনা পীরকপা কয়াদুদগী, নওবু ঐনা কয়াদা য়েংনিঙখিবা। নওগা মরী লৈনবা ফংজরবদি হায়দুনা তংতনা থনখি। অদুবু ঙসিদি ঐগী ওইজবা ফংলে। নহাক্কা ঐবু থাদোকপীগনু। ত্রেলাও পরীক্ষাদা ফার্স তাখিবগুম বি:এ: গুনর্সতস্থ ফার্স তানবা হোংনবীয়ু। ঐনা পামজবদি নহাক্কা পরীক্ষাদা মকোক তাবদুনি।

নহাকী

লিলি।

চিখিদু ঐনা কয়ারক পাখি। চিনবান তান্না থাঙংলগা চিনবান্দা অমুকস্থ থম্মী। অমুক থুপচিল্লি। ফোটোদু অমুক য়েংওী। চিখিদু অমুক হাংদোকই। অমুকস্থ পাই। ফোটোদু অমুক কোনশিল্লি খুৎ অনী চওদুনা। মুন্না অমুকস্থ য়েংওী। নুমিত্তু ঐহাক কয়াদা নুংঙাইখিবা। মদুনা ঐগী পুন্সিগী নুংঙাইবা অপেনবা হায়রদু ওইগ্নায়ে।

* * * * *

-"ঙসিদি য়ান্না উংবীখ্রেদা। উংবা কবীপ্রিব্রো?"

ঐহাক থংপ্রেক থংওী। ঐগী নুপীনা লেংজুমদা মখুৎনা তক ইল্লত্তুনা ঐঙোন্দা থওহায় হায়রক্লিবা কৈদাদুদা, দুকানগী তুলদুদগী শং লেপথৎলি ঐহাক। ঐনা হায,

-"নও লোইরব্রো?"

-"লোই-জরেএ।"

কোংথ চিংথরদুনা ঙাওলক্লিবা ঐগী নুপীগী লোন্দা পুদাদুদা পোৎ য়োনবা য়াওরিবা মৈতে নুপামচাদুনা নোক্লগা ঐঙোন্দা য়েংলকই। তশেংবমকস্থ ঐহাক, ঐগী পুক্লিঙ হকচাঙসে ইচোক চোকথবগুম তৌরম্মী। গাড়ী থম্মমবা মফম তান্না থোঙনা চৎলি। ঐনাক্তা থরা নকশিন্নক্লগা ঙাওলকই,

-"শক্তাদো, মবেম্মা অমা য়াওরি থওনা থওনা মমিৎতো মুক্লগাস্থ য়েংজবা শারিয়ে,
নোত্তুম নোকচনিংঙিনে।"

ঐহাক বা অমত্তা ঙাওদে, তাদমক তায়।

গাড়ীগী থোঙ হেক হাংদোকপগা গাড়ীদা থেৎলিবা চিকেং মচেত্তু লৌথোক্লগা মিউনিসিপালিতিগী গাড়ী শেন্নবা নুপামচাদুনা,

-"তামো লুপা মঙা।"

ঐগী নপীনা পৈশা পীগে হেক তৌবগীলদা অমা মচাস্থ গাড়ী ইঙোক্লয়ে। গাড়ী

মমাঙদা ইচাবু লেপফম্লগা চিল্লবা গাড়ী মরক্তুন্দগী, মানা কলেজ তম্লিঙেগী কাইনেতিক হোনদা অঙৌবদো, ইম্থোকপা লাক্লরি। টিকেত থেৎলমলিবা অঙাঙদুনা ঐখোয়দগী পৈশা লৌরগা, মাগী গাড়ী লৌথোকপদু মতেং পাংবীরুরি। ইমাঙদা মমা মচা তোংলগা তপনা তপনা থৌখ্রে। ঐস্মু থৌদোরক্লে। ঐগী মীৎমাঙদগী অস্সুম অস্সুম লাপথোকখিদুনা য়াম্লবা গাড়ী ময়ামগী মরক্তুন্দা অদুমক উখিদ্রে।

নুমিত্তো নোংমাইজিংনি নুংশা য়াম্না শাই। নুমিদাংবাইরমদু ঐহাক ঐগী ইমাম্লবা গোজেনখোয়দা চৎক্লে হায়দুনা ঐগী মম্লবা সাইকলদ ইল্লদুনা থোরকপনি। মহাক কাইনেটিক অঙৌবা অমা তোংদুনা ইমাঙদা থাম্লরে। অস্সুম্না হায়রকহ

-"কদায় চৎতোয়নো?"

ঐনা খুম্মী,

-"ইমাম্লবগী ময়ুমদা থবক চৎকে ত্তৌর্বনি।"

-"ঐহাক নঙোন্দা ঙসিদি ব্রা অমা হ...কপনি।"

ঐনা হায়,

-"ব্রা অমত্তা নস্তে, চাম্ম্যা হায়ম্লুনে।"

-"ঐনা হায়রিবসি ফাগী নস্তে। অদুম্মাইনা কবেং শথাইনরক্লনু।"

ঐনা,

-"ঙসিসি য়াম্না শাউনা উইদা, কনানা করি হায়জল্লকুবা জাৎনো?"

মানা,

-"সাইকল ইশিল্লম্মো, ঐহাক শ্বায়দা লৈরমগে।"

ঐহাক য়ুমদা গাড়ী ইনশিল্লুরে। মানা থৌবগা ঐনা মনিঙদা তোংঙী। মখা পাংনা স্সুম থৌদৈ। ঐস্মু মানা থৌবদুদা করিস্মু মত পীদে। অদুম তোংঙী। হায়রক২

-"ঙসিসি ঐহাক য়ুমদগী থোরক্লুবনি।"

ঐ পুমঙক ঙকখি। ঐনা হায়,

-"করি হায়বা?"

মানা

-"ঐ ঙসিদি য়ুমদা হণ্ডিল্লরোই।"

ঐনা মনমগন্দুদা খুজিম্না শিক্লগা অমুক্কস্মু হ'যখি,

"করি হায়বা।"

ময়াঙলেন্দো তেকথোক্লগা তশাতক্লা হায়রকই,

-"কদায়দনো অমা চৎলসি, ঐ য়ুমদ হণ্ডিল্লরেঙ নঙগী নমাম্লবগী য়ুমদরা কদায়দনো?"

ঐহাক তশেংনা পাখৎলে মরক্তদি মহাক্কী অওইবা ওইনা ঙাঙবা মত্তৌদুদা।,

-"লিলি গাড়ী লেম্মু। করিনো নঙনা হায়রিবা ব্রাসে?"

মহাক গাড়ী থাম্লে। ঐহাক গাড়ীদগী কুমথে। মহাকস্মু গাড়ীদু ষ্টেন তৌশিল্লি। হায়রকই

-"খুরাইদগী, ঐখোয় পাবুঙখোয়গী ওফিসারগী মচানুপা অমদা ঐসে পীরেঐয়ে। ঐখোয় ইমানি মসিদা শিল্লিবসি। ঐখোয়দা নুপী অনী লাকহৌরি। ঐ ঐখোয়মাবু য়াম্না শাউনিঙঙি। ঐখোয় পাবুঙদি য়াজদবনি। ঐখোয়দা লৈহন্দোন্নিবনি, য়াওঙ ইলহনদৌরিবনেঐয়ে ইমানা শিল্লিবশে।"

মাগী অবোইবা ওইনা ঙাঙলিবা বাসি তাবদা ঐহাক ইশাশি পুঙপঙ পঙশিল্লম্মী। ঐগী কনাশু লৈতে। ঐগী হায়ববু লাইরবী লুখ্রাবী ইমা, ময়ুম পানখ্রবী ইচে অমথক। ইচেশু য়াম্না নঙঙি। ইবায়না হোরাই থায়রগা থাকপনি। পুম্নমকশি থল্লুরগা ঐহাক ফুম্বংনরম্মী। ঐহাক করি তৌগদবনো হায়বা খঙলমদে। নুংশিনবগী অহানবা মৈরীনা ঐঙোন্দা চুবা হৌরকলম্মী। ঐগী পঙশিল্লবা ইতৌদুদা মহাক্না তপ্না হায়রকই,

-" নঙনা য়াদ্রবদি ঐহাক ঙসিদগী নঙোন্দা অমুক উহল্লরোয়।"

-"কৈদৌদোইবা?"

-"ঐগী অরোয়বনি।"

-"নঙ থন্দুনা য়েংঙু। ঐগী ফিভম। ঐগী ইপান্না নোংমা নুঙাইরকখিনি হিংলিবী ইমা । ঐনা হৌজিক হিংলিবা মহিঙ। নঙগা ঐগা কয়াদা খেন্নরিবা। নঙদি রাজকুমারীনি। ঐখোয়নীগী লম্বা ওইথোকনিঙাই লৈতে হৌজিক-হৌজিকতি। লিলি ঐহাক করি তৌগদবনো জ্ঞান মাঙঙী থল্লুবদা।"

-"নহাক নুপানি। করিগী পঙশিল্লিবনো? নহাক্না নমান্নবা লিশিং কয়াগী মকোক তাখ্রিবদুবু অপঙবা বুদ্ধিনা ওইবা যাব্রা? কদায়দনো অমা চৎলসি। হৌজিকমকশু ঐবু থিরকপা য়ারি। ইমাগা ঐগা খৎনরমলবনি। ঐ অমুক হল্লক্লরোই হায়রমলবনি। পাবুঙ লাক্রবদি ঐবু শোয়দনা থিরকলগনি।"

মহাক্না গাড়ী ষ্টার্ট তৌরগা হায়রকই,

-"শে থৌরো"

ঐনা গাড়ীদা তোংখৎলগা হায়,

-"কদায়দনো ঐনা চৎকদৌরিবসে?"

মহাক গাড়ী মনিঙদা ফমখ্রে।

-"নঙনা পুগদবা মফম অমদা থৌরো, ঐ-থিরক্লবদি ঐ য়াম্না পাখৎলে।"

১ৎখি ইচেগী য়ুমদা। ঐ উবদা ইচে পুমঙক ঙকখি। ঐহাক্না অদুমনা তৌরক্কনি ইচেনা যনখিদবনি। ঐহাক ইচে উবদা মীশুগী পি শিম্ব্বরকখি। নুম্মিদাংদো ইবাইনা ঙা লৈদুনা .থাংঙ। ঐহাক চখোম অনী শুনা হুকপা ঙমখিদে। পুমথন খনগংখি। বজ্রগী মশানা পাল্লবা জীব কনানা থাবলগী অইঙবা, লৈহাও লৈরেনগী নুংশিবা লৈনমবু খঙকম খোকপগে? ওইথোক্তবনি।

নোং ঙাল্লে। ইবায়গা অহল থরগা হাযদোকপা চৎখ্রে। পুঙ তরামাথোন্ট

তাবনী অমুবা থানা লাকই- থানা লাকই হায়বনা খোজানবা ঙাঙনরকপা তায়। ঐখোয়নী চৎনাঙবা নৈ। মপান্দা ইচেগা ঙাঙনবা,

–"শিনা নুপাগা নুপীগা নৈব্রা?"

ঐহাক যুক হৌগৎলি। ইমুঙদা থানা থরা চঙলকই। ঐঙোন্দা খুৎপাক্লা করি অমত্তা হায়বনা পাক লাউনা থাগ্নকই,

–"নুপী মপানা য়াদনা, নুপী কায় হায়রিবসি মঙলা?"

মখিং মনা শংলোক্তুনা ঐঙোন্দা থমকাগা লোয়ননা হায়রকপনি। নুপী পুলিস অনীসু চঙলক্রে। ঐহাক বা অমত্তা ঙাঙলমদে। নুপী পুলিসতুনা হায়রকই,

–"ওফিসতা চৎসি লাউ"

কমলিবী লিলিবু চিংথৎলি। লিলিনা হায়,

–"করি মরমগীনো ওফিসতা চৎতোরিবদি?"

–"নুপা অসিনা নঙবু ফাবগী।"

–"ইশানা য়ানা চেক্লরিবা ঐবু কনানা হায়জিনবীরিবনো?"

–"হোয়েল ওফিসতা মরোলশু শেংলোকউ, চৎসি।"

নুপী খানদুনা তপ্না হায়। ঐঙোন্দা খুৎপাক্লা থাগ্নকপা খানদুনা,

–"চৎলু মপান থোকউ"

হায়দুনা ঐঙোন্দা থংলাউ লাউরকই। ঐহক্রো মাঙ থাদুনা মপান থোয়ক্রে। লিলিসু অমুমক থোয়ক্রে। মখোয়না তোংলকপা গাড়ীদুদা ঐখোয় অনীমক তোংথৎলে।

ঐহাকপু তোঙানবা কা অমদা থম্মী। লিলিদি কয়দা কাদা থমগ্রবনো ঐ খঙদে। লেত্রিন কাঙদ্রা নমথিকনা থজবা কাদুদা ঐহাকপু নৈহজন্মী। ঐহাক কাদুদা লৈবা ওদ্বোক্লা হৈদ্রমদে। পুলিসকী অসোম থংবা কাদুদা ঙাঙনবা তায়,

–"নুপাদুবু কনাক কয়াম্রা কজবগেনে?"

মখোয় থরা নোকথিবা তায়। নুমিদাংবাইরম মণা মউ ফরবা পুলিস অমথক চঙলক্রগা ঐঙোন্দা তপনা হায়রৈ,

–"নঙনা লিলিবু কারিবা মহাশোয়সে?"

ঐনা খুম্মী,

–"ইশা ইশা য়ানজবনি।"

–"নচিন থীজদু।"

খঙলাউ লাউরকই। ঐহাক নোম্বদুনা তুমীনা লৈরম্মী। মথা তারকই,

–"মকতা নঙনবু অহেনবগাসু পাগ্নিবা। নখুম্নাম্নদু খুদেকউরো?"

মথা তারকই,

–"নঙ লিলি থাদোকপা ঙমগন্ত্রা?"

ঐ থুমদে। থল্লি থপ্পোয়রদা -ঐঙোন্দা লৈরগনি হায়দুনা লাক্লবী অমবু ঐনা থদোকপা চুম্লিব্রা? চুমদে। ঐহাক নুপানি। জেলদা পুন্সিগী থল্লবস্থ অদু মঙায়রে। ঐবু জেলদা পুন্সিগী ওইনা থল্লগনা ঐগী ইমানা কনানা লৈবা?

–"নঙ ঙম্লরোয়?"

ঙংলগ ঙাঙলকই। ঐনা থুমদবদুনা অমুকস্থ, কন্না লাউরকই.

–"নঙ ঙম্লরোই সিনিনে?"

ঐগী থদাঙদা মানা পায়রিবা চৈদুনা ইনথংলক্লগা হায়রকই,

–"নরিঙজেল কয়াম থাবা মীনো নঙ হা?"

ঐগী নাক্নলসিদা জান মেন তাদনা মানা পায়রিবা চৈদুনা পঙকদা কনম্লিরক্লম্মী। ঐহাক থাঙবা ঙমদদুনা খোঞ্জেল খোক্লা কপখোকখিরম্মী।

নুমিদাং পুলিস অহল অমা চঙলকই। ঐহাক মহাকপু উবদা পুক্লিঙদা অকিবা ফাউরম্মী। ঐনা কিবা ইতৌদু থঙব্রা থঙদে, তপনা হায়রকই,

–"করিগী থানাগী মচাবু চেল্লুরিবনোনে ইবুঙঙো? থানা হায়বসি মী নত্তেনে।নঙ থরদি বায়নিদো। নঙনা নুপীদু থল্লরোই হায়রদি কবা। নুপীদুবু হন্না য়েংলরোই হায়রবদি কৈ।"

অমুক হেম্র মখোল পীকশিন্না হায়রকই,

–"নঙগী নুপীমচাদুগী মপাদো 'থুয়ায় চাবী' হায়না মমিঙ চংলিবনিনে।"

অদুগা অমুকস্থ মথা তারকই,

–"হন্ননু ইচাসিদি, নহা হায়বসিদি হৌনবনি।"

অহলদু অমুক খোকখ্রে। ইথনতা থলহৌব্রি –থানা মনুঙসি অফবা মীস্থ লৈবোয়ে। ঙাইহাক্কুং লৈরগা অহলদু অমুক চঙলকই। খোঙ হাংদোক্লগা ঐঙোন্দা হায়রকই.

– "ইবুঙঙো খোয়রকও। নবাইনে হায়ব্রা, নঙবু লৌখোকপা লাক্লে।"

ঐহাক অহলদুগী মতুং ইল্লগা ফাদুনী খোয়রকই। ঙল্লবা কা অমদা চঙ্গি। থানাগী ওফিসার অমস্থ মাগী চৈথ্রেন্দা ফমদুনা লৈ। তোঙান তোঙানবা চৌথ্রিশিংদা থানা থরস্থ ফমদুনা লৈ। মতাহদা ফাল অমদা ইবায় ফমদুনা লৈরম্মী। ঐঙোন্দা ফুরম্মা থানাদু মানবা অমনা লক্লরকই,

–"লায়রকনা ইনাকথুনবা পামল্লরিবা করিগীনো? লায়রবদি লায়রবা নুপী খিপদবনি বুন্তু।"

ঐনা হাইরপ য়েংলুবদুদা,

–"খমিংকাস্থ য়েংলকইনেহে।"

ঙাঙলকই। ঐনা থল্লি –নঙ লমহাঙ অমদা থাদোক্লরগা পাঙ্গল চাং য়েংনববদি হঙগদবনি। ঐহাক লায়রজরবস্থ ইমানা ঙা, লফোয় শঙ্গোম পীজদনা থাক্লিবনি হাংবা হঙহনবা য়াবনি।

ইমা বাকলগী লায়না ওইরে। হরে হরে, হরে কৃষ্ণ হায়দুনতা লৈখে। নোংমা নোংমা য়ৌথি। নোংমা অমুক অমা লোৎমেন্না চিথি অমা থিল্লকখি। ঐনা পরীক্ষা থাখিবা বেঙ্কী, এসিষ্টেন্টকী থবক্তু থরে হায়বগীনি। নুমিৎতুমখংদা লিলি লাকখি। মহাক ইমাগী নাক্তন চঙশিল্লগা ইমদা খুরুম্মখি। ইমানা মাবু মশক খঙভী। ইমানা হায়,

–"ইবেম্মা নঙ অমুক লাকুরা? নপাবুঙ মিক্কল কল্লে। ইমাগী ইবেম্মা নুংখোয় হন্দোকলৌ, নখোয় নহা ওমত্তনি। ইচাবু নুংশিনবা নত্তে।"

ইমা কপখি। মহাক চৎলো য়াম্রে।

ঐহাকী থবক ইম্ফালদা তারে। লিলিগী মপাম্ভ শাউবা ফয়রক্রে। ঐখোয় অনীবু নুংহোঙবীরে। নোংমা নুমিদাং অমা লিলিখোয়দা ঐখোয়নী চৎলুই। ঐখোয়নীবু মী থারক্তুনা কৌরে। লিলি মচিন মৌপ্পাদনি। মগী মৌপ্পা লোইনাইরবা অঙাঙনি। পাথঙ ফয়রে। অদুবু য়ৌথংলগা চৎপদি ওমদে, কমশিং চৎপা নত্তনা। ঐখোয়নীবু চাক কৌরিবনি, লিলিগী মপা কম অমা কয়রে হায়বগী, ঐখোয় পুম্না চামিত্রে। লিলিগী মপানা হায়,

–'ঐ নখোয় অনীদা বা অমা হায়গে হায়দুনা কৌরিবনি।"

লিলিদি হায়না খঙলবগুম তুমীন লৈ। মহাক্না ঐঙোন্দা ওনশিল্লগা,

–"ইপাগী শরপতি অসি নঙোনদা শিন্নগে থল্লি, নখোয় অনী ইপাগীসিদা লৈরো হায়ববু নখোয়গী মোত করিনো?"

ঐনা খুমল্লিঙৈনা লিলিনা,

–"ইমানা য়ায়রবনি থাজদে পাবুঙ।"

মানা হায়রিবসি ঐগী ইমাবুনি। মরমদি নোংমা লিলিগী মমানা লিলিদা, মখোয়দা লৈনবা হায়বদা, ইমানা লিলিদা হায়খি অসুম্না,

–"নখোয়, হয়েং ইমানা শিগ্রবসু নপাগী খুত্তমসি হন্দোকনু, নপামদগী পৈশা লৌরগা যুম শাগে শাউ, দলান শাগে শাউ, নপানা থনমবা খুত্তমসি থাদোকপা তৌহৈদেকো।"

ইমাগী বাকমসিনা ঐসু হায়খি,

–"কল্লিগী নুপানবু নুপী মচুমদা লৈ হায়ব্রা। ইমদা য়াদবা নচানা কৈদৌঙৈদা তৌজরোয়।"

–"নঙবু করি থল্লিবগে?"

ঐঙোন্দা ওনশিল্লকই। ঐনা তপনা খুম্মী,

–"পাবুঙ ঐ, ইমাগী বাকম অমথক।'

–"মখোয়গী ইমাগী বাদি করিস্থ থল্লুনু; নঙগী ইমাস্থ 'অদুম সিদ' লৈহল্লু। নহে যগীদু

খুনুং খরা ওইনেকো। চানিঙবা অমা, থকনিঙবা অমা লৈগে ফংবা জগা নত্তে হায়বা। অদুগীস্থু মথক্তা ইপাদ্দি লিলিসি য়ুমসিদা লৈহনগে খল্লি। নশেন নুপা অমা লৈরিবসিস্থু মীওই লাল্লুপতি চাদেদো, অদুনা ইপান্থু য়াম্না বায়।"

ঐহাক বাফমসিদা পুক পীক থনগৎখ্রে। চাক তোকমিন্নরে।

-"হয়েংশি নুমিৎ থাস্তু কৈ নখে'য় লাকনবা তৌকো।"

হায়রম্লগা খোকখ্রে। লিলিগী মমানা হায়

-"নুপামচা পঙগনু । লৈরিবা সম্পতি ময়ামসে নঙগী ওইগদৌরিবনি, নপাবুংনা হায়রিবসি তৌ। নপাবুঙদি অমক হায়গ্রবদি লোয়রবনি, মানা হায়বা য়াদেঐনা হেক্তা শাউখিদৌরিবা। নখোয়গীস্থু খন্দবা য়াদে। নমানা শিদা লৈবা য়ারকনি নিঙদে। লাই ত্তিলবু য়াম্না থাজজবা নমানি। মরক মরকতা নমাগী নাক্তা অদুম চৎলু। মগ্রগা নমাগী শেবা-শেবী তৌনবা বহাদুর থমশে হায়রবস্থু ইচানা অপাম্বা অদুম তৌ। ইমানা য়াই। হয়েংসে নপাবুঙনা হায়স্থু হায়বনি নুমিৎ থা য়াম্না কৈ। কালেন ত্রিতিয়া, নখোয় লাক্লবা তৌকো।"

য়ুমদা হল্লকপদা লম্বীদা ঐনা হায়,

-"লিলি বাফম অসে অরায়বা নত্তে। ইমাগা পাবুঙগগী বাফমসি ঐহাক য়াবা ঙমলোই। মরমদি ঐহাক ইমাদা বাশকখ্রবা নুপানি। ইমানা পামদবা কৈদৌঙদা ঐহাক চৎলোই। নহাক য়াম্না মুম্না খল্লু। মতম শাংনা বাজরক্লবী ঙরাঙতা নোকচবা ফংজবতা ঙায়রিবী ইমানি।"

-"পাবুঙনা ঐবু লৈরোরাও হায়না কৌরক্লবদি?"

-"মদু নঙগী অপাম্বনি। নঙগী অপাম্বদা ঐহাক থিংবা ঙমদে।"

-"ঐগী পাবুঙস্থু মরিঙজেল খাবা মীনি। ঐবু ইম্মোকপীদুনা থল্লগা নহাক নুংঙাইগদ্রা?"

-"চুম্মী বাফমদু, অদুবু লিলি, ঐহাক ইমাগী নিঙজবা থুংহনগে, ইমাবু নুংঙাইহনগে খন্দুনা, মপাল খোক্তবা মখে লাইরিক্তা পাদুনা লাকখিবনি। নঙনা ঐগী অনিঙবা কাইহনবদি ফত্তে। ঐহাক ইমানা য়ানিঙদবা অমা তৌবা পামদে।"

"ইমানা য়াদে হায়দুনবু নুপী ফাওবা কায়নবা ঙমলদ্রা?"

-"মদু অশেঙবনি"

-'ঐবু কায়নবা ঙমলগদবা?"

-"অদুন্না খল্লি।"

'ঐহাক নহাকপু পামজবনা, নঙবু নুংশিজবনা ইমাগী অনিঙবা কয়া পুগাইরম্লগা নহাক্কী ননাক্তা ইখোঙনা থোংনা লাকাখ। অদুগা ঙাসি নঙনা ঐবু কারিং কৌনা লৌরবা? ঐবু কারস্থু মমল য়াওদবী অমা ওহনা।'

মহাক খোঞ্জেল নৌথরকই। মহাক মমিঙগী মপি তারে হায়না ঐ হাদেঙা মখা

তারকই,

-"ঐহুু ইমাগী ইপাগী অপাম্বা মথানা চংখিবা তাররবদি?"

-"মনুুহ করিহু কায়দে। অদুবু ঐখোয়গী কাররবদি তাই। অদুগা ঐখোয় অনী কাররবা তাররবদি ইচাদি মরাইমক থিগনি। নঙ খঙু। "

-"নঙনা ঐবু য়াম্না কাররনিংদুনা লৈরম্লবা তাং ওইরে। চুম্মী, ঐ থঙনা পামজবনি। ইথোঙনা থোংনা ননাক্তা লাকখিবনি। ইথোঙনা থোংনা অমুক চংখিবা তাবনি। নঙনা কাররববু করিহু লৈতনা থররবদি ঐহাক হয়েংমক চংলগনি। নঙহু ইমাগী নীঙবা থুরহনবিয়ু। ঐহু ইমাগী পাবুঙগী নীঙবা থুংহনবা তাবনি।"

-"নঙগী অপাম্বদা ঐহাক করিম্ভু য়েংথোই। অদুবু লিলি, নিঙোল হায়রবসে মমুম মকৈ পানম্ববদি মমা মপাগী অপাম্বা ঙাক্তনা চংপদি চুমদবনি।"

-"নহাক নুপা অমনি। নুপী চাম্মগী মপুনি।"

মহাক থুং-থুং কপখংলকলে। মহাক্না থম্মোয় শোক্না কপলিবা মতৌদুনা ঐগী থম্মোয়বু থুমুম চনবা ঙমলমদে। ঐহাক মহাকপু নুংশিবা ঙমলমদে।

-"কাররবদি বা লোইথোক্রবা তাবনি।" কপঙাঙ ঙাঙলকই।

-"নঙগী অপাম্বনি। তৌবতবু নহাক তাইবঙ থোক্রকত্রিবা ইচাগীদমক থল্লগা বা ঙাঙবদি ফবনি।"

-"ঐহাক থনফম থোক্তে। ঐবু কাম্বনবা ঙমলগা করিগী থনফম থোকপগে? হয়েংমক বা লোইশিন্নগনি।"

* * * * * *

থোংনাল য়ৌখিবা থঙহৌদে। গাড়ীদগী কুমথরগা থোঙ হাংদোকই। গাড়ী থমকমদা থৌজল্লে। ঐগী নুপীনা গাড়ীদগী কুমথরগা করেম্নবা বাঙাঙ অননা অস্থনা হায়রকই,

-"উৎবা ফবিদ্রিবো? ঙসিদি য়াম্না উংবীরেদা। চাক থোংলুরসে, হো ইবুঙঙো নুংশিবো।"□

**

## মকু মঙ

-" মমাদি?"

-"সে ববাগা তুম্লসিসে। মমানে কোন যেঙবা হেক লোয়বগা ইচা কোনবা লাকঅনি। সে তুম্মো হম ....হম.....ইপাগী থোইবী তুম্মো হম....হম....। ববাগা হম তুম্মসে.....।"

ঐসে লাইবক কয়াদা থীব্রবা। ঐনা কনাগী মকমদা করি পাপ তৌথিবগী মহৈনো? চুম্মী ঐহাক ইচেহনগী মফমদা অচৌবা পাপ অমমি লওশিনখ্রে। ঐহাক য়াম্না লানখ্রে। য়াম্না কায়খ্রে। ঐবু মী ওইনবা য়োকপীরকপা ইচেবু ঐনা ব্রাগৌহনখি। কপহনখি। মাগী মফমদা লানখি। নুমিত্তো ঐ কোক য়াম্না চিকখি। ইরু লুজবা লোয়বগা গাড়ী মচা থৌরগা থবক চৎলুবদগীনি। ইবায় য়াইমদু পঙথে হায়দুনা পাউ লাকই, ইচেনা থরা চৎলুচো হায়বদা ঐনা য়াদবগী, ইচেগা ঐগা থজিন্তুং কনতক ভাঙনখি। ইচেনা ঐবু কয়াগী মতীক লুনা তৌরকপা। ইমা-ইপা ভক্তা কায়নখি। ইচেশিং ভক্তা লোইনা ময়ুম পানখি। ইচে অহনদি মরায়বক থীবী হায়বদু ওইখি। চীঙগী কাঙলুপকী ইরাঙদা ইবায় মরায়বক থীদুনা মপুন্সি লোইখ্রে। মচানুপী অমতং ভায়রিউভেদা ইবায় লৈখিদকনা ইচে ঐগী নাঙল হান্নকুনা লৈরখি। ঐবু ইচেনা মী ওইনবা শেম্মীরকখি। ঐগীদমক্তা ইচে য়াম্না ব্রারকখি। ঐবু থঙবা মী কয়া, লৈকায়না, ঐবু ভাউরব্রা হায়না ফাওবা ভাঙনখি। মরম হায়ববু ইচেবু পোথাহন্দে অসিনি। মতমদু ঐহাক এমঃএঃ ফাইনেল তম্লিবা মতমনি। ইচেনা তৎতনা হায়,

-"ইচেনা ওম্লিমখৈ ইকপ্পাবু করিগী নহৈ তম্না তোকহনগনি। ইচে পাক্কল কল্লিনা, তম্লিবা নহৈবু তোক্লগে থনবা হৌনদে। অদুগী শরুক তম্লিবা নহৈদু নমায় পাক্লবা, মীকোক থোংনবদুম কক্না হোৎনৌ।"

মসিনি ঐনা থবক চৎলগে লাইব্রিক তম্না,তোক্লগে হায়রম্বগী ইচেগী পাল্লথুম। ইচেনা ঐগী ইহৈত্তা থনকনা, ঐহাক এমঃএঃদা মকোক থোংনা লাকখি। ঐগী ইচে মরিনি। শিঙ্গবা ইবায়দুদি মবুক কৈ, অতাওবা মীনি। ঐগী লাইব্রিক তম্নগী, ঐবু মী ওইননবগী হনবা লৈতনা ব্রাবীরকখিবা নুপানী। ঐগী ইবায় অহম্মুক পৈশাদি পায়দনা

পায়বা মাম্না ঙাঙবা গপ শপ্না হেনবা ইনাক্তি খুন্দবা ঙাক্তনি। মখোয়দগী ঐগী সহ উপাই অমত্তা ফংদে।

ইবায় য়ায়মা (ঐগী নুপীগী মবুঙ য়ায়মা) বিঃপিঃ দা হায় ওইদুনা নারকপা কুইরবনি, হন্দক মরক্তি বা লান ঙাঙদে হায়না পাউ তাখ।ইচেনা হায়রিবদু ঐ চংলোই হায়বমক্তি নত্তে। হৌরেলবাই চংকে হায়বনি। ইচেনা করম্না তকশিল্লকই,

–"হৌজিকমক চংলুচোনে। নবায় য়ায়মনা পংথদুনা নাব্রে হায়বগী পাউ তারগবু হৌজিক হৌরেল হায়দুনা লৈবগী মতম্লো? নবায় য়ায়মনা নঙগীদমক্তা তৌরকপা মরামদো খঙউনে। হৌজিকমক চংলুনে, ইবুঙঙো।"

ঐসু কোক চিকমনবদুদা,

–"হো ইচে হেক চংলুরো, ঐ ঙম্লরোই।"

ইচেহলনা শাউনা ঙাঙলকই,

–"ঐদি কৈদৌকগী চংকদৌরিবনো? নপাঙ্গল ফনবা নখোয়না কোয়চেন চেনদুনা হোৎনরু হায়বগী বানিনে।"

ঐনা,

–"ইচেম্সু চংপা য়াইনা নচল নুপীগী মবুঙনি।"

ঐগী শাউরংনবা তৌবা বাঙাঙসিগী ইচেহল য়াম্না বারৌখি। নুমিদাং চাক চাও হায়বা য়াখিদে। লোঙল্লগা ঙমাঙদা ফমদুনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা লৈখি। অস্থুম্না হায়বা তায় ,

–"মীশিংসে মচোমপাক য়াম নাইদ্রে। চাউরক্লগা, মখোয়বু মী ওইনবা শেমলক্লগা, মরলগা চাবীরোয়।"

ঐনা খোঙভুপ তৈথোক তৈখোক্না হায়,

–"ও, শাউবা ফরো, ঐ হৌজিক চংলুরগে, ঙরাঙসি কোক চিকমন্দুনা তৌবনি।"

তনওক ওক্লগা খুম্নকই,

–"চংকে চংলু, চংলোই তোকউ।"

ঐহাক ইচেহলগী মঙন খঙদ্রী। ইচেহল মীহল কত্তে হায়বা। মহাক্না ফনখিবা অদুমক তৌরি। অকিবা, অথংবা, অবাবা মঙোন্দা লৈতে। খনবু খনশ্রবদি তৌবা মীনি। মরিঙজেল থায়। মহাক্না শাউরগা তৎঙনা অস্থুম্না হায়,

–"ঐহাক থাঙজা পোকপীনে, মীগী মরল চাউ হায়বা ইরাইবক্তা তম্মকত্রবা। ঐ বোম ভুদুনা নাবা নত্তেনা। চারোয় মীগী মরলগা চারোয়।"

ইচেহল শাউবা হন্দ্রি।

ঐহাকী লুহোংবা মতুঙদগীদি ইচেহলসি মহৌশাগা ইমান মান্নদে। ঐবু বারৌবা বাতা ওইনা খজিক খজিক অদুম ঙাঙদুনতা লৈ। ইচেহলগা নুপীগা খংনবা নত্রগা নুংদা ওমদুনা লৈনবগী মরোঙদি উদে। মহাকসু ইচেহলবু সেবা ফজনা

তৌরি। মহাক্না ইচেহলবু নুংঙাইতবা, য়ানিঙমবগী কমগুম লৈতে। ঐনা ইচেহলগী অপাম্বশিংদা য়ারোই হায়খিবা লৈতে। ইচেহলনা ঐবু মহৌশাগুম ইতৌ তৌদে। ঐনা পাখঙ ওইরিঙৈদদি ইচেহলগা ঐনা পঙঙাঙ ঙাক্নৈ। ইচেহলনা ঐবু অঙাঙ মচাগুম লৌদুনা নোংমতা শাউখিদে। ঐতনা শাউদুনা লৈহৌবা ঙাক্তনি। অদুবু ঙসিদি ঐহাক য়ুম পাল্লে। তপ্নগী চহী অমখক্তম্মক ওইরি। ঐ অহল খঙওই ওইশিনবা নত্রি। ঐনা য়ুম পান্নুবসিমক লান্নবরা? মমা মপানা নত্রগা মমাম্মা মচেশিংনা মচাবু/ মনাউবু মযুম পান্নবা হোৎনবী, মদুনা করংঘা অর্থনো? ঐনা মাবু য়ুমসিদা পুরকপা নুমিত্তো ইচেহল য়াম্না হন্নাওখি। ঐগী লুহোংবা হেক নোংঙানবদা ইচেহলনা হায়খি ,

–"ঐ শিরবস্থ য়ারে, নুংঙাইয়ে ইচল নুপী পুন্নক্লবনিনা"

তংতনা হায় অউ অউবা মী, ইচেহলগী মমান্নবীশিংদা, লৈকায়দা, তমাঙদা, মাঙ্গোলদা। অদুগা করিগী ঐবু য়ারৌকম থোকপগে। ঐগী করি ইন্নানো। ইচেহলগী অওনবা শক্তমসে উবদা ইখনতা য়াহঙ কয়া হংজনম্মী। ইচে নহাকী অপাম্না অনিঙবা খুদিঙমক তৌগে খল্লিবা নৌপ্লানি। ইচেগী নিঙবা থুংনবদু হায়বীয়ু ইচে। ইচেগীদমক্তা শিরবস্থ শিবা ঙমগনি। ইচেদি য়াম্না য়াজনক্লবীনি। ঐগী ইমা ইপানা শিগনবা শিগনবী ওইদুনা ঙন্না শিখি। ইচে অহম ঙমা ঙমা মযুম পানখি। ঐবু মী ওইনবা, মীমান্ননবা খনবদা ইচেহল মযুম থেঙনা পানখি। ইচে অহমনা পানত্রবা মতুঙদা অদুনা অমুকস্থু মরায়বক থীখি। ইচেহল য়াম্না য়ায়কখি ঐগীদমক। ঐ ইচেগী অপাম্না অনীঙবা থুংহনগে খল্লিবা নৌপ্লানি।

ইচেহল খাম্না য়াদনা ইচে য়ায়মগী মযুমদা চৎখি। ইচে য়ায়মনা ঐগী নাক্তা লাক্তুনা ঐঙোম্দা ঙাক্তলৈ,

–"করি তৌবগী ইচেহলগা মান্নদুনা ঙাঙনক্নরিবনো"

হায়দুনা। মরম পুন্নমক ইচে য়ায়মনা তান্নগা হান্নমক্কই,

–"ঐ খঙতী, ইচেহলনা ঐগী নাক্তদ নুমিৎ নিনি লৈবীগদবা নত্তে হায়রবা। মানা অপাম্না অনিঙবদু তৌবীয়ুনে নখোয়না। মহা ওইরিঙৈদগী নুংঙাইবা ফংজনকত্রবীনি, মরায়বকস্থ থীরবা । মী নৌরিঙৈদা ইচে শীবগী পাউনা মশাদা লায়না পক্লিবা, মিহল পক্লিবা ইচেনি। নখোয়না য়ায়বস্থ য়ানা থরা য়ানবা চৎলু ইবুঙঙো। নোংমতা লেকপি য়াদবা মানা ঐখোয়বা লৈরনি, নৌপ্লাগী মমল চারোই হায়দুনা শাকলিবসিনি।"

ঐনা,

–"ইচেহলনা করিদি হায় ঐগী মরমদা?"

ইচে য়ায়মনা খুম্মী,

–"উশিংতনা ঙাঙতী, খুম্মী শিনিদনা। হৌজিক ঐনা লাক্লিবসি কাওবা নঙ

কৌবা চৎলিত্রা হায়দুনা ঙাঙহৌরিবনি। ঐনা নত্তে, কৈথেলদা ঙা মচা অমত্তা ঙৈরাংগে ইচে লাকপগী হায়দুনা খোরক্রিবনি। নখোয় অমী লাকউ ইচে চৎলে।"

ইথত্তা খল্লকই,

–"মুম পাল্লবদি অঙাঙ ওইরবমু অঙাঙ ওইবা য়াল্লবা ঙাং ওইরেকো। পুন্সিগী থাক অমা লাল্লবকো।"

ঐখোয় ইচেহলদো শঙাওনবা হায়দুনা নিঙোল অহমখক লাকখি। হায়রখি ঐঙোন্দা,

–"ইচেহলমু রাজনগদু নখোয় অনীনা। মচেনা বারৌবসে মঙল ওইদে হায়বনি। কাউশনুকো। মচেনা শাউরবদি খুদক্তা অরাবা ফঙঙী হায়বনিকো।"

ইচেহলনা ঐনা মতম খরা রা ঙাঙনবা য়াখিদে। ঐনা ঙাঙবা শকপা মহ'ক খুমদে। অদুম শাউরি। অদুমু মচল নুপীলদি ফজনা ঙাঙনৈ, রারী শাত্রৈ। মচল-মনিং নুংশিনবগী মওঙদি অদুম্মক উই। ঐদি য়াম্না পাথৎলুরবনি। ইচেহলনা মাবু য়ানিঙনবা নৈদুনা ঐঙোন্দা পাঙশাউনা শাউরিত্রা হায়দুনা। মদুদি নত্রে। মরমদি ঐঙোন্দা পোম্না নুমিদাং তম্মী অস্থয়া ইনমহলনা হায় হায়দুনা,

–"ইবেম্মা নঙগী নুপা অঙাওবসে, ইনম্মনদি য়াম্না নুংশিবা, মানদি ইনম্মবু উমিং থঙইদনা ঙাঙবা।"

মালমু হায় হায় ইচেহলনা,

–"ইনমহলনা দুনা তৌমদুনা তৌরিবনে, নহাললাইদি ঙাঙত্রো?"

ইচেহলনা,

–"খঙদেনা। ঙাঙঙমু ঙাঙত্রবমু পঙনুঙদা নুংশি। হৌজিকসু নুংশিয়ে।"

মহাক্না হায় হায়,

–"অদুগা করিগী ইনমহলনা শাউরিবনো?"

ইচেহলনা খুশ্মী তায়,

–"খঙদেনা ইনম্মাগী ইবেম্মা, ইনম্মাগী মিতলসে কাঙলক্রিবনিনে।"

ইচেহলনা ঐঙোন্দা মতম কুইনা শাউখিদে। নোংমথক শাউবগী পাপনা ঐনা ঙসি পুন্সি পেল্লত্রা? ঐহাক কনাগী মফমদদি লানথ্রে। মীগী নুঙাইতনবা করি তৌথ্রে। ঐহাক মীগী খম্মোয় চাকপা, মীগী মথ্বায় শোকদবা কনাদা কারিসু তৌখিদে। অদুগা কনাগী করি পাপতগী ঐবু পুন্সি অস্থুক তেলহল্লিবনো? ঐহাক কয়াম কুইনা পুন্সিখিনি। ঐখাক্তি শানলসে অস্থুকী মতীক শোল্লত্রবকো। ফম্না ফাওবা ঙমশিল্লকদ্রবা। কয়াদা শোল্লবা ঐসে। ঐগী ইচা পীশক পীক্লি। ইচেহলনা তৎতনা হায়শি,

–"নমুম নৈকে পাল্লনবা তৌরো, পুন্সকও, য়াত্রগা ঐদি হায়বা চৎলদবনি।"

নাকোয়দনা নত্রনা কোলনা কম্না হায়খি। ঐনা মদু তারগা শাউখি। ঙসিদি ঐহাক কয়াদা নীঙবা ফাল্লবা। ইচানা চাউহৌরবদি ঐহাক শিরবমু করিস্থ নুংঙাইতবা

তৌরোইদবনি। মমা মপানা অমদি ময়াম্বা মচেনা মচা মনাওগীদমক্তদা তৌরিবা খুদিঙ অফবা ওাক্তনি হায়বসি ওসিদি ঐহাক খঙলক্লে। ঐনা হায়খি ইচেহন্দা,

–"ইচেখোয় মতমগী, লাইরিক হৈত্রিঙৈ' ময়ুম পানবীরগা মচা মনাও শেম্বা লোইরবনি হায়বগী খাখলদু মতমাসিগা চান্দ্রবনি ইচে। মশাগী শেম্বোক অমদি চহীগী মতাঙ হায়বা অমা য়েংদনা য়ুম হেক্তগা পালহল্লগা লোইরে হায়বথুদি পঙালিঙৈ বানি ইচে।"

ইচেহন্দা হায়খি,

–"নঙবু অঙাঙনি হায়বা মী লৈরিব্রনে? নহৈ নশিং তম্বা লোইরে, ইচেস্থু পোথাবা য়াক্লেনা 'সিবু মতম চাদ্রিব্রা হায়বা? হয়েং ইচে লৈত্রকান্দা বাহৌগনি হায়বনি ইচেনা হায়বদি। মীওই মপোক ওইনা পোক্লবদি ময়ুম মকৈ পানবা হায়বসি শোয়কদ্রবনি। হয়েং হনুরকান্দা নচা নগু শেখা ওমদ্রকান্দা নয়ুম পানগে হায়রিব্রা?"

ওসিদি ইচে নৌপ্পা খঙলক্লে, নৌপ্পা লাক্লে হাযবা। ইমান্নবা কয়া মচা পাখঙ লৈশাবী ফান্নবা, অদুগা ওসি ঐনা পীক্লিবী নুংশি য়াব্বা থোক্লকপতা ওাইজরক্লিবীবু মপা লৈত্রবা মচা হায়বা মীংথোলসি পীগদৌরিবা। অদুগা অমুক নৌজরিবী মহাক, নৌনা লুত্রা ওইহৌরগদবা, মমান্নবী ময়ামগা লাওদুনা হন্নাও মথোয় কা চোং ফন্দুনা শান্নজন্নম্বী শঙাই মচাওন্নবী মহাকপু মমান্নবী ময়াম মরক্তগী শেংতুনা পুবীরকখি। মপুন্সিগী অবাবা শরুক থেংনহল্লোয় হায়দুনা অদুগা মপুন্সিগী কোক্লরোইদবা দাক অমনা হকপীগদৌরবা লুত্রা হায়া মীংথোল পীদুনা ওসি ঐনা। হে ঈশ্বর! ঐবু করিগী পাখঙ ওইরিঙৈদা হাংতোকপীদ্রিবনো? ইচেহলগী নুংশিবা শঙদ্রিঙৈ ইমাগী গর্ভগী ঈ মন্নীক ওইরিঙৈদা ঐবু করিগী লৌশিনবীদ্রিবনো? ঐগী বান্নী সমবন্ধ। ঐগী থান্না নাঙ্গা। লৌজনান্ন পুজশামতনা হান্নবা। আহ তুক্কচৈ! অসিগুম্বা নোরোক্কী মরক অসিদা, ঐগী হায়বা কনাস্থু য়াওহৌদনা মমা মচাদা করম লেনহৌগদৌরিবা ? হা ঈশ্বর ! নহাকসি ওম্বোক্লা ফন্তেদকো হন ঈশ্বর লৈবা হৌনদে। মীনা পঙহায় হার্য়াজনবনি। লমচং নাইদবা কয়া বারক্লবা, মহা পাপী কথাবু চুপথোকপা য়ানবা, শেমজিনবনি। লৌশিং চাউবা কনানা মীগা মীগা মন্নী ফগংনবা হায়দুনা,

- "ঈশ্বরদি পুন্নমকপু খঙবনি, ঈশ্বরনা পুন্নমক শিল্লিবনি।"

মসি মীনা পঙশেম শেমজিনবনি। লৈরম্বা থোক্লবদি ঈশ্বর কৌবা নহাক। ঐনা ওসি ফংলিবসি নঙস্থ ফংবা ওইয়ুকো। ওহ! নুংশিদা লেঙলি পাল্লবা জীবা পুম্বা। নথোয় লোইনা লৈতৌরনিদো। ঐদি চংপা ঙারেদো। হে নোংমাইজিং চীং, নঙগী নুংশিবা শক্তম উন্নরোইদো অমুক হন্না। হে অতিয়া শংবান্নবা নহাকস্থ! নুংশিবী পংথৈ নাইদবী, য়াচঙলকপা খুদিঙগী ওলাঙ থাগী মৃতমদা, লুমাঙ মতোনগী তিঙ্গোই

"থক্তা, অমোনবা ফজী মথক্তা লোংনা হিগ্রুপ নোত্তুনা নওগা রারী শাগখিবা কয়াদো নুংশিরকইদা ঙসিদি। নঙগী হাঙনবা অতিয়া মকোয়দা পাইবা চেক্লা কয়া উরগা, ঐগী থম্মোয়রস্থ পুময়াঙ য়াংখি। অরা অনা সংসারগী অরুম্বা ময়ামদগী নাম্বোকপা কংদুনা কয়াদা নুংঙাইখিবা। লৈহৌরগনিদো শংবান্নবা অতিয়া নহাকস্থ, নখোয় লোইনা লৈহৌখিগনি। ঐতনিকো চংকদৌরিবসে। নুংশিব্রেদা ওহ! নুংশিব্রেদা।

–"সে চাসে থকও। কৈদৌরবগে কপলিবদুবো?"

ইনাক্তা চা থম্লক্লিবা মাগী মায়থোঙদ্ ঐহাক খঙজী। নৌক্লিবী মাগী মায়থোঙ থম্লালগী মনুঙদা তরিবা মখিদো। ঐগী ইমাঙদা বাদবা শাল্গিজব্রিবী মহাক। খঙজী, ঐবু পুন্নমক্লা নমথাক অমা তৌরিবা। হে পি, নঙস্থ ঐগী মিত্তগী জর জর শিঘ্রক্লিবকো? করিগী থম্মোয় নৌথোরক্লিবনো? কত্রিগীনো হিক্লা হিক্লা কপলক্লিবা থম্মোয় অসিনা। শিনা খুমহৎলবা মিন্দ অনীসিনা মাবু মশেল মন্নাং ওইনা উরি, নোংনো চোৎলবা গাড়ীগী মিৎশেল ফাওনা উরিবা উপালঙম।

–"য়ুমগী মপুনা অদুম্রা অদুক শোম্বরবদি মনাই নুপী ওইবীনা করম্রা থাঙবা ঙমগনি। মাখল চাউখৎপীয়ু কৈদৌবগে। ভাইরনা হিদাকী ময়ায়না শোম্ববনি য়াম্রা খুনা কনখৎলক্লগনি হায়রম্বনি।"

–"নহাক ইপাগী ইবেম্মসে মী ওইননবা শেখীমুকো। মপা লৈত্রে হায়বগী মপুক্লিঙ হম্বহনলনু। অদুগা ঐহাক নঙগী অপাম্বা অনিঙবদুদি অখিঙবা পীরম্লোই। নঙগী অপাম্বা লম্বীদা অদুম্মক চংচৌ। অদুবু ঐগী পীক্লিবী থবায় অমথক লৈহৌরিবা মহাকসে। ঐহাক থম্মোয় কায়রেনে। ঐনা নঙবু রাজকুমারী অমগুম শুনা তৌগনি হায়দনা ইনাক্তা পুরকখিবনি। ঐ নঙবু য়াম্লা নুংশি। ঙসি ফাওবা ইমিত্তা ইচা লাংলেন উরবা ফাওবা ঐনা নঙবু নমীঙ কৌবা ঙমদ্রি। নুংশিবী নঙবু ঐনা কয়াদা পামুনা নুংশিনা থমজবা, ওহ! ঐগী লাইবকসে ওক্লোক্লা থিব্রেদকো। নহাক ঐবু বায়ৌগনুকো। ইপাগী ইবেম্মগো কদায় তুম্মম্রবরা? নহাক কপ্লব্রা? কপকম থোকই। মহাকী থবায় ওইরিবা মপুরোয়বনা শিরবদা, অশি মায়কৈ পাঙলবদা করম্বা নুপী ওইবীনা কপলোয়দবগে? নঙগী মায়থোঙসে উরগা ঐহাক থাঙবা ঙমশিক্লকত্রে। ঐহাক শুর কুনজিরকলৌরে। কদায় ইচা ইবেম্মা, ইচা ইবেম্মা পুরকউ। শান্নমগনি হায়বা। ইচা শান্নরি হায়বা। পুরকউ। ইচাগী মশাক পেম্না য়েংগে। ইপানা মীং পাঙবা ঙম্লিঙে, ইপানা চেজেং কোনবা ঙম্লিঙে ইচা অমুক্তা কোনগে কদায়। ইপাগী লাংলেন, মপোক থানা তমইদকো ইপাগী ইবেম্মা।"

–ইচাগী বাহৌদনবা করি তৌরম্বা তাই? সম্পত্তি? চুম্মী, ইচাগী মীংদা পানবা তাই। ইচাগী মীংদা লৈহৌরবদি মখোয়না খোলচিনবা ঙম্লোই। তারিত্রা নঙবো? কদায়দা

লৈবগে? ঐনা ঙ্গান মাঙদ্রিঙে, ঋা ভাঙবা থোক্লিঙৈ ইচাগী পোরম শিল্লমদবা য়াদে। অহ! ঐগী পাঙ্গল পুম্না ময়েং তাখ্রবা। ইচা ইবেম্মা ফাওবা কোনবা ঙমদ্রবা কো। ঋখলভা ঙায়রবা। ইপাগী লাংলেন, ইবেম্মা, নঙবু তাল্লিব্রা? নোংথাঙদু অমুক্তা লাকউ হায়রুচো। নমাগা চৎলুচো। চৎলো। নহাকপু ঐনা ঙসি চৎলমদাই মতম অসি য়ৌরবা ফাওবদা নমিং কৌদ্রি। কৌবস্থু ঙমদে নঙদি অঙাঙনি। অদুগা ঐনা নঙবু চহী তরাগী মথক্তা হল্লিবা। মৌজরিবীনি নঙদি করিস্থু খঙদ্রিবী। নঙবু অৱাবা তাহনগদৌরবকো, ঙসিদি ঐনা। ঐনা শিখ্রগা ফংহৌগদবা পেনশিলদুনা নমা নচা হিংবা ঙমগদ্রা? জিঃপিঃ, লাইফ ইন্সুরেন্স, কনানা লৌথোকপীহৌগনি? কনাদা শিল্লবীরমগনি ঐদি?

দেবেননা থোঙাম শান্তিগী নুপা শিবগী দাই ইন হায়নেশগী চেনবীরিবনি হায়রগা দেবেননা শান্তিবু চেনখি, মচামখৈ হন্দোকলমলগা। অশেম কোবা শিবগী লাইফ ইন্সুরেন্স ফংনি ফংঙোই হায়দুনা রতন হায়বা এজেন্ট অদুগা য়েৎনদুনা শাগেগা। ফংদি ফংখি। মনাওশিংগী লৌ-থোইনবা ত্রেকটরগা লৈখি। মচা অপীকপা অহমদুদি মতৈমগা মপামদা লৈখি। অদুগা ঐখোয়গী লংথবালগী মামতোনগী মচা ইবাই নন্দ লৈতবগি জিঃপিঃ ফন্দ মৌপ্পানা লৌথোকপিখি। খৎনদুনা চঙনদ্রি হৌজিক ফাওবা। ঐগীদি কনাদা শিল্লরমগনি। ইশেন নুপাদু পীক্লি। লাইফ ইন্সুরেন্সতগী লুপা লাক অহমলোম ফংগদবা লৈবা মদুস্থু নোম্নীনি ইচাগী মিংদা ওম্মোকপিরসিরা। মমাগী মিংদা অমা লৈজরবস্থু অমদি ইচাগী মিংদা ওনবনা ফস্তবরা? হুম করিগী পুকচেল পীক্লি। মাগীদি মপুকথোক্কী মচা নত্তবরা? মপানা মচা লুনা তৌবগা মমানা মচা লুনা তৌবগা কনানা হেনবগে? মমানা মচা অমদি মপুরোইবা হন্দোক্লগা ময়ুম পানখিবা কয়াম লৈরে মৈতৈ নুপীশিংগী মরক্তা? অদুগা মচা অমদি নুপীবু হন্দোক্লমলগা লমদা নুপী লৌখিবনা কয়াম্না লৈরবা মৈতৈ নুপাশিংগী মরক্তা? হুম লৈতম্নাল্লে মৈতৈ নুপীদদি। নুপাদদি য়াম্না লৈ। ঐহাক মশিঙ থাবা ঙম্নরোই। অদুগা পাখ্রানা মচাবু চাউনবা থাকপনা কয়াম লৈরিবা? লুখ্রানা মচা শেম্নরনা কয়াম লৈরিবা? হুম। নুপাগা নুপীগা ঋাখল অমদি পুকচেল মান্নদে। ঐনা ঐগী নুপীবু করিগী থাজদফম থোকই? নুংশিরবা কয়া কয়া থাদোক্লমগা ঐবু থাজদুনা লাক্লিবী, মাবু ঐনা করিগী থাজরোইদৌরিবনো? ঐসে ওম্মোক্লা পুকচেল পীকখ্রেদা।

–"ককা করি হায়গে? উইরিব্রো?

–"ও, নোংথাঙ। লাউ, ফম্মু। ককা ঋা অমতা হায়গে?"

–"নঙ অশেম য়োশিকান্তা খঙব্রা? খঙদে হায়বা? অশেম দুকান্দো অদুগী ইমুঙদা লৈবা।"

–"য়োজেনগী মপাদুরো?"

–"নপ্তে রোজেনগী মথুড়া য়াম্মহা থৌবগে।"
–"খঙলে। মাদি ওফিস চৎলমলোইদ্রা?"
–"পুঙ কয়া তারবগে?"
–"পুং ২ তারে।"
–"ওহ! ঙক্সিব্রা হায়রবু তোকও তোকও। হৌরেল থরা কৌরু।"
–"চৎলগে অদুদি।"

–"চাসিদি থগুন্দরবোইরে?"
–"উম চাগা থক্লিংদ্রেদা।"
–"থৌনাউ কণ্ডভী হায়বদাইনে?"
–"করিমগা চানিঙ থক্লিঙদ্রেদ্রা। ঐগী চাবগী মতম লোইদ্রে।"
–"অদুয়া হায়হৈদেদা। ডাক্টরনদি ফরকনি হায়। য়ায়া কয়া নামনথিদুনা তৌবনি হায়।"

মাগী বাথলসিন্দদি ঐবু ফরকনি থস্লিবোইরেকো। ঐবু মঙোন্দা খঙহল্লসিরা। হম! খঙহনকম থোক্তে। মাদি নৌজরিবীনি। তনৌ তনৌরীবী, গুলাপকী লৈনাবু করয়া মৈশা লাংহনদুনা থুইথহনগনি। ঐনা মীৎ উইশিনখ্রবা মতমদা খঙহৌরসনু।

কেন্সর নঙনা নায়রক্লবদি কনাকুমু লেমনা থাদে। ডাক্টরনা ঐবু হোসপিটালদগী হল্লক্লমদাইদা হায়খি,

–"গোদ ব্লেস ইউ, ইউ মে রিকোভরদ সুন"

অচৌবা নমথাক। শিরগদবা ঐহাকপু ফনি হায়বা। ইমাগী পুন্সি লোয়রম্মদাইদা নমথাক তৌখি ঐনা,

–"ফরকনি ইমা, ডাক্টরনা ফরকনি হায়।"

ইমানা হরাওজখি। ইমাগা হরাওবা উরগা ঐনা থবায় চাকখি। খাঙকম খঙখিদে। ডাক্টরনা মতম থারবা ইমাবু, নুংঙাইহনখি। ইমানা ডাক্টরদা নুংশিনা কোনখি, বর পীখি,

–"ইবুঙগো ডাক্টর নুংঙাই য়াফনা পাল্লু, অবাং অপা লৈগনু, ইচানা লায়য়েংদুনা ফহল্লুকো ইমাবু"

হায়দুনা। ডাক্টরনা নোক্লা নোক্লা খুমখি,

–"ঐনা লায়েংবদা ফখিদবা অমত্তা য়াওদে ইমা, ইমাসু ফরদবনে।"

অচৌবা নমথাক। ওইদবা, নমথাক। ডাক্টরনা ঐবু তোঙানবা কা অমদা কৌথোক্লগা হায়খি,

–"ইমাসে থা অহুম থাংলবদি লৈখিনি। –ইমাগী নুংঙাইনবা সেবা তৌবীরো। মানা খাঙবা ঙমলক্লবা মতমদা হিদাকশিংসি কাপকদবনি।"

ঐগী থন্মোয় কায়খি। ইমাদনা করনি হায়বা অদুগা এঙোন্দনা ইমাগী মতম লোইরে হায়বা। ইমানা কয়াদা হিঙনিঙবা। ঐগী ইমাম্বা অমগী মপাম্ম বোম্রেদগী হল্লকপা নুমিৎতুদা, মশাদো তাইকেং তাইখি। ঐ থাংদবা শকফম মাংখি। কনা অমত্তা খঙহনখিদে ইমাম্বগী মপাগী অনাবদো মথোয় তাচৌ মথোয় অনীথক নঙনা। ইচল অনীদুম্ম খঙহনদে। করনি হায়না থমখি। ঐথোয়গা থবক তৌমিন্নবা রাজেন বোম্রেদা ওপেরেসন তৌরগা চহী অহুম মরী লৈরম্মী অদুমক শিখি। হাঃ কেন্সর নঙসে করাদা তম্মীন্নবা? অহৌবদা লায়য়েংলবদি মরু ফুকপা ঙম্মী হায় ডাক্টরনা। অমুক্তম্ম হায় অহৌবা মতমদা কনা অমত্তা থঙদে। ময়াম নত্রগা অরোয়বা মতমদত্তা থঙ্গা হায়না। করি চিঙ্গাক চাবদগী নত্রগা কর্রি পাপ তৌরম্বগী নঙনা মী কয়াগী পুন্সি লোইশিল্লিবনো? ঐদি ডাক্টরনা, অথঙ অহৈনা ভাইহাক লৈতনা লাউরিবা চিঙ্গাক, মৈথু, হিদাকমনা, য়ু, নিশা, লায়না পকই হায়রিবা চিঙ্গাক অমতম্ম চাদে, হম্মা ফাওবা য়েংদে। ঐগী ইমাম্বা ব্রোজেন নোংমদা জরদা মতম বুলগী মথঙ্গা চায়। -
অশেম মাইমু য়ু ঙাওদবা নুমিৎ উথিদ্রি, মশাশু ভারিদা ফৈ। চুরুট বিড়ি গঞ্জা ফাওবা থকই মহাক্তি অদুগা লায়না পকপদি লায়রদুনা মশাদুম ফবনা ঙকই। সরক'না ভাইহাক লৈতনা লাউরিবা মৈথু থকপনা লংস কেন্সর, থ্রোড কেন্সর, পকই হাযনা - মসি লাল্লি হায়না লাউথোক্লম্মসিরা? থুদম পাদুনা তাক্লম্মসিরা? করম্মা সাইন্টিস, করম্মা ডাক্টরনা হায়বা রাফমনো? লাল্লি হায়দুনা, লৈবাক প্রজা খঙহল্লম্মসিরা? লাউরম্মসিরা -"চুরুপ বিড়ি, খৈনি, য়ু, নিশা পুম্নমক শাঁভিজগোঁ হকচাঙ ফর্বনি। নিশা শীঁভিন্নদবা পুন্সি তেনবনি' অসুম্না ঐনা লাউথোকপদা মীনা থাজবীগদ্রা? লাইরিক হৈত্তবা লৈবাক্কী মন্ত্রী অমনা ভাঙবদি লাইনা ভাঙদঙুম লৈরক কোনশাং, কৈথেল নংথেল, মফম কযাদা থেংকনি। ঐনা শিরমদাইসিদা লৈবাক্কী মাঙনবা তৌরিবা শেঙ্গা থুমজা তৌবদা শিবা কিদ্রব মবুক ফত্রবা লৈবাক্কী অঙম্মা মমা হাৎতোক্লম্মসিরা? নত্রগা লৈবক্কীদমঙ্গা ওইনা করিদা শিবা য়াবগে? নত্রগা মমা মচাদমঙ্গা পৈশা তাম্লম্মসিরা? কনাগুম্মা মী হাৎনিঙবা, পৈশা পীরগা লেঙ্কদবা কনা কনা লৈবগে বোত্রাথ থিরগিরা? নত্রগা লালহৌবা কযানদি হাৎনিঙবা হাৎপদি ঙমদ্রবা হাৎপীমল্লসিরা? ঐগী থবায় থাগদোরবনিনা পৈশা 'স্টক পীয়, ভায়বম্ম য়াগনি। তামিলগা নুপোনচা অমনা ৯'২৭ওকী প্রাইম মিনিস্টর লৈ-পরেং অমা ঙকুগা উযুম ওংনিম্মখিবকুম হপাসি বোম্ন্নানোক্ষিনগা মথোয়না হাৎনিঙবা মীদুগী গার্ডাদা চোংশিন্নগা শিদোকনিমরগদ মথোয়দগী পৈশা য়াম্না লোবা যাগনিসে। মদুদা ফম্নক্লগনা ঐগী খোম্লুল লিরক্লগনা মমা মচা ধ'নদোবা? মমা মচাবু মপুন্সিগী ফাদেক পাবা। হম্মা মসি যাদে। অসুম্না পৈশা ভানবা যাদে। অফবরোমদা মীম্ম হাৎঙবা ঐগী অসি দান তোরম্মসিবা? ঐগা অসিবু? ঐগী বেদি পার্ত অমত্তা দান তৌবদা লোগদবা লৈতে। ঐহাক অরম্মা লাখনা অমনা নারবনি। ঐহাক করি তৌবা তাই? মীগা যনবা ত্রৌবম্ম যদবা। মীগী নংঙাই ... নমীক

অমত্তা ফাওবা তৌরম্মা য়াদে ঐহাক। নৌরিবী ইচা অমদি মরাল লৈজদ্রবী ঐগী নুংশিরবীবু মীনা তিন শিংহৌগনি। মখোয়বু নুংশিবীনবা করি তৌরম্মা তাবগে ঐহাক। নোংমা অশেম ইনেনা ঐঙোন্দা পৈশা হংখিবদা লৈতে হায়খিবদো লানখ্রে হায়রসিরা। লৈনা লৈনা লৈতে হায়খিবদু মদু শেংদোক্রুম্মনা কৈ। ইচাবু মখোয়না নুংশিহৌরোই। ঐনা চংলমদায়দা ডাক্টরনা -"গোদ ব্লেস ইয়ু" হায়রকখিবদা -'থেঙ্ক ইয়ু' ফাওবা হাঙ্গরমদে। ঐসি কয়াদা পুমচেল পীকখ্রবা। ঐনা ঐগী নুপীদা নমথাক তৌরিবসে হায়দোক্রুসিরা? য়াদি ঐনা নারিবসি করিস্থু খঙলমখিরোই। ইচাবু লুনা তৌবীহৌনবা মঙোন্দা মখোঙ পায়দুনা খুরুম্মুসিরা?

হুম, ঐ ইচা অমদি নুপী লৈত্রিঙৈদা চেলহৌরগে। আ মফম অমদা শিরুরগে। ইপুরোইবা শিদ্রি লাকখিনি হায়বগী বাথল লৈজরবদি মমা মচা কা হেনা বারোই। ঐ চেলহৌরগে। করিগীনো হৌগংপা ঙমদ্রিবসি ঐহাকপু -ঐগী পাঙ্গল, ঐগী থৌনা, সে নখোয় কৈদৌরবগে হৌগংলুসে। সে বান টু থ্রি। আ......।

* * * *

-"কৈদৌরে হৌগংলগা শংত্রিক য়েংলিবদি?"

-"অস! মঙ ওইরেকো ! হরে হরে ! কয়া বাখ্রে। মঙ ওইরম্বসি নুংঙাইখ্রেদা।"

ঐগী নুপীনা হৌগংলগা ঐগী খুদাঙদা পায়রগা হংলকই

-"কৈদৌরম্লবগে?"

ঐনা তুম্লিবী ইচাগী মায়খোঙদো শোক্লা তপ্না চুপ্পী অদুগা,

-"ওম্মোক্লা কিগ্রবা মঙ অমা মঙলম্মী।"

-"থবাকতা খুং থম্লগা তুমলুরেনি। ঐনা য়েংহৌদ্রেনে।"

ঐগী মায়দা শংত্রিক য়েংলগা হায়রকপনি। ঐনা,

-"পুঙ কয়া তাখ্রবগে?"

-"নোং ঙানদ্রি, বারো থরা হেনখিবতা ঙায়রি।"

-"রামেশ্বরনা ঙসাই ওফিসতা মপাগা খংনদুনতা লৈ হায়বা মনাউনুপাদ লায়েংবা চংলুবগী বারী লীরকপদুদা তৌরিবজাংনিদনা।"

-"মুর্শি চুম্লা ফজনা তুম্মো। মকূ মঙ হায়দুনি।"

ঐগী লাইবক্তা তপ্না [illegible]কই। ইনাক্তা তপ্না হিপথরকই। ইচাগী মনাক্তুগদা নকশিন্না তুমখৈ। [illegible]রকই দেং দেং......। □

[illegible]ৌইরবা